*kumdam*

(Essays in Literary Criticism)

*by M Priyobrata Singh*

---



অহানবা মঙাল : অক্তোবব, ২০০৩

অফোঙবা : কবিতা কৃষ্ণপ্রিয়া

কপী মশীং : লীশিং অমা

মখুমগী নমুনা : কৃষ্ণমুর্তি

যেকপা : অকণ

মমল : লুপা ৯৫/-

---

নম্ফম : এ কে প্রিন্টর্স, বি টি বোড, ইম্ফাল, মণিপুব

## ৱাহৌ

সাহিত্যবু মীওইবগী থৱায় অমসুং লোনগী মপান নাইদ্রবা সমুদ্র ওইনা লৌজবা অমনা অপীকপা থোঙনাওদগী উজবা বাডর্স আই ভীযু খবতনি। উজখিবদি চুমথাঙগী মতৌনি। মখোঙ অমনা মণিপুরী সাহিত্যদা। অতোপ্পা অমনা সমুদ্র ৱাংমদা। অদূনা পামজনা মীংথোঞ্জবনি কুমগী অহানবা নোংখোং - কুমদম। ওঝা-গুরু অমসুং মরূপ মপাঙশিংনা নুংশিনা অমসুং থাজনা শিন্নবীবদগী ৱানা ইজখিবা ৱাবেংশিং অসিনা ইচাই চাইনা ফেপ্নংদোক্তনা খৃৎই ওইনা লৈবসিমক মতমগী ঙমখৈ লৈবা পুন্সিদা লাঙতক্লবা অমনি। লৈখিদ্রবা ইমা বাবানা অতোপ্পবু হুন্দুনা ইগদ্রা থোইদোক্লা চিংনবীখিবা ইবিঙৈ মনূংদা তত্তনা নীংশিংজখি। মদূমক্লা তপ্না চঙশিঞ্জবা মতাঙসু থেংনবিগনি। হোৎনজবিবা অসিগী পান্দম্মদি মণিপুরী সাহিত্যনা মনা পূঙলবা পামেলগুম হেন্না হেন্না চাওখৎলকপদুনি।

ইজবিবসি থম্মোযদা ফাওবকপদুনি। মীওইবগী মীৎকী পি নৎত্রগা মোমোন মীনোক্তা ক্রিটিসাইজ তৌবা হৈবা ক্রিটিক অমা নচ্চদে। সমালোচনা হাযবসি পুবা আকাদেমিক ওইবা স্কোলবশিংতগী মীৎযেংনি হাযবসিদা থাজবা থমজদে। মসিদি নুমীৎ খূদিংগী ওইবা পুন্সিদা যূম্ফম ওইবসু যাওবকই। যাওদবসু যাবক্তে। অদূনা উবি-তাবিবা, থেংনবিবা লোনগী মশকসু তিনশিনখি। তৌবতবু পূকচেল শেংনা ফোংদোকপা হাযবসিমদি তঙাইফদ্রেখঞ্জে। মতাঙ অমদা লোবেন্সনা হাযবিবম্বা ৱাফমসি লমজীং অমনি ঃ

> Criticism can never be a science it is, in the first place much too personal, and in the second, it is concerned with values that science ignores The touch-stone is emotion, not reason A critic must be emotionally alive in every fibre, intellectually capable and skilful in essential logic, and then morally very honest

লাইবিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা থোইদোক্লা অৱাবা থৌদাং লৌবিখিবা এ কে প্রিন্টকী ইনাও অরুণ, স্তাফ-মেম্বরশিং অমসুং মরূপ-মপাং পূন্নমক্কপু থাগৎচবগা লোযননা পাবিবিবশিংগী মফমদা কোক নোঞ্জবি।

— [signature]

# মনূংগী লামায়শিংদা

# ক্রিটিকসু করিসু

Discussion, suggestion, formulation,
are fertilizing when they are frank and sincere ...
Be generous and delicate and pursue the prize.

- Henry James

ঙসিদি মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবা খূদিং হৈনীং-হরাওনা মপান নাইদনা চাউথোকচবা ঙম্লক্কে। মিলেনিয়ম অনীগী লংদাইদগী মণিপুরী সাহিত্যদসু পব্লিকেসন বুম অমা থোক্লক্লি। ইবা অমদি ফোঙবা অনীমক্কী ঈচেল অসি ঈথক-ইপোম অমদি ঈনোৎ কয়াগা লোয়ননা চেন্থরক্লি। ইবগী মতীক পাবগী চাংসু হেঙ্গৎলকই। সাহিত্যকাবশিংগী মফমদা মীয়াম্না নুংশিবিবা অমদি থাজবিবসু ময়েক শেংলক্লি। তুংদা অইবা ওইরকপা য়াবা নৌরিবা মচা মশুশিংবু পূক্নীং থৌগৎপিবা তোয়না উরকপা অসিমকসু যাম্না নুংঙাইনীংঙাইনি। অনৌ অনৌবা অইবা কয়াগী অনৌবা লাইবিকশিং নোংমা কাংদনা উবা ফংলকপগী থাক্তা হাইগৎলক্লি। তরাই তরাইনা লৌরুবা য়াদ্রি। ইবা হায়বসি অবায়বা নত্তে। ফোঙদোবকপা হায়বসিমকসু অৱাবা কয়া লান্থোবকপা থৌওং অমনি। মদোমদা সমালোচক কযানা কন্না নৈনবকসনু। ইরিবশিংসু লেপ্পা লৈতনা ফজ ফজবা সাহিত্যগী খূদোল তম্নবা হোৎনবি। অইবশিংদি লেপ্লবোই। ইরিবা অসিনা মখোয়গীদি পোত্থাজবনি।

সাহিত্যদি থম্মোয় পানবা থৱাযশিংগী পোত্থাফম্নি। কবি প্রমোদিনীনা কবি সম্মেলনবু *অহল্লোনগী পুন্সিবোন* মীংথোল পীবা মতীক চায। কবি অসিনা শেংনা পাউদম্মী ঃ *কবি অহল মযামদু দাইজদা ফমদৌগী কাখৎনবা হৌবকই। ঙসাইমখৈ মাইক্তা ভাবোক কৌদুনা ঈশৈ শক্লস্বদু লেপখি। খোংলম্বা ঈশৈদি পাখঙ-লৈশাশিংনা খোয়দাজবা ঈশৈ - লোন্না লোন্না য়েংলকউ, নতুং ইল্লক্কে, খৎলক্কনু নঙগী মীৎচীদো, থম্মোয় পীয়ু হেক্তা হায়রক্কনু অসিনচিংবা য়াওবা ঈশৈ লেপখ্রে। ... কবি ১০ অদুনা কবি সম্মেলন অসিদা পাত্রিবা শৈবেংশিংদো মপুং ফারগা ফুগায়না শাৎপা কেনগদবতা মঙাযরবা লৈরাংনি। হৈজিং ফাববা মুল্লবা কেনগদবগী ঙাইদুনা লৈরবা হৈরাংনি।... কবি সম্মেলন অসি খরা তোযনা পাঙথোক্লবা শীনবিয়ু সাহিত্যগী অরাঙফম ফম্বশিংনা। শরুক য়াজগে খোযদৌৱা*

*শান্নজগে মতম কুইনা পুন্সিনবা। চহী য়াম্না পুন্সিবক্লবা মতম শাংনা লৈরক্লবা চহী ৭০গী .. অহেনবা ওইরবা ঐখোয়নি। অদুবু দাইজ হেক কাখৎতুনা ফমখিবা মতুংদদি থায়না নহা ওইরিঙৈ মতমগুম পূক্লীং অমদি থম্মোয নৌথোবকই। মতম কুইনা উনখিদ্রবা কবি মরুপ কযা উনবা ফংবদা কয়াম নুংঙাইখি কয়াম হরাওখি খরা কুইনা পুন্সিখিগদবা মানশিল্লকই। কুবাংবান উনদি খুইজিল্লক্লে। লাইবক মথূপ ৫/১০ থোক্লা থুপ্লে, তুরোই-ঙাল্লোই খোঙ থাংবা থোকচীল্লক্রে।* (*পোক্রফম*, ডিসেম্বর ৩০,২০০২) পাবদা থূক লাউখি। মীত্তগী পি তাখিবা খঙহৌদে। ইবদা কথোক্লবী থৱায অমগী পুন্সি-নুমিদাংৱাইরমগী ঙাঙ্গান্নবা মশেক মঙালনি। অমুক পাবা পেন্দদুনা হন্না হন্না পাখি। মদূনসু পেন্দদুনা ইয়াম্বা কবি অমগী যূমদা পাউদমগে চৎলুই। ইয়াম্বা অদূসু আর্টিকল অদূমক পাদুনা লৈরম্মী। অচুম্বা অমদি ফজবা হায়বসি মখা তাকনীঙাই থোইদোকপা লৈতে। পূক্লীংদা তত্তনা ফাওখি ঃ অশেঙবনি। হৌজিক সাহিত্য য়াওবা য়াম্না নুংঙাইবা হৌরক্লি। ৱানা লেপ্তুনা চঙশিল্লকপা ঈহৌ মীয়াম খোনবা ঙল্লক্লে।

অদূবু অৱাবদি ক্রিটিক্কী মনাক্তা চৎলুবসিনি। সাহিত্য নুংশিজবা মরূপ-মপাঙ খবগা মণিপুবী সাহিত্যগী মবমদা ৱাবী-ৱাতায খবদং নুমীৎ খূদিংগী শানবা হায়বসি ঐখোযগী হৌনবীনি । হন্দক মরক্তি ক্রিটিক্কু যূমদগী মপান ইথোক থোরক্তে। হকচাং ঙমদ্রবা জাৎলা খন্দুনা চৎলুবনি । হকচাং ঙমদবমক্তি ওইরমদ্রে। *মাথা শারে হায়দুনা মথন্তা ফুম্বংননা লৈবম্মী।* করিগী শাবিবা মাথানো ঃ *ক্রিটিকসু মাথা শানব্রনে ?* উপায় লৈতবগী মীৎয়েং অমা য়েংলকই। মকোক হোৎলগা মরুম মকম শোল্লি ঃ *ক্রিটিক ওইরুবৈ শারিবা মাথানিনে, ডিযার। টেবলদা লৈবিবা ময়ামদু য়েংঙু।* হন্না য়েংলুবদদি লাইরিক ময়ামদূ নত্তনা অতৈদি থোইদোকপা উদে। পঙহংদা হংজিল্লুবসু নুংঙাইতে। ঈঙ্গিতনা করিনা খরসু খঙনবা ফৈ। ইথন্ত ভাব অমা শুংনবা হোৎনৈ। তপ্না-তপ্না ভাব অমা লামশিল্লি।

ক্রিটিক অমগী টেবল মথক্লি। চহী খরসিগী মনূংদা ফোঙখিবা মণিপুবগী লাইবিক অযাম্বা শুরে। মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌ-অনৌবা খূদোল কয়া কয়ানি। শৈরেংগী লাইবিক্লা অয়াম্বা ওইনা তৌই। য়াওববুদি য়াওরি - উপন্যাস, ৱারীমচা, ড্রামা, লমকোযৱাবী, নৈনৱারেং, অতোপ্পা লোন্দগী হন্দোকপা লাইরিক অসিনচিংবা। মতাঙ অসিদা অইবা অমদি লাইরিক্কী মমীংদি পল্লুবা য়াবা নত্তে। পল্লক্তবগী ৱাবৌনবা কয়াদি লৈখ্রবনি ঃ *করি নুংঙাইবীদবা লৈগে ?* পল্লুবগী

ব্রাথোক ওইরকপা য়াবা য়াম্না নকই। ওন্থোক্লা লুখ্রে মতাঙ অস্বায়সি। মরূপ্তু কবিনো অমা কন্না থিরম্বদগী চঙশিল্লক্লুনা তপ্না ফমথরকই ঃ *উরব্রা ময়ামসে ?* মহাক্তি নোকপা চঙদে। সমস্যা অমনা নম্থরবা তুংদা থোক্লকপা খোন্থোক্লি। ঐদি নোক্লা হংলুই ঃ *উরে। লাইরিক ময়ামসিনা কৈদৌরবা ?* খূদক্তা লাকই মহাক্কী পাউখুমঃ *ঐ হেল্লোয় ওক্লবগা চপ মান্নবে। ভুত-প্রেতকুম্না ঐবু কোয়তান তান্নবা লাইরিক য়াওরী। কান্নদবদা মতম মাঙহনবা লাইরিক কয়াসু য়াওরী। লাইরিক পানি খনবদা থৌরী থিনীংবা হায়দু য়ৌরে। চোঙলম চাদবা লাইরিকশিংসি ঐ পাররোই খল্লে।*

খূদক্লুদা য়েৎনকবা যাদ্রগসু মরূপ ক্রিটিক্লুগী ব্রাহৈদুনা ঐবু ব্রাখল য়াম্না খলহনখি। লিটরেরি ক্রিটিক অমা ওইরগা লাইরিক পানীংদ্রগদি কমদৌনী ? অসিগুম্বা অমা থেংনরে। এ এ সুবোবগী ব্রাহৈ পরেংসি য়াম্না নুংঙাইনা থোকখি ঃ

> Critics have in some cases failed to notice the spark in the younger writers, they have often taken refuge in pandering to the earlier tastes, have sometimes failed to judge literature in their quest for ideology, but the importance of the critics' role remains.
>
> \- *Samvatsar Lectures VII*

অব্রা-নুংঙাই পূল্লবা ঈশৈ অমগুম অশুম তাবম্বদগী খঙহৌদনা অচীকপবু নুংশিবকই। জোহন কীটসকী *Heard melodies are sweet, but those unheard Are sweeter* মখা শমথবকই। পবেংশিং অসি ডিকনষ্ট্রক্ট তৌবা তাবগদি সমালোচকতা ওনশিনবা যাবা অর্থ অমা য়াওবী ঃ *therefore, ye soft pipes, play on* বাশিঁদু পায়খৎপিয়ু। নুংশিনা খোঙ্গৎপিয়ু। অশেঙবনি, হে পুকচেল চাউরবা সমালোচক পূম্নমক। হৌজিক পাঙবীগদবা থৌদাংসিবু করিনো ? হায়বদি হায়নরে ঃ হৌজিকসি ব্রারেংগী মতমনি ঃ সমালোচনাগী যুগনি। শৈরেংবু হন্থনা লৌরুবগী ব্রাফমদি নত্তে। ইরিবা ফোঙলিবা ময়ামসি হেন্না হেন্না নৈনবক্লবা মীৎয়েং অমা থল্লিবনি। অইবা অমবু শক্তাকপা হায়বসি নৈনবা যাওদনদি ওইথোক্তে। নৈনবা হায়বসিগী থব্রায়দি পাবা হায়বসিনি। য়াম্না কৃপ্না পাবা। পাবা হায়বসিসু চাউরাক্লা অনী থোক্লা খায়দোক্লি। ঙাইহাক পোখানবা পাবা নৎত্রগা নৈননবা পাবা। অহানবা মখলসিগী ওইনদি ঐখোয লাইরিক কয়া কয়ারক হন্না পাখ্রে। অনীশুবা অসিগীদমক্তদি কয়া কন্না পানদে। পাবা তারগসু অব্রাবগী মশক্লি। হেন্না ব্রারিবদি পাবা লোইরগা নৈন-নৈননা ইবসিনি। ব্রায় হায়দুনসু নৈনদবা য়াদবনি।

সাহিত্যবু নুংশিজবা ঐখোয় পূম্নমক্কী মাঙদা তাদুনা লৈরীবা সমস্যা অমদি ঐখোয়না নুংশিনা থমজবিবা লাইরিক খরদি ঙসি ফাওবদা পাদ্রিবা অসিনি। পণ্ডিত নেহরুনা হায়বীরম্বা *পাবা ঙমদ্রগসু লাইরিক্লা কোয়শিন্দুনা লৈবসিদি ওম্থোক্লা পেঞ্জে* হায়বদু ক্রিটিক্লদি হায়ফম থোক্তে। লাইরিক হেক ফংবগা মহাক্কীদি *থেঙ্ক য়ু ভেরী মচ* রেডী-মেড অনসারনি। *আই'ম সোরী* হায়রুবদি য়াদবনিনা *নুংঙাইজখ্রে* হায়সিঙায়। হৌজিক্তি মহাকসু লাইরিক্লা কোয়শিন্দুনা লৈরে। খূদোল তম্বীরকপা, ফোঙবা নুমীত্তা য়েন্থোরকপা নৎত্রগা মমল তঙ্খায় তানা ফংহনবীরকপা অমদি থরায়না খোয়দানা লৈজরকপা লাইরিকশিংনা মরোল মরোল রাংবা হেঙ্গৎলকই। *বেটল ওফ বুকস* হায়বদুমক নীংশিংলকই। মখল-মথেল লাইরিকশিংসি ফনা য়াম্লে। করম্বনা হান্না পাসিগে হায়বসিমক অরুবা অমনি। লাইরিক মমীংনা লেপকদ্রা ? অইবগী মমীংনা নৎত্রগা খঙন-চান্নবগী মরীনা লেপকদ্রা ? সমস্যা ঙাক্তনি। খন্না খন্না পাবা হৌবগী মহুত্তা পাদবা হৌই। নোংমা হেক্তা পারগা লোইরে খল্লম্বদুনা পুরকপা নুমীত্তগী চহী ফারক্লবা ফাওবা শোক্তবা য়াওরি। লাইবিক পুশিল্লকপদি নোংমগী কাংদে। অনৌ অনৌবা লাইবিকশিং চথরক্লিবা যৌওংসিনা যানীংদ য়ানীংদ তিনশিনখি। নোংমা ফাদোক সাহিত্যগী মীফমদা থেংনবদা হংলকপা য়াওই ঃ *ঐগীদুবু পাবিবব্রা ?* খূদক্তা খুমদবা য়াদবনি ঃ *পাবেদা, ফনা কুইবে।* করম্বা লাইবিক্লো মমীংদি চপচানা নীংশিংবা থোক্তে। কবিগুম্বা মতমদা অইবা অমগী লাইবিক ফংদ্রিনে হায়দুনা পুবক্লগা ময়ূম য়ৌবগা অতোপ্পা কোপী অনী হান্না লৈরম্বসু য়াওদবা নত্তে। হাযদোকপদা নুংঙাইতবা অচুম্বসি ঐগী মরূপ ক্রিটিক অসিনদি থম্মোয শেংনা হায়দোকই।

মরূপ ক্রিটিকসি মাথা শাফম থোকপা খরদি লৈ। সাহিত্যদা খোঙদারক্লিবা অইবশিংগীদমক অশাঙবা নুংশাম্বব অমা তত্তনা হোনবা মবম লৈ। আশাসু পীনীংবা। পীফমসু থোক্লিবা অদূবু পীফমদি লৈতবা। আশা পীফমদি থেংনদবা। আশা চাউনা পাকুবা লাইরিক কয়ানা মরক মরক্তা জ্ঞান মাঙহনবা ওইথোক্তবা নত্তে। *অস* হায়বসিনা কোক মনূংদা তোয়না খোন্থাং য়ৈরবনিনা তোয়না কোক চীকহল্লি। লাইরিক মশক তাকপা হায়বসি তাক্কদবা মশক্তু থিবা ফংদ্রগদি ক্রিটিকসু ফুম্বংনরোইদবগী রা লৈতে। করিনো ইগদবসে ? অশোয়বতনা থল্লবা লাইরিক অমবু করম্না রাংনা থাঙ্গৎতুনা ইগদগে? অইবা অদূনদি যৌবাংনা ঙাইরিবনি। ওম্থোক্লা হৈনীংনা। আশা কয়াগা লোয়ননা। ক্রিটিকসু খঙই ঃ শোয়ফদ্রবা আশা ঙাক্তনি। ক্রিটিক্কি মীত্তা মীশক অনীখক উরকই। অমনা অইবা। মঙোন্দা তত্তনা

হংলিবা নৎত্রগা হংবগুম তৌরিবা ঃ *ওজা, ঐগী লাইরিক্তুবু ?* খুম্লি ঃ *পারে পারে, ওহ্নোক্লা ফজখ্রে। ইথা থাজদনা কবিত্ব-শক্তি ব্রাংনা লৈরমখ্রে।* মসি নৎত্রগনা ঃ *লাইরিক্কী মরমদা ইখিবা কুইরে। প্রেসতা থাখ্রবনিনে। ফজৈ ফজৈ, তোপতোপ্পা মহাও অমা পীবা ঙম্মী।* অসিনচিংবা। মোমোন নোকচৈ অইবা। তৃম্বা য়াদে ক্রিটিক। মরমদি মহাক্কী মীত্তা অতোপ্পা নুপা নৎত্রগা নুপী অমসু উরি। মহাক অদৃদি অপাবা। রিডিং পব্লিক। উনবা খৃদিংগী কমেন্ট পীরি ঃ *লাইরিক নৈনবদু শুম লায়থোরকপগুম্বা অমা তৌরেদা। কৈথেল নংনবা হোৎনরবা জাৎলা ? মফম মরাঙ খঙদবা লাইরিকসু পঙথাদা থাগৎলি। পারুবা কান্দদি টুটেল্লী হোপলেস ! অদৃগুম্বা লাইরিকতুদি পায়খৎলক্কনুনে।* ক্রিটিক মকোক পায়। কোক্তা খৃৎ হাপ্পা হায়দৃ য়ৌশিল্লক্লে মতমগী সাহিত্য সমালোচক।

মতাঙ অসিদা ইংরেজি কবি আলেকজেণ্ডর পোপ নীংশিংলকই। তবানীপালশুবা শতাব্দীগী কবি-অসিগী মতমদা কবি নহা খ্বাঙজেংবা কয়ানা মখৃত্তা কবিতা পায়দুনা পোপ উন্নবা হোৎচিন্নরকখি। মখোয়না ইজবদৃ পাবিনবা, থাগৎপিনবা নৈনবীনবা নৎত্রগা শেমদোক শাদোকপিনবা কৃক কৃক ইন্ননা লাকখি। ময়ামদৃ হোৎনবদা পোপ ককঙাওনখি। কনাগুম্বগী শৈরেং অমা য়াদ্রে ফজদ্রে হায়রুরগদি কবি নহাদৃ মমীৎ ঙাঙনা অঙাওবগা পাঙ্খক ওইনা ফুক্‌ হৌগৎলকখি। পোপনদি হায়জৈ ঃ চহী মাপনদি নঙগী খৃৎইসি নমশিন্দুনা থমখো ! মদৃদা নুপাদুনা লাউরকখি ঃ *Nine years !* মদৃদদি পোপসু থাখি ঃ *Sir, let me see your works and you no more '* মাগী মালি জোহনদা থোঙ লোনশিল্লু য়াথং তৌখি ঃ *Shut, shut the door, good John/Tie up the knocker, Say I'm sick, I'm/dead* নোক্লীংই অদৃবু ঙক্লীংঙাইদি ওইদে।

মসিনা অতোপ্পা ব্রারীনি। ইরিবশিং অসিসু ইচম চম্না হেক্তা ইবকপদি নত্তে। পৃক্লীংদা চাউনা ফাওরকপা ঈথিল নৎত্রগা থৌইনশিন অমা য়াওদনদি কবিবু ইগনি ? অইবা খৃদিংগী লেটরেরি কেনন লৈ। পান্দম লৈ। মীৎয়েং, আশা অমদি শীংনবা লৈ। মদৃ ফংনবা থম্মোয়গী খোঙচৎ অমনি - ইবা। অহীং কয়া তৃম্বা নত্তে। তাইবংপালগী অৱা-নুংঙাই পৃন্না কোনশিঞ্জে। অফ-ফত্ত খন্দোক খঞ্জিন তৌই। অৱাৎ-অপা হাপতোক-হাপচিন লেপ্তে। হন্না হন্না ককই। কয়ারক হন্না শিন্দোকই। য়ারদ্রা খল্লি অদৃবু মদৃনসু পেন্দ্রি। খ্বায়দগী ফজবা মওংদা পুথোক্লীংই। লৈকোলদা অমুক চৎ, চীংন্দোলদা অমুক কা, থাবল ফরবা অহীংগী তোবান্দা

অমুক ফম, থাশিগী অহীং কযাদা খাংপোক্কী মরুমদা অমুক লেপ ! ঈরুপ্পীডুঁ ঈশিং মনূংদফাও ভিজন থিরিবনি। ৱার্ডসৱার্থনা নৎত্রগা কবি চাউবনা হায়রম্বগী ৱা ঙাকসু নত্তে। ইরিডুঁ মতমদদি মীওইবসি ঈশ্বরগা উনরিবনি। ৱাবী শারিবনি। ফোঙনবা হোৎনবনা হিমালয কাবা !

অসিগুম্বা অইবশিংগী নৈননবা থৌদাং লৌবীবা সমালোচকশিংদি মাথা শারগসু য়াম্না চেকশিনবা তাবনি। হীবম অমগী দোষ-গুণবু ৱাহৈগী পাম্বৈনা মীয়ামদা খঙহনবা হায়বসিসু তরাইবা থবক্তি নত্তে। যাম্নমক খঙবা, পাবা, নৈনবা, অচুম-অরান খন্দোকপা, খল ওনবা পূম্নমকসিগী মথক্তা হেন্না খন্থবা ঙম্বা, ফোঙদোকপা হৈবা, পুক্নীংদা ফাওবা ঙম্বা অসিসু সমালোচক অমগী চেন্দবা য়াদ্রবা মগুণ ঙাক্তনি। ইংবেজিদা হাযবগনা ইনর্ফোমেসন, নোলেজ অমদি ৱীজডম অহুম্মক ক্রিটিক অমদা লৈগদবনি। লৌশিং ওইগদবা লংলা লংজিন কাঙবা হায়বসিসু নৈনরিবা মীশক অমগীদি মতীক মঙাক্কনি। অতোপ্পা অমনা কমনসেন্স ফজনা ঙাক-শেনবা, মদূগী মনূংদা মচিং-মশোন নাইদবা, মীচঙ-সঙ্গ খায়দবা, লমন খুম্বদা ঙামথদবা, ঈং-তপ্পা, স্তেবল মাইন্দ চেনবা পূম্নমকসি ৱাৎলগদি নৈনরীবা হীরমদু কাংখোঙ নাম্থোক্লবা দোলাইগি পাঙ্খক ওইরক্কনি। ফজদববু স্বর্গদা থাঙ্গৎপা নৎত্রগা ফজববু নোরোক্তা হুন্থবা হায়বসিনা অপাবশিংগী থম্মোয়বু শোকহল্লি, চমম্নহল্লি অমদি লান্না লমজীংই। কনাগুম্বা খরদি ক্রিটিক্কী মত মতূংইন্না পাবা নৎত্রগা পাদবা লেপ্লিবনি। অসিগুম্বা ফীবমদা কুইনা নমথদুনা থম্বীখি- কীটস, শেলী, হার্ডি, এলিয়ট অমদি লোবেন্স। খূদম খরদংগী ৱানি। চুমদবা ক্রিটিসিজম্না মরম ওইদুনা কীটস, শেলী মতম কুইনা মীয়াম্না পাবিখিদে। ক্রিটিক অমনা চুম্না বিচার তৌবীরকপদগী মীয়াম্না পূক্নীং চিংশিন্নরকখি। ক্রিটিসিজম্না মরম ওইদুনা *জুড ড ওবস্ক্যর* গী মতূংদগীদি হার্ডি উপন্যাস ইবা তোকখি। ক্রিটিসিজম্না মরম ওইদুনা লোবেন্সকী উপন্যাস কয়া মৈ থাখি ; মহাক্কী অরোয়বা উপন্যাস *লেডী চেটবলীস লভব* মহাক্না হিংলিডুঁ মতমদা অমূক হন্না ফোঙহনখিদে। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর ফাওবা সমস্যা অসি মায়োক্নখি। অইবা কয়ানা হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংবিরিডুঁ চৈরক্তা সাহিত্যগী নোবেল প্রাইজ (১৯১৩) ফংখিবনি। নৌনা মগুণ লেপ্লবা মীৎয়েংদা চঙশিন্নবকখি। চুম্না বিচার তৌবীদবা নৎত্রগা লৌখৎপীরক্তবা হায়বসি নৌরিবা অইবগীদি অভিশাপকী মশক্নি। হৌজিক পৃথিবীগী সমালোচনা পূম্বা ঙাওচৎনরি। ক্রিটিক পূম্বা মানা মানা থোকপা ভাষন পীনবা, পঙলাউদা লাউনবা অদূগা খেন্নরিবা মতশিংদুনা পুথোক্লবা ঙম্নদবগী থাক্তা হাইগৎলক্নি। মণিপুরী

সাহিত্যদসু অদূ মঙায়। খরা খরা লৌখৎপা হৌরে । অয়াম্বনদি লৈখাদা লৈরী। কনানা লৌখৎপীগনি ? লৈতে ক্রিটিক্লা নত্তনদি।

ইজরিবা খরসি বাইটর ভরসংস ক্রিটিক নত্তে ; অনীমক্তা হায়জবনি। ইমালোন সাহিত্যনা চাওখৎপা পামজবা অমগী লাইনীংনি। মণিপুরী সাহিত্যনা পৃথিবীগী সাহিত্যগী ঈচেল্লক্তা তিল্লক্কুনা মতীক চাবা ফিদা অমা ফংবদু পূম্নমক্লা ঙাইনরি। পান্দম অসিগীদমক ঐখোয়না তৌগদবসি য়াম্না লৈরী। হৌজিক লমথাবদা ঙায়রী। চৎকদবা য়াম্না ৱাৎলি। ঐখোয়গী অইবসু ক্রিটিকশিংসু মগুণ লৈনা চোংথোকহন্নীংই। অনৌবা চাংয়েংসু মীগী সাহিত্যসু নৈনহন্নীংই। পুথোক্কদৌরিবা সাহিত্যগী খূদোলদু মীয়াম মাঙদা চাং তাদবা, চঙ চঙ লাউবা, সমাজ মীয়ামগী নুং-পাল অনীমক্কী পুন্সিদা চন্নফম লৈরবা মচল অমা ওইরব্রা হায়বদুসু খন্থবা মতম ওইরে। মমল লৈবা পোৎশক্তি মতমগী চাংয়েংদা অদূম্মক হিংদুনা লৈগনি। ক্রিটিক্লা সাহিত্যগী মপুন্সি শাংনা হিংহনবা ঙমগদবা নত্তে। মসিদি সাহিত্যগী পোথোক অদূমক্লা লেপচগদবা লাইবক্নি। অমরোমদা ক্রিটিসিজম খণ্ডন-চান্নবা খরখক্কি ইণ্ডষ্ট্রি ওইহনবা চুমদে । সাহিত্য হায়বসি তপ্না-তপ্না খূজিনহনগদবা লম্বী নত্তে। ঐখোয়গী লোনখক্তদা পাত্র ওইনা মখূম খুমজিন্দুনা, মনিল চৎহন্দনা থমগদবা পোৎশকসুং নত্তে। মসি ৱাহং হংবা য়াদবা মফম অমসু নত্তে। সাহিত্যদি মীওইবা জাতিগী মরলনি। তাইবঙ শীন্থুংনা ফাওনহন্নবা, শম্নহন্নবা পান্দমদা চঙশিনবা তাবনি। মণিপুরী সাহিত্য মতমগী খোঙথাঙদগী শোথহৌবা য়াদ্রে। ঐখোয়গী সাহিত্যগী কুমদমখোল তাখ্রে। শোয়ররোই কুমগী নোং। খূৎশেমগী লৈকংলাসিগী মায়োক্তা অফবা সাহিত্যদি কুমদমগী মশক্নি।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ


১। ৱারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২। Cue'llar, J P de (ed), *Our Creative Diversity*, UNESCO, 1996, Paris

৩। Suroor, A.A. *Has Literature Failed*, Sahitya Akademi, 1992, New Delhi

# কবি ইরাবত

*ঐদৌনা মী কয়ানা*
*অসিগুম্বা মংসি মংলিগবা*
*চেকপল মনুংদা !*

চাউরবা পুন্সিগী ৱাহংনি। *হোল্লিবা স্বরদা মী মকুপ, থক্লিবা ঈশিংদা ঈ মরিক* কুম্মা তেনখ্রবা পরেং খরসিদা অমম্বদা নোংথাঙগুম্মা ঙান্থোকহল্লি লীক্লাংগুম্মা চাইরিবা সংসার মচেৎ, ৱাখল মচেৎ। ঙমখৈতনা থল্লবা কৈশুমশঙগী লন্নাই য়েংনবগী খূরবা মীৎয়েং, মীওৎ-মীনৈ অমদি নীংতম্বা ফংদ্রবা মপোক্কী অফা-অপুন্নবা, নাইতোম নুংশাম্বর, শুপ্নম নীতিদা খাঙঙমদবা মীওইবগী ইতিহাস, মদূবু কোকহনগে খন্না শাগৎলিবা থাজবনা থল্লবা থৌরাং, হনবা নাইদ্রবা চেৎলবা ফিরেপসি লৌরীবা মশাগী পুন্সিবু অদূগা অমুক্কা কখোকপগী থৌনা ৱাৎলবা, পুক্নীং হল্লবা মীয়াম্বু চিংনবা খঞ্জান্নবগী ৱাখল মূর্তি কয়া চোংথোরকই মথং মথং। য়াম্মা হেন্না পাকথোক শন্দোকপা য়ারী ঃ কবিগী ওইরম্বা য়াবা পুক্নীং ইহুলবু সবজেক্টিভ ওইনা ; মনূং অমসুং মপান্দগী পীরকপা ঈতিহাসকী শাফুশিংগী ওবজেক্টিভ রিয়েলিটিগী যূম্ফমদা, নৎত্রগা ৱাফোংদোক্কী শরুক্তা ঃ পবেংশিংগী শাহৌ খোঙচত্তা, ৱাহৈশিংদা, খরা হেন্না খন্থবা ঙম্লবা কনাগুম্বনা নৎত্রগা হকথেংননা থেংনহৌবা অহল-লমন্না তোঙান তোঙানবা ভাব অর্থদা পুথোরকপগী ঙক্লীংঙাই করিসু লৈতে। লৌখৎচরিবসি ইরাবতকী *মং অমা* হায়বা শৈরেংগী শুপ্নতগী লোইশিল্লকপা পরেং অহুমগী মতাঙদনি। লাইরিক অমগীদি লায়রদনা শৈরেং অমগীমকসু হৌদ্রি। মসিনি ফজবা শৈরেংগী মগুণ । নৈনবা লোইবদি ওইথোক্তবনি।

অসিগুম্বা শৈরেং কয়ানা মপূং ফানা লৈতেংলবা ইরাবতকী *ইমাগী পুজা* নি। হন্না হন্না পারা পারগা পেনবা নাইদবা, অহোয়নদুম লাঙতক্লবা হেনগৎলকপা ৱাহৈগী হেনজিনবা নত্তে। পরেং খূদিং কবিগী শক্তম ওইনা শং শং উবনরা ; পুক্নীংদা পীররীবা ঈথিলদা মসিনা মরোয়রে হায়বা পঙ্খে লেপ্পা লুনা থোকই। অদূবু তত্তনা ফাওই, ঃ মগুণ কয়াগী মনূংদা তরং তরং মশক থোক্লা চোংথোরক্লিবা

মগুণ অমদি ৱাখল মূর্তি কয়া শাগোন্ননা হংলিবা ৱাহংশিংসিনি। ৱাহং খূদিংনা মীওই মপোক্কী *অৱাবা অহিংগী অমম্বা* কোকহন্নবা পান্দমদা স্বয়ং ওইনা লেপ্পরীবা অসিদি। নৈনজরিবসি মীৎয়েং অসিমত্তং কাঙথোকচবা হায়বদুনি।

সাহিত্যনা পুন্সিগী ৱাহং হংই। ৱাহং হংলিবা সাহিত্য ফজবা সাহিত্যনি। ৱাহংগী অতোপ্পা অর্থদি সমস্যানি। ঙসিগী তাইবঙ, ঙসিগী পুন্সি অমদি পূক্নীংগী নিকুঞ্জবন ৱাহংতনা থল্লি। সমাজ , রাজনীতি, অর্থনীতি, ধর্ম্মনীতি অদূগা মীওইবগী মপোক ; নুংশিবা, থাজবা, থাক খেন্নবা পূম্নমক ৱাহংগী ৱাহং ঙাক্তনি। সাহিত্যনা সমাজ অমদি পুন্সিগী সমস্যাশিংদা মনূং হনজিন্না চঙশিন্দুনা লুর-লুরবা ৱাহং কয়া অফোংবা তাইবঙদা পুথোরকই। অচম্বা ৱাহং নত্তে । পাউখুমগীদমক হংবসু নৎত্রি। হংদবা য়াদবগী হংলিবনি। পাউখুম ফংদ্রবসু পান্দম লৈনা হংলকপা ফজরবা ৱাহং ঙাক্তনি। ফজবা ৱাহং হায়বসিদা থৌনা ফনা হংলকপা হংহন্নীংদবা ৱাহংগী ভাব অমা য়াওরী। হংহন্নীংদ্রিবসি অপান্ননা পূক্নীং নাবা মীওইশিংগী ৱানি। মসিমক্না অখঙ-অহৈশিংনা হায় ঃ *Literature asks the right questions, sometimes inconvenient to us It is good literature* অদুগা ঐখোযগী যুগ অসিবু *Age of the master-spirit of serious questioning* হায়না কৌবসু থেংনৈ।

হিজম ইরাবতকী *ইমাগী পুজা* অসিগুম্বা ৱাহংতনা থল্লি। চেনা খূদিং, শৈবেং খূদিং, পবেং খূদিং ৱাহংগী ৱাহং ঙাক্তা নৎত্রগসু লামায় হুম্ফুতরুক্কী শৈরেং নিফুমাপলসিদা ৱাহং চামা তরা হেন্নদি হংলি। থম্মোয় চাংজৌ পানা ঈহৌরকপা ঈচেলনি ; ৱাহংগীদমক হংবা ৱাহং নত্তে। কেজ পেন্থুর অমগুম ঙমখৈগী অফা অপূন্নবা, ময়ামগী অমদি দেশপ্রেমগী ঈথিলদা তপথবা ঙল্লক্তবা, মাঙদা তারিবা থৌদাং উপায় লৈতবগী, নীংবা কায়বা অমদি খোযরাং খোয়শাওনবগী নুংহিক্লবা মপাউনা মথন্নতা ৱাহংগী শক্লোন লৌখিবনি। অসিগুম্বা পূক্নীংদা চৈথেং ফংখিবা শৈরেংদি কৈদৌঙৈদসু তয়াং তয়াংদে।

চৈথেংদুদি কবিনো ? *ইমাগী পুজা* জেলদা ইখিবা লাইরিকনি। কবি মশামক্না ইরম্মী ঃ *ইমাগী পুজা* (১৯৪২-৪৩), *শ্রীহট্ট জেলদা বেঙ্গলগী*। কবিগী কৈশুমশঙদা ? মরমদম-মীয়াম্বু নুংশিবগী । মীয়ামগী অৱাবা কোক্লবা হাযজবদা মাঙজিন থারুবগী । সমাজগী খরা হেন্না হিংবগী পোৎলূম পুবিবা মণিপুব মীয়ামগীদমক মায়রোঙ য়ানা লেপ্পুবগী । শরা শনখ্রবা ১৯৩৯ ডিসেম্বর ১২,

নুপী লানগী মতাঙদা থম্মোয় খোনবা ৱাহে কয়া নীংতম্না ঙাঙলুবগী। ৱারৌরবা পূক্নীংগী লোইবা নাইদ্রবা ৱাহং কয়াগী য়ুম্ফম ঙাক্তনি। মরমদি মহাক্কী ৱাখলদা *উরি তত্তনা/চুমদবনা নৈবা কয়া কয়া/অচুম্বগী শাগল হিকথরে/ চুমদবনা মফম শিনখ্রে/মিং তাংশিন্না, না পংশিন্না/অচুম্বা কয়া নমহৎতুনা-/ওইহল্লি য়োল্লিংনা সনা/দাননি জেল খানানা* (লা:৬৪)।

চহী অহুমগী শাংলবা মিয়াদ ! কবিগী লাইবক্কী অতিয়াদা খ্বায়দগী নোংদমথীবা তাঙ্ককনি। ইমাগী পুজাগী শরুক অমা ওইনা পামজবদি ফজরবা তাইবঙপালদা মীওইবলক্তা হিংজবনি । তাইবঙগী মীনম-শোরিবা কয়াবু মকোকথক্তা হাপচদুনা হিংনা হিংনা হিংবগী হৈনীংবা পোক্ত্রবা ৱারবা মীয়ামগী নুংশিবা অমদি থাজবদা হিংদুনা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্ননবা উপায় অমা থিজবদুনি। অদূবু ফাজিন্দুনা থম্বিরে। থৱায় শোক্লা লাউদনীঙাই করি লৈ *লাইবকথিবা মীনাইগী জাৎ* (লাঃ ৪৬)। চায় চাফম খঙদা, তৃম্মী তৃম্ফম খঙদা । মহাক্তনা তারকই শরূনা নোকপা *চেঙ পিয়ু, খুজোক অমক্তং* (লাঃ ৪৫)। মহাক্তনা নীংশিংলকই - *ঐগী হেমোদো - মশক্লা থিরিবা মুবনা মুরিবা / ... চৈ চাবতনা শরুক ওইরবা/ চৈরগা কপ্পতনা মথৌদাং ওইবা/... চৈ চাবগী মতিক চাবা মনিং থুংখিদ্রবা/... জেলগী থোংজিন মপান্দা লেপ্লগা / ঐবু য়েংলগা লৈথোক্তুনা/মমিৎ ইরা চেন্দুনা চৎখিবা/হন্না হন্না য়েংদুনা হনখিবা/ঐগী শকথিবা অমুবা হেমোদো* (লা ঃ ৫৮-৫৯)। পিরাংনা চান্নবা ময়েক ঙাক্তনি। অসিগুম্লবা তেংথা-নাহেখোলসিনা পামজনা থল্লবা জিবন সঙ্গীত ওইরে। কবি কনানা শকই : *When the music sounds all that I was I am now* ! কবিসু লেপ্তুনা তারী ঃ *মখোয়সু নুংথং মখোল লেপত্রি/অতিয়াগী অঙাংবনা য়াওরকপদা/মখুৎনা লাইবক্তগী হুমাং তৈথোক্কনি/... ওইদা শাজৈ, য়েত্তা লাঙ্গোল/... নুংশানা অমুক ইরুজগনি/ নোংদা অমুক হুমাং ঙানগনি /তিন্‌ফা কাকফৈনা য়াওন্নগনি/তুমিং কাংনা শাগোন্নগনি/নুমিংনা হন্না য়েংলম্লগা হনখিবদা/মখোং তিংথোক্কনি মাঙ্গোন্দা/ মপুক শিংপতনা শরুক ওইবা/শেগাইবা ফিতনা ফিথুং ওইবা (লাঃ ২২-২৩)*। হেন্না ময়েক শেংনা উরকই কারখানাদা ঃ *মখোয়গী পুঙ্গিদা লৈকাং চুরে/ ... মখোন ফাইরে চাদবনা/... উফুন্না ৱাওরবা পুঙ্গি/পুঙ্গি লক্ষা লক্ষাগী মরক্তা / ঙৌরোক ঙৌবা পুঙ্গি অমা (লাঃ ৫২)।*

পুঙ্গি কেম্বমখৈ শুনা শুনা চাকথুং-ফিথুংদ্রবা লৌমী-শিন্মী মীয়ামগীদমক

ৱাখিবা থম্মোয়ময়েক শেংলে। শুদবা মী খরনা শুরী-নোম্লিবা মীয়ামগী পুন্সি মন্দিরদা চঙদুনা লূত তৌবগী লোঞ্চৎ মহাক্কী সাহিত্যনা মায়খুম হাংলে। মতাঙ অসিদা *Literature makes man aware of the need of a social change* খৃদম পীরে। মরমদি ইরাবতনা মীয়ামদা মশাগী অকংবা শৰু পোলাংদু উহল্লে। মখোয়গী পুন্সিনা করিগীদমক লূপথরক্লিবা মরম পীরে। অওনবা অমগী তঙাইফদবা ঈথিল পীরে। অখঙ অহৈশিংগী ৱাহৈদা ঃ

> The poet has not merely his cross to carry, but the crosses of his generation, not his sorrow alone but the sorrows of all suffering humanity. The way he carries his cross enables others to carry theirs.
>
> - A A Suroor

ইরাবতগী শৈরেংমক্তদা য়াম্না চূশিন্নবা থেংনৈ। মতমগী সাহিত্যগী মতীক থোকপা মশেক মঙালনি।

অদৃগা অমনা, ইমাগী পুজা। কবিনা খঙজৈ মহাক্কী থম্মোয়দি লৈদগীসু হেন্না থোৎলি অদূবু ... *নৌরবা পুকচেলসি/নুংগী পল ৱাংনা খাগনি/নুংতনা য়ৈদুনা চনগনি/নুংগী নুং ওলহনগনি* (লা ঃ ৪০-৪১)। হঞ্জিন-হঞ্জিনবা চৈথেং কয়াসিনা কবিগী থম্মোয় মৈ ঈক্লে; অগ্নি পরীক্ষা পাঙলে। অদূবু অশেঙবা তাইবঙদা উবদি ফংদ্রে। চহী ফানা কায়নরবা, থাবুম কয়া মপাউ ফংদ্রবা নুংশিরবী মাতৃভূমি, দেশবাসি উনীংবনা লৈতাবা ঙমদ্রে। অলেকজেন্দর সেলর্কাককুম উচেক ওইনা পাইনীংলক্লেঃ *উচেকমক্তা ওইরম্মবসু/পাইদুনা যেংলমগনি অমুক্তসু/ ঐগী নুংশিরবী মাতৃভূমি/ঐগী নুংশিরবা দেশবাসী* (লা: ৫৬)। উপায়দি লৈতে। উচেক ওইরম্লবসু পোনগী চেক্লানি। ৱাখলগী নীংতম্বা নত্তনা লম্বী লৈতে। নুংগী ওইবা ভাবনা ইমাগী মূর্তি শাগৎচরে ঃ *য়েকই রূপ পুন্নমক ৱাখল লাইয়ুমদা/ নুংশিবী ঐগী জন্মভূমি/ইমাগী হেন্না ফজবা মূর্তি* (লাঃ ৩৯)।

কল্পনাগী জগত্তা ওইথোক্তবা করিসু লৈতে। থাপ্ল-থাপ্লগা ময়েক শেংলক্লেঃ মমা মশক মাঙখ্রবা মচাগী মঙলান্দা মচা মাঙখ্রবী মমানা লাক্লি। অশোকপা মচাগী মনাক্তা মমাগী থম্মোয়দি লেঙদনা লৈ। থূপ্লবা থম্মোয়গী মেরুদণ্ডদা মঙলান্না আশাগা উনরীঃ *ইমা* হায়বা মীঙ্গৌদা খুন্নরী *ইমাগী ইবুঙো, ইমা লৈ ।* থীরবা লাইবক্তা হন্না হন্না চুপ্পীরি। কৌবগী পেনবা নাইদবা ইমা মীঙ্গৌ লেপ্তুনা খৎলমই

লৈয়েংনা। থম্মোয় লাইয়ূমদা যেকচহৌই কোক্তবা মচুনা। *ফজরবী শক্তম, স্বর্গগী লাইরেম্বী* ; অমুক্না *থৌজাল মূর্তি* অদুগা অমুক্না *দেবী* ওইনা ঃ *শম পুনশিল্লু দেবী/ইফা ফাবিবদো/ডিসেম্বর ১২ অমা হৌখ্রে/ডিসেম্বর ১২ অমা লাক্লে/ কাউরবরা? থাজব্রা শম পুনগনি হায়বা* (লাঃ ৮৯)।

ইমাগী মূর্তি মৈতে নুপীগী শক্তম ওইনা চোংথোরক্লে। মীনুংশি অমসুং অখাঙ কনবগী তূংনফম ওইনা ওৎপীবগী চৈথেং ফংলবী নুপীগী নুংশুক-নুংজান্নবা থাদোক্তুনা ডিসেম্বর ১২ (নুপী লান) কয়াগী শেম শানবা পাউজেল্লি। নমথদুনা থম্বগী চৈথেং ফংলবা কবিনা পাপ কয়াগী শাইওনগুম্না পুন্সিচূপ্লা নমথদুনা থম্বীববা নুপীগী চহীচা কয়াগী অৱাবা উরকই। ফাদোক্কী লম্বীদা লৈচিন-নোংফাইনা কুপ্লবা শিলংবু চিন্তানা কুপ্লবী মৈতে নুপী ওইনা কল্পনা তৌই। কবিগী শৈরেং ৱাহংতগী শক্লোন লৌরকইঃ *নুপীবু থল্লিগদ্রা পোনগী উচেক্কুম ইমুংতদা?/চাক লুখাক খরদংতং চারগা/মীনাইগুম্না থবক পূম্নমক তৌখিগদ্রা?/খজিক্তং শোয়বদা মীচৈ তাদুনা খাংলিগদ্রা?/শা-শনগুম চৈজা নম্বোনবিদ্রা?/নুপী লোনবগী মৈরক্তা চংদুনা/খাংঙমদবা অৱাবা কয়া খাংলিদ্রা?/নুপানা থাউ পক্লিডৈ হন্না য়েংদবা/ কোক্লগা লুনা তৌসিন্নদুনা লৈরিদ্রা?/নুপাগী ওৎপা নৈবা খাংননবা/মপাম চৎপদা আইন্না ফারিগদ্রা?/মীনাইগুম্না মমল হনবা তারিগদ্রা* (লাঃ ৩৩) ?

ৱাহংগী ফজবা ময়েক শেংলক্লে । ৱাহংশিং অসিনা পাউখুমগী দবকাব লৈহন্দনা সমাজ অমগী নুপীগী থাক অমসুং অৱাবা শক্তম শেংনা য়েক্লে। নুপীগী অপূনবগী শক্তি, ঙাকপীবা ঙম্বগী মগুণ অমদি হনবা নাইদ্রবা থৌনা-লিংজেলদা ইরাবতনা কোক নোল্লি। ৱাংনা শকখি অচুম্বগী জয়ধবনি। ইমা মশক খঙলব্রা? মহাক্লা হংখি। মহাক্লা থাজে, ইমা মশক খঙবা হায়বদি ইমাগী অৱাবা শকখঙবা হায়বনি। ইমাগী অৱাবা খঙদবা, অৱাবদুবু কোক্লবা হোৎনদবা কনানা ইমাবু শকখঙই হায়বদি য়ানীংদে। মহাক্লা মসিমসু উখিঃ নুপীগী শক্তম্না মমী শাল্লিমখে সমাজগী শক্তমসু ময়েক শেংলোই মরমদি সমাজদুদা ইমাগী ওইফম থোকপা মশক মাঙলে। কবিগী থম্মোয় লাইয়ূমদা ইমাগী মূর্তি না লাক্ত্রবদা অরেম্বনি ইমাগী পুজাদি। অদুবু অরেম্বা মঙলান্দি ওইহন্নীংদে। ইমাগী পুজা অসিতনা কবিগী পূক্নীং চোইথোকহন্দে। থৌদাংগী পোরম ময়েক শেংহল্লি। থৌজালগী ৱাংলবা আর্দশ অমনা ঙাক্লৌ ওইরি। মরম অসিমক্তনা পোকচমনগী লমন তোন্দুনা লৈরবা ইমাগী পুজাসিদা কবিনা পামজবা মীওৎ-মীনৈ কোক্লবা সমাজগা নুপীগী অৱাবা কোকপগা অমত্তা ওইনা পুল্লরীঃ *করম্বা নুংশিৎ নুংশা ফবা নুমিত্তা/মরাইবক্তগী*

*লৈচিল তাকখিদুনা / নিংথীবা মিনোক্তা লোযননা নিংথীবা / থাইনা থাইনগী লৈপাক উগবা (লাঃ ৩৩)।*

মসিনি কবি ইবাবত। মসিনি মহাক্কী শৈবেংগী শিংলি। মসিনি মহাক্কী তাইবঙখোনবা ব্রাহং। মহাক্কী শৈবেং খৃদিংমক লাওনা হাংদোক্লিবা কবিগী থম্মোযবু অঙকপা ফংনা যেংফম ওইবিবা থোঙনাও ঙাক্তনি। মীওইবা ওইনা পোক্লুবগী হিংদবদি যাদ্রবা, হিংবগী চৈথেংদদি লূপথবক্লবা, চাকথুং-ফিথুংদ্রবশিংগী থম্মোযগী থোঙজিন্দা লেপ্লবগনি মহাক্কী শৈবেংনা ব্রাকচিংগী নোংহৌগুম। মবমদি কবিগী পাউজেলসিনা মীওইবা হাযবা ব্রাহৈসিদা অনৌবা অর্থ অমা লেপ্তুনা পীবি। অর্থ অসি ছাত্র মচাশিংগীদমক্তা অতম্লনা ইখিবা মহাক্কী *শিন্দম শৈবেং* গী লামায কযাদসু লিক্লু পবেংগুম চাইবি। মীওইবগী পুন্সি মান্দ্রবা মপোক কযাগী মফমদা মখোযগী সমস্যা খঙনা চঙলকখিবা, মখোযগী মাযথোঙদা অনৌবা মীনোকপু অযুক্কী মেঙলবা মঙালগুম যেক্লবা হোৎনখিবা মণিপুবী সাহিত্যগী কবিবত্ন ইবাবতনি। মীওইপোক মবক্তা মাযথীববা পুন্সি কযা খৌগঙনববা নৃংগুম হিংলি। ইবাবতকী খৃৎইনা তত্তনা ঈঙ্গিত পীবি ঃ পুন্সিগী শৈবেং হাযবসিদি মীওইবা পুন্সিনা কযাবক হন্না লৈখা তাববগে হাযবদু যেংদুনা শীংথাবদু নত্তে। লৈখা তাবা খৃদিং ঙাক্লৌ পীদুনা হৌগৎহনবদা লৈ। হৌগৎপা খৃদিং মশাদা পক্লিবা উফূল, হুমাং অমদি ঈ অদু তৈথোকপিবদা লৈ। মীওইবগী মপোক অসিবু খ্বাযদগী মমল লৈনা লৌদুনা মশাগী পুন্সিদা নুংঙাইজবা অমদি কখোকপদা পেন্থোকচবা ঙম্বা মহাক্কী পুন্সি চাংযেংদগী শৈবেং কযা পোক্লকখিবা, মদৃবু মাঙহন্দনা চেকশিন্না থম্বীবম্বা ইবাবতপু *অনৌবা মণিপুবী শৈবেংগী লময়ানবা* মীঙ্গৌবদা পূক্লীংসিনা কযাদা নুংঙাইজবা। কযাদা চাউথোকচবা।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ


১। ব্রাবেং অসিদা পঞ্জবিবা লাইবিকশিং

২। হিজম ইবাবত, *কেপিটালিজম*, প্রোগ্রেসিব লিটবেবি হাউস, ১৯৮৭ ইম্ফাল

৩। Surooi, A A *Has Literature Failed*, Sahitya Akademi, 1992, New Delhi

# কবি নীলকান্ত

পুন্সী অসি শাগৎলিবনি ৱাহৈ খরা অসিনা
মঙলিবনি মঙ কয়া লোযনাইদবা মীওইবনা
অদুবু মাঙখ্রে ৱাহৈ খরা অসিগী অর্থদি
হৌজিক্কী হিংলিবা পুন্সীদা

- নীলকান্ত, *ৱাহৈগী অর্থ*

ৱার্ডসৱার্থকুম, কীটসকুম, শেলীগুম নীলকান্ত কবিনি। রবীন্দ্রনাথ, জিবান্দ, কমলগুম য়েংলুরগসু নীলকান্ত কবিনি; কবি ওইনা পোক্লকপনি। মণিপুরী সাহিত্যগী ৱাংলবা চীংদোলনি। মঙোন্দগী হেন্না ৱাংবা নৎত্রগা নেম্বা চীংদোল হায়বদুদি মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাসকারশিংগী মীৎযেং ওইবসনু । মহাক্কী ৱাংলবা মঙালগী চীংদোলদগী ঈশিংচাইবীগী মতৌগুম, ঈচেল কযাগী মতৌগুম, ঈথিল কয়াগী হৌরকফম ওইনা চেন্থরক'ই হাযবসিদি চিংননীঙাই লৈত্রে। মহাক্লা ইথিবা মতম অমদি মহাক্কী শৈরেংগী মচল পূন্না য়েংলুরগা মহাকপু *অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী অপোকপা* মীংথোনবা তশেংনমক মতীক চাবা সম্মানর্নি। কবিগী ৱাখল ওন্থোক্লা পাক-চাউখ্রে। যুগ পুবা মঙালগী জগৎ অমনি। শান্তিগী মঙাল থিবগী লোইনাইদ্রবা খোঙচৎনি। পুন্সিগী তীর্থ যাত্রিক অমগী *থম্মোই বীণাদগী* থোরকপা লোইবা নাইদ্রবা, নাইরবোইদবা শুব মখল কয়ানি - *ঈশৈনি লম্বী চৎপগী, আশাগী, লম্মাংনবগী অমসুং পন্থুংফম য়ৌনীংবগী*। (বেক কোভরঃ *তীর্থযাত্রা*)। ভক্তি, প্রেমদা থাজবা কবিগী হৌনশা খোন্থোকসু অঈংবনি, অতপ্পনি। লিবি মালংগী কাযবা যাদ্রবা খোঙহৌনি। ৱাহৈগী মূক্তি তাল্লকপনি। অদূনা কবি মশামক্লা ফোংদোকই ঃ *কবিতা হায়বসি হৌজিক্তি লাউনা হায়বনা পক্লদে। লোন্না নাপদা শোনগদবনি। অদুগা শৈরেং হৈনদবা মীশক্তা শৈরেং পাবীযু হাযবসিমা খক হায়বোইদবনি। ঐনা ইরিবসি করি হাযবিবনো হায়বসি ইশাসু চপ চানা খঙজবা ঙমদে। অদুবু ইরিবা খরা অসিনদি ঐহাক সমাজদা হিংলি হায়বগী প্রমানদি ওইগনি*। (ৱামাঙঃ *চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি*) ।

মতাঙ অসিদা পঞ্জনীংবা অমনা- ফোঙদোকপা নৎত্রগা ফোঙদোক্তবগী ৱাফম্না অমনি নীংবা কায়রবা মীশক অমনা মশাগী হৈনীং-হরাওদবা কয়া

ফাওজবগুম কবিশিংসু মশা মশানা কবিনি হাযবসিদি অদুম্মক খঙজবা পোৎনি। বিসলাৱা সিম্বোসকানা ১৯৯৬ কী নোবেল লেকচবদা পনখি ঃ

*হৌজিক মতমগী কবিশিংদি মশা মশাগী মবমদা থাজগন্দে, ইচিংদা চিংনগল্লি। মখোযদি কবিনি হাযবসি মবাল লঙশিল্লুবগুম, খবদং ইকাযবপ, যানীংদ-যানীংদ ফোঙদোকই।... চহী কযাগী মমাঙদা ঐ ব্রোডসকী মশামক্না উন্নজবগী নুংঙাইবদু ফংখি। ঐনা থেংনখিবা কবি পূম্নমক্কী মনুংদা মশামকপু কবিনি হাযজবদি মহাক্তনি ঐ খঙই। চিংনবা, খঞ্জানবা অমত্তা লৈতনা ৱাফমসি মশামক্না ফোঙদোকই। ইথা থাজদনা মহাক্তি ৱাফমসি নীংতম্না, শীংনবা অমা যাওনা হাযদোকই (ৱান্ড লিটবেচব টুডে, ভোল ৭১)*। সমাজগী নুং পালগী অশেঙবা মশক তাক্কদবা কবিনা মশামক্কি অচুম্বদু ফোংদোকচবদা নীংজিং-মাঙজীংনবা হৌনদে হাযবসি কবিশিংগী থৌনানি। ফোঙদোকখি বিশ্বকবি ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব মশামক। থৌনা অসিমক নীলকান্তদসু লৈখি। মশামক্নসু যাজৈ, মীযাম্নসু খঙই, মহাক কবিনি। মতাঙ অমদা ডা নোংমাইথেম তোম্বীগা উন্নদুনা ৱাবী শাবা অমদসু পনখি ঃ *কবি হাযবদু ওইকববনিনা (ৱাখল*, ডিসেম্বব, ১৯৯৮,লাঃ ৪৫)। কবিগী অহানবা শৈবেংগী লাইবিক্তসু থবাযগী ঈখৌ লাংজবসি খোন্থাং যৌবি ঃ *ওইজগে ঐহাক্তি কবি/ লৈখা তাববগী, ওক্তবশিংগী, নৈহৎপিববশিংগী, পূম্মাং মাঙলবশিংগী।( ওইজগে ঐহাক্তি কবি)*। পান্দম যা ওবে। অদুগা অমুক্না ঃ *থাজকই ঐহাকসি অসুক কুইবসি/ পণ্ডিতনি, কম্মীনি, দেশভক্তনি, কবিনি ( নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী)*। থাজকবদুমক ওইখি ঃ মহাক্তি পূম্নমকর্সিনি। পূম্নমকসিগী মথক্তা তোমথীন ওইখিবনা – কবি।

ফিলোসোফিগী ইন্টেলেক্টচুএল গ্লো যাম্না শেংনা লৈবা নীলকান্তনা শৈবেংগী জগত্তা তহা-তহা চঙশিল্লকপা নত্তে। ৱাবেংনা হান্না খূৎ থাখি। ৱাবেংদসু নীলকান্তগী লেঙনাইদ্রবা মফম অমা চাউনা কন্দুনা লৈ। মহাক্কী অহানবা ৱাবেংগী লাইবিক *অচাইবা লৈ* (১৯৫৭) ফোঙলকঁৈদগী হৌনা নীলকান্তগী কবিত্বগী গুণ অমদি শক্তি মীযামদা শক্তাকখি। *মাধবী* উপন্যাসতা কমলবু কবি ওইনা শকখঙবগুম্বনি। ইংবেজি সাহিত্যদসু বেকন, লেম্ব, ড্রাইডেন, হেজলীট, ৱার্ডসৱার্থ, এডিসন, অবনোল্ডনচিংবগী ৱাবেংশিং নৎত্রগা জোইস, কোনবেড, লোবেন্স অমদি ব্লুম্ফনচিংবগী উপন্যাসশিংদা শৈবেংগী শিংলীনা মপূং ওইনা চেল্লী হাযবসি শেংলবনি। নীলকান্তগী ৱাবেংশিংসি কবিনা ইবা ৱাবেংনি হাযবসি হেক্তমক খঙবা ঙম্মী। মঙোন্দা তোপতোপ্লা মগুণ অমা লৈ ঃ ফজদবা ৱাহৈগী নৎত্রগা পবেংগী চন্নফম মঙোন্দা লৈতে। মহাক অফবা মীশক্কি। অফবা মীদতা

চুম্না ফজবা মীৎয়েং অমসুং নীংথীজবা ৱাহৈগী হৌবকফম অমদি তূংনফম ওইহনবা হায়বসি মহৌশা লাইরেম্বীগী ৱায়েন্নি। কবি নীলকান্তনা য়াম্না তোয়না পনবীরম্মী ঃ *মণিপুরী লোন অসি কদাযফাওবা ফজনা ফোঙদোকপা ঙম্বগে উৎনবা হোৎনজবসি ঐগী পান্দম অমনি ।* অদূনা মহাক্কী *অচাইবা লৈ*গী ৱামাঙ য়ানবদা শেংনা পনবিরম্মী ঃ *রচনা খরসিগী মকুওইবা উদ্দেশ্যদি মত ফোংদোকপা নত্তে। সমস্যা কয়া নৈনবসু নত্তে। পোকচবকপা ৱাখল খবা ফজনা ফোংদোক্লবা, অমুক্কা হেন্না ফজনা ফোংদোক্লবা লাক্লজবনি। শম্না হায়ববদা মৈতৈলোনগী মূক্তিনি ঐহাক্না তাঞ্জবিবদি। য়াববদি ৱাখলগী মূক্তি (ৱাহৈ অমনিদংঃ অচাইবা লৈ)।* মসিদগী ঐখোয়না লংলা-লংজিন ওইনা ফংজবা অমখক লৈ। কবি নীলকান্তদি ফজবা ৱাহৈগী শক্তিদা চপচানা থাজবা লৈ। খ্বায়দগী ফজবা ৱাখল অমদি অচুম্বা মীৎয়েংবু খ্বাযদগী ফজবা ৱাহৈ অমসুং ৱাহৈ পবেংদা যূম্ফম ওইহনবা হায়বসি কবি অসিগী শোয়ফদ্রবা খূত্থানি।

ফজরবা ৱাহৈগী শক্তিদা থাজবা হায়বসিগা শৈরেংগী শক্তিদা থাজবা হায়বসিগা নীলকান্তগী মফমদদি অমত্তনি। য়ামদ্রবদা শৈবেং হায়বর্সিদি খ্বাযদগী ৱাংবা ৱাখলবু ৱাহৈগী ওইথোকপা যানা খ্বায়দগী ৱাংনা ফোঙদোকপা চীংদোলগী মশক্নি । মসিদা কবি অসিগী ক্রিয়েটিব এৱ্রোরনেজ শেংনা লৈরে। অদূবু কন্টেন্সতি ? ফোঙদোক্কদৌবিবা মচল নৎত্রগা থিমদি ? মতাঙ অসিদদি কবি নীলকান্তনা যাম্না কন্না ইখিবা মতমগী সোসিএল বেকগ্রাউণ্ড নৈনদবা য়ারক্তে। কবি অসিগী শৈরেংশিংদা অশুক য়াম্না মহাম তাবকপা পুন্সিগী মূর্তি, অৱাবগী নুংশাস্বর, নাইতোম তারকপা অমদি লম্যাংনরকপগী চৈথেং কয়াগী মমি তাবিবসি করিগীনো? মহাক্না কবি হংখি, করি খুম্নীংখি ?

কবি নীলকান্তনা শৈবেং ইখিবা মতম (১৯৪২-১৯৯৯) অসিমক্তি পৃথিবীগী অচৌবা থৌদোক কযাগী অকনবা ঈথিল মণিপুরদা য়ৌরকখ্রে। মপূংদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতৃংগী মণিপুরী সমাজদি হান্না লৈজরম্বা অরীবা ভেল্যুজ কয়া মরূ ফংনা ফূক্তোরকপগী ককঙাওনরকপা যুগনি। নৌনা চঙশিল্লকখিবা তম্বা ঙমদনা থোং মান্নদ্রবা সমাজিক, রাজনীতিক অমদি অস্তিক অবস্থাগী ফল ওইনা তারকখিবা মীওইবগী লাইবক, শেঞ্জা-থুমজা অমদি খেন্নবগী চৈথেং কয়ানা সধারণ পুন্সিদা তায়ওন্নবা কয়া থোকহল্লরে। লায়রবা, মরম খঙহন্দনা নংথরকপা, উপায় লৈরক্তবা অমদি নীংবা কাযবা, মীয়াম মরক্তা হিংনা হিংনা নাইতোম তাবগী হামচৎনবা অমদি ককঙাওনরকপা কয়াসি হিংবগী ফীবমদা লোইবা নাইদনা

চঙশিল্লকখি। পূম্নমক অসিগী মমি নীলকান্তগী ৱাখলদা চাউনা তাখি। ৱাখলদসু শৈবেং লৈ। ৱাখলগী ইথোক্লিবা শৈবেংবু কল্পনা (Poetic thought imagination) কৌবা যাই । মীওইবলক্তগী খবা হেন্না পুক্নীংদা ফাওগনবা, শোক্কনবা, অদূগা অমুকশু হেন্না আশা তৌগনবা, ৱাখল অমদি পূকচেল চাউথোক্কনবা হাযবসি কবিনা মশাবু অমদি সমাজগী মীযাম্বু শকখঙজনবা মগুণ ঙাক্তনি। কবি কনাসু লৈতাবা ঙমখিদে।

কবি নীলকান্তনা অহানবমক্তদা চিংনখি ঃ মীওইবগী ৱাহৈগী অর্থ মাঙখ্রগদ্রা ? মবমদি মহাক্তি উখি ... *ওইবে পুন্সীসে অহাংবা/অহাংবগী অহাংবা ঙাক্তা মিংতাংবা/ লোম্থোক্তবা অনি লেপমিন্নবদৌনা/ মাঙখ্রে লম্বী নক্নবগী অমতা ওইবগী/থম্মোযগা থম্মোযগা তিন্নবগী (ঙসি বসন্তগী অযুকসিদা)*। খঙহৌদনা অমুকসু খল্লকখি ঃ *অর্থ মাঙখ্রে ৱাহৈগী/ শিনখ্রে অচুম্বদু তৌশিন্নবনা/ থবকপুসু ৱাহৈনা/... কবিতানি ৱাহৈতনা শাগৎপা/ কিন্থখিনি ৱাহৈনা কিন্থখিবদা/... শম্নদ্রবদা ৱাহৈগা অর্থগা/খাইনববদা অনিগী লীপুন/ কবিদি লৈহৌবি ৱাহৈদা মীওইবগী (কবি কান্নবিবগে শৈবেং ইবগী)* ? মীৎ উইশিন্দুনা হন্না হন্না খনখি ঃ *চেন্থবকখি মীওইবগী ৱাহৈনা/নাযেগ্রাগী ঈশিং চাইবীগুম্না/ ৱাহৈনা মথংদা ৱাহৈ/ অদুবু ৱাহৈতনি অচুম্বদি পুবক্তে/ ... হে মীওইবগী থাদোকপা ঙমদ্রবা ৱাহৈ/ হে ফংঙমদ্রবা সত্যগী মঙাল/ নবানিগী তিন্নফমবু কদাযদনো ? / ... মাঙদা লৈবি অচুম্বনা বকুল পাম্বীগুম্না/ অদুগা মীওইবগী ৱাহৈনা কেন্দুনা তাবক্নি/ শিঙ্গাবৈ লৈবাংগুম্না (মঙাল)*। অদূনা ৱাহং হংলম্বতনা কবি অসিগী শৈবেংগী পন্থুংদি নত্তে। মহাক্কীদি ৱাখল অমদি ৱাহং অনীমকসু তীর্থ যাত্রিক ঙাক্তনি। পন্থুং অমদি পাউখুম ফংদনদ্রি লম্মখাঙদা 'খাক লেপকন্দে। অদুনা কবিনা তত্তনা ফোঙদোবকখি ঃ *ৱাহৈগী শক্তীসি হংবতনি/ নহাক্না পীবিবনা পাউখুমনি (বিনোবা ভাবে)*। মতাঙ অসিদা কবিনা শীজিন্নবিবা *নহাক্না* হাযবসি মৌনব্রতবুনি। অদুগা অমুক্কসু হেন্না শেংনা ফোঙদোবকখিঃ... *খঙজবে হৌজিক্তি/ ৱাহৈগী পঙ্খে নাই, ৱাখলবু/ লোংশিল্লি, ফোংদোকপা ঙমদে (ৱাহৈগী পংখৈ)*। অদূবু মসিদা অবোযবা লৈযি চিংশিল্লব্রা? মদূদি নত্তে। কবি নীলকান্তগী শৈবেংগী খোঙচৎতা ফজবিবসি মসিনি। অচুম্বা থিব্রগী খোঙচৎনি। ৱাখলগী হঙ্গৎ-হন্দা কযাগী থেসিস এন্টিথেসিস অনীসিগী সিন্থেসিস পুথোক্লুনা মীওইবগী পুন্সিদা আশাগী খল খক কাযহল্লমদে। অদূনা কাইনথংদা কবিনা তাবকখিঃ *অদূবু ৱাখলসিদি অবানবনি/ মাঙদ্রি কবিতাগী অর্থদি/ ফোংদোকপনি যাৱা পুন্সীসিগী/ খুদম্নি হিংলি হাযবগী/ থাজবা ফোঙদোকপনি।*

*মীওইবগী পুন্সীদা/... থিংঙমদে কবিতাগী ঈচেলদি/ মসিনা চেন্থবি ঈশিং চাইবীগুম্না/ অবেপ্পা লৈতনা লোন্না/ থম্মোয কযাদগী/ শোক্লুনবা থম্মোয কযাবু (কবি কান্নবিবগে শৈবেং ইবগী)*।

অমুক্লা, কবি নীলকান্ত লম্মাংনখিঃ *কবম্না লাইদনো ' হৌদোকমিন্নবকপা মৈহৌবোলগী/ লাইদবা ' থম্মোয পীবীবকপা হিন্দুগী লাইদবা '/ পোখাবা ফংদ্রবা মতমগী লাইদবা '' মাযখুম যাওবিবা/ ভবিষৎকী লাইদবা '' কবম্না লাইদনো (লম্মাংনবা)*। ব্রাহং অসিগী পাউখুমসু হন্না হন্না পীবি মহাক্কী *মণিপুরী, পাখংবা,* অমদি *লাইনিংথৌ সনামহী* মীংথোনবা শৈবেংশিংদা। মতাঙ অমত্তং পঞ্জববদা কবিনা মহাক্কী ব্রাখলগী মঙালদু পুথোবক্লি ঃ *থেংনগনি নহাকপু শোইদনা/ নঙোন্দা চংজবিবা নচাশিংনা/লাইশংদা নত্তে, মূর্তিদা নত্তে/ ব্রাহৈদসু নত্তে, মালেমদসু নত্তে/ ধ্যানগী লকানুংদা/ মশেক ওইনা, অচুম্বা ওইনা/ নহাকপুদি ইবুধৌ সনামহী (লাইনিংথৌ সনামহি)*।

মসিনা কবি নীলকান্তগী শৈবেংগী শক্লোন অমনি। মীওইবনা হংলিবা, হংনীংবা, খুম্লিবা, নৈনবিবা, যেৎনবিবা কযাগী মহুৎ শিন্দুনা অচৌবা সমস্যা কযাগী চাউব-চাউববা বাহং কযানা কবিগী বাখলগী তীর্থ যাত্রাগী খোঙচৎকুম লেপ্পা লোইবা নাইদনা চঙশিল্লি। ইবি বাখলদা লাকপা অবী-অনৌ কযাগী চিঙ্খাইনবা, চযেৎনবা হীবম কযা - মণিপুরগী, ভারতকী, পৃথিবীগী; অমম্বা মপৈগী, মঙালগী, অকিবগী, চিংনবগী, অচুম্বগী জযগী। অযাম্বনা লৌখৎলে - পাখংবা, লাইনিংথৌ সনামহী, শ্রীগৌরাঙ্গ। অদৃবু কবিনা অদুম শেংদোকপিবম্মি ঃ *ঐহাক্কী শৈবেংগী পুন্সি অমসুং মশক লেপচবা ঙমদে। মতমগী কবিনি হাযবীনবা ইজবসু নত্তে। চহী খবসিগী মনুংদা ঐহাক্লা অকোযবদা - ইমা লমদম মণিপুরবু, ভারতপু যেংজকব্দা অমসুং তাইবঙ শেম্বা মপৃগা তত্তনা নিংঙাই তৌনজবদা - থোবকপা খোঞ্জেলদি অমনি। মাইখুম উপ্পা পুন্সিগী তপ্লবা তশেংবা শুব অমনি। পুক্লীংগী ফীবম কযাদগী থোকখিবনি - অবি-অনৌ শোযদনা যাওগনি। (ব্রাহৈ খবদং ঃ তীর্থ যাত্রা)*। রোমান্টিক কবি অমগী মমি তাবা বাহৈনি। শৈবেংদসু অদূ মঙায। নীংতম্না ফোঙদোকপদা শৈবেংগী ঈচেলদগী খক নাথৈখিবা নত্তে। অপাবগী থম্মোযদা খঙহন্নীংবা, ভাব তাহন্নীংবগী লৈখোন অমা যাওবনিনা তক তশেংবা, চমম্নহন্দবা শৈহেক্লা কবি নীলকান্তগী শৈবেংগী নুংশাস্বরনি। ব্রাহৈগী ফজবদা ঈবাৎচবা অসিমক্লা জোহন কীটসকুম্না নীলকান্তসু ফজবগী পুজারীনি। নুংশিবগী মতাঙদদি টি এস এলিযটকা মীৎযেং মান্নবপ চৎলি। নীলকান্তগী নুংশি শৈবেংশিং

*চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি, নীংশিংলিববা মনোবামা, নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী* - নচিংবনা মপানলমদা কবিবু ঙন্না শক্তাকখি। কবি মশামক্না হায ঃ *সিল্লেততদি ঐবু নুংশিবগী কবি হাযনা কৌই। লব পোযাত্রি খবসু ইখি। যান্নসু পোপুলব ওইখি। দান্স ড্রামানচিংবা যান্না শান্নখি হায। চৎলশি কদাইদনো ইবানি হাযবসি মখোযগী নহাবোলশিংনা যান্না পান্নখি* (*ব্লাখল ঃ* ডিসেম্বব, ১৯৯৮)।

কবি নীলকান্তনা খ্বাযদগী পামজবা কবিশিংদি ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব অমদি টি এস এলিযটনি। মহাক্কী অহানবা শৈবেংগী লাইবিক *চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি* (১৯৭১) অসিমক ববীন্দ্রনাথকী মফমদা কখোকইঃ *ঐঙোন্দা/ কবিতাগী মশক তাকপিবকপা/ মহাক্কী শৈবেংবু পাজনিংবদগী/ বাংলা সাহিত্যদা চংজকবা/ বিশ্বকবি/ ববিন্দ্রনাথ ঠাকুবগী মফমদা/ কখোকচবি।* অসুন্না পল্লি। তশেংনমকসু নীলকান্তগী ঈশ্বববু লৈশি-লৈথোনবা শৈবেং অযাম্বদি ববিন্দ্রনাথগী শৈহেক শৈদা চঙই। মপূংদা কবিগী *প্রার্থনা, কাযনবা, থিজবা, অশিবা, বাহং অমতং, বাশি* নচিংবা অতেনবা শৈবেংশিংদা ববীন্দ্রগী ঈথিলসি উবা ফংই। ধর্মগী মাযকৈদা কবিনা চঙজকবা অববিন্দো, বাজনীতিবোমদনা মহাত্মা গান্ধি, জযপ্রকাস নবাযণ অমদি বিনোবা ভাবেনচিংবদগী ভক্তি অমদি অহিংশাগী লম্বী অসি ফংখিবনি।

অতোপ্পা অমনা কবিগী অনীশুবা শৈবেংগী লাইবিক *তীর্থ যাত্রা* (১৯৮৫ ঃ ৮৭ তা সাহিত্য আকাদেমিগী মনা ফংখিবা) অসিদি টি এস এলিযটতা কখোকই। বাবোলদি ঃ *নহাক্কী শৈবেংবু পামজকবদগী/ মতমগী কবিতাগী ঈহৌদা/ ঐহাকপু লুপহনবীখিবা/ চপচানা শক খঙলে হাযবদি/ হাযজবা ঙমদ্রিবা/ নোংচুপকী কাব/ টি এস এলিযটগী মফমদা/ কখোকচবি।* অসুন্না ইবি। থাঙ্গেশেংবদি নীলকান্তগী অশাঙবা শৈবেংশিংদা শাজিন্নবা বাখল মূর্তি শিং অসিগী নমূনা অসিদা এলিযট অমদি হিল্লাবে বেল্লোক্কী ঈথিল নীংথিনা উবা ফংই। শক ১৯৭০ দা যুবোপ্তা কবিনা চযোল তবেৎমুক কোযবগী নুংশাম্ববসু যাওদবা নত্তে। মকওইনা টি এস এলিযটগী *The Love Song of J. Alfred Prufrock* না নীলকান্তগী *চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি, নীংশিংলববা মনোবমা* নচিংবা অশাঙবা শৈবেংশিংগী খোঙচৎ লম্বী যাৎপ শুম তৌই। *তীর্থ যাত্রা* শৈবেং অসিমকসু এলিযটকী *The Waste Land* গী খোঙতৌ খোঙচৎ মান্ননা উবি। এলিযটকী শৈবেংগা কযাৎ ওইবিবা বাখল মূর্তিশিংগী মপৈ অসিমক্তি মহাক্কি শৈবেংগী থীওবি *Objective correlative* হাযবদু পানশিন্দুনা ইবনি। থীওবি অসিনা হাযবি ঃ

The only way of expressing emotion in the form of art is by

finding an 'objective correlative' in other words, a set of object, a situation, a chain of events which shall be the formula of that particular emotion and which will evoke the same emotion from the reader.

- *Hamlet and His Problems*

ফোর্মুলা অসি কবি নীলকান্তনা মায় পাক্লা শীজিন্নবা ঙমখি। খুদম ওইনা ঃ *লাম্বোক্লুই আটলান্তিক মহাসাগর/পোখারুই ট্রোয় লমদমগী হেলেনগা লোইননা/কৌব্রুচীংগী চীংদোন্দা লেপ্পুনা যেংলুই ইতিহাসতা মণিপূরগী/ কোইমিন্নরুই পাখংবগা গুরুগী ফাংখোঙ/ ফম্লুই কিয়াম্বা নিংথৌগী সভাদা মাংমিন্নরুই সন্ধ্যাদা লাংগোন লুখোইগা জগোই শারম্মী শিজ লাইরোইবীগা... (নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী)* কূপ্না নৈননীংঙাই ওই।

বিশ্বকবিগুম কবি নীলকান্তগী অহানবা অমদি অরোয়বা পান্দমদি ঈশৈ শকপনি। কবি অসিগী লৈখিদ্রবা মতূং ফোঙলকপা *পূক্লিং লৈকোল অথুপ্পদা* (২০০০) শৈরেংগী লাইরিক্তসু আধ্যাত্মীক্কী ওইবা ঈশৈ শকখি। ফনা য়াম্না মহাম তারবা পুন্সি শক্লোন্না কূপ্পুনসু মীওইবা মপোকপু থম্মোয় খোন্না নুংশিজবা অসিমক্লা কবিনা ঈশৈ শকখি। লোইবা নাইদনা, লাঙতক্লনা অমদি নুংহিক্লনা। মীওইববু নুংশিজবা, মীওইবগী সেবা হাযবসিদা কবিগী ঈশ্বরদা থমজবা ভক্তি-প্রেমগী ঈহৌদু পাথোক্লা চেন্থরকখি। অসিগুম্বা ঈশৈগী মগুণ অসিমক্তনা কবি নীলকান্ত যুগকী কবি কয়াগী মরক্তা ফমফম চাউনা কন্দুনা লৈহৌরগনি - মণিপুরী কবিশিংগী মরক্তদা নত্তে - পৃথিবীগী কবিশিংগী মরক্তা - হেন্না হেন্না ময়েক শেংলকখিগনি মহাক্কী থাক । মতমনা কুইর-কুইরগা ।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ব্রারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২। Eliot, T.S, *The Sacred Wood*, Methuen & Co. Ltd, 1975, London

# উপন্যাসতা ষ্ট্রিম ওফ কোন্সসনেজ টেক্নিক

পৃথিবীগী ইতিহাসতা উপন্যাস হায়বসি সাহিত্যগী খ্বাযদগী নৌবা মচল অমনি। মমী তম্লকখিববুদি সংস্কৃত কবি বানগী *কদম্বরী* অমদি সুবন্ধুগী *ভাষাভট্ট* গী মঙাল উবদগী হৌবে। অদূমকপু অখঙ-অহৈশিংনদি লাইবিকশিংসি উপন্যাসকী থাক্তা হন্থহনবা পামদে। কল্পনানা শাগৎপা অশাঙবা ৱাবীবু ৱাবেং ওইনা ইবগী হৌবকফমসি ইংলেণ্ড নত্তে ; ইটালীনি। ইংবেজিদা শীজিন্নবিবা নোভেল হাযবা ৱাহৈসিমক ইটালীযান *নোভেল্লাদ*গী ওনখিবনি। ইটালীগী অইবা গিওভান্নী বোকাসিও (১৩১৩-৭৫) গী *ডেকামোবোন* (১৩৫১) দা প্লেগ লাযনা কিদুনা চেল্লকপা মীওই তবা (নুপীমচা তবেৎ, নুপামচা অহুম) না সহবদুগী ৱাংমদা লৈবা লানবন অমদা মীওই অমনা নুমীৎ তবানিদা ৱাবী তবা তবা লীনদুনা নুংঙাইনা মতম লেনবগী ৱাবী চামাগী যুম্ফমদা পুথোকখি। ৱাবীগী মওং অসিমক্তি মাপলশুবা শতাব্দীগী আববিক সাহিত্যদা উবকখিবা *অবাবিযান নাইটস* কা যাম্না নকশিন্নবা থেংনৈ। অদূমকপু অকোনবগী লাইবিক অসিদি ভাবত, পার্শী অমদি আববকী ফুঙ্গা ৱাবী কযাদগী শাগৎখিবনি। ইংবেজি কবিতাগী অপোকপা মীঙ্গৌ ফংলবা জিওফ্রেই চোছব (১৩৪৩-১৪০০) গী *ডি কেন্টববুবি টেলসস*ু শৈবেংগী পবীংদা ইবম্বনিনা উপন্যাসকী ৱাংমদা লৈখ্রে। বোকাসিওগী তুংদা লাকখিবা উপন্যাসকী শক্তমদি তবাতরুকশুবা শতাব্দীগী *স্পেইনদা* ইন্নবকখিবা পিকাবেস্ক নেবেতিবনি। *স্পেইন*গী সাতানতেস সাভেদ্রা (১৫৪৭-১৬১৬) মশামক্তি *ডি গ্রেট স্পেইন্নিষ্ট নোভেলিষ্ট এণ্ড ড্রামাতিষ্ট* হাযনা পৃথিবীদা শক তাকখ্রে। মহাক্কী *ডোন কুইজোটে* (১৬০৫) না নমুনা ওইবগা তবানিপালশুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুক্তা ইংবেজি সাহিত্যদা মতমগী উপন্যাসকী মক্ত হুনখি।

তবানিপালশুবা শতাব্দীগী ইংবেজি সাহিত্যদি উপন্যাসকী তোঙান তোঙানবা খূৎই চাংযেংগী খোঙচৎনি। ডেনিইল ডিফোনা নোভেলস ওফ ইন্সিদেন্টনি হাযজবা মহাক্কী *বোবিনসন ক্রুসো* (১৭১৯) অমদি *মোল ফ্লেন্দবস* (১৭২২) পুথোবকঙৈ ইকুই কুইদনা জোনাথন স্বীফকিস্যাটাযাবদা পান্দম ওইবা *গুল্লিভবস ট্রেভেলস* (১৭২৬) ফোঙদোবকখি। অসুম্না উপন্যাসকী অকনবা ঈহৌ

অমা লাকপসিগা ঈরোইননা নোভেলস ওফ কেরেক্টর লাকখি সাম্যুল রিচার্ডসনগী কলমদগী *পামেলা* (১৭৪০), হেনরী ফিল্ডিংগী *টোম জোনস* (১৭১৯), ওলিভর গোল্ডস্মিথকী *ড ভিকার ওফ রেকফিল্ড* (১৭৬৬) মথং মথং। পূম্নমক মতমদুগী থৌদোক ৱাথোকশিংদু মিংশেল থান্দুনা ৱারী লীবগী পরীংদা পুন্সিবু য়েকপনি।

ভিক্টোরিয়ান এজ (১৮৩২-১৯০১) দি ইংরেজি সাহিত্যদা উপন্যাসকী খ্বায়দগী ৱাংবা যুগনি। মতম অদূগী উপন্যাসকারশিংনা কল্পনা অমসুং ৱাফোঙদোক্কি খ্বায়দগী হেন্না নীংতম্না শীজিন্নবা য়াবা সাহিত্যগী মফম অমা উপন্যাসতা ফংখি। সমাজ অমদি জ্ঞান-বিজ্ঞানগী চয়েৎনবা, ইণ্ডষ্ট্রিগী সভ্যতানা শেল থুমগী ফীবমদা পীরকপা চৈথেং, খুঙ্গং অমসুং অরীবা শক্তম কয়া মাঙহল্লগা পাক শন্না সহর শেমগৎলকপগী মীৎ নারবা দৃশ্য, হেন্না নংথরকপা, হেন্না উপায় লৈশিল্লক্কবা, লায়রবা অমদি ইনাকখুনবশিংগী পুক্নীংদা হেন্না থকুম্নবকপা, ধর্ম অমসুং দর্শণশাস্ত্রগী অনৌবা ৱাহন্থোক, রাজনীতিগী লোইবা নাইদবা মূক্লবা পূম্নমক উপন্যাসতা চঙশিনবা হৌবকখিঃ তোঙান তোঙানবা মীৎযেং অমসুং পান্দম কয়াদা। মসিমক্তনা মরু হুনখি নোভেলগী মখল কয়াঃ জেন ওস্টিন, জোর্জ এলিয়েট, হেনরী জেমসনচিংবগী বিযেললিস্টিক নোভোলস, ৱাল্টব স্কোট, ইমিলি ব্রোন্টেনচিংবগী রোমান্স নোভেলস, চার্লেস ডিকন্স, এইচ বি স্তোও উপটোম সিনক্লেয়াবগী সোসিওলোজিকেল নোভেল, রিচার্ডসননা হৌবগা মার্ক হাবিসন্না মপুঙ ফাহনখিবা এপিস্টোল্যারি নোভেলস, বুলৱের লিটোনগী *'ডি লাস্ট ডেজ ওফ পোম্পে (১৮৩৪)* অমদি ডিকন্সকী *এ টেল ওফ টু সিটিজ (১৮৫৯)* গুম্বা হিস্টোরিকেল নোভেলস, থোমাস হার্ডিগী বিজনেল নোভেলসনচিংবা। অতৈ মখল কযাসু লৈরিঃ ডিকন্সকী *ডেভিড কোপবফিল্ড* (১৮৪৯)গুম্বা ওটোবাইওগ্রাফিকেল নোভেলস, জর্ম্মণ নোভেলিষ্টশিংনা পুথোরকখিবা নোভেলস ওফ ফোর্মেসন, নোভেলস ওফ ইডুকেসন লোযননা আর্টিষ্ট নোভেলস (জেমস জোইসকি *এ পোট্রেট ওফ ডি আর্টিষ্ট এজ এ য়ং মোন*) অসিনচিংবা। উপন্যাসশিং অসিসু ৱারী লীবনি। ই এম ফোষ্টরনা হায়বগুম উপন্যাসশিংসি পুন্সিগী ৱারী লী।

পৃথিবীগী মশক নাইরবা সাহিত্যশিংদা উপন্যাস কযানা পীবকপা শাফু অসি মফম খূদিং ইয়ৌ য়ৌনবা ঙাক্তনি। কুনশুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুক ফাওবদা খ্বায়দগী হেন্না শকখঙনখিবা পৃথিবীগী উপন্যাসশিংদি ফ্রান্স, রুসিয়া,

আযাবলেণ্ড, আমেবিকা, ভাবত অমসুং ইংলেণ্ডদা মকওইনা পুথোক্লবকখি। পনবা যাবা উপন্যাসকাব খবদি ইংলেণ্ডদা ডিফো, ডিক্কন্স, লোবেন্স অমদি কল্ফ, ফ্রাঞ্চতা মাবশেল প্রুষ্ট, এ আব গিল্লিট, রুসিযাদা টোলষ্টোই, ডোসটোভস্কী, ব্লাডিমিব নবকোব , আযবলেণ্ডদা জেমস জোইস, আমেবিকাদা পো, হাউর্থোনে, মার্ক টব্রাইন, ফাওস্কনব, হেমিংৱে , ভাবত্তা বঙ্কিমচন্দ্র, প্রেমচন্দ, শবৎচন্দ্র অমসুং মুঙ্কবাজ আনন্দনি। মতাঙ অমদা ফোষ্টবনা থৌনা ফনা হাযখি ঃ

> No English novelist is as great as Tolstoy No English novelist has explored man's soul as deeply as Dostoyevsky And no novelist anywhere has analysed the modern consciousness as successfully as Marcel Proust
>
> - *Aspects of the Novel*

ৱাফম অসিদগীসু ঐখোযনা খঙই ঃ মীওইবগী কোন্সসনেজবু উপন্যাসতা উৎনবা হোৎনবকপসি ফেঞ্চ নোভেলিষ্টশিংনা খ্বাযদগী হাল্লি। মীওইবগী কোন্সসনেজবু কবম্না উপন্যাসতা যেক্কদগে ? ৱাফম অসিদগী অনৌবা পান্নে অমগী ৱাফম লাকই ঃ ষ্ট্রিম ওফ কোন্সসনেজ টেক্নিক। তশেংনমক কুনশুবা শতাব্দী চঙলকপগা লোযননা হেনজিন্না খন্থগনবা অইবশিংগী অঙকপগী মশক ফংনা লম্ফাং যাল্লবা বাখলগী খোঙজঙ অসি যেক্লবগীদমক্তদি হান্না লৈবল্লিবা ৱাবী লীবগী চৎনবীসি মতমগা চুশিন্নদ্রবা, হোংদোক্তবা যাদ্রবা টেক্লিক্লি হাযর্বসি কন্না ফাওনবকখি।

বিজ্ঞানগী সভ্যতাগী তমথীবা ফল অমা পৃথিবীনা মাযোক্লবি। মীওইবগী কোন্সসনেজ অসি অঙকপা ফংনা মবায চাযথবে। মবম অসিমক্তনা অনৌবা নোভেলিষ্টশিংনা মপাম্থোংগী জগত্তা লূপ্পদু ঙল্লক্তে। মখোযদি হান্নদা বাখলগী অতেক অকায কযাগী ঈবোন্নুংদা লূপ্তুনা লৈববনি। মখোযনা থাজে ঃ *মপাম্থোংদা যেংবনদি পুন্সিগী অশেঙবা মশক উবা ফংলোই, মনুং হনজিন্না যেংড্রু, পুন্সি থেংনগনি।* পূন্নমক অসিদগী মথক্তা পনজখ্রিবা নোভেল মখলশিংদু নত্তবা অনৌবা মখল অমা থোবকই ঃ সাইকোলোজিকেল নোভেল। মীওইবগী পূন্নীং অমসুং ৱাখল হকথেংনবা নোভেল মখলসিনা লুনা খন্থবা ঙল্লবা অইবশিংগী মেন্টেল প্রোসেসকী যূম্ফম পীবনা মবম ওইদুনা সাইকোলোজিকেল নোভেল অসি মতমগী উপন্যাস ওইবকখি। মসিগা লোযননা মতম কুইনা চৎনবী ওইদুনা লাক্লবা চবিত্র

য়েকপদগী থৌদোক পরীংনা হেন্না লুনা লৌনরম্বদু তায়ওন্নরকখি। নোভেল অমগী মরুওইবা মথৌদি ৱারী লীবনি, অনৌবা ৱারী অমা শাগৎপনি হায়বা নীয়ম অদূসু মাঙথরকখি। প্লোট ভরসস এক্সপরিমেন্টস লাকখি।

মতমগী উপন্যাসকার পূম্নমক টেক্নিক অসি শীজিন্নবদি নত্তে। অখন্নবা খরখক্তনা পৃথিবীনা শকখঙলবা অনৌবা টেক্নিক অমগী থাক্তা শীজিন্নরকপা ঙমখি। মসি ইহান হানবা ওইনা ইংলেণ্ডদা ডোরোথি রির্চাডিসন, আয়রলেণ্ডদা জেমস জোইস, ফ্রাঞ্চতা মার্শেল প্রুষ্ট অমদি আমেরিকাদা ফোক্ষনরনা পুশিল্লকখি।টেক্নিক অসিমক্তি মীওইবগী ৱাখলবু সাইন্স, ফিলোজোফি, সাইকোলোজি, পেন্টিং অমসুং সাহিত্যনা কন্না চাংয়েংলকপগী ফলনি।

আমেরিকাগী সাইকোলোজিষ্ট উইলিয়ম জেমসকী *ডি প্রিন্সিপলস ওফ সাইকোলোজি* (১৮৯০) দা ইহান হানবা ওইনা স্ত্রিম ওফ ঠোথ হায়বা ৱাফম অমা শীজিন্নরকখি। মসিমক টেক্নিক অসিগী হৌরকফমনি হায়না লৌনৈ। মতূংদা সাইকোলোজিষ্টশিং মরুওইনা সিগমুন্দ ফ্রোইড, জুং অমসুং এডলরনা কোন্সসনেজবু মরোল নাইনা কোন্সস, প্রিকোন্সস, সবকোন্সস অমসি অনকোন্সস লেভেলশিংদা নৈনরকপা ; ইংলেণ্ডগী উপন্যাসকার ডি ঐচ লোবেন্সনা সাইকোলোজিদা চঙদুনা মহাক্কী *ফেন্টাসিয়া ওফ ডি অনকোন্সস অমসুং সাইকোএনালাইসিস ওফ ডি অনকোন্সস* পুথোক্তুনা মঙবু মরোল নাইনা নৈনরকপা, ফিলোজোফরশিং, মরুওইনা হেনরী বর্গসননা ৱাখল অমদি মতমবু নৈনবা *টাইম এণ্ড ফ্রী ৱিল* (১৮৯৬) পুথোরকপা, মার্ক্সিয়ান ফিলোজোফিনা একজিষ্টেন্স ডিটরমিন্স কোন্সসনেজ বিজ্ঞানীক ওইবা য়ূমফমদা শন্দোরকপা, প্লাঙ্ক অমসুং আইস্তাইন বিজ্ঞানীকশিংগী থীওরি ওফ রিলেটিভিটিনা এবসুলুটিজমবু মাঙহল্লকপা ; ডার্ৱিনগী ইভোলুসন থীওরিনা হান্না লৈরমলিবা ডিভাইন ওরদরবু থাজহল্লক্তবা লোয়ননা ক্যুবিজম, সুরেল্লিজম অমসুং এবর্সড আর্টকী অনৌবা খূৎয়েক্তা পুন্সিবু অনৌবা মীৎয়েংনা য়েংহল্লকপা, ওইথোক্তবা কয়াগী ফজবা থিরকপা কযাসিনা কলম পায়রিবা সেরিয়স মাইণ্ডশিংদা মীওইবগী কোন্সসনেজবু সাহিত্যগী সবজেক্ট মেটর ওইনা উহল্লকই। পূম্নমক অসিনা স্ত্রিম ওফ কোন্সসনেজ টেক্নিক্কি সেপ্পিং প্রিন্সিপলসনি।

'ঙসিগী মীওইবদা থোক্লিবা ঙকপগী লোইবা নাইদ্রবা ৱাখল থৌওংগী

ইন্নর রিয়েলিটি নৎত্রগা ড্রামাটিক মোনোলোগ অসি সাহিত্যদা চপ চাবা ৱাহৈগী মেডিয়মদা পুথোকপা হায়বসি অরায়বা ৱাফমদি নত্তে। সাহিত্যদি মওং কায়বা য়াদে, পুন্সিদি য়াই। ৱাখল হায়বসিসু মীকুপ খূদিংগী শম্নদবা য়াই; কলাদি কাংখোং চাইবা য়াদে। মরম অসিদগী অনৌবা কন্টেন্টসপু অনৌবা ফোর্মদা হাপ্নবা টেক্নিক অসি য়াম্নমক মরু ওই। ঙসিগী সাহিত্যদা উপন্যাসকারশিংনা মীওইবগী পূক্নীংবু য়াম্না মনূং হজিন্না এক্সপ্লোর তৌবগী তঙাই ফদবা লৈ। মরমদি ডি ঐচ লোরেন্সনা হায়বগুম, *Human problem today is psychic: it happens in the mind* নোভেলিস্টনা সাইকোলোজিষ্ট ওইরকপগী ৱাঙাঙনি। সি জি জুংনা অমুক হায *'an artist is a man in a higher sense he is a collective man one who carries and shapes the unconcious, psychic life of mankind* সাইকোলোজিষ্টনা সাহিত্যদা খোঙদারকপগী খূদম্নি। ইশম শম্না মীওইবগী পূক্নীংদা সাহিত্যগী মচল পূম্নমক লৈবে তাকপনি।

অদুদি টেক্নিক অসি শীজিন্নদুনা ইবা উপন্যাসকী মশক লেপ্পা তাই। উপন্যাসকারশিংনা অহানবদা য়াম্না কূপ্না থিবিবসি মীওইবনা ৱাখল করম্না খনবগে হায়বর্সিনি। মসিগীদমক অইবশিংনা মশাগী ৱাখলগী থৌওংদা য়ূম্ফম ওইবগা অতোপ্পগী পূক্নীং, ৱাখল অমদি পুন্সিদা চঙশিল্লি। শাগৎলকলিবা চরিত্র অমনা ফীবম অমদা ফাওরকপা ঈথিল, সমস্যা অমদা লাকপা রিএক্সন্স, তাইওন্নবা অবস্থা অমদা থোরকপা চয়েৎনবা মযাম অসিনা মহাক্কী পুন্সি অমদি থবক্তো হুমদুনা পুখিবা পূম্নমক সাইকোএনালাইজ তৌবনা নোভেল অমগী প্লোটকী মওং লেপ্পী। ৱাখল হায়বসিদি নীয়ম অমগী মখাদা লীৎশাং শিংনা চত্থবা থৌওং নত্তে। কবি থোক্কদগে খঙদবা পুন্সিগী থৌদোক ৱাথোকসু নীয়ম নাইনা লেংশিল্লুবা য়াদে। ৱাখল হায়বসিদি খনববু হৌখ্রবদি ঈবাক্লগনবা ঈপাক্লি ; মসিনা নুংশিনদবা লৈকংলাগী তোর্বান্দা হনজিন হনজিন য়ৈশিল্লী, নুংশিরবা মায়া মরিচিকাগী ঈশৈদা ময়ায় হাপ্লি। কল্লক য়েংথীর্নবগী অশাবা নুংশিৎনা তত্তনা উন্নরি চীরোল নমথাক্কী উন পুবা নোংলৈগা; নোংলৈ-নুংশিৎসিমক ৱাখলনা পুদুনা চৎলি। চিংনবা খঞ্জানবা, পেন্দবা ৱারৌবা কয়ানা ৱাখলগী পঙ্খোদা চীংজাওগুম লেপ্পী। নীংবা কায়বগী তুরেলনা ৱাখল অতিয়াদা নিংথৌ তুরেলগুম্না চেল্লী। অমুক্কা আশাগী মঙাল নোংথাঙ , অমুক্কা নাপলগী মেলা; ৱাখলগী মেরুদণ্ডদা তত্তনা চিংনরী। থম্মোয়গী ওল্লাংবা, পূক্নীংগী নোংলৈ, মীৎয়েংগী নোংজু মীকূপ অমত্তদা থোক্লিবা ৱাখলগী থৌদোক্লি। হৌফম খঙদে, লোইবা নাইদে।

ঙসিগী উপন্যাসকারশিংনা ঙসিগী পুন্সিবু কাং-খোং চাইবা, পল্লেপফম খঙদ্রবা ৱাখলগী থৌওং অসিগা মান্ননা উরকই। সেক্সপিয়ারনা হায়রম্বগুম পুন্সিদি মতম্না লীবা ৱারীনি ঃ নুংঙাইরবা মীনোক, পেন্দবগী খোল্লাউ পূম্নমক অরেম্বনি। তেল্লবা পরেংসিদা পুন্সিগী ৱারী লীখ্রে অদুবু মসিদা ঐখোয়না ঙাইহাক্তং খন্থবা চঙই। মতমগী ঈচেলনা চেন্থদুনা পুরীবা পুন্সিগী থৌদোক-ৱাথোকশিংসিদি ইচম চম্না ফোঙদোকপা য়াবা ড্রামাগী এক্ট অমা নৎত্রে। মতমগী লুরবা ফীবমদা উপন্যাসকারগী মীৎয়েং অমনিঃ

> I feel the confines of my art and my living deepened immeasurably by the memory of them (the wounded and defeated us) ... the taste of this writing should have taken something from its living subjects their breath, skin,voices - weaving them into tissues of human memory. I want them to live again to the point where pain becomes art.
>
> - Lawrence Durrell

অদুদি টেক্নিক অসিদি করম তৌই? মসিদি ঐখোয়না করম্না ৱাখল খনবগে হায়বগা চপ মান্নে। ৱাখলদা চৈখৈ য়াওদে । ৱাখলদা নীয়ম লৈতে। ৱাখলদি পঙখন্দ খল্লি । ৱাখলনা ৱারী লীদে । ৱাখলগী লোন পূম্না মীওইবগী ৱাহৈদা শুনা লৈত্রি। মরম অসিনা টেক্নিক অসিদা ইবা নোভেলশিংদি ভার্জিনিয়া ৰুল্ফনা হায়বগুম্না

> ...there would be no plot, no comedy, no tragedy, no love interest of catastrophe ... Life is not a series of gig lamps symmetrically arranged; life is a luminous halo, a semi-transparent envelope surrounding us from the beginning of consciousness to the end.
>
> - *Modern Fiction*

মীওইবগী খন্থবা ঙম্বগী শক্তি মনুংদা পুন্সিগী মচল পূম্নমক লৈরে হায়বসি মতমগী উপন্যাসকারশিংগী অপূনবা মীৎয়েংনি। চাংয়েং ওইনা ইংলেণ্ডগী নোভেলিষ্ট ডোরোথি রিচার্ডসননা মহাক্কী *হন্নী কোম* অমদি *পোইন্টেট রুফস* তা মীরিয়ম কৌবী নুপীমচা অমগী ৱাখল শাগৎলি। মতমগী ঈচেল, পুন্সিগী ঈচেল অনীমক্না থৌদোক-ৱাথোক কয়াগী শক্তম লৌরীবা তুরেল খোঙনুংগী নুং মচাশিংগা মায়োক্নরকই। পূক্নীংগী অরোয়বা পষ্খেদা মঙলান কয়ানা নীংশিংবশিংবু উন্নরী; অমুক্না ঈশিৎ-অৱাম্বাগুম, মদুগী মায়কৈ তম্না চাক্লিবা লমজাও-লাম্মৈগুম,

হেক্তমক হন্তরকই পোদোনগী মৈরীগুম মুৎলি মুৎলি। পূম্নমক অসিগী মবক্তা পুন্সিদি অপান্বা থিবগী খোঙচৎনি। পূম্নমক ৱাখলগী খোঙচৎনি। কবিসু নত্তবদা চাকচাফম কাদা লাইবিক খবদং উকুবদা মীবিযমনা খল্লি ঃ

> - Illiad and Odyssey ...people going over the sea in boats...that little picture of Hector and Andromache in the corner of a page...he in armour ...she, in a trailing dress, holding up her baby. Both Silly...in Lecy or Darwin ... Hudibras ...The Atomic Thory...Ballads and poems. D.G. Rossetti... Kinglake's Crimea... Palgrave's Arabia... Crimea.. The Crimea... Florence Nightingale-a picture somewhere a refined face, with cap and strings... Motley's Rise of ... Motley' Rise of the Dutch Republic Motley's Rise of... Motley's Rise of the Dutch Republic and the chronicles of the Schonberg-Cotta family...
>
> - *Pointed Roofs*

ৱাখলগী নীংতম্বসি ৱাহৈগী নীংতম্বনা মহুৎ শিন্নবা হোৎনবা খৃৎইনি। ৱাখলদা লাকপা খুদিং ৱাহৈদা ওন্থোকপা হাযবসিদা কোমা চৈখৈগী ৱাফম লৈতে। ৱাহৈ পবেংগী, বানানগী অমদি ফজবা-অথীবগী অকক্লবা কবিসু লৈতে। অনৌবা ঙাক্তনি। অনৌবা ৱাহৈ, অনৌবা বাফোঙদোক, অনৌবা ৱাখল মূর্তি পূম্নমক টেক্নিক অসিগী উপাযনি।

অনৌবা টেক্নিক অসিনা পৃথিবীগী সাহিত্যদা অকনবা ঈহৌ অমা লাকহনখিবদি জেমস জোইস অমসুং ভর্জিনিযা রুল্ফনি। জোইসকী উপন্যাস *য়ুলিসিস* নোংমখক্ত (জুনগী তাং ১৬,১৯০৪) গী পুন্সি য়েকপনি। চেনাদি ৭৪২ পাল্লি। চাউরবা উপন্যাস অসিদা ৱাবী অমা লীকুবা তৌদে। থেংখাঙ কযাগী ৱাখলনা থল্লি। খুদম ওইনা উপন্যাস অসিগী নাযিকা ওইবীবী মোলী ব্লুমনা মথংগী অযুক্তা চাগদবা ব্রেকফাষ্টকী খল্লগা তপ্না তপ্না উইথখিবা মতমদা হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোক পূম্বা মহাক্কী ৱাখলদা নোংলৈগুম্না লৈশিল্লকই। থৌদোক অমগী ৱাখল মূর্তি অমা অনৌবা অতোপ্পা ৱাখল অমনা হেক্তমক মুখৎলি। ৱাখল কযা লাকই; কয়া চৎখি। পূম্নমক অসি অমুকসু নীংশিংবা অমসুং অকাউবগী মূক্লবা মবক্তা তিনখি। অদূদগী উইথবকই মঙগী অনৌবা লোন, মঙদ্রং-হাদ্রংগী ইতোৎ-তোৎশিন্নববা ৱাহৈ কয়ানি। করিগুম্বা মতাঙদদি চেনা ৫০ পঙ্কচুযেসন মার্ক অমত্তা যাওদনা চখৈ। জোইস মশামক্কী *ফেন্নীগনস ৱেক* হায়বা নোভেলদদি স্ট্রীম ওফ

*অনকোন্সসনেজ টেক্লিক* ফাওবা শীজিন্নে। খূদম ওইনা যেংবা যাই ঃ

> (Stoop) if you are abcedminded, to this claybook, what curios of signs (please stoop) in this allaphbed ! can you rede (since We and Thou had it out already) its world ? It is the same told of all. Many Miscegenations on misgenerations. Tieckle. Thy lived and laughed an loved and left. Forshin. Thy thingdome is given to the Needes and porsons. The meadertale, aloss and again, of our Heidenburgh in the days when Head-in-Clouds walked the earth...
>
> - *Finnegans Wake*

মসিদা শীজিন্নরীবা ৱাহৈশিংগী তোৎশিন্নবা, বনানগী নীংতম্বা কয়ানা থোকহল্লিবা চমন্নবা ময়ামসিনা মীওইবগী অৱাংবা আর্দশবু শগোল-খোঙথাঙগী থাক্তা হন্থহল্লি।

অসিগুম্বা খূৎয়েক্তা ভর্জিনীয়া ৰুলফকী *ডা ৱেভর্স, মিস্ত্রেস ডোলোৱে* অমদি *বিট্যাইন ডি এক্টস* হায়বা নোভেলশিং অসিদা অঙাং ওইবিবৈঙদগী অহল ওইবকপা ফাওবগী মতম্বু সমুদ্র খোঙবান্দা থোক্লিবা নুমিদাংদগী অমূক নোঙাল্লকপা ফাওবগী মতমদা অমদি জুনগী অকক্লবা নুমীৎ অমদা শাগৎলি। মতৌ অসুম্না টেক্লিক অসিগী উপন্যাসনা মতমগী সাহিত্যবু মীওইবগী নুংগী ওইবা আত্মাগা হেন্না হকথেংননা চঙশিল্লকই।

মতমগী উপন্যাসকাবশিংনা ঙসিগী পুন্সিসিবু ইনৌ নৌনা য়েংবা অমসুং য়েকৃপা হৌনশানি মরমদি আর্টিষ্ট খূদিংমক মতমগী পোত্থোক্লি । অদূমকপু ৱাখলবু অকক্লবা নীয়ম অমনা পুন্দবা খূৎইদি মতমগী উপন্যাসকাব পূন্নমক্লা পান্নবা ওইদে। মরম অসিনা ষ্ট্রিম ওফ কোন্সসনেজ টেক্লিককী উপন্যাস পূন্নমক মতমগী উপন্যাস ওইরগসু মতমগী উপন্যাস পূন্নমক টেক্লিক অসিদা ইবদি নত্তে। করিগুম্বা মতাঙদা য়াম্না হেন্না খঙ্জীনখিবা, ৱাখল লায়না চেনবা নৎত্রগা চোইরোলনা মতমগী পুন্সিবু য়েকপা হায়বসি পান্নদবা অইবা কয়ানা হান্নগী ফজরবা ৱারীগী য়ূমফমদা ইবা খূৎই অদূদা মীৎয়েং থম্মী। মখোযগী ৱাখলদা অনৌবা টেক্লিক অসি শীজিন্নরিবা নোভেলিষ্ট অয়াম্বা সাইকীক পেসেন্ট ওইনা উই। জেমস জোইস মশামক মীৎকী লায়না লৈ ; মার্সেস প্রুস্টনা অজমা থুংই ; আন্দ্রি গীডেনা তুম্বা য়াদবা লায়না ইনসোমেনিয়ানা নাই ; রির্চাদসনসু কাউগনবগী লাযনা মিয়োপিয়াগী পেসেন্টনি

অদূগা ভার্জিনিয়া রুল্ফতি য়াম্নমক হায়পরসেন্সিটিভ ওইবী নেভেলিষ্টনি। মশামক আত্মাঘাত তৌদুনা শিজখি। মখোয় পূম্নমক মখোয়না য়েক্লিবা চরিত্রশিংগী নুংগী ওইবা সংসারতমক এক্সপ্লোর তৌরম্মী। মখোয়গী উপন্যাসশিংসি পারুবগা নীংবা কায়রবা গিলবব ফেল্পসনা হায়খি ঃ ইংলিস নোভেলদি তুংগী আশাদি থল্লি অদুবু ঙসিদি মরায় চায়থরে। ঙকখি ভার্জিনিয়া রুল্ফসু মতমগী উপন্যাস পারুরগা ঃ *Is life like this ? Must novel be like this ?* মশামক্না পাউখূম পীখি ঃ

> It is not the task of the novelist to convey this varying, this unknown and uncircumscribed spirit ...
>
> - *Modern Fiction*

অদূমকপু ঙসিদি পুন্সিগীদমক মতমসিগী সাহিত্যদা ফংলিবা মরুওইবা পাত্রদি টেক্লিক অসিনি হায়না লৌনৈ মরমদি সাহিত্যকারশিংনা সাহিত্যবু সাইকোলোজিকেল অমসুং বিজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদা চাংয়েংফমদি টেক্লিক অসিদা ইবা উপন্যাসশিংনি। বাঙলাগী উপন্যাসশিংদা মসিগী শক্তম মমি তারে। সাইকোলোজিকেল ওইবা ব্রাফোঙদোক মণিপুরী সাহিত্যদা শ্রীবীরেন অমদি য়ূমলেম্বম ইবোমচাগী ব্রারীমচা খরদা ফজনা উবা ফংলে। হিজম গুণ অমসুং পাচা মৈতৈনা টেক্লিক অসি মখোয়গী উপন্যাস খরদা মায় পাক্লা শীজিন্নরে। মখা তানা চৎখরকপা ঙাইরি।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ


১। ব্রারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২। James, William, *Principles of Psychology,* Holt, Rinehart and Winston, Inc.,1990, New York

৩। *20th Century English Literature : A Soviet View,* Progress Publishers,1982, Moscow

৪। Woolf, Virginia, *The Collected Essays*, Hogarth Press,1972, London

# হৌজিক্কী মণিপুরী উপন্যাস

*নোক্লীংবা ৱানি। অদুবু নোকপদি য়াদে।* পাচা মীতৈগী ৱাহৈনি। ৱাহং খরা মখা তারকই ঃ *মণিপুরসিবু কমদৌরিবগে ? নুপীশিংনা কমদৌরীবা, অদুগা নুপাশিংনা কমদৌরীবা ? লৈদি শাৎলীবরা ? নিংথৌ পান্দ্রেকো ( মালিমাই মমাংদা লাইবক কৎপসু য়াউই কত্তবসু যাওই)* হৌজিক্কী মণিপুরী উপন্যাস নৈনবদা ৱাহংশিংসি শন্নপ্না খুম্ফম থোকই।

মণিপুরসিবু কমদৌরিবগে হায়বা ৱাহংসি খ্বায়দগী শন্না হিজম গুণগী *ইপাম মৈহৌরে* হায়বসিনা পাউখুম পীরে। নুপীশিংনা কমদৌরীবা অদুগা নুপাশিংনা কমদৌরিবা হায়বসিনা অরাম্বম বীরেনগী *নুপীগী আশ্রম* পারগা অদুম খঙবা ঙম্মী। লৈদি শাৎলীবরা ৱাহংসিমদি মতমগী উপন্যাসতা লৈরিবা লোন, শৈরেং অমদি ঈশৈনা লেপকদবা বিচারনিনা বী এম মাইস্নাম্বগী উপন্যাসনা খুন্বা তাই। অদূগা অরোয়বা নিংথৌ পান্দ্রেকো হায়বা ৱাহংসিগী পাউখুমদি ইতিহাসিক উপন্যাসশিং, বিনোদিনীগী *বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী*, দীনমনিগী *শঙাইশেল* অমদি সোনামনিগী *হাজারী* না খুম্নবা শেম শারে। মসিনা চাউরাকপা মীৎয়েং অমত্তনি। তশেংনা হায়রবদা অকক্লবা মতম অমগী উপন্যাসকী মশক লেপ্নবগীদমক উপন্যাসকারশিং অদূনা হিংলম্বা মতমগী খ্বায়দগী লুবা সমস্যা খরদং হান্না নৈনবা চুম্মী।

কুনশুবা শতাব্দীগী অরোয়বা চহী কুনমঙাদগী মণিপুরী সমাজসি লৈতাফম খঙদনা অৱাবা ওইরকখি। মপৃংদা লালহৌবগী ইরাংগা মরী লৈননা থোক্লকপা মীফা-মীপুন, মীশি-মীনা, নুংগী ওইবা অকিবা, মপান থোক্লীংদবা, ৱা ঙাঙনীংদবা; অমরোমদনা লৈবাক ৱায়েনবশিংনা ৱাকায়রকপা, মীয়ামগী শক্তি পায়রীবশিংনা মীয়ামগী ওইবা দায়ত্ব তুংওইনরকপা, রাজনীতিবু লল্লোনপোৎ ওন্থোকখিবা, মশাগী পুজাবু মীয়ামগী সেবা ওইনা উহল্লকপা, শেঙ্গা-থুমজাগী পজেঙ ফীরাল পায়রকপা, অচান-মীরায় নাইবগী থৌওংনা মায়কৈ খুদিং কূপশিল্লকপা, সধারণ পুন্সিনা শুফম নোম্ফম লৈরক্তবা, লম্বী মাঙশিল্লকপা, হেন্না হেন্না নংথরকপা, হেন্না হেন্না ফুম্বংনরকপা, লায়র-ইনাকখুনবা অনীগী

মবক্তা থকন্নবা হেঙ্গৎলক্তুনা সেন্টিমেন্টেল মোবেলিজম ৱাংখৎলকপা, নুপা-নুপী, মচীন-মনাও, মপা-মচাগী নুংশিনবা পূন্বা শেলগী মবী (কেস-নেক্সস) ওন্থোবকপা, হাযজরুবা খূদিং নীংবা কাযবা ওইশিল্লকপা, নুংশিনবা অমদি কাযনবা হেঙ্গৎল্লকপা, তন্বা ঙমদবা কযানা মীওইবগী ৱাখলদা লান্দাবক্তুনা নুংগী পুন্সিদা ইন্নব ক্রাইসিস মবা তাশিল্লকপা; মতম অসিমক্তদা বিজ্ঞানগী টেক্নোলোজী, টি ভি, কম্প্যুটব,ওফসেট, মল্টি কল্লব প্রীন্টিংনচিংবনা মপানগী হৱা নুংশিৎসু অঙকপা ফংনা হাইজিনহল্লকপা পূন্নমক অসিগী মবক্তগী থোবকই মতমগী মণিপুবী উপন্যাস। অসিগুম্বা সমাজগী লাঙতক্লববা অরুবা ফীবম কযাসিনা নৈখাযবিববা উপন্যাসকাবশিংগী ৱাখল অমদি পুন্সি ঈচেলবু খাঙদুনা নৎত্রগা থিংদুনা থম্বা ঙল্লক্তবগী মমি চাউনা তাবি। মতমগী উপন্যাস খ্বাযদগী নীংতম্না ফোঙদোকপা যাবা সাহিত্যগী মফম ওইখ্রে। ৱাবেং-শৈবেংদগী ৱাবী-ৱাতায (ডাইলোগ) ফাওবা,লন্নাই ৱাখলদগী ইতিহাস ফাওবা কোনশিনবা অঙকপা মফমসিবু ই এম ফোস্টব (১৮৭৯-১৯৭০) না নাকন অমনা শৈবেং, নাকন অমনা ইতিহাসনা কোযশিনবা ঈপাক্কী হাযনা শীংথাখি। মতমগী মণিপুবী উপন্যাসতসু শক্তম অসি মযেক শেংনা উবা ফংলক্লে। খুদম ওইনা *ঐগী ঈশৈনা নঙবু কৌবি... ঐগী ঈশৈগী অহানবা পবেং নঙনি। ঐগী শৈবেংগী অবোইবা পবেংসু নঙনি। ঐগী পুন্সিগী মূর্ত্তিসু নঙনি। ঐগী নুংশিবসু নঙনি... । ঐগী থৱাযগী থৱাযসু নঙনি। পন্দুপ কযা লান্দুনা লাক্লবা পুন্সিগী ইতিহাস- ঙসি, যুগ অমা হৌখ্রবা তুংদা নীংশিংলি... শিথবক্লবা মচুগী লৈকোলদা, নঙগী মাযকৈ যেংলি। থম্মোয কাযবি, মৈচাক খাংলি। শৈবেং ইবি, ঈশৈ শক্লি। (ইম্ফাল তুবেল মপানগী বাজকুমাবী)* । শৈবেংনি। অমনা, *মহাকপু ঐগী ওইজনীংবা, কনাগীসু ওইদবা, মহাক্কী মনাক নক্না লৈনিংবা, মহাক্কী নীংশা খুৎহোন্দুদগী শরুক খবদঙ ঐঙোন্দা (হাপত্রিমখৈ ঐহাক হিংলোইদবা মানবা- নিংশা হোনবা ঙম্মোইদবগুম খনবা) অদূগা পুন্সিগী অমুক্তসু নকলুদ্রিবা মহাক্কী হকচাং কযাৎ অমদি উনশাগী মনমদু নমনীংলকপা.... (পিগী ৱাবী)*। ৱাখলনি। অতোপ্পা অমনা, *ঈশ্বব মশাদি লৈগে লৈসনু লৈবোই তোকচসনু; লৈবা লৈতবনা মঙোন্দা কবিসু তোংবা মাঙবা লৈববোই। ... খনবদা ঙম্মক্লবা ৱাখলনা লাম্বা ফংলক্লবা, পোৎলুম ওইনা পুবা থাংবা ঙল্লক্লবা মতাংদা ঈশ্বব অদূদা মহা শক্তি অদূদা কোক শিন্নথোক্তুনা থোনগৎখ্রবদি জীব মচা শক্তি মচা ঐখোযগী কোক মচা অসিদা শান্তি ফংই। অদূননি ঈশ্বব লৈবা ফৈ; লৈত্রবা ফাওবদা লৈহনবা ফৈ...* ( *লাঞ্জাও মচা অচৌবা*

*সন্ধী*)। ধর্মগী অনৌবা ৱাহন্থোক অমনি। অমসু, *উরকই.... অরাপ্পদা য়াম্না লাপ্পদা ... লমজাও খোন্না চাকখৎলক্লিবা মৈহৌ... নচিল ননাওশিংগী, লৈবাকসিগী মচাশিংগী খুরক্কী ঈশিংগী অশাউবগী মৈরীতনা চাক্লিবা মৈহৌনি। করমনো। মৈনা মৈ লোকপা ওইথোক্তবনি। উৎ ওইরগনি* (*ইপাম মৈহৌরে*)। মতমগী খোল্লাউনি। অমত্তংগা, *এপ্রিল ২৭নিংথৌকাবা নূমিৎকী অয়ুক পুং ৭ তনি।... ভারতপু বৃটিস সরকারনা আগষ্ট ১৪ ইং ১৯৪৭ কী অহিং নোংয়াইদা থাদোকখিবদা মণিপুরদি মতম খরা ঙনখৎনা নিংথৌগী মকাদা লৈঙাকলোয় কয়া হাপ্তুনা ইন্টরিম কাউন্সিলদা লৈবাক শিন্নরম্মী। মণিপুরগী অহানবা চীফ মীনিষ্টর মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রতনা ওইখি। মতমসিদসু কংলাদা আসাম রাইফল লৈরে* (*থরোশংবী*)। ইতিহাসনি। অশুম্না মতমগী মণিপুরী উপন্যাসনা হৌজিক্কী সমাজ অমদি পুন্সিগা মরী লৈনবা হীরম খূদিং কোনশিল্লকই। ইংরেজি উপন্যাসকার ডি ঐচ লোরেন্স (১৮৮৫-১৯৩০) না মতাঙ অমদা পনখিবাঃ *অতৈ বিষয়শিংদা পুন্সিগী মচেৎ মচেৎ ওইবা শক্তমতমক শোকপা ঙম্মী ; মপূংফাবা শক্তমদি উপন্যাসতদা য়েকপা ওইথোকই। মরমসিদগী ইশামক উপন্যাসকার ওইবিবনি। উপন্যাস হায়বসি পুন্সিগী মঙাল লৈবা লাইরিক্নি। বাইবল ফাওবা চমন্নরবা উপন্যাস অমনি* হায়বা ৱাফম ; লোয়ননা ই এম ফোস্টরগী ৱাহৈ ঃ *হৌজিক্কী অঙকপা ফংনা হোংলক্লিবা পূন্নমক হাপচিনবা ঙল্লোইদবনা উপন্যাস ইবা লেপ্লবনি* হায়খিবশিং অসিদগী মতমগী উপন্যাসনা কদায় ফাওবা কোনশিনবা ঙম্বগে হায়বদু শেংনা উৎখ্রবনি।

মরুওইনা এম কে বিনোদিনীগী *বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী* (১৯৭৬) দগী সলাম তোম্বগী *চিত্রকার* (২০০২) ফাওবগী মণিপুরী উপন্যাসকী চাউরাকপা শক্তমসি সনা কোনুংদগী খুঙ্গংগী আশ্রম তাবা খোঙচৎনি। কমল (১৯০০-১৯৩৪), চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০) অমসুং অঙাংহল (১৮৯২-১৯৪৩) গী রোমান্টিক পরম্পরা অদূ হৌজিকসু চত্থরি হায়না লৌনরি। মতমগী ঈচেলদা চেন্থরকপা পুন্সিগী থৌদোক ৱাথোকশিংগী ৱারী লীবনি। কায়হৈদে খন্না চত্থরকপা ৱারী-পরীংগী য়ুম্ফমদা চরিত্র কয়া শাগৎলকই, আদর্শ কয়া উৎনবা হোৎনবকই। ইংরেজি সাহিত্যদা ডেনিএল ডিফো (১৬৬০-১৭৩৯) গী নোভেল ওফ ইন্সিডেন্টস *রোবিন্সন ক্রুসো* (১৭১৯) দগী থোমাস হার্ডি (১৮৪০-১৯২৮) গী নোভেল ওফ কেরেক্টর *জুড ডি ওবসক্যুর* (১৮৯৬) ফাওবা অদুগা বাঙলা সাহিত্যদা বঙ্কিমচন্দ্র (১৮৩৮-১৮৯৪) গী *কৃষ্ণকান্তগী উইল* (১৮৭৮) দগী

শরৎচন্দ্র (১৮৭৬-১৯৩৭) গী *দেবদাস* (১৯১০) ফাওবগী উপন্যাসনা ৱাবী লী। কুনশুবা চহীচা লোইশিল্লকপা ফাওবদা মণিপুরী উপন্যাসতদি অহৌবা, ময়ায অমদি অরোয়বা খঙনা কনানা খরা হেন্না পরম্পরাগী লীক্লম কাযদনা ৱারী লীরি ? পাউখুমদি লুদে ঃ চিত্রেশ্বর শর্ম্মা নৎত্রগা অরাম্বম বীরেননা ।

চিত্রেশ্বর শর্ম্মগী *থরোশংবী* (১৯৯১) দা লোক্তাক পাৎতা ইনচিংবী, থাঙ্গা চীংখোঙদা লৈবী লুখ্রাবী অপানবীনা মচানুপী থরোশংবীবু ইম্ফালদা লৈবা মৌপ্বা তোমচৌগীদা থম্মী। থরোশংবীগী মৌপ্বা লীক্লাইসু ইম্ফালদা লাইরিক তম্মী। মতমগী ইরাং পুবী তোমচৌগী নুপী ইবেথোইনা থরোশংবীবু মৌপ্বা সনাতোম্বগী ওইনবা শীল্লি। উইল কনবী থরোশংবীনা মশাগী ইজৎ কন্নবা হোৎনবদা সনাতোম্বদা থাঙনা থিল্লী। হোসপিটালদা লায়েংদুনা লৈরীবা সনাতোম্বদা শকখঙদবা নহা অহুম্না অমুক হন্না থাঙনা থিন্দুনা হাৎলি। সনাতোম্বা হাৎলম্বদু লালহৌবা য়াওখ্রবা লীক্লাইননি হায়বসি লীক্লাই শিবগী পাউ ফংবদা খঙনরকই। সনাতোম্বা শিবগা মরী লৈননা তোমচৌগী গাড়ী থৌরম্বদগী তান্থোকখ্রবা থরোশংবীবু শেংনা নুংশিজবা ইবোতোনগী *মথানুংদা থরোশংবীনা নিঙাইদনা পোখাজবদু নোংদোনথক্কী থাজনা লৈচিল্লক্কা য়েংজৈ* (*থরোশংবী*,লাঃ ২০১)। উপন্যাসসিগী ৱারী ফজৈ,ফজনা লী। মহৌশাগী নীংথিরবা থাঙ্গা অমদি খূৎশেমগী অমোৎপনা থল্লবা ইম্ফালবু লাইরবী অপানবী অমদি অবোনবা কববাবৱালা তোমচৌগী শক্তম ওইনা থৱায় হাপ্পী। অশুম্না লীবা ৱারীনি অরাম্বম বীরেনগী *নূপীগী আশ্রম* (১৯৯৯)। নুপাশিংনা নুপীগী আশ্রমদা লৈবী নুপীশিংবু ফজদনা খন্নে। আশ্রম অদূমক্তি নুপাশিংনা লাইবক থীহনখ্রবী নুপীশিংগী লৈফম্নি, ৱাখল লায়েংফম্নি। অদূনদি শোয়দ্রে, আশ্রমসিদা লৈরিবীশিং, আশা,সুনীতি, চান্দনী, নুংশিতোম্বী, অমুবী, লতা, শারদা ইন্দ্রানীনচিংবগী তোঙান তোঙানবা ৱারী লৈফম থোকই। খূদম ওইনা,আশা ময়াংনুপা অমদা ময়ূম পাল্লুবদগী ইমূং অনীমক্কা ইন্থোরকখি ; বামোনুবী সুনীতিনা মৈতৈ অমদা পাল্লুবদগী খাইনরকপদা লৈফম লৈখিদে, অসিনচিংবা। অদূবু পূম্নমক অসিদগী খ্বায়দগী হেন্না মপূংফানা শাগৎলকপা ৱারীদি ইবোচৌবা অমদি শারদাগী মরীনি। ইনকম টেক্স ওফিসার ইবোচৌবনা গুৱাহাটিদা থবক তারিঙৈদা মমা, মচন অমদি মশেনগী শরৌদা মাগী নুপী কোলেজগী ওজা শারদা মপামদা হনখি। ইবোচৌবা ইম্ফালদা অমুক থবক তারে। শারদা নুপীগী আশ্রমদা চৎলী তাবদা হঙ্গোইবা পোক্তুনা লৌশিনবীদ্রে। অদূবু মাগী মরূপ শরৎকী মতেঙদগী ইবোচৌবনা আশ্রম অদূগী

অশেঙবা পান্দমদু কাইনথংদা খঙলকখি। উপন্যাস অনীমকসিগী ৱারী চঙখোন্না লী। থৌদোক অমগী মথংদা অমা, নহান্দগী ঙরাং, ঙরাংদগী ঙসি, অদেদি কমদৌবা হায়বা সসপেন্স কয়ানা লাঙতক্লনা লৈরম্বা চিংনবা পূম্বা মথং মথং শেংদোরকই।

অসিগুম্বা, ৱারী (ষ্টোরী) অমদি মদূগা মরী লৈননা থোরকপা থৌদোক ৱাথোকশিংগী পরীং (প্লোট) তা শাগৎলকপা মণিপুরী উপন্যাসসি ১৯৭৫ দগী ২০০২ ফাওবদা চামগী মথক্তা ওইগনি হায়না পানরি। মদূগী মনুংদা হিজম গুণগী *ইপাম মৈহৌরে* (১৯৯২) দা কাঙলুপ মশেন চিংন-খঞ্জান্নবা পূম্নমক্কী ৱাংমদা চীংমী(মোবা-মরিং), তম্মী (সনাহল/নোংয়াই), মুস্লিম (মহেরাল্লী) অহুমগী নুংশি-চান্নবগী মরীদু লালহৌবগী সংসারদা চঙদুনা নৌনা শাগৎলকপা, অরাম্বম বীরেনগী উপন্যাস *পদ্মিনী* (১৯৮১) দগী *নূপীগী আশ্রম* ফাওবদা কায়থখ্রবা মীওইবগী মরীলক্তা মাঙখ্রবা লম্বীগী লংলা লাংজিন থিদুনা পুন্সিগী মরুদ্যান অমগী ঈথৌ লাংজবা, বী এম মাইস্নাম্বগী *অতিথি অমগী অহিং* (১৯৭৮) দগী *ইম্ফাল তুরেল মপানগী রাজকুমারী* (১৯৯৫) ফাওবদা ফোংদোকপা য়াদ্রবা মীওইবগী তৎখ্রবা লংলা, য়ায়তোঙ-খমদোংবশিংগী হালেঙবা লৈত্রবা শেঞ্জা থুমজাদা নৌরিবা মীরোলগী খোয়শাওনবা, লালহৌবগী ইরাং পূম্বা শৈরেং, চিঠি অমদি কংলা দায়রীদা লেঙদনা থন্নম্বা, দীনমনিগী *লাঞ্জাও মচা অচৌবা সন্ধি* (১৯৯৮) দা মপূরোইবা অমদি মচা কায়নরবী বৃন্দারানীগী মফমদা লাইবক অমসুং ফীবমগী পুন্সিগী লাঞ্জাওদি মচানি অদূগা লাইবক অমদি থবক্কী সন্তাইনা অচৌবা সন্ধিনি হায়বসি উৎলকপা, শরতচন্দ্র নোংথোম্বগী *ঈশৈ অমগী শুর* (১৯৮১) দা নুংশিবগী বন্দিশঙগুম্লবা সমাজ অসিগী ৱাংমদা নীংতম্লবা থৱায় অমগী শক্লোন লৌরিবা রাজকুমারনা কদায় ফাওবা কৎথোক্লম্বগে হায়বদু উৎথোক্লম্বা, যুগেশ্বর ৱায়খ্বাগী *নূংগী মুর্তি* (১৯৮২) দগী *খাইদোকখ্রবা ঈচেল* (১৯৮৯) ফাওবদা নুপাগী থম্মোয়দি নূংগী মূর্তি নি অদুগা অসিগুম্বা মূর্তি সিগী নাক্তা লৈবা ঙমজদবীশিংদি আশ্রমগী অকোয়বদা লৈগদবনি হায়না থাজরকপা, রাধেশ্যামগী *কায়নবা* (১৯৯২) অমদি *লৈতেং* (১৯৯৫) দনা মপূরোয়বা কায়নরবী (গুনিলৈমা, লুৱাংলৈমা) না মপুরোয়বগী নীংশিং শক্তম্বু হিংলি খন্না ইরাৎচরকপা, সুন্দরগী *ৱাহঙ্খোক* (১৯৯৯) তা হিংবগী খমথেংনা লুরবা ৱাহং অমসুং সমস্যা মরক্তা পাউমীশিংগী পুন্সিবু মশক খঙনা লান্থোরকপা, সলাম তোম্বগী চিত্রকার চন্দ্রমা (*চিত্রকার*, ২০০২) না মতমগী লাম্থেং অমসুং কলঙ্কনা মৈৱায়রবা নুপীগী মুক্তি ফংনীংবা থৱায়গী তসবির য়েক্লকপা লোয়ননা ক্ষেত্রি বীরগী এডভেঞ্চরস

ওইবা *লোৎলুবা চিঠি* (১৯৯৯) শোইনবশিংগী নুংশি-নুংওনগী ওইবা *হিংলম্বনি ঐ মাগীদমক* (২০০০) অমদি হৌজিক ফাওবগী ওইনদি খ্বায়দগী চাউবা মণিপুবী উপন্যাসনি খন্নরিবা *ফিরেপ* (২০০২) মমীং পনবা য়াই।

মতাঙ অসিদা পনবা য়াবা অমনা মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মশক অমদি শক্লাইববা সাহিত্যাকাব অহুম্না ইতিহাসিক উপন্যাস অমমম খূদোল তম্লকপা অসিনি। বিনোদিনীগী *বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী*দা মণিপুরগী অরোয়বা নীংতম লানগী মতমদা ওইখিবা সনা কোনুংগী অবস্থাশিংগা তৎন-থান্ন যাদনা শাগোন্নখিবা নিংথৌকোনগী মচাইবেম্মা সনাতোম্বীগী পুন্সিগী থৌদোকশিংবু মহাক্কী অবোযবা মীকুপ খরদা উরকপা অপাবশিংদা শং-শং উহল্লি। দীনমনিগী *শঙাইশেল* দা সাহেবশিংগী লৈঙাক মনূংদা চুড়াচান্দ মহাবাজবু নিংথৌগী মিংদা থম্লগা মখোযনা শাসনগী চূক্লি পূম্বা পায়শিনবগী থৌওংবু পেন্দ্রবা অমুদোন্না থাবল্লেগা কায়নদুনা চীংনুং-মানুংদা লালহৌবগী লাল্লোং তমখিবা, লালহৌবগী থৌদাং খূদিং তরেৎ খূত্তা শিন্নবম্বা, তরেৎ খূৎনা মায়কৈ মবিদগী হৌবকপা, সন্ধি পুবক্তুনা জপানগী লান্মীশিংসু লান য়াওশিল্লকপা ঃ ১৮৯১দগী ১৯৪৭ ফাওবগী ইতিহাসকী মশক অমা ঙসিগী মণিপুরগী সমস্যাদা ঈথিল ওইনা শক্তাক্লকই। সোনামনিগী *হাজারী* দসু টিকেন্দ্রজিৎকী অচানবা মনাই হাজাবী ১৮৯১ গী খোংজোম লানদা চঙখি। মচানুপা অচৌ লানফমদা শিখি, চাউভলনা শোক্তুনা লৈখি। চাউভলগী মচানুপা নিমাইগা অচৌগী মচানুপী তোম্বীগা পীক্লিঙৈদগী মপূং-মরৈ ফারকপা ফাওবদা থাদোক্লদনা লাকই। মণিপুবগী লালহৌগীদমক লান্মী শেমগৎলকই। অঙাং ওইরিঙৈদগী মপু হাজাবীবু উনীংনা লৈবকপা নিমাই লাল্লোং কয়া তম্লুববা তুংদা মযূম থোরকপদা য়াইবিপোক কৈথেলদা মচননুপী তোম্বী দোলাইথক্তা লুহোংবা থিল্লকপা থেংনৈ। তোম্বী দোলাইদগী চোংথবক্তুনা নিমাইগা লোয়নননা শগোল তোংদুনা হাজারীগী মনাক তম্লা চৎখি। ৱাবী অসি খোংজোম লানগী অথৌবশিংগী চারোন-শুবোনগা শম্নহন্দুনা তশেংনা থোকখিবা মালহল্লি। উপন্যাস অহুম্মক্তা কল্পনা অমদি ইতিহাসকী থৌদোকশিংগী খল ঙাক্লা শাগৎলক্তুনা অশেঙবা ইতিহাসিক উপন্যাসকী থাক্তা পুখৎলকপা ঙম্মী।

পূম্নমক পরম্পবাগী লীক্লম কায়দনা চখ্থরকপনি। অদূবু মসি নত্তবা ৱারী লীবগী অনৌবা চাংয়েং কযা চঙশিল্লকপসু লৈবি। ঙসিগী তং তাদ্রবা মতম অসিগী খোম্থাংদা পাচা মীতৈ অমদি গুণনচিংবা উপন্যাসকাবশিংনা মীওইবগী ৱাখল

মুক্তি তাল্লকই। লুর লুরবা পূক্নীংগী ইহুলশিংবু চিংন-খঞ্জানবা লৈতনা ফোংদোক্লবা অফা অপুন্নবা লৈত্রবা লোনগী নীংতম্বা থীরকই। অসিগুম্বা উপন্যাসকারশিং অসিনা মাগী মাগী হৌজিক হায়বসিদা পূংলুপ লূপশিন্নরকই। মখোয়গী মীৎয়েংদা মীওইবগী থৌদোক পূম্বা তম্বা ঙমদ্রবা মীওইবগী ৱাখলগুম অরূম্বা য়াওদ্রবা, ইতাউ তাউরবা হৌজিক হায়বসিদা পূল্লরি। অসিগুম্বা হৌজিক হায়বসিনা পোকখায়রক্কুনা ঙসিগী মণিপুরী সাহিত্যাদা ষ্ট্রিম ওফ কোন্সসনেজ টেক্নিক্তা ইবা সাইকোলোজিকেল নোভেলগী শক্তম উবা ফংলকই।

ঙসিগী বিজ্ঞানগী তমথিরবা ফল অমা ওইনা মীওইবগী নুংগী পুন্সি অসি অঙকপা ফংনা মরায় চায়থরে। মরম অসিমক্তনা উপন্যাসকারশিংগী অনৌবা মীৎয়েংদা মপাম্থোংদা য়েংবনদি পুন্সিগী অশেঙবা মশক অমত্তা উবা ফঙলরোই, মসিদি ৱাখলগী অতেক অকায় মরক্তা লূপ্তুনা লৈরে হায়বসি থাজরকই। অসিগুম্বা ইন্নর রিয়েলিটিগী মমি তারিবা মেন্টেল প্রোসেস অসিবু ড্রামাটিক মোনোলোগকী মওংদা পুথোক্লবা অনৌবা মেডিয়ম অসি পূংফমসিগী দরকার ওইরকই।সাহিত্যাদি মওং কায়বা য়াদে; পুন্সিদি য়াই। ৱাখল হায়বসিসু মীকূপ খূদিংগী শম্নগনন্দে; কলাদি কাং-খোং চাইবা য়াদে। মরম অসিদগী অনৌবা কন্টেন্টপু অনৌবা ফোমদা হাপ্লবা অনৌবা টেক্নিক অসি পাম্না শিজিন্নরকপদগী ষ্ট্রিম ওফ কোন্সসনেজ টেক্নিক্তা ইবা সাইকোলোজিকেল নোভেল অসি মতম্গী উপন্যাস ওইরকখি। মণিপুরী উপন্যাসতগী খূদম খরদংদি হিজম গুণগী *বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড* (১৯৮৩) তা যশবীর অমদি জগজিৎকী ফিগী দুকান্দা থবক তৌরিবা একাউন্টেন্ট বাবুনা মানা লৈরীবা ইমূং-মনূং অমদি ইম্ফাল সহরদা উখিবা, তাখিবা, খনখিবা অমদি নীংশিংলকখিবা পূম্বগী মাইক্রোকোজম অমা শাগৎলকপা, পাচা মীতৈগী *কালিমাই মমাংদা লাইবক কৎপসু য়াওই কত্তবসু য়াওই* (১৯৯১) দা উপন্যাসকার অসিগী ঐ (বিধু) হায়বা চরিত্র অমনা কালিমাই হোটেলদা ফমদুনা মাগী মরূপ অমগা খুঙ্গংগী ঙায়োনবী সখিতোম্বীগা ঙাইরিঙৈ মীওইবগী মরীদা ওইখিবা, ওইরিবা অমদি ওইবকপা য়াবা কয়াগী মতাঙদা কা হেন্না খনজিনখিবা, মতমগী ৱাখল শক্তম অমা য়েক্লকপা পনবা য়াই। নুংশি-নুংওন্দা, মরূপ মপাংগী চান্নবগী মতৌদা, ফীবম্না চিংথবীরবা কনাগুম্বগী লাইবক্তা,কায়নবা অমদি অশিবনা তত্তনা হাঙহল্লবা য়ূম অমদি মীওইবগী থম্মোয়দা, নাইতোম তারকপা অমদি নীংবা কায়বগী নুংঙাইবদা, নীংশিংবগী কায়গল্লবা পূক্নীংগী লমদমশিংদা নৎত্রগা অসিগুম্লবা অমদি মান্নবা ফীবমশিংদা, অনৌ-অনৌবা মীওইবগী অবস্থাশিংদা অসিগুম্বা

মতমগী উপন্যাসশিংসিনা পীবকপা ঈথিলদি চাউখ্রে। হিংনবা লানফমগী দৃশ্য অমত্তং যেংবা যাইঃ *সনা কৈথেলদা অপুম অশা খোমদোক্লিবা, অমদি পোং থাংদোক-থাংজিন তৌদুনা পুন্সিগী হিংবা অমসুং শিবা, অনিগী লানফমদা অঙম্বা মথৌনা পুখোক্তুনা মাযওক যানখিবিশিংঙদুনা, ঙইহাক পোখাফম লৈনদনা (কনাগুম্বনা ব্রানা হকচাং হীকথববা মতৌদা, কনাগুম্বনা ব্রাখল যাম্না খঞ্জবদুনা, কনাগুম্বনা অচং-অওক খূদীংদা কল্লক- তকশি যেঙনবদুনা, কনাগুম্বনা মমাযদু মীনা উখিনি কিজদুনা , কনাগুম্বনা চবী তংলবদা তংতবা শাবিবা, অমুক, লোংঙমদ্রবা শক্তমদু লোইনবদুনা) সনা কৈথেলগী কাচিন কোযাদা, খুদোংচাবা উশিঙগী মখোঙদা নত্তগা মী হাঙবা অপীকপা হোটেলশিঙদা মদূদসু যাম্না তোইবা মওংদা, উগী অকাযবা ফানগী খূদোন অহুমতংগী লমদা, নপচ -তাংজা ফম্ন বিবা, অদুগা তুনবিব (পিগী ব্রাবি)*।

পূম্নমক অসি ওইদুনসু কঞ্জ।র্বেটিভ ওইগল্লবা বিডিং পব্লিক্লদি উপন্যাস অমদগী আশা তৌবিবসি ফজবা নুংশিবা ব্রাবীনি, নীংথিনা ফিজেৎ-লৈতেংবিববা বাফোংদোক্লি। প্লোটগী যুনিটিজদা কাযবা, খনবা হৌরুবগা ব্রাখলদা অদুম হঞ্জিল্লকপা, ব্রাখলনা পূংশুপ শুপ্পা মানবা অসিগুম্বা ষ্ট্রিম ওফ কোন্সসনেজ টেক্লিক্কী উপন্যাসসি মতমগী চাংযেং উপন্যাস ওইবগসু বাখল লাযনা চেনবা চোইবোলনা মতমগী পুন্সিবু যেকপনি খন্দুনা উপন্যাসকাব অযাম্বনা পাম্নদে। মবম অসিদগী ভার্জিনিযা রুল্ফনচিংবগী অবোযবা উপন্যাসশিংদদি ভিক্টোবিযান ট্রেডিসনদা হঞ্জিল্লকখি। পাচা মীতৈসু *মীওইবগী ব্রাকৎ* (১৯৯৬) তদি হান্নগী ব্রাবী লীবগী পবীংদা হঞ্জিল্লকই।

অতোপ্পা অমনা মীওইবগী মবী শাগৎলকপা মতমদা নুপী উপন্যাসকাবশিংনা মখোযগী খোঞ্জেল মযেক শেংহল্লকপা অসিনি। হীবম অসিদদি নুপা উপন্যাসকাবশিংনা নুপীগী ফজববা চবিত্র কযা শাগৎলুবগসু কাইনথংদা নুপাগী ইথোজতা অদুম হঞ্জিল্লকই। অদূবু মণিপুবী নুপী উপন্যাসকাব থোইবীগী *লমজা* (১৯৭৯) দগী প্রমোদিনীগী *কংলবা শনাবৈ মযোম* (১৯৯৫), পুন্যবতীগী *মাযথিদৌববা লাম্মী* (১৯৭৫), বাধেসনাগী *পী থাদোই* (১৯৭৭), সুবদনীগী *লাইবক* (১৯৭৮), মেম্মগী *চন্দ্রিমা* (১৯৭৯-৮১), চন্দ্রসখিগী *অনুতাপকী মৈবীনুংদা চিত্রা* (১৯৮২), ববকন্যাগী *শিঙ্গাবৈগী লৈকাদা* (১৯৮৩), সত্যবতীগী *শকখংদবী* (১৯৮৪), শুবমিলাগী *কদাযদনো* (১৯৮৭), হঞ্জবম বিলাশিনীগী

*অকংবা অতরগুলাপ* (২০০), দেবলাগী *পোল্লোয় অদুদদি* (২০০০) অমদি শৌগাইজম বিলাশিনীগী *রাধা* (২০০০) ফাওবা নুপীগী নূং পাল অনীদগী য়েরকপা ৱাহৈগী খোম্থোক্লা হান্না য়েক্লল্লিবা নুপা নুপীগী মরীবু নৌহৌননা নৈনরকই। নুপানা উশিনবা ঙমদ্রবা নুপীগী ৱাখল, ইহুল, নীংজবা অমদি শীংনবা পূম্বা মকা লাম্না ফোঙদোকপা হৌরকই। নুপীনা তাল্লকপা লন থুমসু, নুপী মশামকসু নুপানা মপূনি হায়বা চৎনফম থোক্তুবা চৎনবীগী মায়োক্তা কলম পায়খৎলদুনা নুপী উপন্যাসকারশিংনা নুপীগী অশেঙবা শক্তম য়েক্লবা ঈহৌরোমদা তপ্না-তপ্না চঙশিল্লক্নুনা হৌজিক মণিপুরী উপন্যাসতা ফেমিনিজমগী পরম্পরা অমা তৎন থানবা য়াদনা শাগোন্নরক্লি।

ৱারোইশিন ওইনা পনবা য়াবদি হৌজিক্কী মণিপুরী উপন্যাসশিংসি তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েং কয়াদগী নৈনবা যারগসু, অনৌ-অনৌবা ঈহৌ কযাসি লাকপা হৌখ্রগসু হৌজিক্কি মণিপুরী উপন্যাসকী খোঙচৎ অসি মশীং অমদি মগুণ অনীমক্তা হন্থরি। হৌজিক হৌজিক মণিপুবী শৈরেংদা কীটস, শেলী, ৱাউর্সৱাথ, রবীন্দ্রনাথ নৎত্রগা টি এস এলিয়ট অদুগা ৱারীমচাদা এডিসন, লেম্ব, মোপাশা নৎত্রগা প্রেমচান্দ লৈরম্বা য়ারে। অদূবু মণিপুরী উপন্যাসতদি ডিকন্স, হার্ডি , টোলষ্টোই, নৎত্রগা লোরেন্স অমত্তা পোক্ত্রি; জেন ওস্টিন, জোর্জ এলিয়ট নৎত্রগা ভার্জিনিয়া ৱুল্ফ অমত্তা চোংথোরক্ত্রি। ঐখোয়গী উপন্যাসকারশিংনা হৌজিক ফাওবদা তৌবা ঙম্বা তৌখ্রে। তৌফম থোকপদুসু পাঙনবা শেম শারী।

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ


১। ৱারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, *সাহিত্য*, মে, ২০০০, ১০৮ শুবা মশীং

৩। মেমচৌবী, *ৱাকমা মাইবী*, রাইটরস ফোরম, ১৯৯৯, ইম্ফাল

৪। David Daiches, *The Novel and Modern World*, Phoenix, 1967, Chicago

৫। Forster, E.M. *Aspects of the Novel,* 1964, Penguin Books

৬। Lawrence, D.H., *Why the Novel Matters,* English Critical Texts, 1997, Oxford University Press

# *মাধবী*দা সাইকোএনালাইসিস

*মতমগী ঈচেল ওহ্নোক্লা কল্লিদা ! অকনবা নুংশিংকী পাঙ্গল চীংনা থংপা ঙমই, অচৌ অচৌবা তুরেলগী ঈথিল-ঈরৈ সমুদ্রনা থংপা ঙম্মি- মতমগী ঈচেলবু থংপীনবা কনা লৈবগে?*

মতমগী ঈচেলদা লাকখিবা ডা কমলগী *মাধবী* (১৯৩০) পৃথিবী সভ্যতাগী পোথোক্লী। মানব সাহিত্যগী খোঙচংতা স্ট্রিম ওফ কোন্সসনেজ টেক্নিক শীজিন্নদুনা ইবা সাইকোলোজিকেল নোভেলগী য়ক লাউবা যুগ অমদা লাইনা থাবা মালেমগী নীংথিরবা লৈকোলসিদা লৈশাং তমলকখিবা খুদোলনি। মতম অসিমক্তি ভুবন মপানা কাঞ্চিপুরদা থক-থক নীকহনবগুম বিজ্ঞান সভ্যাতানা মীওইবগী ৱাখলদা অঙকপা ফংনা লান্দারকপা ইতিহাসকী তাঙ্কক্লি। অচুম্বা, অফবা অমদি ফজববু লেঙদ্রবনি খন্না ঙাক্লম্বা থম্মোয়গী মগুণনা মরায় চায়থরকপদা মীওইবগী কোন্সসনেজ মায়কৈ মাঙলকখি। নুংশিবা হায়বসিমক লৈখা তারক্লবা ৱাখলগী মচল ওইখিবদা লনাই মরী (Personal relationships) সু কোমথোক্লবা নান্থোক্লবা হৌরকখি। মতমগী ঈচেলদা ইতিহাসকী ইরৈনা চেন্থখিবদবা করিসু লৈতে। চেন্থখ্রবা অমুক হল্লকপগী আশা লৈতে। পুক্নীংগী ইহুলসু অদূ মঙায। চপ মান্নবা ৱাখলদা হঞ্জিন-হঞ্জিন খন্দুনা লৈবা ওইথোক্তে। মসিদি ৱাখল খনবদা শরুক য়ারিবা হকচাং কয়াংশিংগী ওইথোক্তবা (Physiological impossibility) হায়বদূনি। আমেরিকান সাইকোলোজিষ্ট William James না হায়খিবগুম ঃ *Whatever was true of the river of life, of the river of the elementary feeling, it would certainly be true to say .. that we never descend twice into the same stream* (*The Principles of Psychology*) পৃথিবীগী মীয়াম্না তরাম্না ওকখ্রবা ৱাফম্নি।

অসিগুম্বা লেপ্পা লৈতনা চেন্থরীবা অমদি মীওইবগী ৱাখলগী খোঙ্গূল লীরিবা মতমগী উপন্যাসপু লেনখায়দুনা নৈননবা থৌরবা সমালোচনাগী খূৎলায় অমনি- সাইকোএনালাইসিস। সাইকোএনালিষ্টশিং, মরুওইনা ফ্রোইড, জুং অমসুং এডলরনা মীওইবগী ৱাখল খনবগী থৌওইশিংবু ইড, ইগো অমদি সুপর ইগোগী যূম্ফমদা মরোল নাইনা কোন্সস, প্রিকোন্সস, সবকোন্সস,অমদি অনকোন্সস

লেভেলশিংদা নৈনরকখি। চাংয়েং অসিমক সাহিত্য সমালোচকশিংনা ঙাওচৎনরক্লবা চরিত্রশিংগী অশেঙবা সমস্যা খঙদোক্লবা উপায় ওইনা শীজিন্নরকখি। সাইকাত্রিষ্ট অমনা ৱাখল লায়না নারবা নারবীশিংবু লায়েঙবগী থৌওং অদূমক্নি। অমত্তা ওইনা তিন্নবা, চিংন-খঞ্জানবা লৈতনা লোয়নবা, ইকায়-হঙ্গোইনবা য়াওদনা ৱারী শাবা, অখাকপা অমত্তা থমদনা লোইনা হায়দোকহনবা হায়বসি সাইকোএনালিষ্টশিংনা য়াম্না মরুওইনা চঙশিল্লি। ঙসিগী মীওইবগী মরীদগী থোরক্লিবা পুন্সিদা হায়দোক্লম্লরোই খনখ্রবা ৱারৌবা, নিংদোন-পোম্বা, পূক্নীংদতা শাপ চৈনবা, নিন্দা ময়াম্না নুংগী পুন্সিগী অশেঙবা থৌদোক ওইরি। অসিগুম্বা তাশিন-খোমজিন ৱাংনা পৈশিল্লিবা অমম্বা ৱাহৈশিং অসি ফোঙদোক্লবা ইখাই অমা পীদবা য়াদে হায়বা ৱাখল্লোন অশোমদা সাইকোএনালিষ্টশিংনা য়াম্না লুনা লৌই। মখোয়না শেংনা থাজে ঃ *All the suffering today is psychic; it happens in the mind* (D.H. Lawrence) অদূনা মখোয়না পুন্সিগী মপাম্থোংগী শক্লোন থাদোক্লগা মনূং হঞ্জিন্না লৈরিবা অতোপ্পা পুন্সি অমা এক্সপ্লোর তৌরকই। উপন্যাসকার অমনা শাগৎলকপা চরিত্র অমগী পুন্সিগী ফীবম, হিংবগী থাক, অকোয়বদা লৈমীন্নরিবশিংগি মরী, মহাক্কী অপাম-পামদ, নীংজবা অমদি শীংনবা, পূক্নীং ইহুল অমদি নুংশিবগা মরী লৈননা ৱারৌখিবা অমদি মায়থীখিবা, তায়ওননা লৌখিবা ৱারেপশিং, নমশিন তাশিন্দুনা ফোঙদোকহনখিদবা ইন্দ্রিয়গী ঈখৌলাংবা, মদূদগী থোক্লকপা নুং-পাল অনীমক্কী রিএক্সন্স, ককঙাওনরকপা, ফুম্বংনরকপা, তাশিন-খোমজিনবা ঙমদ্রবা চয়েৎনবা কয়াগী শরাক ওইনা মীওইবা সমাজদগী মীৎয়েং তোঙানখিবা পূম্নমক সাইকোএনালিষ্টনা য়াম্নমক মনূং হঞ্জিন্না নৈনৈ। মপূং-মরৈ ফারকপা পুন্সি নৈনবদদি অসিগুম্বা সমালোচকশিংসিনা অকক্লবা মীৎয়েং থম্মি ঃ *Sex is the actual crisis of love.*

ক্রিটিসিজমগী অনৌ-অনৌবা টুলশিং অসি শীজিন্নদুনা সাহিত্যগী অনৌবা অমসুং কুইরবা খূদোলশিংবু নৌহৌননা নৈনবগী চৎনবী অমা পৃথিবীগী মফম খূদিং কন্না চঙশিল্লক্লি। অনৌবা থিদোকপা হায়বসিগী অরুবদি য়াম্না লৈ। অনৌবনা অরীববু মাঙহল্লি নৎত্রগা মফম হোংদোকই। ডা কমলগী *মাধবী* সু লাক্লিবা মতম মতমদুগী মীরোলদুগা চান-চানবা মীৎয়েংদা য়েংবা তাবনি। *মাধবী* উপন্যাসকী অর্থ অমদি আর্দশ হোংবা য়ারোই হায়দুনা চপ লেপহন্দুনা থম্বা তারগদি উপন্যাস অসি অহীংবা ওইরক্লোই। হৌজিক্কী মতমদা সাহিত্য নৈনবগী থৌওংসি অনৌ-অনৌবা চাংয়েং কয়াগা লোইননা চঙশিল্লকই। সাহিত্যগী কয়াৎ পূম্বা বিজ্ঞানগী

থৌববা খূৎলায়না কূপ্না-কূপ্না লেনখায়দুনা পোষ্ট-মোর্টেম তৌরক্লি। অইবগী পামজবদি অসিনি হায়দুনা চেকশিন্না কোনশিন্দুনা থম্বগী মতমদু লোইশিল্লকপগুম তৌরি। অহোয়নদুম অইবগা মরী শুকলৈ লৈনহন্দনা চবিত্রশিং অদু হিংদ-হিংলিবগুম ক্রিটিকশিংগা মায়গা-মায়গা ওনশিন্নরগা ৱাবী শারক্লি। নৌনা খঙনবগী হেন্না নুংশিননা অনীংবা অপাম্বা ঈহো হোদোক্লরি। হীরম অশোমদা য়েংলুরগদি মণিপুরী সাহিত্যদা নৈনবগী থাক অসি নৈনবিরিবা অখঙ-অহৈ, ওজা গুরুশিং অদূগী ইম্প্রেসনদা য়ূম্ফম ওইবা ইন্টরপ্রিটেসনগী থাক্তা লৈ, লিটরেরি ক্রিটিসিজম হায়বা অদোমদদি কয়া কন্না চঙশিনন্দ্রিবরা হায়বসি ৱাহং অমনি। সাহিত্যগী সভা কয়াদা ওজাশিংনা তোয়না তোয়না তাকপিবা ঐখোয়গী নৈনবগী থাক অসি য়াম্না নৌরি; পৃথিবীগী চাওখৎলবা সাহিত্যশিংদা চঙশিল্লক্লিবা ক্রিটিসিজমগী অনৌ-অনৌবা চাংয়েং, অনৌ-অনৌবা টুলশিং শীজিন্নদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পোত্থোকশিং নৌনা নৈনবগী তঙাইফদবা লৈ; ডা কমলমক নৈনবা হৌরকপদা ঙায়রি হায়বা ৱাফমসি তত্তনা নীংশিংফম থোকই। মসি চুম্মী খল্লগসু অচুম্বা তৌবা অরুবা থবক্নী। হায়জদবা য়াদবা অমদি স্বাথত্যাগ অমদি বিশ্বপ্রেমগী ফম্পাক্তা লেঙদনা লৈরিবী মাধবীনি। হান্না পারম্বা চেনা অমা হাংদোকপদা মখোল খরদং থোকপগুম অনৌবা মীৎয়েং কয়া লাকপদসু ইফোং-ফোংনা নৈনফম থোকই। ঈথক অমা নোংলৈ অমা হায়বদুনি। অখাক অরাওদা বাঁশিগী শুর তিনখিবা ওইথোক্তবা নত্তে।

অহানবদা লৌখৎপা য়াই ধনঞ্জয়। হোগায়বা, ককথৎপা, লেনখায়বদা কনানসু শাউররোইদবা ভুবন মপা। *মাধবী*গী ভুবন মপাদি রাবণনি। ফত্তবা পূম্বগী মখোঙ পানবা শায়োন (ইভিল ইনকার্নেট) নি। কল্লক-যেংথিনবা ঙম্নমক মঙোন্দগী হৌরকপনি। অতৈ শাংনা হায়রুদনা ভুবন মপা য়াম্নমক তমথীবা, হিংচা-য়াইতম্বা মীশক্নী হায়বসিদদি মত অনী শুফম থোক্তে । অদূবু মহাকসু মীনি হায়বসিদদি ৱাখলগী হেঞ্জিনবা করিসু লৈতে। ভুবন মপা ধনঞ্জয়গা উরীরৈগী ইমূংদা থরুম্নরকপগী মরমদি ঃ *ভুবন মপানা উবীবৈগী মশক ফজৈ হায়বা অসি তাদুনা অমসুং মচা ভুবন্না উরীবৈবু পাম্মী হায়বা অসি খঙলদুনা উরীরৈবু মমৌ ওইগে হায়দুনা মপা মমাদা হায়রুই তৌইগুম্বসুং ... পীখিদ্রে ।* ভুবন মপা নুংঙাইফম থোক্তে। মচা ভুবন নুংশি মৈনা চাকপা তাবনি। উরীরৈ, মাধবী, বীরেন, ধীরেন, শশী নুংশি মৈনা চাকপা য়ারগা ভুবন্না চাকপদি করি নোক্লনীংঙাই লৈ। অসি মঙায় ভুবন মপাসু । সমাজনা মহাকপু কি, তুক্কচৈ। অদূবু নুংগী থম্মোয়দদি

মহাকসু মীওইবনি। শকহেনবী মাবু মমৌ ওইনীংবা, মচাগী মনীং থুংজবদু লাইনীং ওইজবা মপা অমদা লাল্লী হায়রুনীংঙাই লৈতে। মীওইবা ওইনা তাইবঙ লীলা য়াওররবা মহাক্কী থম্মোয় মতম পূম্নমক্তা লৈকংলা ওইদে। সেক্সপিয়ারনা লেডি মেকবেথপু নুপাদগী হেন্না ময়াই কাবী ওইনা উহনখি। মপুরোইবা মেকবেথনা খঞ্জানরবা থৌদাংদু নুপী মহাক্না পাঙথোক্কে তেমশীংলুই । মখূত্তা থাঙশাঙ পায়খৎতুনা নিংথৌ ডনকন হাৎকে চঙশিল্লুই অদূবু ঙমদ্রে। অহল ওইরবা নিংথৌনা তূমদুনা লৈরম্বা দৃশ্যদু মশামক্কী অপোকপা মপানা তূমদুনা লৈরম্বা ওইনা উরকই। মখূত্তগী থাঙশাঙ তাখিবা খঙহৌদে । চোংথোরকই নুপী ওইবীগী থম্মোয় । কমলগী ভুবন মপাসু মচা মমৌগী ব্রাখলদা নুংশিবগী প্রেম্না পাথোক্লি । মচানুপাবু লুহোংবীগে খল্লকপা মী ওইদ্রবা কনাবু সমাজগী ফজবা লোঞ্চৎ, চৎনবী অমদি মীওইবগী মরী কয়াগী লীপুন্না লাকশিঞ্জনবা তাঞ্জা পীরকপনি। উরীরৈবু মমৌ ওইরগে লেপ্পবা ভুবন মপাগী থাদোকপা কয়া লৈ। মশাগী কান্ননবতা য়েংবা অচাওরম কাবা মীশক অমা ওইরম্লবদি মচানুপা ভুবনগী অনীংবগী মায়োক্তা লেপ্পুনা মাগী ইমূংগী থাক মান্নবা ইমূং অমগা ঙাই-শেন ওইনবা থৌরাং লৌখৎলম্বা য়াই। শরৎচন্দ্রগী দেবদাসকী ক্রাইসিস পূম্নমক্না নীংশিংনরি। ভু বন মপাদি দেবদাসকী মপাবুংগী পূকচেলদু চেন্দে। সনা লুপা, লন-থুম অমদি লায়র ইনাকখুনবগী মীৎয়েংনা মচা মমৌ খনবগী খল লেপ্লে। ফিদম্নফম ওইবা মপা অমগী আদর্শনি।

নুংশিজরুবদি পাপ নত্তে। থম্মোয়গী ঈচেল অদূবু মাঙহনবদি পাপকি মশক্লি। মীনুংশি খঙদবা মহাকপু হিংচাবা কৌই। হিংচাবগী থম্মোয়না নুংশিবা খঙলকপা মীকূপ্পুনি ঙসিগী তাইবঙনা ঈথৌ লাংলিবা। মীকূপ অদু লাকখি ভুবন মপাদা। অদূবু নহাক্তি ফরকপা য়ারোই মতাগুম সমাজনা তাঞ্জা পীখিদে। ফত্তবা অমগী মথংদা ফত্তবা অমা মথং মথং লঙশিনবদা মতাখি। হেমলেটসু মী হাৎখি করিদা শোয়খিবনো। অপাম-নুংশি অমদি অনীংবা কয়া তায়ওন্নরকপনা নীংবা কায়বগী পন্দোল লোম্মকই। অসিগুম্বা পূক্নীংগী মরমচত্তি তম্বা ঙমদ্রবা থৌওং কয়াদা মমি তারকই। রাবণগুম ভুবন মপাসু লাম্থেংনবা তারকই। মহাক্কী অত্যাচার খূদিং শাগৎচখিবা আশাদু ফংজনবা তোঙানবা উপায় ঙাক্তনি। য়াদ্রগনা য়াদ্রে তূমিন্না লৈরো কনানা য়াগনি। উপন্যাসকার কমলনসু শেংনা ইরি ঃ *আশা হায়বা অসি পাম্বিগী অনৌবা য়েন্নিংগা অমহানি । অমুক্তং থদৎখ্রগা মদু মরু ফংনা মাঙখিদে।* অশুম্না মচাগী নুংশিজবা ঙাক্লবা হোৎনবদা ভুবন মপাগী পুন্সি লাইবক থীখি।

ঙাই-শেন ওইজনীংবা নবীনগী থৌববা থাঙশাঙগী শাবাক ওইখি । মমৌ ওইজনীংবা উবীবৈগী মপাগী খুত্তা থৱায থাখি। যূম পানবগী লমদা মচা ওইবশিংগী মনীং থুংহন্নীংবা মমা-মপাগী থম্মোয কাযদনীঙাই কবি লৈ ? মহাক্না হিংজবিগৈ মমৌ ওইজনীংলম্বা উবীবৈনা অতোপ্পগী ঙকশমদা কুন্দো পবেং হুকখিবদা মাগী চান্নবা আত্মানা পোত্থাফম খঙদনা পাইবমগনি। মপাপুনি হাযবীবদি যাই অদূবু নিংথৌ অমদি মৰূপ মপাঙ হাৎলগা নম্ফুদা নিংথৌ ওইখিবা মেকবেথপু নুংশিবীনবা সেক্সপিযাবনা মীওইবগী পূক্নীং চিংশিল্লম্মী। ৱেষ্টর্ন পোযেটিক্সকী মীৎযেংদা বাবণবু হৌজিক হেবো অমা ওইনা উবকপা কবিসু অকাযবা লৈতে। ভুবনগী ইমূংগীদমক বাজেন কবিবাজগী মচানুপী অহলনা পান্নোম তিংলকপা কবিসু ঙক্লীংঙাই ওইদে। ওইথোক্তবসু নত্তে। উবীবৈনা ভুবন পামদবমুক বাজেন কবিবাজগী মচানুপীনা বীবেন পামদে ঃ *নুংশিবা হাযবসে যাম্না লম হেনবা তীল অমনি; পাউতাক্না মাগী পূকচেল পেৎহনবা ঙমদে, যৈ চৈবনসু মাবু ৱাবকপা ঙমদে। মাদি মশক ফজবা ঙাক্তনসু পামদে ইনাক খুনবা ঙাক্তনসু চংজকদে - মহৈ হৈবা ঙাক্তনসু যেংনিংদে।* মসিনা উপন্যাসকাবগী বিচাব যাওবা পাউখুম্নি।

মতাঙ অসিদা হংবা যাই ঃ নবীনগী ফিবেপ্তি লানখিববা ? লানখিদে হাযবনা মীচঙ হেনগনি। নবীন খঙই মচানুপী উবীবৈনা ভুবনবু পামদে। মপা অমা ওইনা মহাক মশানসু ভুবন মপাবু পামদে ঃ মগুণ চেনবা মপা মচা অনী অসি কযা শম্ননীংদদুনা খুদোংথীবা পূম্বা মাযোক্নখিবনি। মপা অনীগী লান্থেংসি অকনবনি। অঙম তান্নবকপনি। অমনা মচানুপানা পামজবা নুপী লৌনবা হোৎনবকপা। অমদুনা অমনা মচানুপীনা পামদবা নুপাদা পীদনবা হোৎনবকপা। অৱাংবা ক্রাইসিস অসিনা উপন্যাস অসিগী মগুণ ৱাংহল্লি। ভুবন মপাগী অবানবা উপাযনা উবীবৈগী মপা-মমাবু হন্না হন্না হাৎহল্লি অদূবু অমুক্তসু শিখিদে। অচুম্বগী খূৎলাই পাযবিবা নবীন্না ভুবন মপাবু অমুক্তমক হাৎলি। মদূনা ভুবন মপাগী অবোযবা ওই। বামসু বাবণবু লানবীখি। অচুম্বগী জযনি। উপন্যাস অসিগী তরু-তরুবা ঈচেলনি। পবম্পবা সাহিত্যগী বিচাবনি ঃ অবানবা উপাযনা নুংঙাইখিবা ৱানা পোলোইখি; থম্মোয শেংনা ৱানা হিংলকপা নুংঙাই যাইফনা পানবা ঙমজখি।

হেন্না ৱাবা মতাঙ অমা লৌখৎচদ্রিগৈ ঙাইহাক পোত্থাবা ওইনা নুংঙাইবা মতেক অমত্তং পঞ্জবা তাববদি *মাধবী* উপন্যাস অসিদা ইহান হান্না ৱা ঙাঙখিবা,

মচনগী আশাদা মবুং তিন্নবা, মবায় ওইগদবা মীশক্তা য়াম্না কন্না মরূপ ওইরিবা শশীনি। নুমিদাং বিরেন্দ্রসিংগী য়ূমদা কোয়থোরকই। মরমদি মরূপকী য়ূমদু *থম্বালসাগীসু ময়ূম্নী । রাজকুমার বিরেন্দ্রসিংদা বারুণী খুরুম্মুসি* কন্না তকই। চংমীন্ননীংবনা মচল *থম্বালম্নাগনি*। মমাসিজনা *থম্বালম্নাদা নংগী য়াম্লুং চংলবদি নংবুসু চংহনগনি* হায়রি। অদূনা শশীনা শোমদা কন্না তক্লদবা য়াদবনি। বীরেন্না শিখাং খাঙলুরগদি কান্নররোই খঙদুনা ফরে চংলগে য়ারবদসু *হিদাক ঙাম্থক অমা থকখিনি* হায়দুনা ইমূং চঙগে থৌরাংবা, শোমদা থম্বালম্না চাক থোংলি খঙবননি। চীংয়াগী লৈকোলদসু লাই কৎনবা লৈ থিরুশি হায়দুনা শশীনা বীরেনগী খূজেং পায়দুনা পুই। লৈহাও পাম্বী মথক্তা তূমিন্না লৈশিন্দুনা বীরেন অমদি উরীরৈ-মাধবী অহানবা উন্নবগী দৃশ্য য়েংদুনা লৈ। উরীরৈনা বীরেন্দা মথংগী নুমীত্তা লাই খুরুম্বা পুবীগে ব্রাশকউ হায়বগী পাউখুম ওইনা *হোয় পুবীগে হেক হায়দোক্তবদা হৌদোং লম্বোইবা ! হোয় পুবিগে হেক্তা হায়য়ুনে করিগী ব্রারেম ঙাংদুনা লৈবগে* হায়না নোং খাকপগুম লাউথরকখি। মাগী খোঞ্জেল তাবদনি উরীরৈ-মাধবী থুনা য়াঙনা চংখিবা। মশাগী অশোয়বা খঙলক্তুনা চংখিবা লেপ্লবা অমুক লাউই ঃ *লৈ থীরিবীশা! ফংঙমদ্রবা লৈহাও লৈরেল অসি য়েন্দাই থন্না পুজখো ।* উরীরৈনা মায়থীবা পীরম্মী ঃ *শক্তিবুদা শাৎপা লৈহাউদি অচম্বা লৈহাউ নত্তে, পুক্লিংগী লৈহাউনি, য়েন্দায়দা হাপত্রবসু থম্মোয়দা থম্বা য়াই*। লাকচৈদা খল্লি। অদূনা বীরেনগা উরীরৈগা মাল্লিকা মখোঙদা খাইনঔে লমন খুন্নকখি ঃ *ইবেম্মনা ব্রা ঙাংবা হৈতে হায়বগী সাক্ষী ঐ লৈ-হৈবোকচীংগী লৈকোলদা অহানবা বীরেনগা উনবদা ব্রা অমত্তা ঙাংখিদমাল্লে।* অসিগুম্লবা শশী বীরেনগীদি অমম্বদা লোৎপা নোংথাঙগী মশক্লি। অহল-লমন পরম্পরাগী মতূংইন্না থম্বালম্নাদগীদি মবুং বীরেন্না হান্না লুহোংদবা য়ারোই হায়বা শশী চপ চানা খঙই। মশামক্কী অনীংবা লোৎশিঞ্জবগুম মশামকসু ঙাইহাক ঙাইহাক লোৎশিঞ্জনবা হোৎনজে। অদূঙে বারুণীগী খুদোংথীবা থৌদোক লোইশিল্লকঙে ভুবনগী কাঙবুনা বীরেনবু কোয়শিনখ্রবদা *ইতাও ইবুংঙো করি অমত্তা ব্রাগনু ঐখোয় ময়াম লৈরি* হায়দুনা নারক্তগী চোংথোরকখিবা, থম্বালম্নাবু নুপাগী ফিজেৎ শেৎহনখিবা ঃ *হৌজিক নচন ইবেম্মবু উরেদো। রাজবংশনি হায়নখ্রবা ব্রা শোয়ননুশি* হায়দুনা বীরেনগী খূয়াদা শাংদ্রোং শাংনা খুরুমখিবা, থেঙখ্রবা অহীংদা উরীরৈনা উথক্তা কাদুনা কোকিল ফাগে থৌরাংববু লক্লগে খন্না লৈপল মরুমদা লোৎখিবা, উরীরৈনা ঈশিংদা তাখ্রবদা মহাকসু খূদক্তা চোংথখিবা, মদূগী ব্রাহৌদা মরাল ইরৈ লৈতনা

মণিপুরী নুপীশিংনা লানগী মৈচেন্নরকপা শীংথাদুনা ইবা ব্রারীমচাশিংসু তোঙানবা মশক অমা লৈজে। হৌখিবদি বিনোদিনীগী *ঐগী থাহৌদ্রবা হৈতুপ লালু* দগীনি। মথং মথং চথরকপনা সুনিতাগী *খোঙজি মখোল* লান্না থেংলম্মী শান্তিবালাগী *থাবল য়াওদ্রবা থাজ* (*অনৌবা মঙাল অমগীদমক*, ১৯৯৮) অদূগা য়ৌশিল্লকই বিনাপানীগী *মরু হুনবা* (২০০১) অমসুং সুরমাগী *মরৈবাক নীংবা নুপা* (*পাউখুম্না হংলি*, ২০০১)। লৈবাক্কী খ্বায়দগী লুরবা সমস্যাদা লমদমসিগী নুপীশিংনা মীকপ থোক্লকপা হৌনশানি। মপূং ওইবা ব্রারীদি লৈবাক মীয়ামগী থৌদাংগীদমক মঙ্গল পীদুনা খোঙশানহনখ্রবা মচা নৎত্রগা মপুরোইববু পুন্সিগী অথেঙবা অহীংদা ঙাইজবনি অদূগা হল্লক্লিবনা ঈখেং তাননি (*থাবল য়াওদ্রবা থাজ*)। বীনাপানীনা য়েক্লীবা মমাগী চরিত্রনা ফিদম অসিদা মঙাল পীবনি। শাংখ্রবা চহী কুন্থ্রাগী মতম্নী। মপানা হল্লক্লরোই হায়রগসু মমা ওইবী মহাক্নদি লালটেন ব্রাংনা থাঙ্গৎলি। মচা শোয়দনা হল্লকখিগনি ঙাইরি মরমদি মচাদুগী মশাদা খুদোংথীবা অমা থোকপা মতমদা মমানা খংবা ঙম্মী। তূম্বা মতমদা মঙ মঙবদা খংই। অদূনা মচানা হল্লকপদা উনবা থাউমৈ ব্রাংনা থাঙ্গৎলি ঙসিসু ঃ *মল্লবা অহিংসিদা মমা ঐনা পীবিবা মঙাল অসে ইচানা উবা ওইরসনু* (*মরু হুনবা*)। সুরমাগীনা অনীথোক্লা চিংখাইরবা থম্মোয়গী তাইবঙনি। অমনা মতমগী ঈহৌসিদা পুন্সি পিখম্নখ্রবা অপোকপগী নীংঙমদবা। অমরোমদনা পুন্সি মরূপ অমনা ফিদম অসিদা খোঙফম চেৎনা লেপখিবা *(মরৈবাক নীংবা নুপা)*। মতমগী খোঙচৎনি।

কুনমাথোইশুবা চহীচা চঙলকপগা লোয়ননা সমাজসিদা নুপীগী সমস্যাসু হেঙ্গৎলকই। হান্না ইরল্লীবশিংগী মথক্তা অনৌবা ব্রারীমচা অইবীশিং ব্রাহং কয়া পুদুনা চঙশিল্লকই। মখোয়গী মনূংদা দেবযানি, সনাতোম্বী, ইন্দিরা, সুরমা অমদি নী দেবী পনবা য়াই। নুপীগী পুন্সি পোক্ত্রিঙৈদগী শিবা ফাওবগী মনূংদা মীকূপ খূদিং হেন্না চেকশিন্দবা য়াদবগী এব্র্যারনেজ অমা শাগৎলকই। নুপাদি সন্ধ্যাফাওবা তূম্মুরবা তুংদা অহীংচুপ্পা লাউ-খোংনা লৈরী। নুপীগী থম্মোয়নুংদা মপুরোইবা শিখিবা লাইনীং ওইরকপা য়ৌশিন্না দেবযানিনা খুৎ থারকই *(কৈথেল কারুবদা)*। নুপীগী পুন্সিগী অশিৎঅব্রান্থা য়ৌরক্লে। নুপাগী থম্মোয়দি চিংনা চাউই, সনাতোম্বীগী ব্রাহৈনিঃ *ঐহাকপু লুহোংবিরকখি, সমাজনা য়ারবা নুংশিবা মঙোন্দা। মহাক্না ঐঙোন্দা মিনুংশি পীবিখি, শুপ্নগী অকনবা লৈই অমগী মনুংদা ... লৈই অসিদগী লাম্থোক্লুবা মীকুপ্তা মহাক্না পিবিবা মপান নাইদ্রবা নুংশিবা, নুপী ওইবী ঐগী লেমজফমগী মশক ওইরবা তানফম পুম্নমক মাঙখিগনি (তামহৌরেদো চেক্লাশিং)।*

অদূগা সুরমাগী ঃ *লু তোংনা শাবা চপ মান্নবা পোৎতা অপাম পামদা খন্দোক্লুনা মিহৌবগী অর্থবু নুংশিবনি হায়না মী কয়াগী মীৎতা চাওরবা নমথাক তৌবা ঙমলিবা মখোয়না যুগ কয়াদগী জয় ওইরক্লি। অদুগা তোল্লবী, ঐখোয়গুম্বী কয়ানা মখোয়গী নীংতম্ববু লেঙদনা অচুম্বনি খন্না কোক নোল্লকলি। মাগী খোংচত্তো শান্নরিবা মচাশিংগী নিয়ম নাইদবা মশান্নসি ঙসিফাওবা পৃথিবীনা য়ানিংলিদরা (পৃথিবী খোংচত্তো)*। য়ানীংফম থোক্তে। নী দেবীনসু খুল্লি ঃ য়ানীংফম থোক্তে, মরমদি ঃ *মীনা শেম্বা চৎনবিবু মীনা শেমদোকপা য়ারোইদবগী মরম করি লৈ। পুম্নমক্তগী, খ্বাইদগী নক্লবী হকচাং তংখাইনি হায়নরিবি লোয়নবী ওইবদি য়ারবী নুপী অদুগী মখুৎ চাবদা দোষ ওই হায়রিবা মখোয়গী চৎনবী, মখোয়গী নিতিদুবু ধর্ম্ম কৌগদ্রা? মদু ওইরবদি, অর্থ খঙদবা মন্ত্র খরনা আত্মাগা মরি লৈনদবা মী অনীবু অমত্তা ওইনা হেক্তা পুনশিন্দুনা থম্বা হায়বসিবু ওইথোকপা য়াবা ব্রাফমলা ? নশানা নশাবু মীনমজরগা, নখোয়না অতোপ্পগী মফমদগী করম্বা মখলগী ইজ্জৎ-শন্মান অমমুক ফংনিংলিবা (খোঙবু চাদ্রবা খোঙলোয়, শোল্লবা মরী, ২০০২)*। সমাজনা চিংলিবা ষ্টাব্লিসমেন্টকী লৈই অশীংননা ব্রাহং হংলকই। হান্না হংনরমদবা।

মণিপুরী সাহিত্যগী উপালদা অইবীশিংগী ব্রারীমচা তপ্পা তপ্পা শাৎকায়রক্লিবা লৈরাংনি। অশংবা উনাশিং ফাওদোক্লুনা অশেঙবা নুংশিৎ লাম্বা হৌরকই। হান্না লৈরমদবা ইতিহাস অমা খোঙ্গুল লীরকই। ইতিহাসতা হান্নদগী য়াওহনবিরক্তবগী মরম অসিমকসু ইতিহাস অমনি। লৈরম্লীবা ইতিহাস অসিদি মীওইবগী মপূং ফাবা ইতিহাস নত্তেঃ অতিয়া তঙ্খায় অমত্তগীনি । মসিনা পীরিবা মঙালগী লীক্লমদা নুপীসু অদূমক চৎকদবনি হায়বসি য়ারক্তে। মরমদি চৎনবীশিং অসি শেমখিঙৈ মতমদা নুপানা নুপীশিংগা তান্নরম্বা লৈতে; নুপীশিংনা য়াখিবা লৈতে। মসিগী য়ূম্ফমদা যূগকী য়াওল তুংইন্না শোখহৌরবা কাঙলূপ্তা হায়বীবগী অরানবা লৈতে ঃ *কল্লকপা য়াম্মী, কঞ্জাওবা য়াম্মী; মাঙদা থারো লাউ।*

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ব্রারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২। Kate, Millett, *Sexual Politics,* 1969

৩। Prasad, S.N.(ed), *Research,* 2001, Ranchi

# মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম ঃ উপন্যাস

পৃথিবী সাহিত্যগী ইতিহাসতা চাউরাক্লা নুপী অহুমখক থেংনৈ। অহানবদা নুপা অইবশিংনা য়েকপা নুপী (*Women as portrayed by men*)। অনীশুবদা নুপানা ইবা সাহিত্য পাবী নুপী (*Women as readers*)। অদূগা অহুমশুবদনা অইবী নুপীশিং (*Women as writers*)।

সেক্সপিয়ার ওইসনু কালিদাস ওইসনু নুপাগী কলমনা যেকপা হারমিওন অমদি শকুন্তালাগুম্বী নুপীনা সাহিত্যগী লামায়শিংদা লৈরিবা নুপীশিংগী খ্বাইদগী চাউবা শক্তমনি। নুপানা সাহিত্যগী কলম পায়বা হৌরকখিবা চহী ৩০০০ফারক্লে। নুপীনা কলম পায়রকখিবদি চাউরাক্লা চহী ৩০০ মুক্তা ঙায়রি। হোমরগী মতমদগী তরাতরেৎশুবা শতাব্দী ফাওবদা নুপীনা চে কলম শোকপা তৌহৈদে হায়বা নুপাগী য়াথংবু কিনা চৎনরম্মী। লাইরিক লাইশুগী ৱাফমদি নুপীশিংগী মঙদা ফাওবা মঙহনখিদে। শাংখ্র বা মতমসি নুপীশিংবু আকাডেমিদা চঙহনখিদবা অসিনা নুপা অইবশিংগী সাহিত্যনা নুপীগী পুন্সি, ৱাখল অমসুং মীৎয়েংবু লায়না বন্দি ওইহনখি। লক্ষ্মণ রেখাগুম নুপাগী ৱাহৈগী ৱাংমদা নুপীনা খোঙফম অমত্তসু লাল্লবা ঙমখিদে। মশাগী ৱাখল অমতসু খনবা ওইথোকহনখিদে। নুপানা মখোয়গী খুদোংচাবখক্তা য়েংদুনা শাগৎখ্রবা সাহিত্যগী মতেঙ লৌদুনা নুপীগী মপোক খূদিং সিষ্টেমেটিক ওইনা খূদুম চনখি, ওৎপীখি অমদি নমথবীখি। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা নুপীশিং ৱারৌনা, খাঙনা অমদি নুংঙাইনা হিংবা হৈনরকখি। নুপীগী শাংলবা অমম্বা যুগ অদূগী মনূংদা নুপাশিংগী খোর্জেনা য়েকখিবা নুপীগী চাউরাকপা চরিত্রদি ঃ কন্ব মুনিগী পাউতাক্কুম নৎত্রগা দুর্বাশাগী শাপকুম, হৈরাংগুম লৈরাংগুম লৈশি লৈথোনবীদুনা নুপাগী পূক্লীং হুনবা, নুপাগী অনীংবা অপাম্বা মতূং ইন্না হস্থ-তোন্থনা হিংহনবা, নুপী হায়বসিদি গর্ভনি, মহৌশা লাইরেম্বীগী অশোয়বা খূৎশেম্মী, নুপাগী শরূদগী নুপাগী সেবা তৌনবা শাখিবনি, মপুরোইবগী ভক্তি, প্রেম অমদি পুজাদা মীৎকী পিগা লোয়ননা তুমখিনবা শেম্লকপা জীবনি, নুপীদি মশাগী নুংশিবা, অপাম্বা, অনীংবা অমদি ইন্দ্রিয়গী ঈখৌলাংবা ফোংদোকপা য়াদে, মদূ হেক ফোংদোকলুবদা মখোয়গী ফজবা পূম্বা মাঙখিগনি, মখোয়গী খোঙফম তাইবঙপালদগী মূৎখিগনি অদূনা মখোয়দি পাঙ্গল শোনবী ইকাই থীবি মতৌনা লৈতেং ওইনা খরায় থোঙ্গাল লান্দনা লৈবী অহীংবা মূর্তি শিং অসিনি।

মসিগী ৱাংমদা চৎলগনা নুপীশিং খম থেংনা ৱাবা মখল মখা কয়াগী প্রলয় উৎতুনা কিহনবা অসিসু নুপাগী সাহিত্যগী বিচারনি। নুপীবু ৱা ঙাঙহন্দনা সব-কলচর অমগী মনূংদা লৈখা তানা নমথদুনা থম্বা ঙম্বা নুপা সাহিত্যকারশিংবু মহাপুরুষকী থাক্তা কোক নোনবা ঙসি ফাওবগী মঙক কল্লবা সমাজ অসিদা চত্থরি। লাইবক থীবনি।

নুপীনা লাইরিক লাইশু তমলকপা হৌরকপা মতমদগী ফীবম অসি তপ্না হোংবা হৌরকখি। মতাঙ অসিদদি সাহিত্যদা অনীশুবা মখলগী নুপী থোরক্লে ঃ নুপাগী সাহিত্যবু পাবা ঙম্বী নুপী। মদূ পারুবগা য়ানীংদবা পূক্নীংদা ফাওরকপী নুপী। পেন্দবা কয়ানা থম্মোয়দা মৈগী চীংগুম পৈশিল্লকপী নুপীশিং। মখোয়না উবা ঙমলকই ঃ মীওইবনা চহীচা কয়া লীশাং শীৎনা তম্লক্লিবা জ্ঞান, বিজ্ঞান, বেদ শাস্ত্র, কাব্য, মহাকাব্য পূম্বা নুপানা ইবা ঙাক্তা ওইরম্লে। সীতাবু অগ্নি পরিক্ষা তৌখিবা রামায়ণগী বাল্মিকী, দৌরপদীবু সভা মাঙদা ফি মুলহনখিবা মহাভারতকী ব্যাস মুণিদগী লুখ্রাবী রুহিনীবু তমথিনা হাৎহনখিবা বঙ্কিমচন্দ্র, পূম্নমক নুপানি। নুপীশিংনা মমীৎ লাওথোক্লা য়েংবা হৌরকই ঃ নুপানা ইবা সাহিত্যদা নুপী পূম্বা দষা অমদি সমস্যাশিংদা ঈরাক্লদুনা লৈরে। নুপাগী ইতিহাস, নুপাগী পাউরৌ পাউতাক অমদি ঈশৈশিংদা উৎলিবা নুপীগী তয়াং তশোইবা পূক্নীং, পূকচেল লেপ্তুবা মতৌ করিগীদমক্তনো মীশক খঙলকই। হকচাং কয়াত্তা য়ূম্ফম ওইরগা জেন্দর বায়স ওইনা খাখিবা পল মনূংদা নুপীবু গোর্ভন তৌবা য়ানবা শেমখিবা পোলিসি ওফ এক্সক্লুজন্না নুপীশিংবু খুদোংচাবা কয়াদগী য়াওহনবিদবা কয়াসি লাইরিক পারুবদগী খঙলকই। অসিগুম্বা ফিমেল সিচুএসন অসিদা নুপীশিংনা মী ওইনা পোক্লুবগী হামচৎনবা অমা ফাওরকপা হৌখি। মখোয়সু খঙলকই ঃ মী ওইবা হায়বসিদি নুপাখক ওইবা নত্তে। হিংলিমখৈদি নুপীসু তাইবঙ মী ওইবা তোকপা ঙমদে। নুপীবু নুপীদা ওইনা উবা, মী ওইনদি উবা ঙমদবা নুপানা হায়খ্রগা লোইরে হায়বা শুপ্নমগী অভাঙ্ক গর্ডিজমগী মায়োক্তা খোঞ্জেল থোক্তনা থনুংদা লাউবা হৌরকই। মসিদা মরক মরক্তা নুপা অইবশিংনা নুপীশিংদা চেকশিনৱা কাঙলম্বসু য়াওদবদি নত্তে। খূদম ওইনা হার্ডিগী টেস। টেসতা মপুরোইবা এঞ্জেল ক্লারানা নোংমা ফোঙদোরকখি ঃ টেস, নঙনা খঙদ্রবননি। নঙসে ঐগী অহানবা নুপী নত্তে। মতম খরা লৈরগা টেসনা নোংমা হায়দোরকখি ঃ ক্লারা, ঐসু অতোপ্পা নুপা অমগীদা লাইবক থীরুরে। অহীং অদূমক্তদা ক্লারানা টেসপু থাদোক্তুনা চৎখি। অতোপ্পা অমগা পঞ্জরবদা ডি ঐচ লোরেন্সকী *লেডী চেটরলিস লভর* দা কুনশুবা শতাব্দীগী অৱাঙবা থাক্কী নুপা পূম্বা খোয় মখাদগী

বোম থাদরকখিবা নুপীশিংগী মফমদা অচৌবা মীৎ অমা ওইখি।

নুপীশিং কলম পায়খৎলকই। সাহিত্যদা অহুমশুবা নুপী চোংথোরকই - মরম অনীদগী কলম পায়রকপা নুপী। অমনা ইচম চম্না মখোয়সু নুপাগুম্না অইবা ওইবা। অমনা নুপানা সাহিত্যদা য়েক্লিবা নুপীগী শক্তমদু মওং কায়রে খন্না চুমথোকপগা লোয়ননা নুপানা থাঙ্গৎপা নুপীগী ফিদমবু চিংথবা। মসিগী মরক্তা লনাই নুপাদা অত্তাই ওইনা শীংনবা অমদি লালহৌবা অইবীশিং য়াওরক্তবদি নত্তে। অদূবু মসিমদি মত অনী শুফম থোক্তে ঃ নুপীনা কলম পায়রক্লবা মতমদতা নুপীগী অশেঙবা মশক অদু চোংথোরকই। ক্রিয়েটিভ প্রোসেসতদি নুপা নুপী চপ মান্নে হায়বসি অরানবনি। মসিদি নুপা নুপা ফাওবা খেন্নবা পোৎনি। নুপী হায়বসি নুপাগী মফমদদি ভাবনা শাবনি। নুপীগী মফমদনা খ্বাইদগী শেংলবা রিএলিটিনি। নুপীগী ইহুণ হায়বসি নুপাগী মফমদা কল্পনানি অদূবু নুপীগী মফমদনা এক্সপবিএন্সনি। থা তবা [illegible]পুবগী চৈনাবু গর্ভ য়াওদবা নুপা অইবশিংনা য়েক্নবা হোৎনবা অমম্বদা মাবনি। নুপীশিংনা পারুরগা মদূদগী হেন্না নোক্নীংবা ৱাহৈদি তাইবঙসিদা অমুক্তা থেংনখিদ্রি হাযরি। নুপীশিং অরুবা ময়ামগী মবক্তা ৱানা সাহিত্যদা খোঙদারকখিবনি। অহানবদা ফোঙনবা নচ্চদে হায়রগা ইবা হৌরকখি। মথংদা নুপাগী মীংদা তূমিন্না ফোঙই। Marian Evans না George Eliot মীংথোল লৌরগা লাইবিক ফোঙখিবা খূদমনি। অতোপ্পা সমস্যা অমনা নুপীনা করম্বা মতমদা অমদি কদায়দা লাইবিক ইগদগে হায়বসিনি। নুপীদা মহাক্নীনি হাযবা পূংখাই অমগী মতম লৈতে। মতম পূম্নমক্তা থৌদারকই। অতোপ্পা অমনা নুপীগী ৱাফোঙদোক রিভোলুসনরী লিঙ্গুইজমগী মতাঙদনি। পৃথিবী পূম্বগী ওইনা মখোয়গী তোঙানবা পরম্পরা অমা শেম্বা হৌরকই। ইগদবা নুপীশিংদি নমথবীফম থোক্ত্রে। ইবগী মহুত্তা খোঙ মোজা লোল্লু হায়বীবগী মহুত্তা নুপীসু লাইবিক ইরগা সমাজগী কান্নরম ওইরকপা য়াই খঙবীবা মপুরোইবা ওইবগী তঙাই ফদবা লাক্লে। পৃথিবীগী ওইনা লৈরিবা মীওইবগী মরীদা নুপী উপন্যাসকারশিংনা মখোয়গী ৱাখল, মীৎয়েং অমসুং পান্দমগী অপূনবা খোঞ্জেল ময়েক শেংহল্লকপা অসিনা ১৯৬০ গী অবোয়বা শরুক্তগীদি ফেমিনিজম্না সমালোচনা সাহিত্যগী য়াম্নমক মচীন তুম্বা ক্রিটিকেল থীওবি অমা ওইনা লাকখ্রে। অহানবদা নুপা অইবশিংগী উপন্যাস পারুবগা নুপী অপাবীশিং নীংবা কায়খি। নুপা উপন্যাসকারশিংনা নুপীগী ফজরবা চবিত্র কযা শাগৎলুরগসু কাইনথংদদি নুপাগী ইথোজতা অদুম হঞ্জিল্লকই। মরাল লৈত্রবী নুপী কয়া মরাল লৈরবা নুপা কয়াগী মফমদা চঙজরকপা ঙাইরি। চঙসু চঙজবক্লি।

মরাল লৈরবশিংদুনা মরাল লৈত্রবীশিংবু ঙাকপীবা ঙমদ্রি। ৱানা থোক্লি। নুপীশিংনা অখাঙ কন্না নুপাশিংগী দয়া ঙাইরি। মসিমক্তি নুপা-নুপীগী মরীবু মপু-মনাইগী থাক্তা থল্লিবা মঙক কল্লবা চৎনবীদু নুপা উপন্যাসকারনা কায়হন্নীংদবগী দোষনি। মতম কুইনা হিংস্মীন্নরকপগী মনূংদা লাল্লুরগদি নোংমতংদি নুপানসু নুপীগী মফমদা হায়জ-নোঞ্জহন্নীংবী নুপী উপন্যাসকারশিংনা তূমিন্না খাঙদুনা লৈথোকপা ঙম্লক্তে। নুপী উপন্যাসকার কয়া চোংথোরকই। ৱাখল, ইমূং-মনূং অমদি সমাজগী অফা-অপূন্নবা কয়াগী ৱাংমদা মখোয়গী খোঞ্জেল তাহনবা ঙম্নবা হোৎনরকই। নুপীশিংতগী ওইবা অনৌবা তাইবঙ অমা শাগৎনবা ঈহৌ নত্তে। নুপাশিংনা শাগৎপা নুপীগী শক্তমদু হোংদোক্লবা চঙশিল্লকপনি। মখোয়গী ৱাখলদা নুপীদা উবীরিবসি পোক্লকপদা য়াওরকপা নত্তে, ওইহনবীখিবনি লোয়ননা নুপীনা নুপীগী মরমদা ইরক্লবা মতমদতা নুপীগী অশেঙবা মশক থোরক্লে ; মসিগী মমাঙদদি সাহিত্যদা লৈরল্লিবা নুপীগী শক্তমসি নুপাগী খুৎশেম্মী অসিনি। ভার্জিনিয়া রুল্ফকী ৱাহৈসি য়াম্লমক খন্ননীংঙাই ওই ঃ

> Now that ... women were beginning to explore their own sex, to write of women as women have never been written before ; for of course, until very lately, women in literature were the creation of men. - *Women and Fiction*

মণিপুরী উপন্যাসতা ফেমিনিজমগী ঈহৌ লাকপা হৌখ্রে। নোংচুপলোমদগী হৌরকখিবা ফেমিনিজমগী তোঙান তোঙানবা ৱেভকী শরুক অমা ওইনা জেন ওষ্টিন (১৭৭৪-১৮১৭), জোর্জ এলিয়ট (১৮১৯-১৮৮০), শারলোট ব্রোন্টি (১৮১৬-১৮৫৫), ইমিলী ব্রোন্টি (১৮১৮-১৮৪৮) অমদি ভার্জিনিয়া রুল্ফনচিংবা নুপী উপন্যাসকারশিংনা য়েক্লকখিবা নুপীগী শক্তম অমদি তাল্লকখিবা হকশিং অদু পৃথিবীগী নুপীশিংদা অচৌবা মীৎ অমা ওইখি। নুপীনা থৌদাং কয়া লৌদূনসু মণিপুরী সমাজদদি আইন, রাজনীতি, অর্থনীতি অমদি ইমূং-মনূংগী অরুবা ৱারেপ অমা লৌরকপদা নুপা-নুপী হায়বসি মতম কুইনা মীশক অমখক ওইদুনা লাকই ঃ মীশক অদূদি নুপানি। মণিপুরী নুপী অইবীশিংসু মশাগী সমস্যা উবা হৌরকই। হান্নদগী চত্থরকপা বাইওলোজিকেল ওইবা ফেমেলনেজগী মীৎয়েংদগী নাম্হোক্তুনা কলচরেল-কেরেক্টরগা শাগোন্নবা ফেমিনিজমগী ৱাহম্হোক্তা নুপীবু ওৎলিবা মওং খূদিংমক্কী মায়োক্তা নুপী হায়বসিগী লিটরেরী কেনন অমা তপ্পা-তপ্পা শাগৎলকই।

মণিপুবগী অহানবা নুপী উপন্যাসকাবদি থোইবীনি। মহাক্কী অবোয়বা উপন্যাস *লমজা* (১৯৭৯) দা মচা হিংনা হিংনা পোকচবা নুমীত্তগী উবা ফংহনখিদ্রবী মমা (বিমলা) গী খোঞ্জেল অমা থাঙ্গৎলকই। ট্রেডিসনেল ভেল্যুজ পূন্বা ব্রানা অদূবু মাযপাক্লা কনবা ঙমখি। অতোপ্পা নুপী উপন্যাসকার অমদি প্রমোদিনীনি। মহাক্কী *কংলবা সনারৈ মযোম (১৯৯৫)* দা চহী তরানীপালদা লুহোংবী, চহী তরামাপনদা লুখ্রা শীঙদা চল্লবী তম্ফানা লুখ্রাবী মমাগী নাক্তা হল্লক্কুনা পুন্সিগী আশা পুন্বা কংলবা সনারৈ ময়োমগী পাঞ্জক ওইখি। অদূবু কংলবা সনারৈদগী অনৌবা চার চেংখৎলকই। ব্রানা হোৎনজমন ওইনা ওজা মচা অমা ওইবা ফংজদুনা স্কুলগী হেড মাষ্টব নোংদোলগা নুংশি ব্রায়থুংনখি। মথং-মথং থোরকই নুপীগী চরিত্র কয়া। পুন্যবতীগী গীতা (*মায়থিহৌরবা লান্মী*, ১৯৭৫) সমাজগীদমক নুংশিববু কখোকপদা অতোপ্পা মাধবীনি। রাধেম্নাগী চারু (*পীথাদোই*, ১৯৭৭) খুঙ্গংগী লৈত-লায়র সেবাদা ডাক্তর অমা ওইনা পুন্সিচূপ্পা লেনখি। সুবদনীগী নৌরিবি লুখ্রাবী রোসনী (*লাইবক*, ১৯৭৮) ইমূং-মনূংগী থৌইনশিনগী ব্রাংমদা মমং অনী শুদনা মীয়ামগীদমক পুন্সি লেনখি। হোসপিতালদা মপা মশক খঙদবা পোক্লিবা অঙাং অমসুং মমা ওইবীশিংগী ব্রাকৎ মেম্মগী *চন্দ্রিমা* (১৯৭৯-৮১) দা পুখৎলকই। চন্দ্রসখিগী *অনুতাপকী মৈরিনুংদা চিত্রা* (১৯৮২) অমসুং বরকন্যাগী *শিঙ্গারৈগী লৈকাদা* (১৯৮৩ তোল্ল-তার ইমূং-মনূংদা নুপীশিং অমুক্কা হেন্না শোকচিন্না ব্রাবা দৃশ্যদু উৎপা উপন্যাসশিংনি। সত্যাবতীগী *শকখঙদবী* (১৯৮৪) দা চমজরবী খুঙ্গংগী নুপীমচা তমুবীনা ঙাইজরিবা অঙাং ওইরিঙৈ কায়নখিবা হেঞ্জুনহা শাদুনা নুপা কয়ানা নমথাক তৌবীখিবা, অদূগুম্বা নুপাশিংদুগী মীৎযেংদা ওক্তবী ওইনা উবীখিবগী লাইমন্দা পুন্সি কেমখ্রবী মহাক্কী মূর্তি শাগৎলকই। নী দেবীগী শুরমিলা (*কদাযদনো*, ১৯৮৭) অমসুং উর্মিলা (চৈথেংফম, ১৯৮৮) মচা লৈজদবী নুপীশিংনা চৈথেংফমতা ওইদুনা হিংবগী মতৌদু উৎলী। বীনাপানীগী থারিক (*উতাংবী*, ১৯৯৯) না হৌজিক্কী মতমদা নুপানা নুপীগী মরুম থূপ্না হিংলি হায়বদূ তাক্লি। ডা হাওবম বিলাশিনীগী শরমিলা (*অকংবা অতব গুল্লাব*, ২০০০) আধ্যাত্মীক ওইবা নুংশিবগী সিদ্ধান্তবু ব্রাংনা থাঙ্গৎলকই। দেবলাগী বোমীতা (*পোল্লোয় অদুদদি*, ২০০০) সু নুংশিবা থাদোক্লগা মতমগী লায়না পক্লবা মীশক অমগীদমক পুন্সি কখোকখি। শৌগাইজম বিলাশিনীগী রাধা (*বাধা*, ২০০০) ইমূং-মনূংগী । লৈত-লায়বগী পঙ্খে লাম্হোক্তুনা লানঙম ফীরাল পায়খিবী চরিত্রনি। পূম্নমকসি ওইদুনসু পেন্নীংঙাই ওইদবা ব্রাফম অনীখক্তংদি

লৈরী। ঙসি ফাওবগী মণিপুরী নুপীশিংগী উপন্যাসশিংসি (এম কে বিনোদিনী, ডা বিলাশিনী অমদি দেবলাগী নত্তনা) অয়াম্বনা নোভেলানি। ক্রাউণ্ড সাইজদা লামায় নিফুমাথোইখক ওইবসু য়াওরি। ফ্রেঞ্চ ক্রিটিক অবেল চেভেলীনা হৌদোরক্লগা ই এম ফোস্টরনা অয়াবা পীখিবা ৱাফম অমদি উপন্যাস অমা হায়বসি য়ামদ্রবদা ৱাহৈ ৫০,০০০ দগী তারোইদবনি হায়বসিনি। অতোপ্পা অমনা, উপন্যাসশিং অসিদা নুপীশিংনা মশাগী অশোকপা অদৃতা উহনবা, মখোয়গী সেল্ফ পিটি অদৃতা নুংহিক্লনা য়েকপা, ঈহৌরোমদদি য়াম্লমক কোন্সস অমদি কমিটেট ওইনা ঙামথদবা অসিনি।অৱাৎপা অমদি অহোবা অনীমক লৈহনখিদবা উপন্যাসতি মহারাজকুমারী বিনোদিনীগী *বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী* দনি হায়বা য়াই। সনাতোম্বীগী চরিত্রদা মশক মাঙখ্রবা যুগ অমগী মরুম থৃপ্না নুপানা খঙবা ঙমদবা নুপীগী আদর্শ অমগী লেঙদ্রবা ইডিফিস অমা শাগৎলকই। ইতিহাসকী থৌদোক ৱাথোক্লা লৈনমগী মতৌগুম্ব য়োমশিন্দনা থল্লিবা সনাতোম্বীগী থম্মোযবু শন্নপ্না সাইকোএনালাইজ তৌদুনা য়েংবা য়াই।

হংবা য়াবা ৱাহং অমদি সনাতোম্বীগী অশেঙবা সমস্যা করিনো ? বৃটিসনা মণিপুর লৌবতা ঙায়রিবঁে, মীখাপোনবগী চৈনাখোল মৃৎত্রিবঁেদা মণিকচান্দা ময়ূম পাল্লবী সুরচন্দ্রগী মচানুপী সনাতোম্বীনা *মনিঙতম্ব মণিপুরগী কংলাদা ইয়ুনিযন জেকপু য়ুংখিবা* য়েক্লবা মেকসুয়েলদা ওংবা করিগীনো? চরিত্র অহুম চোংথোরকই- সনাতোম্বী, মণিকচান, মেকসুয়েল। সনাতোম্বী পুন্সিগী অঙনবা শরুক্তগী হৌনা জেন্দর আইডেন্টিটিগী ক্রাইসিস, নীংঙোল পিবা হক মান্নদবগী ৱাফম য়ানীংদবা হৌরকই ঃ *মনা তৌবদ থিংবা মা য়ানিংদে ... সনাখ্বমাসীন নোংমত মসিগী ৱা হায়দে - নঙ নিঙোলনি নরাইবক থীবনি হায়খিদে ... মমা দশুমতীন লোন্ন হায়খিবনি ' সনাতোম্বী, নঙ নিঙোলনি মদু খঙন চৎলুকো ... । করি হায়রীবনো ? সনাতোম্বীন থওইনা তাদে, করিনো অম খন্দুনা লৈথোকখি।* (লাঃ১২) সনাতোম্বীগী পুন্সিদা থেংনখি - সনাফান্দেং নুংশিরুবা মেরিবু অকনবা চৈরাক পীখিবা, কৈথেলদা খোঙ্গোয়নখিবা, মরূ কোকথোক্লগা উত্রা মাঙদা শগাই মথক্তা ফৌখিবা অমনা ব্রাহ্মননুবী মাইনুগা মৈতৈ খেমাসিংগা নুংশি-নুংশিনা থুংনখিদবা ঃ *মতম অদো কারল লান্ন লৌন লৈনবা মীবু অকম্ব চৈরাক পীব মতমনি।* (লাঃ১৫৮) মসিগী মায়োক্তা নুংদা লালহৌরিবী সনাতোম্বীবু নৌনা থাজবীখি মণিকচান্দা। নোংমাইথেম শাগেগী ফিদম্লফম ওইবী মৌ ওইনা লৈখি ঃ *নিংথৌমচানুপী ওইরবসু, কেথোক মৌথোক্লা য়োক্লকলবসু সনাতোম্বী মণিকচান*

*নিংথৌমচানুপী ওইরবসু, কেথোক মৌথোক্লা য়োক্লকলবসু সনাতোম্বী মণিকচান নৎতন নুপা অমৎত মশক খঙলক্তে। মণিকচান্ন মাগী মপুবোইব ওইবসে মান হৌনশা ওইন লৌবনি। মহাক মণিকচানগী মফমদ লান্দ্রি* (লাঃ২০৯)। অমবোমদনা মণিকচানদি লল্লোনবনি। শেল তানবা চৎপনি। বিজিনেজ ব্রান্ডদা লূপ্তুনা লৈখিবনা লৈবাক্কী অমদি অঙাং নুবিগী থবক্তা খোয়জংবা নুপা নত্তে। কুইদে, মান্নদবা অনীসি থেঙ্গাইনরকই। মেকসুযেলনা লৌগী পাউ পীবা লাক্লম্বা, সাহেবকা অনৌবা লম্বী যেংমিন্নরুবা অদুগা মণিকচানগী *ফম তাখ্রবা নিংথৌগী মচানুপী* হায়বা খোনফম থারুবদগী মণিকচান অমদি সনাতোম্বী অমুক হন্না তাইশিন্নবা ঙমদনা কায়নখি। সনাতোম্বীনা উরকখি - লোইলম লৈঙাক্কী পেন্দবা মরক্তা মপুরোইবগী মীৎয়েং পষ্খেনুংদা বন্দি ওইনা থম্লীবী, অনীবক হন্না কোলোনাইজ তৌবিরবী নুপীগী মপোক ঃ *পুঙ্গিদ অহানবা ওইন ফাওখি - মণিকচানবু মানা কৈদৌনুংদ নুংশিখিদে, কৈদৌনুংদ মণিকচান্ন মাগী থম্মোয মরাঙ হৌইনখিদে ... অদুগা ঙকখি-অসুক কুইনা ঐন ইমুঙ অসিদ লৈরমলিবসে কবিগীনো ?* (লাঃ২১০-২১১) মেকসুয়েলগীদি অরাম্বা, খৌরাংবা, নুংশিবা তাইবঙগীনি ; মসিদা পল নৎত্রগা মাংবা-শেংবগী ৱা লৈতে হায়বনি। চুম্মী, মহাক নোংমদি লাম্মী ওইনা লাকখিবনি। মাগী ভাগ্য বীধাতানা ফজরবা লমদম অসিদা পুবিরকখি। চীং লৈবাক অসিবু মানা অঙম্বা থাক্তা শেমগৎনীংখি। তত্তনা ফাওখি ঃ *ওষ্থোকইদ! তোঙান লৈজবিবা লৈকোল অসিবু নৈহৎপিবগা ঐখোয়গী করিদি কান্নখিব! ... সনাতোম্বী, ঐনঙগী মণিপুরবু নুংশি, মণিপুরন ঐবু নুংশিদ্রবসু ঐনা নুংশিবদি তোকপ ঙম্লোইদৌরি। নখোযদ পুনখ্রবা ঐগী লীপুনসে, নুঙাইবঙাক্কীসু নৎতে, মাযথীবগী লীপুনসু য়াওরি* (লাঃ ৩০২-৩০৩)। ইংরেজি উপন্যাসকাব অমগী খোন্থাং তাবকই ঃ

> Why can't we be friends now ? ... It's what I want It's what you want. But the earth didn't want it . . the temples, the tank, the jail, the palace, the birds, the carrion, the Guest House didn't want it. They said in their hundred voice ! No, not yet, and the sky said, 'No, not there' - *A Passage to India*

ফনা য়াম্না হায়দূনসু সমাজগী চৎনবীবু শোযদ-ঙামদনবা ঙাক শেলীবী উপন্যাসকাবনা সনাতোম্বী মেকসুয়েল পূন্না থম্লমদে। মেকসুয়েল চৎখ্রে। সনাতোম্বীসু নীংশিংবা লোইবগা অরোয়বা ওইনা মীৎ উইশিনখি ঃ *লৈরিক খুদিংমক্লা উৎ অদুবুদি ঙাকপিখি* (লাঃ ৩০৭)। অশুম্না সাইকোএনালিষ্টশিংগী

মীৎয়েংদদি মণিকচান্দগী মেকসুয়েল ফাওবগী সনাতোম্বীগী পূক্নীংগী খোঙচৎসি - a flight from the man (Manikchand) in her mind to the man (Maxwell) in her blood - a complete acceptance of sex as the ultimate reality of spirituality নি হায়গনি। চহীচা কয়াগী অচীকপদু খোঞ্জেল থোক্লকপনি। হান্নগী ষ্টাব্লিশ তৌরবা অইবশিংনা অনীংবা অমা য়াওনা ফকচিন্দুনা লৈহল্লল্লবা পরম্পরাবু তুংগী পুন্সিদা মায় ওনশিনহন্নবা চোংথোরকপা, অরিবা অভাঙ্ক গার্ডিজমবু থুগাইরকপগী থৌওং অমনিঃ ফেমিনিজম।

মণিপুরী সাহিত্যগী লাইবক থীবা অমদি মীয়ামা খ্বায়দগী পান্না পারিবা উপন্যাসকী ঈচেল অসি নাউশোন্নরকপা অসিনি। অদূমকপু নুপী উপন্যাসকার খরা থৌনা ফনা থোরকপদি হৌজিকসু লেপত্রি। মখোয়দগী আশা কয়া তৌরি। মসিদি শীংনবখক্কী ব্রাফম নত্তে। চুম্না অমসুং মান্ননা চৎমীন্নসি, হিংমিন্নসি হাযবনি। ঙসিগী নুপীশিংদি মমা অমদি মনেমশিংদগী হেন্না যুগকী য়াওল খঙলবী ঙাক্তনি। মখোয়গী চোকথরবা পোৎলুম অসি করম্না খাম্হোকহনগদগে হায়বসি মখোয়গী অহীং খূদিং খনবা হৌরবীনি।নুপীশিং থাজবা মাঙদ্রি। মতম অমদা মখোযগীদমক পাম্বোম তিংলম্বা নুপানা ওৎ-নৈবা হেঞ্জিনলকপদা মণিপুবী নুপীশিংনা হৌজিক হৌজিক হিংলিবা অমদি করম্না হিংফম থোকপা, করি খনফম থোকপা অমদি করম্বা থৌদাং ফাওবদা শরুক য়াফম থোকপগে হায়বদূ ময়েক শেংনাখঙলবনি। পূম্নমক অসিগী শক্তম অমসুং লম্বী উৎকদবদি অইবীশিংগী উপন্যাস অসিসু য়াম্না মরু ওইবা মফম অমনি। মসিনা অচুম্বা মওংদা চত্থবা মান্না নুপীশিংবু মতম কুইনা ষ্টোক কেরেক্টরগী থাক্তা থম্বীবদগী নাম্হোকহনবা ঙমগনি থাজনরি। অচুম্বা হায়বা অমসুং ইবগী অরানবা করিসু লৈতে।

---


মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ব্রারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, *সাহিত্য (চেফোঙ, ১০৮ শুবা মশীং মে, ২০০০*

৩। অরুনা নহাকপম, *নোংথাংলৈমা অমসুং তাইবঙ*, ২০০১

৪। মেমচৌবী, *ব্রাকমা মাইবী, রাইটরস ফোরম, ১৯৯৯, ইম্ফাল*

# মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম ঃ ড্রামা

নুপী অইবীশিংনা কৈদৌঙৈদসু মখোয় হীরম খূদিংমক্তা নুপাগুম্বনি হায়দে। মসি হায়বা তারগদি নুপা ওইবা হায়বসিসু ৱাংনা থাঙ্গৎপা নত্তনা করিসু নত্তে। নুপী অমনা মশাবু নুপীনি হায়বসিদি চিংনবা অমত্তা লৈতনা য়াজে। য়াফমসু থোকই। অদূগা নুপাসু নুপীসু পূন্না য়াফম থোকপা ৱাফম অমদি নুপীসু মীনি হায়বসিনি। নুপীবু কোকথক্তসু থাঙ্গৎপীগনু, খোঙপাক্লসু নৈহৎপীগনু হায়বা রবীন্দ্রনাথকী ৱাফম অসিমক নুপা নুপীগী মান্নবা পুন্সিগী ঈখৌ লাংবদু ফোংদোকপনি। করিগুম্বদা *নুপী অঙাংগী ৱাসিদি* হায়দুনা চৎনবী অমগুম নাথৈবিখিবা তারগদি নুপীসু মশাগী শক্তম, ৱাখল অমদি মীৎয়েং লৈজে উৎনীংবা তাঞ্জা পীরবনি ; ঈহৌ শাগৎপনি। নুপীশিংনা খঙলকই ; নুপাশিংনা নুপীশিংদা য়েংলিবা মীৎযেং অসিগী য়ূম্ফমদা নুপীশিংগী ওইবা তোঙানবা পরম্পরা অমা লৈরম্লে। মখা তানা করি অমুক হায়নীংঙাই লৈরী ? চহীচা কয়া ঙাইদুনসু নুপীগী অৱাবা মপোক্কীদমক নুপানা চোংথোকপিরক্কদবা মান্দ্রে। চীংদোলগী মঙালদি মীপূম খূদিং উমিন্নরি। অচাকপা মৈরীসিদি মৈশা অমসুং চৈনা ফংলিবা মখোয়তনা হান্না কোকহন্নীংবা হৌনশানি। অদূনা অতে সাহিত্যগী কয়াৎশিংদা লাকখিবগুম মণিপুরী ড্রামাদসু লাকখি ফেমিনিজম, তপ্না অদুবু লেপ্পদি লৈতনা।

ড্রামাদদি মণিপুরী সাহিত্যদা নুপী অইবী মশীং ইয়াম য়ামদ্রি। অদূমকপু এম কে বিনোদিনীগী ড্রামা অহুমগী অপূনবা লাইরিক *অশংবা নোংজাবী* (১৯৬৭), প্রমোদিনীগী *মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো* (১৯৯০), *কবোক ওইখ্রবী কবোকলৈ* (১৯৯০) নচিংবা ড্রামা কয়া, লৈঙাকলেম্বীগী *ইতা লাইথি লুবাক* (১৯৯১) অমসুং বীনাপানী থোকচোমগী *রেডিও ড্রামা অহুম* (১৯৯৯) মপূংদা নৈনবা য়াবগী থাক্তা ফোঙলকখ্রে। ড্রামা অইবীশিং অসিনা ফেমিনিষ্ট ওইনা থেংনরগে হায়বগী ৱাখল্লোন অদূম্মক লৈত্রগসু পেত্রিয়ারকেল সোসাইটি অমগী মনূংদা নোংমা নোংমগী কায়থরক্লিবা মীওইবগী ৱারীসি কনাগী দায়ত্বনো খোঞ্জেল থোক্লা হংবদি হৌরক্লে। হৌবদা নত্তনা চেকশিন্না খোঙ্গুল লীরক্লি ; নুপীশিংগী ৱাখল মূর্তি তানবা হৌরক্লি।

এম কে বিনোদিনীগী *অশংবা নোংজাবী* দা কল্পনাগী জগত্তা লূপ্তুনা লৈখ্রবা

*গৌতমগা ইন্দুগী অশেঙবা তাইবঙগা তত্তনা চিংনৈ ঃ গৌতম, নঙনা অমুক্তং মীদৌন হিংবা উবগা শিববসু নুংঙাইগনি ঐনা* । ইন্দুগী লাইনীংনি। গৌতমদি মহাক্কী ওইবা মঙলান্দা কবিনো অমা কন্না থিবি। ফংবা ঙমদ্রি। মহাক ইন্দুবু লৌশিনবসু ঙমদে, থাদোকপসু ৱায। কাইনথংদা ইন্দুনা চৎখিবা তাববদা গৌতম্না খুঙ্গং চনুরা কৈনাতোম্বীগী তুংইন্না খোঙ থাংদোরকখি। মহাক্কী ঙমখৈগী ৱাংমদা অশংবা নোংজাবীগী কুম্মে যেংনা চৎখি। ইন্দু লালহৌবী নত্তে। অদূবু মহাক ৱারৌখি। মহাক খঙই ; গৌতম্নসু মহাকপু নুংশি। অদূনা মহাকপু থাদোকপিবম্বগী অধিকার লৈ। শেংলবা থম্মোয় অনীদূগী পম্থুংদি মহাক্না লেপচবা ঙমদে। হান্না হৌদোকপসু ঙমজদে। মরমদি মহাক নুপীনি। অদূনা কায়নবা তাখি ; কায়নখি। অইবী অসিগী অতোপ্পা ড্রামা *ঙাইখো হিংমিন্নখিশি* হায়বসিদনা নুপা নুপীগী য়ূম্বান পুন্সি অমা উৎলি। মহেন্দ্র অমদি নন্দিনী চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নরকপগী মনূংদা মচা উজবা ফংদবগী সমস্যা অমসু ওমদুনা চৎলি। নন্দিনী অঙাং উন্নবা নুমীত্তা শিনীংচিত্তা হিংহৌই। অঙাংদু নুপানি অদূবু নুমীৎ অদূমক্তদা লৈখিদে। মচা য়াউদনদি নন্দিনী মপুরোইবগীদা মতম খরদং থুংলবা অতিথিগুম উবীবা হৌরকই। সমাজগী অচীকপসি অইবীনা থুগাইরকই ঃ *নুপীগী খ্বাইদগী অশোনবা মফম লৈ। নহাক অঙাং পোক্করোই অসিনি।* নন্দিনী অঙাং অমূক উন্নবগী ফীবম লৈতবনা মনেমগী মমীত্তা শাগে মুথুৎপী ওইনা উরকই। অতোপ্পদা ৱারী শাবদা *ইমৌ অহল* হায়বা মীঙ্গৌ শীজিন্নবা তারকই। অদূম ওইনমক অঙাংনা মরম ওইদুনা মহেন্দ্র নন্দিনী কায়নরোই হায়বগী আশাদা ড্রামাসি লোইশিল্লী। অসিগুম্বা হায়দোকপদা নুংঙাইতবা অশেঙবা নুপীগী নুংগী ক্রাইসিস অমদা শাগৎলকই বিনোদিনীগী ড্রামা *কাউরবরা রাস শান্নবগী অহীংদো*। রাস শান্নবগী অহীং অমদা প্রোফেসার নীলমাধব, মতৈমগী মনাও রাধামনিগী মফমদা *লানখি*। মতূং তারকপদদি আশা তৌবা অমদি নীংবা কায়বা, হায়জকবা অমদি মায়থীবা, নুংশিবা অমদি কায়নবগী নুংহিক্লবা খোন্থাংনি। এম কে বিনোদিনীগী ড্রামা অহুম্মক্তা নুংশুক নুংজানরবী, ওইরিবা অমদি ওইফম থোকপা পুন্সিগী মরক্তা লম্মাংনরবী নুপীগী শক্তম অমা উবা ফংলি। য়াম্নমক লুরবা মীৎয়েংবু থোৎনা নৌনা থারকপা খুত্থানি। নুপানা শেমজবা চৎনবী মকুম থুপ্না পুকচেল চাউবা মান্না গৌতম, নীলমাধব নাথৈখিবা নুপীদি হান্ননা মাঙবা হৌখ্রবনি। মশাগী অনীংবা-অপাম্বা ফোংদোক্তবী নুপীবু ফিদম্নফম ওইবীনি ৱাংনা থাঙ্গৎপা সমাজগী যূম্ফমদা নুপীনা অপাম নুংশি ফোংদোকহন্দবা, ফোংদোক্লুরগনা নুংশিবগী মশক মচু পূন্না মাঙখিবগুম তৌবা, নুপীগী থম্মোয়গী মফম পীবীদবা লৈমায়সিগী ৱাংমদা মায়কৈ মাঙলবা অশেঙবা

নুংশিবনা অশংবা নোংজাবীগুম লৈহৌই। বাস শান্নবগী নীংশিং পূংখোলনা মাযকৈ মবি নিলহৌবা তবাই তবাইবা নত্তে।

প্রমোদিনীগী ড্রামাগী পাক্লবা তাইবঙসু ফীবম্না খুদি থীহল্লবী নুপীশিংগী তোঙান তোঙান্না ঈখেং তাববা শক্তমশিং যেংফম্নী। *কবোক ওইখ্রবী কবোকলৈ* দা তংদাংবা শৈদাংফম লৈত্রবী কবোকলৈ সক্ষ পোলাংনা পুবিবা থৱায অদূগীদমক থোঙজিন অমদগী থোঙজিন অমদা ঙল্লিমখৈ চেনখি অদুগা কাইনথংদা লুখ্রাবী মমা থবোশংগুম পোলোইখি। *মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো* ড্রামাদসু তোনখ্রবা নুপীগী মপোক্তা পোক্লবীনি সুশিলা। নুংশিবা শানা নমথাক চাউবা নুপা অমা থেংনকবা মথক্তা মশাগীতা যেংবী মমানা হুন্দোকপিরম্বদগী সমাজসিদা সুশিলা ককঙাওনখি। মৈশা মবক্তা আশা লাকখি অদুবু অবোয়বদদি ঙাওচংননা চংখ্রবী মমাগী অশিবা হকচাংদু কোনখৎপা তাখি। *অবোক্লী মঙলান* দা অহল ওইববী অবোক্লা তুংগী চাব্মেন-শুবোনগীদমক মঙলান অমা মঙজবকই। অবং-অবাক্তা হিদান্নবৰা ঙসিগী মীবোনসিদা লীলা, ড্রামা, পূং,ঈশৈ অমদি জগোযগী চন্নফমবু ৱাংনা থাঙ্গৎলকই। *মহালক্ষ্মীগী খুৎপাযশেল* ড্রামাদা লক্ষ্মীনা মহাকপু ইন্থোক্লবা নুপা অমগী মায়োক্তা নুপীগী থৌনা উৎলুবা মীযাম্নদি ঙক কনবী ওইনা উবিখি। *হৈযেন চবোং অচুম্বা* দা চীংখৈনা মশানৌ লাংলোনগী পুন্সি ইতিহাস বিসার্চ তৌখি অদুগা পুথোকখি সিজগী দোবিদগী লাংলেন মমাবু খাইনখিবা মকূ লাকপগী লৈখা তাবকপগী শক্তম। *এন্টোনি দোলাই পাবা* দা অচাওবম পাম্বী সোফিযাবু পুলিস অচৌবা ওইবি হাযজিল্লগা দোলাই পাবা এন্টোনিনা লৌখিবগী ঈশৌ, *ঐবু চৎলু হাযনুকো*দা থথা যাদবী নুপীশিং, *ইযা ইবুংঙো লৈহাউ চিনবা*দা যুঙাওবা মপুবোইববু শেমদোক্লকপী নুপী, *হেন্দ ব্যেগ অচৌখা পাযবী মেম সাহেব* তা ইম্ফাল সহবদা লৈবী মেম সাহেবশিংগী শেন্দান লম্বী, *লাল্লক্তা ফিজেৎকী লীলা* দা খুঙ্গংগী নুপীশিংনা ঙাক্লিবা যেলহৌঙৈগী ফিজেৎ-চাকচা, *মপা থিবা* দা নুপী ওইনা পোক্লগদি খম্বন চাউবগী মহুত্তা মীনুংশিসু উৎকদবনি হাযবগী পাউতাক লোযননা *লৌশিং পুক্কৈ চোন্নবা বিজাভনে বিজাভ*তা পীবিবা পাউজেল ঃ *নুপীশিংনা নুপী ঙাক্তগী ওইবা সংস্থান লিংখৎপা, কবি সম্মেলন তৌবা… সাহিত্যগী লনগৈ থন্নবনি। নুপীগী অশোনবা শকক্তু মেনখৎনবা… শেমজবনি। তোখায তাখিদৌবে হাযদুনা মিপাইবিবগী মহুৎতা থৌগৎপিফম থোকই* মশানা ব্যাখা তৌজববা পূংফমসিগী ৱাফম্নি। পেন্দবা হাযবসিদা ৱাহৈ কযা তূৎদুনা লৈ। নুপাগী মবাল খূদিংগী ফলনা নুপীনা ফংবা, ৱাবীসিগী ড্রামা কযা চিংনবা লৈতনা ইথোকপা তাবগদি অইবী প্রমোদিনীগী কলমদা মতায।

লৈঙাকলেম্বীগী *ইতা লাইথি লুবাক*তা লুবাক্লুংনা মখোয়গী সংসার অমসুং পোলোই ওইজবী লাইবক্তা চাংদম্নরগা নুপীগী পুন্সিবু মশক তাক্লকই। লুৱাংবীগী লাইথি থোইনুগা ফানদেংগী লাইথি লুৱাংবগা লুহোংবি। অবুইগী লাইথিদি *পোকপদা হরাওদবা, হিংবদা খুরৌ চেনবা, শিবদা পেনগদবা* কোইরেংবনি। মৌগী শীঙদা চল্লবী থোইনুবু কোইরেংবনা মাগী ওইগে তেমশীংলকই। মৈত্রবাক অমসুং অৱাগী হুয়েন লানফমদা লানজীং পুরেন ওইরবা লুৱাংববু অরোনবা লাল্লোংদা হাৎহনখি। মতুংদা কোইরেংবনা থোইনুবু নমজা নমথেক্লরকই। নুমিদাং ওইরক্লবদা লাইথি অতৈদি মাগী মাগী লুবাক্লুংদা হাপ্লীখ্রে। অদূবু মপুবোইবা কায়নরবী, মচাসু চুরাম্থাবনা ফাবীখ্রবী লাইথি থোইনু মাদি লৌশিনবীবসু কাউরম্লে। মতা লুৱাংবীবু কৌদুনা অহীংচুপ্পা তেংথাজখি। ড্রামা অসিনা সমাজগী অমদি ইমুং-মনুংগী পল্লোনুংদা অনীরক হন্না নমথবীরবী নুপীগী অৱাববু মকোক্তগী লোইবা ফাউবা নৌথোকহল্লি।

পুন্সিদা লাইবক লৈত্রবী অমবু সমাজনা চিংখৎপীগদ্রা নৎত্রগা চিংথবীগদ্রা? বীনাপানী থোকচোমগী *লৈমন চল্লবী* না থৌনা ফনা হংলকই। অসিগুম্লবী থৱায় অমনি ফজতোম্বী। হোতেল মচা অমত্তং ফম্লগা হিংনবা হোৎনজরকপদা তাঞ্জা তাল্লুম্বশিংনা চিংথনবা হোৎনরকই। পিদোল্লবীসিবু মচে মচনগুম উবা ঙমদবশিংগী মায়োক্তা রাজকুমার চীংলেনম্নানা হেক-হেক ঙাকথোকপী। লৈমন চল্লবা সমাজদা মশামক লৈমন চল্লবীনি কাউথোক্লুই ফজতোম্বী । মাগীদমক পাম্বোম তিংবীরকপা চীংলেনম্নাগী মরুম থুপ্না হিংজনীংলুবা রাজবংসতা পোক্লবা মহাক্লদি *লৈমন চল্লবী লৈরাংবু শাগৈগী মৌ ওইনা লৌশিনবদি হৌনদে* খুমদোরকখি। চীংলেনম্নাগী থম্মোয়সু লৈমন চল্লম্লে। রাজকুমার অসিনা কোক্না মোনগা তাইনররবা মতমদদি মহাকপু লায়েংনবগীদমক লৈমন চল্লবীনা মশামক য়োম্থোকখি ঃ *নঙদি মতম পুম্নমক্তা নিং তমদুনা লৈরগদবা নুপাগী মপোক্লী। নুপী ওইবগী মপোক্তী মীনায়গীসু মীনায়নি ... মীনায় লৈবীযু*। পুন্সিদা খক মায়থীরে য়াখিদবী ফজতোম্বী নুংশিবদদি মায়থীখি। নুপীগী শেংলবা ফিদমদা নুপানা কোক নোনহন্নীংবী অইবী অসিনা পুথোরকই *ভক্তগী কৃষ্ণ* । ঋশিরাজ নারদ অমদি মপুরোইবা আয়নদগী হেন্দোক্লনা জগৎকী মপূ শ্রীকৃষ্ণমক্লা মখোঙ শোক্লা খুরুমখিবী গোপ নীংঙোল রাধানি। বেদিক যুগতা থাঙ্গৎলম্বা নুপীগী খুভম অদূবু লম্মাংনরবা যুগসিদা উখোরকই। যুগসিদি যুগতা অমনি হায়বদু অইবীগী *কপকেরা নোককেরা* ড্রামাদা ফোঙদোরকই। মংলেমজাও অমসুং রোহিনি অমনা অমবু য়েংশিন্নরিঙৈ মচানুপা মচানুপী অনীমক শেরান্নরকখি। নুপা নুপী থাক মান্নরে

হায়না লৌজবী লাইরিক হৈবী কলেজ ওজা রোহিনিগী মফমদদি *লাল মমাংগী মৈতে নুপীগী ওইবম্বা মওং অদু হুজিক্তি নত্রবনি চাউখৎপগী লমজেন্দা নুপাদগী নুপীনা হেল্লী* অসিনি। মংলেমজাওগী মীৎয়েংদনা নুপা হায়বসিদি নুপানি ঃ নুপীনা তাল্লকপা শেলগীসু মপু ওইবা, য়াথং তাউথবা, অতোঙবদা লেপ্পা হায়বসিনি। য়াম্না নুংঙাইরিবদি মহাক্না রোহিনিদা *মেম সাহেব* কৌই অদুগা মোরোক মেৎলু য়াদবগীদি ৱাথোক ওই। অসিগুম্বা নুপাগা থুংনরুবী রোহিনিদি মপামদগী মপুরোইবগী যূমদা লোই থাবগুম থোক্লে। আইরনী মপৈনি বীনাপানীগী ড্রামা।

মণিপুরী অইবীশিংগী ড্রামাদা ফেমিনিজম অসিনা ফোঙ ফোঙ শারিবা ইসু ওইবমক্তি ঙমদ্রি। অদুবু নুপীগী খোঞ্জেলনা মখোয়বু নমথদুনা থল্লকখিবগী পেন্দবদি শেংনা ফোংদোক্লে। নুপীনা ইমূং মনূংদা মচা-মশু নাউয়োক্কুনা, চাকখুমদা কুপনোম হোৎনদুনা, মপুরোইবগী য়াথং ঙাইদুনা খরায় থোঙ্গাল লান্দনা হিংবা অনম-অহা মবক্তগী থোবকপা মখোল, অৱায়-অখূম পূন্নমক ৱারী ৱাতায় অমদি খন্ন-নৈনবগী মওংদা চত্থবনিনা নুপীশিংনা ইবা ড্রামা হায়বসিমক যাম্না কুপ্না নৈনফম থোক্লবনি। অইবীশিংনা মখোযনা হায়নীংবা ৱাফমদু মখোযনা তাহন্নীংলিবা মীশক্তুদা অপান্ননা হায়দোক্তুনা সমাজগী নাকোং য়ৌহল্লি ; নুপা নুপী অনীমক যাকাযহল্লি। হৌজিক্তি নুপীশিং হান্না অমুক্তা হাযখিদ্রিবা ৱাহৈ খবা হায়বা হৌবক্লে । মখোয়গী অনীংবা অপাম্বসু ফোংদোক্তুনা অকুবা আকাডেমিক ৱার্ল্ডদা শকক যাবা হৌবক্লে। হৌজিক হায়বসিদি ভাবনা শাবা, মপান্দা তাউদুনা মঙদ্রঙদা লৈবা মতমদু নৎত্রে। হৌজিক্তি পুকচেল শেংনা, থম্মোয চাউনা খন্ন-নৈনদুনা শামগৎ শাগৎপা মতম্নী। পান্দম অশোমদা নুপীগী ফীবম ফগৎনবা মবক মরক তাঙনা ইবক্লিবা অইবীশিংগী ড্রামা লাইরিকশিং অসি পূক্লীং থৌগৎফম থোকই; তরাম্না ওকফম থোকই।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ৱারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইবিকশিং

২। Wollstonecraft, Mary, *A Vindication of the Rights of Women, A Vindication, 1975*

৩। Woolf, Virginia, *A Room of One's Own,* Literary Criticism and Theory, 2001

# পি বি শেলীগী পোয়টিক থীওরি

ইংরেজি সাহিত্যদা নৈনরোলগী অচৌবা ঈচেল অমা ঈখাই কয়াগা লোয়ননা চেন্থ্রকই। ঈচেল অসিনা মপূং ওইনা সীডনী, ডাইডেন, জোনসন, হেজলীট, ৱার্ডসৱার্থ, কোলেরিডজ, শেলী, অরনোল্ড, এলিয়ট অমদি লিভীস ফাওনা চেন্থ্রক্লুনা হৌজিক মতমগী রিচার্ডসচিংবা অনৌবা সমালোচকশিংদা থেংলে। প্লেটো, এরিষ্টোটল, হোরাস অমদি লোঞ্জাইনসকী ক্লাসিকল ওইবা নীয়মশিংগী ঈথিলদগী হৌরকখিবা ঈচেল অসিনা যুগ কয়াগী মতম মতমগী থোরকখিবা কবি কয়াগী পোত্থোক নৈননবা অমদি শকখঙনবা লীচিং পান্থ্রে অমদি পথাপ ওইদুনা লাক্লি। পা-ন্থ্র ওনবগী মীৎয়েংদি মখল মথেন য়ামখ্রে। মরী লৈন্নবগসু মায়কৈদি তোঙান তোঙাল্লি। খূদম ওইনা জোনসননা কবিশিংগী শৈরেং নৈনবদা কবিশিং অদূগী পুন্সি ৱারী থাদোক্লবা চুমদে খনখিবা ৱাখলদু রোমান্টিক মতমগী ৱার্ডসৱার্থ, কোলেরিডজ অমদি শেলীগী নৈন-ৱারেংশিংদদি মমী শামখিবগুম তৌরি। মসিগী মরুওইবা মরম অমদি রোমান্টিক কবিশিংগী মফমদদি চৈথেং ফংলিবা মীশক্তুন্দগীদি ইরিবা, শাগৎলিবা ৱাখল অদূবুনা হেন্না ৱাংনা লৌখিবননি হায়না থাজনৈ।

মতাঙ অসিগা শেলীদা লৈখিবা শৈরেংগী থীওরিগা মবী লৈনহনবা য়ারে। তশেংনমক্তি শেলীদি কবিনি। কবি ওইনা পোক্লকপনি । রোমান্টিক কবিশিং, মরুওইনা ৱার্ডসৱার্থ, কোলেরিডজ অমদি শেলীদি কবি ওইনা শৈরেং নৈনরোলগী মতাঙদা মশা মশাগী মীৎয়েং ফজনা ইদুনা থম্বিরম্মী। ফিদম অসিমক্তি টি এস এলিয়টনা য়াম্না পামজখিবা, য়াম্না থাগৎচরম্বা শরুক অমনি। শৈরেংদি কবিনা নৈনরগনা হেন্না খোয়দাজে হায়বসি এলিয়টকী ৱাখলনি। মশামক্কী ৱাহৈনিঃ

> I am, I admit, much more interested in what other poets have written about poetry than in what critics who are not poets have said about it — *To Criticize the Critic*

তশেংনমকসু ইংরেজি কবি অয়াম্বা শৈরেং নৈনরম্মী। এলিয়ট মশামকসু ফিদম অসি লৌখি। লংলা লংজিল অসিদগী ঙসিদি পৃথিবীগী ফাওরবা কবিশিংনা

ইরম্বা ব্রাহে পরেং অমা ফাওবা খোঙ্গুল লীনরকই। ব্রার্ডসর্ৱাথকী *প্রিফেস টু লীবিকল বেলেড*, কোলেরিডজগী *বাইওগ্রাফিয়া লিটরেরিয়া* অমদি শেলীগী *এ ডিফেন্স ওফ পোয়ট্রি* না ইংরেজি সাহিত্যদা রোমান্টিক যুগকী শৈরেংদা নৈনরোল য়ূম্বী ওইনা লৈহৌই। কীটসকী চিঠিশিংদা মহাক্কী শৈরেংদা য়েংলম্বা মীৎয়েং কয়াসু খোঙ্গুল লীরি। মরুওইনা মথক্তা পঞ্জখিবা কবি অহুমসিদি ইংবেজি সাহিত্যদা খ্বাইদগী শক্লাইরবা কবিশিংগী থীওরিষ্ট ওইনসু থাক ৱাংনা লৌনবি। মতম কুইনা লান্না খনবীরুরবা, নমথদুনা থম্বিরুরবা শেলীগী পোয়টিক থীওবিদা লৈরিবা মশক খরদং পুথোকচরি।

পি বি শেলীনা শৈরেংনা য়েংলম্বা মীৎয়েং অসিদি মরুওইনা মহাক্কী পরেং ১২০১ দা মপূংফানা ইরম্বা *এ ডিফেন্স ওফ পোয়ট্রি* কৌবা ৱারেংদা ফোংদোক্লম্মী। মসিগী মথক্তা মহাক্না ইরম্বা চিঠি, ৱাহৌদোক অমদি অতেনবা ৱারেং কয়াদসু কবি অসিগী শৈরেংগী ৱাখল্লোন অমসুং থৌদাংগী মতাঙদা ৱাফম কয়া পনবিরম্মী। অসিগুম্বা নৈন-ৱারেংশিং অসিনা কবি অসিগী শৈরেংগী য়ূম্ফমনি। তাইবঙ মালংপাল অসিদা শকখঙবা ঙমদনা লৈরিবা ফজবা কয়াদা পূক্নীং লূপ্না থৌবাংনা য়েংজখিবা, মহাক্কী লৈজবা বুদ্ধি পূম্বা শিজিন্নদুনা খোঙ্গুল লীজখিবা নীংথিববা শকউদবা কয়াগী নুংশি নুংওনগী মীৎয়েংদু কবি অসিগী থীওরিগা তৎন-থানবা য়াদবা মরী লৈনরী। অমরোমদা হায়রগনা শেলীনা শৈবেংদা যেংলম্বা মীৎযেং অসি মহাক্না পুন্সি অমদি তাইবঙপাল অসিদা যেংলম্বা মীৎযেং অদূমক্লি। অদূ ওইরগদি কবি অসিনা শৈরেংবু করি ওইনা লৌরম্বগে হায়বসি খঙদোক্লবা মহাক্কী শৈরেংগী থীওরি নৈনদবা য়ারক্তে।

শেলীনা শৈরেংবু কল্পনাগী ৱাফোংদোক্লী হায়না মশক তাক্লমই। মহাক্কী ৱাহৈদা *Poetry, in a general sense, may be defined to be the expression of imagination* হায়বনি। অতৈ বোমান্টিক ক্রিটিক্কুম্না শেলীসু কল্পনাবু পূক্নীংগী অনৌ-অনৌবা মচল শাগৎপগী খ্বাইদগী মরুওইবা হৌরকফম্নি হায়না লৌখি। কল্পনাগী মতেঙদগী পূম্নমক ওইথোকহল্লি, কল্পনাগী জগত্তা ওইথোক্তবা লৈতে হায়বসি কবিগী অচেৎপা থাজবনি। ৱাখল্লোন অসিদদি ক্রিটিক অমা ওইনা শেলীগী মীৎয়েংসি অতৈ রোমান্টিক ক্রিটিকশিংদগী হেন্না মযেক শেংই। মহাক্কী কবিত্বগী মীৎয়েংদা মীওইবগী হকচাং অসি নুংশিববা শুব কযানা লেপ্লা লৈতনা থলহল্লিবা বাঁশি অমা ওইনা উখি। মহাক্না ইরম্মী ঃ

Man is an instrument over which a series of external and internal impressions are driven, like the alternations of an ever changing wind over an Aeolian lyre, which move it by their motion to ever changing melody. But there is a principle within the human being, and perhaps within all sentient beings, which acts otherwise than in a lyre, and produce not melody alone, but harmony, by an internal adjustment of the sounds and motions thus excited to the impressions which excite them.

মতাঙ অসিদা কবিনা ৱাখল অমদি পূক্সীংগী থৌওংদা মীওইবগী কল্পনাগী মফমদু শেংনা ফোঙদোক্লি। মীওইবগী কল্পনা হায়বসি নুং-পাল অনীমক্তা লৈরিবা তাইবঙপালগী থৌদোক অমদি থৌইনশীন কয়াগী মমি তাফম্লি। মসিগী নুংগী ওইবা মগুণনা মপাম্ভোংগী শাফু কয়াবু ফজবা শৈহেক ওইহল্লি ; মথন্নতা চানজবা শুর ওইহল্লি। অসিগুম্বা মহাক্কী থীওরি অসি কবিগী ফাওরবা শৈরেং *ওড টু ড ৱেস্ট ৱিণ্ডদা* নীংথিনা ফোঙদোকই। মতাঙ অমত্তং য়েংবা য়াই ঃ

Oh, lift me as a wave, a leaf, a cloud / I fall upon the thorns of life ! I bleed ! / ... / Make me thy lyre, even as the forest is :/ What if my leaves are falling like its own !/ The tumult of thy mighty harmonies/Will take from both a deep, autumnal tone, Sweet though in sadness. Be thou, Spirit fierce, / My spirit ! Be thou me, impetuous one !

নোংলৈনা তাইবঙপালদা হুন্বগী শক্তম অদু কল্পনানা মীওইবগী পূক্সীংদা লৌরিবা থৌওং অদুগী পাঙ্খক ওইনা কবিনা লৌরি। অদুবু কবিগী ৱাখলদা কল্পনা হায়বসি বুদ্ধিগী থৌওং (রিজনীং) গদি তোঙান-তোঙান্না লৈ হায়না থাজে। কল্পনা অমদি মরম হংবগী থৌওং অনীমক পূক্সীং ৱাখলদা থোকপা ঙাক্তেনি। বুদ্ধিনা ৱাখল অমগা অমগা শম্নহল্লি। কল্পনানা মখোয়বু ওইথোকপা য়াবা মচু শঙই। শুর হাপ্লি। অমত্তা ওইনা পূনশিন্নবা হোৎনৈ। অনী অসিগী খেন্নবা অমদি মরীগী মতাঙদা শেলীনা পল্লি ঃ

Reason is the enumeration of quantities already known ; imagination is the perception of the value of those quantities, both separately and as a whole. Reason respects the differences, and imagination the similitudes of things ... Reason is to imagination as the instrument to the agent, as the body to

the spirit, as the shadow to the substance.

শেলীনা মশক লাক্লিবা কল্পনাগী থৌওং অসি প্লেটোনিজমগী মমি তাই। কবিনা নুংগী ওইবা সংসার অমা শাগৎনবা হোৎনবকপসি প্লেটোগী ফিদম্নফম ওইবা সমাজ অমা শাগৎপগী লম্বী অদূগী থৌওংগা চূশিন্নবা থেংনৈ। মফম মতম অমদি চাংগী মতাঙদদি কবি অমনা মতম পূম্নমক্তা শিবা নাইদ্রবা, লোইবা নাইদ্রবা অমদি অমত্তা ওইনা লেপ্তনা তিনশিনখিবা শক্তি অদূদা লূপকদবনি হায়বসিদা চেৎনা থাজৈ। কবিনা শকখি ঃ

> Drive my dead thoughts over the universe/Like withered leaves to quicken a new birth !/ And by the incantation of the verse/ Scatter, as from an unextinguished hearth/Ashes as sparks, my words among mankind.

অসিগুম্বা মতাঙ অসিদা কবিনা কল্পনাগী মহৃয কযাদু ফংহনবদা লোনগী চাউববা থৌদাংদু পল্লম্মী। লোন হাযবসি কল্পনা ফোঙদোক্লবা মতীক চাববা উপাযনি হাযবসি শেলীগী থাজবনি। হৌখ্রবা পূক্লীংগী ঈথিল কযা লোনদা তূঙদুনা লৈবা মবম্মা ছন্দ, শুব অমদি তাল কয়াগা ঈবোযননা লোননা কল্পনাবু শেংনা ফোঙদোকপা ঙম্মী হায়বসি কবি অসিনা ফোঙদোক্লম্বতা নত্তনা মহাক্কী শৈবেংশিংদসু মদূগী শক্তমদু শেংনা উৎলম্মী। শেলীনা মখাতানা ফোঙদোক্লম্মী ঃ

> Language, colour, form and religious and civil habits action are all the instruments and materials of poetry ; they may be called poetry by that figure of speech which considers the effects as a synonymn of the cause. But poetry in a more restricted sense expresses those arrangements of language and especially metrical language, which are created by that imperial faculty ; ... And this springs from the nature itself of language, which is a more direct representation of the actions and passions of our internal being ...

অতৈ রোমান্টিক কবিশিংগী মতৌগুম শেলীসু শৈরেং হাযবসি তাঙলবা ঈথিলগী পোত্থোক্লি লোয়ননা লোন ফাওবা মসিনা লেপ্লি হায়বসিদা মান্নবা মত লৈ। তাঙলবা ঈথিল অসি চীক্লবা মীকুপ খরতদা পোক্লকই অমদি অসিগুম্বা মীৎয়েং

অমা ফংজবা মীৎকুপ অদূমক ঈশ্বরগা কবিগা উনবা ফংজবা মীকূপ্পি হায়না লৌই। মীকূপ অসিদা কবিগী কল্পনানা কবিতাগী তূমদুনা লৈরীবা ফজরবা শক্তমদু শেংনা উজবা ফংই। ঈথিল ফংলবা মীকূপসিদা তূগুদুনা লৈরিবা কবিতাগী মচলশিংদু কল্পনানা য়াকায়হল্লি। অসিগুম্বা মতমদদি ঃ

> A man cannot say, 'I will not compose poetry.' The greatest poet even cannot say it ; for the mind in creation is as a fading coal, which some invisible influence, like an inconstant wind, awakens to transitory brightness ; this power arises from within, like the colour of a flower which fades and changes as it is developed.

শৈরেং ইগদবা মীকুপ অসি মৈহৌরোল পুন্সিদা মপূংওইনা লৈরম্মী হায়না শেলীনা থাজে। লৈশেমলোনগী মতমদা নুংশিনবা, ফজবা অমদি অচুম্বা হায়বসিগা মীওইবগী লোনগা হেন্না নকশিন্নবা মরী লৈনরম্বনা মমাঙঙৈদদি মীওইবনা শৈরেং ওইনা ঙাঙনরম্মী অমদি হেন্না তরু-তশেংবা নুংঙাইবগী মশক অদূ লৈরম্মী হায়না শেলীনা পল্লি। মরম অসিনা ঙসিসু শৈরেংনা হেন্না থাক ৱাংবা মীওইবগী ফিদম অদূ পুরক্লবা হোৎনবদা লৌগদবা থৌদাংদু চাউই হায়না থাজে। কবিগী ওইনদি হৌরকফম পূম্নমক্কী জ্ঞান ওইবা মরম্না অসিগুম্বা জ্ঞানগী ফজবা অদূ শেলীনা তত্তনা শীংথারম্মী।

শেলীনা শৈরেংগী থৌদাং অসি নুংগী ওইবা নুংঙাইবা পুরকপা অমদি সমাজদা লমচৎ শাজৎ চুমথোকপগী মথৌ অনীথোক্লা লৈ হায়না মত পী। মীওইবগী পূক্নীংদা লৈরিবা হরাও-তয়াম্বগী মঙাল অদূ শৈরেংনা য়াকায়হন্দুনা নুংগী ওইবা অশেঙবা নুংঙাইবগী মশক অদূ মীওইবদা ফংহল্লি হায়বসি কবিগী মীৎয়েংনি। অমরোমদা মীওইবগী পূক্নীংদগী হৌরকখিবা সমস্যা পূম্নমক শৈরেংনা লমতাক্লনা মীওইবগী পূক্নীংদা উহল্লি। শেংদোকফমসু মীওইবগী পূক্নীং অদূদা লৈরে হায়বসি উৎলি। মরম অসিমক্তনা শৈরেংনা সংসারদা অফবা লোঞ্চৎ অমা পুরক্লবা শক্তি পী হায়বসি শেলীগী ৱাহেনি। হিংলিবা পুন্সিদা নুংশিবা তম্বীবা হায়বসি শৈরেংগী থৌদাং অমনি হায়বসি কবিগী লেঙদ্রবা ৱাখলনি। মহাক্না ইরম্মী ঃ

> The great secret of moral is love : or a going out of our nature, and an identification of ourselves with the beautiful

জেল চঙখিবা, জেলদগী থোবকপগা মরূপকী অৱামল ওইনা বীবেন্না মচনবু কন্যাদান কৎখিবা, ৱানা অদুবু খোইকুম মোমোন তৌনা বাজবংশ হাযবা অসি হাযনখ্রবা ৱা কযা শোযগন্দবোইবে হাযনা মুকুম মুকুম শোনখিবা শশী, ডা কমলগী অশেঙবা অৱা-নুংঙাই অনীমক্কী ম্যুজিক্কী ।

বীবেন, ধীবেন অঙকপা নুপা ঙাক্তনি। কবম্বা মতমদা মখোযবু নুপা হাযবদু অমৃক্তই ওইখ্রবগে মখোয মশামক খঙজদে । কৈ হাৎপা, হি হোনবনা যাবা নত্তে । নুংশিনসি মযাবা, কাযনবসি লুদবা, অতোপ্পগা লুহোংসি হোয মহাযবা, অহানবগীদুনা চেনশিল্লক্কুনা লৈ পবেং হুকপদসু মানসু অদুম হুকউবা, তৃমিন্না অদুম মফম্বা থাঙ্গেশেংবা নুংগী মূর্তিগুম্না ঙাক্তনি । মমা পূক্রূংদগী যাওবক্লবা অনম-অহানি । লাইবিক হোৎনবিঙৈদা অতৈদি উপায লৈত্রবা কাঙবুনি ।

*মাধবী* উপন্যাসতা যাম্না কৃপ্না যেংগদবদি নুপী অনীগী চবিত্রনি - উবীবৈ অমদি মাধবী । মশাগী অনীংবা অপাম্বা ফোংদোক্তবী নুপীবু ফজবীনি খন্নবা পেত্রিযাবকেল ওইবা সমাজসিনা উবীবৈবু মশাগী ওইজবা থিবদা ঙাওচৎনববী অদৃগা মাধবীবুনা মশাগী ওইজবা থাদোক্লবী ওইনা উদুনা লাক্লি । অমক হন্না নৌহৌনা যেংদ্রগদি মতম কুইনা পৃথিবী মতুম তাখিদে । ঐখোযনা অহানবা ওইনা হংবা যাবদি উবীবৈবু কবিদা ওইজবা থিখিবগে হাযবা ৱাহংসিনি ।ৱাহং অসিগী পাউখুমদি ৱাহৈ পবেং অমত্তনি ঃ উবীবৈ মহাক্না নুংশিজবা, মহাকপুসু নুংশিবকপা, বীবেনগা থুংনজবা লাইনীং ওইখি ; মহাক্কী নুংশিবা অহোংবা নাইবা ঙাইহাক্কী নুংশিবদু ওইখিদে । সেক্সপিযাবমক্না মহাক্কী সোনেট অমদা ইবম্মীঃ

> Let me not to the marriage of true minds / Admit impediments Love is not love / which alters / Love is not time's fool /If this be error, and upon me prov'd / I never writ, nor no man ever lov'd
>
> \- *Sonnet* CXVI

নুংশিবদা পূক্লীং অনী লোঙদবী, থৱায হকচাং অমত্তা ওইবী উবীবৈনি । চীংযাগী লৈকোলদা বীবেন্না *নংনা নিংবা বব থুংজবো* পীথোবকপদা উবীবৈনা মপূক্লীংদা নিজখ্রবনি ঃ *বব পীনবিবা মহাদেবসু নহাক্লি নিবিবা ববসু নহাক্লি।* নীংজরিবা মহাকপু ফংজনবা হোৎনবদা হকচাংগী পাঙ্গল, পূক্লীংগী থৌনা ফুক্তোক্কুনা থেংনবা য়াবা থেংনখি - লম্মৈচাকপা, নোংলৈ নুংশিৎ, খুদোংথীবা, চীংদোন্দা খনীংকাঙনা যেংজহৌবা, লকানুংগী মৈচাক পম্মকসিগী মথক্তা

অপোকপা নবীনসিংগী লাইবক থীবা, অপোকপী থম্বালগী অৱাবা - থেংখাঙ কয়াগী অওৎ-অনৈদা ঙক্ল খক নোনখিদে। শরৎচন্দ্রগী পারুদগীসু হেন্না পূক্নীং চেৎপীনি ; হার্ডিগী টেসতগীসু লমখাঙদা খুদি থীদনবা হেন্না চেকশিঞ্জবীনি। মচন থম্বালম্না লোযনৰীবা খোঙচৎতুদা বারুণী পুবিদে ৱারৌজবা ঙমখিদে। থেংনবদসু কন্না তানশিন্দে। কুন্দো হুকখিবা ওইথোক্তবা নত্তে। মহাক্না শঙ্গোয় মচীদা লৈরমদ্রবা বীরেন কবি ওইবমগবা ! অশুম্না বীরেন উরীরৈগী ৱাখলগী মচনখক্তা ওইহন্দে ; মহাক্কী হকচাংগী শরুক অমা ওইনা লৌই। বীরেন উরীরৈগী কোক্তা ঙাক থমদে; মহাক্কী ঈদা লেঙদনা লৈ। মরম অসিমক্না উরীরৈদা বীরেনগী আশা শিদ্রিবা ফাওবা কংবা নাইখিদে। ভুবন নৎত্রগা ভুবনগুম্বা চামা চামা থেংনসনু ঃ লম্মৈ লীশিংলকসু চাকসনু, অৱাবা অমদি খুদোংথীবা মরোন মরোন্না মহাক্কী লম্বী খূদিং থৎসনু। নুংশিবদা পূক্নীং অনী লোঙদ্রবী উরীরৈদি লেঙদনা অদুম্মক লৈগনি। মহাক্কী পাক্লবা অমদি ঙৌববা থম্মোয়দা করিগুম্বা শক্তি অমত্তনা অমুবা কালি তৈশিনবা ওইথোক্তবনি। ডা কমলগী উরীরৈদি উমংগী শকুন্তলানি, ডাকু মরক্তা চিন্তা দেবীনি, থৱায় য়াওদ্রবা মপুরোইববু হিংগৎহনখিবী সাবিত্রিনি। কবিগী খোর্জেনা যেকই ঃ *ঐখোযগী উরীবৈ অসি লাইবক থীবীশিংগী মবক্তা লময়ৌনা লাইবক থীববী অমনি; শঙ্গু শঙ্গু পাইরিবা উচেক মরকতগী অমতং চিখহৌরবা উচেক লাংমৈদোংগুম্বীনি, উপালদগী নুংশিৎনা হুমদোক্লবী উরীগুম্বীনি, চীংনুং মানুংদা মথন্নতা খোংজরবী তাম্নগুম্বীনি, অশোংবা নারক্তা মথন্নতা শাৎচবী কেতুকিগুম্বীনি... কালেন-নুংশা খাংজরবী, নোংজুথাগী নোং নংলবী লৈপাকলৈগুম্বীনি... উপালগী মতৌগুম্না ঙাকপিহৈববীনি, লৈবাক্কী মতৌগুম খাঙবা কল্লবীনি, তুরেলগী মতৌগুম পুকচেল অনি লোঙদ্রবীনি। নুপীমচা ওইবগী ঐখোয়না পামজবা মরলসু অদুনি।*

মাধবীগীদি অতোপ্পা তাইবঙনি। ডা কমলগী *মাধবী*দা খ্বায়দগী লাঙতক্লনা চঙক্লবা পাত্রদি উপন্যাস অসিগী মীংথোল পীরিবা চরিত্রসিনি। সধারণ মীয়াম্নদি লায়রদনা উপন্যাসকার মশামক মাধবীগী চরিত্র শাগৎলকপদি ঈশ্বরনা মী শাবা মতমদা ঙকপগুম ঙকখি ঃ *ধন্যানি মাধবী নংগী থৌরাং ! থম্বাল চাম্মনিপালগী মতৌগুম্না থোৎলবা নংগী থম্মোয় মনুংদা ব্রজগী মতৌগুম্না কল্লবা পুকচেল অসি লোৎলিবোই। লশিংগী মনুংদা তীল লৈবা অঙকপা নত্তে, কোঙ্গ্রেংগী মনুংদা মুক্তা লৈবা অঙকপা নত্তে, চোঙ্গাংগী মনুংদা মচীকাবা, মরুভূমীদা মরুদ্যান লৈবা সমুদ্র মনুংদা চীং লৈবা ওইথোক্তবা নত্তে তৌইগুম্বসুং পঙলবা ওইনচাওগনবী,*

*নিঙাইচাওগনবা মরৈবাক্তগী মপান থোকত্রিবা মাধবী নংগী থৌরাং, ব্রাখল অঙকপনি*। য়াম্নমক চুম্না হায়রম্বা ব্রাফম্নি । মাধবীগী চরিত্র নৈনবা মতমদা ব্রাফমসি হান্না থমহৌদ্রগদি নৈনরিবা মহাক্কী ব্রাখলগী অমদি ব্রাহৈগী নীংতম্বা হেনমল্লি খনবীবা মতাঙসু য়াওরকপা য়াই। চিংনবা অসিগী ব্রাংমদা হৌজিক্তি মাধবী অহীংবা অমগুম য়েংনবগী মতম লাক্লে।

মাধবীগী অশেঙবা সমস্যা করিনো? সাইকোএনালিষ্টশিংনা পাউখুম পীনবা থিরীবা ব্রাহংনি। মহাক্না নীংবা কায়বা হৌখিবা থৌদোকসিবু করিনো? নুপা অনীসিগী মনূংদা মাধবীনা অহানবা ওইনা থেংনখিবা অমদি নুংশিজখিবা মীশকসি কনানো - বীরেনগবা, ধীরেনগরা? চীংয়াগী লৈকোলদা অহানবা ওইনা উখিবদি বীরেননি। বীরেন্না অপোম্বা লৈরাং হেক্তা মহেক্লগে খূৎ তীংথোরকপগা *বীণাগী খোঞ্জেনগুম কয়া শেংফাত্তবা নৌরবা নুপীগী খোঞ্জেল অমা* তারকপদু কনাগী খোঞ্জেলনো - মাধবীগীবা, উরীরৈগীরা? অমুক হন্না তারক্লিবা মরোলশি নৈনসি ঃ *মপূক্নিংগী আশা থুংদদুনা মকা ফন্না শাৎত্রিবা অপোম্বা লৈ হেক্কদবগী শককপুদি পোমশাৎনবী ঐখোযদুম হেকপিরো।* মপূক্নীংগী আশা থুংদ্রিবা লৈবাংশি কনানো, কনানা হায়রকপা ওইথোকই? মাধবীনা হাযবম্ফম থোকই। মরমদি মসিদি বীবেনবু তবাম্মা ওকপা ব্রাঙাঙনি। উরীরৈদি বীরেন্না লৈকোল চঙলকপগী খোযশাওনৈ ঃ *বারুণি মহাদেবদা লৈ কৎত্রিঁডৈগী মমাংদা মপু তাক্তনা লৈকোল চংবগী... পুল্লবনি।* অসিগুল্লবী নুপীমচা অনীসি চপ মান্নবা মতমদা উরুবা মীকূপ্তুদা বীরেন্না উরীরৈখক্তবু হান্না মিতাখিব্রা ? নত্তে। থম্মোয়গী ফীবম নৈনফম ওইরবা মীকূপ্তুদা বীবেন মশামক্লা হায়দোকখিবা ব্রাহৈসি য়াম্নমক মরু ওই ঃ *লৈখোক অমত্তদা উরীরৈ মাধবী অনি খাম্ব্রাংননা শাংলে; যাম্না ফরে, লৈকোন্দা শাৎপা উরীবৈ মাধবী নিংথিনা শাৎকাইবা ফংদ্রে, য়ুল্লক্তা শাৎপা উরীরৈ মাধবী অনি অসি পুদুনা বারুণী মহাদেবদা কৎলুবগে ।* লৈরাং অনীসিনা নুপীমচা অনী ওম্থোরকপদা পূক্নীংদা তনিকপা ফাওই- কনাগা তারগদবা ? অদূবু হানখি ঃ উবী ওইবী উরীরৈনা হান্না পুনখি । বীরেনগী পাঙ্গল, মহৈ, লৌশিং অমত্তসু থোকপা ঙমখিদে। খূদক্তা মাধবীনা উবীরৈগী থম্মোয় চাংয়েংখি ঃ *ইতা উরীরৈ! ... নংনা নিংবা নিজরো।* মদূগী ইকান কান্নদনা বীরেন্না উরীবৈদা ঃ *নংনা নিংবা বর থুংজরো* পীথোকখিবদা মাধবী খংহোং হোংখি ঃ *ইতা উরীরৈ ঐগী হকচাং অসিদি মী অমগী মফমদা কখোকখরে... ঙসিদগী হৌনা ঐগা উনবা ফংলরোই ।* উরীরৈ ইকায়খি । তশেংনমকসু *নুমিৎ অদুদগী* মাধবী মহৌশাগুম উবা ফংখিদ্রে । মাধবীগী

*ঙসিদগী হৌনা* হায়বা ৱাফমসিগা উপন্যাসকারগী *নুমিৎ অদুদগী হৌনা* হায়বা ৱাফমসিগা অমত্তা ওইরি। থোকখ্রিবা থৌদোক্তুগা মাগী অনৌবা ফিরেপসিগা মরী নক্লে। নুমীৎ অসি সাইকোএনালিষ্টশিংনা থিরিবা মাধবীগী নুমীৎনি। মাধবীগী নীংবা কায়বনা পন্দোন লোমখিবা নুমীৎনি। মহাক পেনখিদে ঃ *পাখংগী অরেপ্পা নাইদবা পূকচেলবু য়াম্না হঙ্গোইখি। ধীরেনগা অহানবা ওইনা উনবদসু মহাক্কী মপুনশি ধীরেন্দা কখোকখ্রে, অদুম ওইনমক... পাখংশিংগী নুংশিবা হায়বা অসি থম্মোয় লকানুংদগী পোক্লক্তুমালে মিত্তগী পোক্লকপমাল্লে* খনখি। মহাক্না নুংশিজবদা ফোঙদোকহৌদবা, মহাকপু নুংশিরকপদনা লৎনবা, মাধবীগী নুংগী সমস্যা অতোপ্পদা খক হায়দোকখিদে। মপূক্লীংদতা নমশিন্দুনা থমখি। অতোপ্পনসু মঙোন্দা ৱাহং পাউহংবীখিদে। নুপা-নুপীগী মরীদা পূক্লীংৱা ফোংদোক্তবা রিপ্রেসনদগী ঙাওচৎনরকপনি হায়বসি সাইকোএনালিষ্টশিংগী মতনি ঃ

> The whole trouble with sex is that we daren't speak of it and think of it naturally... We are all right if we had not this unaccountable and disastrous fear of sex. - Lawrence

মতৌ অশুম্না মহাক্কী নুপীমচা ওইবগী হৌনশা মপূক্লীংদা নুংশিবা পোক্লবসু নুংশিদে হায়শিন্নৱা পূক্লীং মতা অদুনা অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্নুংদা চঙখিদুনা নাইতোম তাবা পুন্সিদা খোঙদাবা হৌখি। অহাঙবদা মীৎয়েং থল্লকখি। অদুবু *To be human means to be less lonely* । অদূনা মহাক্কী ইন্দিভিজুয়েলিটিবু ডিভেলপ তৌগদবা প্রোপর সোসিএলাইজেসন প্রোসেসকী মনূংদা মমা-মপা, কৈরোয় লৈকায় অমদি মতারোয়শিংগা ফ্রি এসোসিএসন লৈবগী মহুত্তা ফ্রি ৱিল লৈখিবদগী পোক্লকপা মাধবীগী *অঙাওবা পুকচেল অদুদা নুংশি মৈচাক চংখ্রে।* মনূং হঞ্জিন্না চঙশিল্লুবা মথন্তগী ফিরেপ্তুগী হন্দোরকপা ঙমদদুনা মহাক্কী ইন্দিভিজুএল সাইকোলোজি তশেংনা মীয়ামগা মান্নরকখিদে। পূক্লীং হকচাংগী খল পুবা ঙমদ্রে। তাইবঙপালসিদা পুন্সিনা ডিজেনেরেট তৌবগী মহুত্তা রিজেনেরেট তৌহনগদবা পার্সোনেল রিলেসনসিপতগী বিদায় তৌববু স্বার্থত্যাগনি খনখিবী মাধবীদা তশেংনা ইমোস্নেল ইম্মেচ্যুরিটি লৈরী। মপূং ফাদনা খঙলে খনখিবনিঃ *নুংশিবা হায়বা অসি পোৎশক অমতদা তুংদুনা লৈরবদি মখুম খুমজিনবা উপুগী মনুংদা ফাজিনবগুম্না য়াম্না অৱাবগী মশক্লি।* অচুম্বা মানবা অরানবনি। মহাক খঙখিদে ঃ *Every human being needs a particular love, motivated by sex.* মসি খঙদ্রবনিনা হেন্না লান্না চঙখি ঃ *ঐগী নুংশিবা ৱাখল অসি মী অমত্তদা লেপ্তুদুনা*

*তাইবংপানবা পূম্নমক্তা চাইথোকপা ঙক্লবদি অৱাবা পূম্নমক কোক্কদবনিকো।* অনীংবদুদি পাওথোকখি। নীংবদি থুংখিব্রা ? অৱাবদি কোকখিব্রা ? আশা চাউনা লেংজবা কুন্দো পরেং অহাঙবদা হুকখি। উরীরৈনা বীরেনগা থুংনবগী পাউ তারবা অমদি *ধীরেনগী পাক্লবা লাইবক অদু অমুক্তং চিংনা য়েংলম্লগা* মহাক্কী পুন্সি মখা তানা তাইবঙপালসিদা চন্নফম লৈত্রে খন্না চৎখি। নুমীৎ অদুনা ওইখি মাধবীগী *অরোইবা নুমিৎ, অরোইবা পুংজা, অরোইবা মিকুপ।* মহাক্কী পূক্লীং হকচাং কংখি অরেম্বদা *চন্দন পাম্বী কয়া কয়ানা/ চীং-মান-নারক-শিংলক্তা / মাং'গু ম অরেম্বা উকং ওইনা*। সাইকোএনালিস্টনদি হায়গনি সুইসাইডেল ডিপ্রেসন !

মাধবীদি উপন্যাসকার কমলগী কল্পনানি; উরীরৈনা লু-তোংনা শাবা হকচাংনি। অমনা মঙলান; অমনা তাইবঙ। উরীরৈনা আশা তৌবা; মাধবীনা পুকচেল হোংবা। উরীরৈনা নুংশিববু ঈচেলদা তিলহল্লি; মাধবীনা নুংশিববু ৱাখলদতা ঈরাৎলি। উরীরৈগী স্বর্গদি বীরেননি; নুপা ওইবশিংদা মাধবীগী বিশ্বাস থমদে। উরীরৈনা মপোক অসিগী অৱা-নুংঙাইবু নুংশিনা কোনশিঞ্জে; শিবগী ৱাংমদা হেন্না ফবা মপোক অমগীদমক মাধবীনা ধ্যান তৌজে। পূক্লীং চেৎনা উবীবৈনা ঈশ্বরগী থৌদানি খন্না লৈপুলবু তরাম্না ওকই; মাধবীগী স্বার্থত্যাগতা লৈপুল য়াওনা ইম্লোকখি। অশুম্না কয়া অমা খনবা য়াই। অদূবু খল্লিবা পূম্নমক্তি হায়দোকফম থোক্তে। হৌজিকসু করিমত্তা হায়খিদবগুম খল্লি। মসিনি মাধবীগী মগুণ। উরীরৈগীদি অরেপ্পনি। মাধবীদি উবা য়াই-নেম্না নৎত্রগা ৱাংনা। মহাক্কী অরেপ্পদি হয়েংম্নুক্কী মপোক্তনি। অঙকপনি মাধবী নঙগী থৌরাং! ধন্যনি কবি কমল নহাক্কী কল্পপনা ! অঙকপনি নহাক্কী কবিত্ব-শক্তি !

---


মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ৱারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২।শ্রী মীনকেতন সিংহ, *মৈতৈ- উপন্যাস,* (অহুমশুবা ফোঙবা), ১৯৯৯

৩। Freud, Sigmund, *A General Introduction to Psychoanalysis,* 1956, New York

৪। Roland Barthes, *The Pleasure of the Text,* 1975, Paris

# মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম ঃ শৈরেং

> Alas ! a woman that attempts the pen ...
> They (men) tell us we mistake our sex and way ...
> To write, or read, or think or to inquire
> Would cloud our beauty; and exhaust our time.
>
> \- Lady Winchilsea

মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম লৈরব্রা ? হংবগা শাউনবনা হানবা ব্রাহংনি। ব্রাহংসি হেক লাকপগা কনা কনানো খরদি (মীংদি পল্লুবা য়াবা নৎত্রে) ফৃক ফৃক হৌগৎনরি। হন্দক চহী খরসিদা অইবীশিংনা কল্লপ কল্লপ ইরকপা থেংনবদা অইবশিং মীৎ লাওথোক্লা য়েংনৈ। মচী মচীদা ভূং ভূং ঙংনৈ। মখোয়দা খৎনবা হৌরকপনি খন্না শাউবসু য়াওরি। মতাঙ অসিদা অইবীগীদি পান্দম অমা ফংবা হৌরে। মরমদি, ফেমিনিষ্ট অমনা হায়খিবগুম

> ... men are shocked if a woman says what she feels (as Joyce does) yet literature which is always pulling down blinds is not literature. All that we have, ought to be expressed - mind and body ...
>
> \- Virginia Woolf

অদুবু নুপাশিংগী ব্রাখলদদি নুপীশিংগী তোঙানবা সমস্যা লৈতে, লৈ হায়না খল্লগদি মদূ নুপী ওইরুবনা খনবনি অসিনি। নুপীশিংনা হায়রীবনা নুপীশিংগী তোঙানবা সমস্যা লৈ হায়না খল্লিবসি নুপী ওইরুবনা খনবা নত্তে ; অশেঙবা ওইরুবনা খনবনি অদূগা নুপানা তায়ওন্ননা খল্লিবসিনা নুপা ওইরুবননি অসিনি।

মণিপুরী অইবী অয়াম্বা নুপীগী সমস্যা অসি উখিবা কুইরে অদুগা অকক্লবা অইবী খরনা হীরম অশোমদা কন্না চঙশিল্লকপা থেংনবে। নুপীগী ঈহৌ কয়াগী মরক্তা অকনবা আইদিয়া অমসুং অচুম্বা মায়কৈ উৎকদবদি সাহিত্যসিসু অমা ওইরি। লোম্হোক্তবা চহীচা কয়াগী তুংদা কুনশুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা শরুক্তা লাইরিক-লাইশু হৈরবী নুপীশিংনা উরকখি ঃ মখোয়গী তম্বা ঙমদ্রবা পুন্সি-নোংদম্বা শাবদি নুপা ওইরম্লে। নুপানা মখোয়গী খুদোং চানবতা য়েংদুনা নুপীবু গোর্ভন তৌনবা শেমখিবা চৎনবীশিং অদুনা এক্সপ্লোইটেটিভ সিষ্টেম ওস্থোরক্লুনা

নুপীশিংবু মহৈ মশিং তম্বদগী শিনফম চঙবা ফাওবা, মচা নীংঙোল ওইবদগী শাগৈগী মৌ, মমা অমদি মনেম ওইবা ফাউবা, নাউশুমদগী মোংফম ফাওবগী পুন্সিগী থেংখাঙ কয়াদা ওৎপা-নৈবা হাৎপদগী হেন্দোক্তুনা তাইবঙপালসিদা পোকচবগী হক ফাওবা মাঙহল্লক্লি। পূম্নমক অসি খরা হেন্না খঙলবী অমদি খন্থগল্লবীশিংনা রিভীয়ু তৌরকই। জেণ্ডর বায়স ওইবা আকাডেমি (মরুওইনা শিক্ষা, ইতিহাস, ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্য) অসিনা মীওইবগী হকচাং কয়াত্তা যূম্ফম ওইরগা নুপীশিংবু সব-কলচর অমগী মনূংদা নমথদুনা থম্লক্লি। ফ্যুডেল কলচরগী লেমহৌখাক পোলিসি ওফ এক্সক্লুজন পানশিন্দুনা নুপীশিংবু সমাজগী খুদোংচাবা কয়াদা য়াওহনবীদবা, পুন্সিগী অৱাংবা থাক্তা য়াওহনবীদবা, ইমূং-মনূংগী ৱারেপ লৌবদা য়াওহনবীদবা, মশানা ৱানা তানজবা লন-থুম সম্পতিগী মপূ ওইবদা য়াওহনবীদবা, খন্ন-নৈনবা পুন্সিঞ্জনবা হোৎনবদা য়াওহনবীদবা পূম্নমক অসিদি পাপ তরানা যোমদুনা পোক্লকপগী ফল নত্তে ; নুপীবু নুপী ওইনতা উবা, মী ওইনদি খক উবা ঙমদ্রবা মখোয় অদূখক্কী খূৎশেম্মী খঙলকই। নমথবীরবা কাঙলূপ্না হামচৎনবা ফাওবকপা পুন্সিগী হৌনশানি। বন্দিগুম হিংলিবীশিংনা হেঙম্যেনশিংগী থৌরী কোঙ্গোয় উবকপা যুগকী যাওন্নি। চৈথেং ফংলবা থৱায়না *ৱারে য়ানীংদ্রে* খোঞ্জেল থোক্লকপা থম্মোয়গী লোঞ্চৎনি। মীওইবা ওইবা হায়বসি নুপাখক ওইবা হায়বা নত্তে। নুপী হায়বসি *মপূং ফাদবা নুপা* (সেন্ট টোমাস) নত্তে। *মহৌশা লাইরেম্বীগী শোইনাইবা খূৎশেম* (এবিষ্টোটল) সু নত্তে। হিংলিমখৈদি নুপীসু তাইবঙমী ওইবা তোকপা ঙমদে। অখঙবীশিংগী লমজীংনি। নুপীশিং হৌগৎলকখি। মখোয়বু য়াওহনবীরক্তবা অতোপ্পগী আকাডেমিক ৱার্ল্ডদা খূদোনবী থিনখি। মসিননি নীংশিংবা থোক্তুবা মতমদগী *ঐগী ইমাদা, ঐগী অবোক্লা / ঐগী অবোকতা / ঐগী ইবেনপোকনা / ঐগী ইবেনপোক্তা / ইবেনপোকপু পোকপীদুনা / ... শিন্নদুনা লাক্লবা / হুইগংদুবু / অনৌবীগী লিকফাংগুম / ইঙকসমসিদা / ইরেন হুকচিনবীরগা / ঐগী/পলেম ইমানা / হায়খি-/ মসি নঙগী লৈতেংনি (এল ইবেমহল ঃ কোঙ্গোয়)*। নীংঙমদবা নুংশাম্বর ঙাক্তনি ঃ *আঃ মতম অদো / বেদ শাস্ত্র তম্বা য়াদে / তম্বদি লাযবদুনা শোকপা ফাওবা য়াদে / বিজ্ঞানগী লম্বীদা লৈতে নুপীগী মফম / থম্বীরম্বা কয়াদা খুরবা মফম অমদা* (ভানুমতীঃ *নুপী*)। খোয়শাওনরকপা কয়ানি ঃ *পূম্নমক মীনম্বনি / নত্তে ইতিহাস / নত্তে ইতিহাস / নঙগীসিদি শাহিং চাবশিংগী ৱারীনি* (কুঞ্জরানি ঃ *ইতিহাস*)। অশুম্না শীংনরকপী অমগী খোঞ্জেলনি ঃ

Well, Miss Elliot, ... all histories are against you - all stories, prose and verse ... I do not think I ever opened a book in my life which had not something to say upon women's inconstancy. Songs and proverbs all talk of women's fickleness. But ... these were all written by men .. Yes, yes ... Men have had every advantage of us in telling their own story. Education has been theirs in so much higher a degree ; the pen has been in their hands. I will not allow books to prove anything .

- Jane Austen

নুপাশিংনা ইরম্বা লাইরিকশিংগী ৱা লাইৱা নত্তে খঙলকপদগী হান্না লৈরম্বা *নুপানবু হায়থ্রবদি লোইরে* খন্নব্লম্বা পরম্পরাগী অভাঙ্ক গার্ডিজমবু থুগাইরক্লনা হৌজিক্তি ফেমিনিষ্টশিংনা ফোংনা হায়রে ঃ হান্না লৈরম্লিবসিদি *নুপাগী খুৎই* কৌগদবনি; নুপা নুপী অনীমক্কী খুৎইশিংনা পূল্লবতদা সাহিত্য কৌগদবনি। অসিগুম্বা খোঞ্জেলসিনা পৃথিবীগী নুপীশিংদা অচৌবা মীৎ অমা ওইবকখি। নেটিভিজমগী মীৎয়েংদা মণিপুরী সাহিত্যদসু ফেমিনিজমগী অশেঙবা পরম্পরা অমা তপ্না অদূবু লেপ্তুনা লাকপা হৌখ্রে। খোঙফম চেৎনা লেপখ্রে ঃ *পীয়ু ঐগী কলম, ঐ ইগে / পীয়ু চে, ঐ ইগে* (সুবদনী ঃ *তৎলবা লিক্লাং*)। সার্কল অমদা হঞ্জিন হঞ্জিন কোয়না চৎলম্বদগী লমখায় অমা উরকপনি।

ঈহৌ অশোমদা মণিপুরী অইবীশিংগী শৈরেং অখাক অরাওগুম থোরকখিবদি নত্তে। মরা তাথ্রবা নুপাশিংগী খুৎই তুংইন্না মোং হাদনা চেন্থরকপা হৌখি। লময়ানবী অইবী অহুম, থোইবী (১৯২০-১৯৯৬), প্রমোদিনী (১৯২৮) অমসুং বিনোদিনী (১৯২২) গী মনুংদা শৈরেংদা খুৎ কন্না থাখিবদি প্রমোদিনীনি। অহানবা ওইনা ফোঙখিবা নুপীগী শৈরেং লাইরিক্লা অনন্দিনীগী *শজিবুগী লৈহাও* (১৯৬৭) নি। মতূং ইরকখিবীশিং তহা তহাখিদে। অপঙ থৌনাদা খঙনম নমখায়বনা মখোয়গী পান্দম ওইদে। শোয়হনবা য়াদে মতাগুম মাঙ তুং য়েংনা থাংলকখিবা খোঙথাঙনি। হীরম অমদি খোম্থোক অনীমক্তা ফেমিনিন ওইনা লাকখি। ভক্তি, প্রেম, পুজাদগী থোক্লিবা নুমীৎসিগী মখাদা লৈরিবা খূদিং তপ্না তপ্না কোনশিল্লকই। রোমান্টিসিজমগী স্পিরিটতা কায়দোং ওইদুনা মুক্তি ফংনীংবগী পুক্নীং ইহুলদি লৈমায়দা নোম্থদুনতা লৈখিদে ; অহাঙবা অতিয়াদা মীৎয়েং থম্বা হৌরকখ্রে। প্রমোদিনীগী ... *পোন্না ওইবা য়ারোই পুন্সি ঙমখৈ ঐগী / ইথক্তুবু*

*থিংবা ঙম্লোই ইনিং তৌনা পাইনিংবগী / ... নোংদম্বা শাবনসু থিংবা ঙমলোই (পোনগী চেক্লা)*, অনন্দিনীগী *হংবগী লোইবা নাইদ্রবা / ৱাবগী লোইবা নাইদ্রবা/ ... ঐগী খোঙসে হন্দক্তী / মীওইলক্তা থাংলবোই (অরোইবা মতম য়েংজনিংদে)*, ইন্দিরাগী *চান্নবা ঙসিগী আতরগুলাপ লৈনাগী শয্যাসে / মতম অমদা তিঙ্খংগী য়াতাফম ওইহনগুমসিকো (তিঙ্খংগী য়াতাফম ওইহনগুমসি)* অমদি অতৈ নুপী কবিশিংগী পরেং কয়াদা নুপীশিংনা লম্বী তিন্ননা পূন্না চৎমীন্নবগী অপাম্বদু ফোংদোকপা হৌরকই। নুপীগী মপোক হায়বসিগী মনূং অমসুং মপান্দা চিংলিবা ঙমখৈ খূদিংগী ৱাংমদা লৈরিবা খঙদ-উদবশিংবু লাঙতক্লরকপগী পূক্লীং মতাদু মমি তাবা হৌরকই। মখোযগী শৈরেংগী তোপতোপ্পা কয়া লৈজে। মদূগী মনূংদা অনন্দিনীগী শৈবেং অমগী মমীংদি ৱাহৈ পরেং অহুম্না শাই ঃ *লৈনম নুংশিববু নমগদ্রা ? চীবোল ৱাহৈবু তাগদ্রা ? ঐদি ৱারে।*

মতৌ অশুম্না হৌরকপদগী হৌনা হীরম অমখক্তদা কমিটেট ওইনা লালহৌবী ওইরক্ত্রবসু মণিপুরী নুপী কবিশিংনা নুপীগী তোঙান তোঙানবা সমস্যাশিংবু লোৎনা নৎত্রগা ফোংনা পুখৎলকই হায়বসিমদি শেংই। খূদম ওইনা কবি ইবেমপিশক্লা তূমিন্না মদোম তরক কপচরগসু কপ্লি হায়বদুদি খঙহল্লে ঃ *থম্মোয়তনা কপচবনি থম্মোয়দা / লাওজবা ঙমদে খোঞ্জেল হৌনা (তাবিরোইদবা খোল্লাও)*। কবি সনামচাগী মৈরিক্লা লৈকোলগী লৈরাংগা পূন্না তাউথরি ইপাম্থাগী নোংমা চেন্থরকখিবা ঈচেলদা । উর্মিল্লাসু অশিবশিংগী মরক্তা মঙলান কয়া মঙফাওনবা ঙাইরিঙৈ উরকই নুপীশিংবু লংশিন্দুনা থম্বীরিবা *ঙাঙনা চাকখৎলবা মৈরক্তা / অদুগা / নোকলি, হরাউবি, জগোই শারি / অকোয়বদা লেপ্লিবা মখোয়না (নুপী)*। হেমাবতি, ইন্দিরা, গঙ্গা, যমুনা থম্মোয়গী নীঙ্খায়বা হৌরক্লবা তোর্বান্দা ৱাখলগী ঈথক হৌরক্লি। মিনাসু অহীংগী থাউমৈ পবেং মথং মথং চুখৎলক্লী মবমদি লোৎখ্রবা মহাক্তি *অমম্বা মপৈ লংশিল্লকপতা* মথৌদাং ওইরি। নী দেবীগী অনী থোকপা খোন্থাংদা ঐখোয় নুপীনি হায়বসিদা চাউথোকচসি লাউরি অদূগা নুপাদনা কায়রবা থম্মোয়বু কায়রমক্তদা থুগায়রে হঞ্জিন হঞ্জিন (*লোইশিন্নীংলে*) ৱাকৎলি। সোবীতানা নুপাবু থাজরম্বদগী চিংনবা ফাওবকই মবমদি মীনম্বা লাং অথুম্বা *মীনোক্তা / ওইনিংদে ঐ / লাইফদিবী (যেংনিংখিদে)*। হেন্না হেন্না ৱাখল পীকশিল্লকই ঃ *নঙগীদমক চাউথোচবম্বা ঐসে / নংগীদমক মীপাইরে অমুক / মরমদি / হন্দক্নী ইচাসে নুপীনি (অউনপোৎ)*। সমাজগী পুন্সি, নুপীলান অমসুং নুপীকৈথেল নীংশিংলুরগা শোল্লী ওন্থোকপনি *নুপীশিংগী*

*মরাইবক... / মচাসু পোকপা, মচাসু য়োকপা / পৈশাসু তানবা, লৈবাকসু ঙাকপা ( মরাইবক)।*

অসিগুম্বা নুপীগী ভগ্য-বীধাতা, নুপী ওইনা পোক্লকপবু মরাল অমা লওশিল্লুবগুম দন্দিনা হেন্না চাউবা পুন্সি মহীংসিগী মায়োক্তা শৈরেংদা লাকখিবা নুপীগী খোঞ্জেলদা ফেমিনিষ্ট ষ্টেজগী নুপী কবিশিং চপচানা লৈরে হায়বসিদি ইতিহাসনা হায়বনি ; লন্নাই মত ওইফম থোক্লে। ব্রাফমসি অনৌবা ওইনা থোকপনা খন্ন-নৈনবগী মফম থম্লবা ক্রে এরিয়া ওইনা লৌবগীদি কায়দে। অদূবু নোংচুপ সাহিত্যগী মমিনা মশা ওন্থোকখিবা মোর্ডননাইজেসনবু ৱেষ্টর্ননাইজেসন ওইনা লৌবগী ব্রাফম নত্তনা ঐখোয়গী ওইবা কলচরেল রুটতা য়েংলুরগা নুপী কবিশিং, মরু ওইনা ভানুমতী, বরকন্যা, বেনুবালা, সুবদনী, ইবেমহল অমদি মেমচৌবীগী শৈরেংগী তাইবঙসিদি তরাই তরাইরুবা য়াদ্রবনি। করিগুম্বা মতমদা কবি অমগী খোন্থোক্তা অনেম অৱাং অনীমক থেংনদবদি নত্তে। মায়কৈ অশোমদা য়েংলুরগদি কবি ভানুমতীদি ফেমিনিন অমসুং ফেমিনিষ্ট ষ্টেজ অনীগী লংদাইদা লেপ্লী। খূদম ওইনা সমাজসিদা নুপীগী তাংদাংবা মফম লৈরমদবদা নুংহিক্লরিবী অমগী খোন্থোক্লী ঃ *পুন্সি নুমিদাংৱাইরমদা/ লৈজবা পুম্বা লৌশিনবীখ্রবদা / খমুং কিকোই লৌওনবীনা / পলেম শানা কৌরকলবদা / ইচা ইশু কৈরোই লৈকায়না / শারিবা অপিকপা শঙসিনা / ঐগী অশেঙবা ইয়ুল্লা / কদাইদনো নীংঙোল লৈফমবো / কদায়দনো অরেপ্পা য়ুম্ফমবো খঙদ'খঙদ'চৎলদ্রা / চমম্লনা হল্লদ্রা ( কদাইদনো নীংঙোল ইয়ুম্বো)*। কবি মশামক্কী অতোপ্পা পরেংশিংসিগা চাংদম্লদুনা য়েংবা য়াই ঃ *খঙলে ঐ ঙসিদি / কয়া লুনা খল্লুবা / কয়া লায়না লৈরম্বা থাঙ পায়বা মরক্তা থাঙ / নোংমৈ পায়বা মরক্তা নোংমৈ / কলম পায়বা মরক্তা কলম / হিংসাগী মফমদা হিংসা / লৈ ওইনা শাৎলু হেক শাৎ / হৈ ওইনা পাল্লু হেক পাল / কয়া কুইননো ( খঙলে ঐ)* । মীৎয়েং, খোন্থোক অনীমক্তা হান্না লেপ্লম্বা খোঙফমদু থাদোরকই। ঈহৌরোমদা ঙামথরকই। ৱাখল্লোনগী ঈহৌ ইডোলোজিকেল ষ্ট্রগললোমদা চঙশিল্লকই।

ভানুমতীগুম চেকশিন্না কলম পায়রিবী লিবরেল ফিমিনেষ্ট অমদি বরকন্যানি। বরকন্যাসু খঙই নুপাদা কোক নোনবী নুপীনা পুন্সিদা খুয়া-তুশিংনা ইমূং-মনূং কাং খোং চাইদনা হিংবা ঙম্মী। অৱাবগী ঈথক-ইপোম মায়োক্তা থাঙশাং তাপ পায়খৎলুবগী থোইদোক্তে। অদূনা অইবীগী খোঙথাঙদি

কনকমিটেন্ট ওই ; মহাক্কী লোনদি ওপ্রেসিভ লেঙ্গুইজগী মহুত্তা অবোন-অথূপ খরা ঙাক্লা চৎলি। ফেমিনিষ্টসিগী খূখাদা ঃ *হায়য়ু সীতা কয়ারক হন্না মৈ ইকখিনি / নঙগী হকচাংবু / পুকচেল চেৎলবা নবুংঙো রামচন্দ্রনা (তাঙ্গোই)*। বাল্মীকী মুণীনা ৱাংনা থাঙ্গৎলম্বা ফিদম অমবু ঙসিগী ফেমিনিষ্ট অমনা ব্রাহং হংলকপনি। সীতাগী অগ্নি পরিক্ষা নুপাগী চাংয়েংনি। মবুংঙো রামচন্দ্রনা ঈংলবা সর্যু তম্পাক্তা লেপ্লগা সীতানা মৈনূংদা লৈবদু য়েংখি। চাংয়েংদা মায় পাক্লবী সীতানা মবুংঙো মাবুসু মৈনূংদা অমুক্তং চোংশিনবীয়ু হায়জবদি ঙমখিদে। নুপাগী তাৎকী মায়খূমদু পেন্দোবাগী বোক্সকুম হাংদোরকই। মতৌ অশুম্না হৌজিক মতমগী নুপীবু শারাক তম্বগী দৃশ্যদু দ্রৌবদীগী ইপিসোদতা পাক্সিল্লি ঃ *দ্রৌবদী ... / ফদি ফরানা শাবা / থৱায় পান্দবা লাইথিবীগুম / নঙসু তমথীনা ওৎ-নৈখি সভাদুদা / ... শিকারগী শা অমগুম / মিতানা য়েংখি নঙগী হকচাংবু (নাইতোম তাবা)*। নুপীশিংতগী ওইবা লান্থেং অমগী তঙায়ফদবদু কবিনা কন্না ফাওরকই ঃ *লৈগী থোং নৌবনা নুংবু / কৈদৌনুং থোংহনবা ঙমদে / নুংগী কম্বা কল্লেংনরবা মরমচৎনদি / লৈবুসু খূদক্তা মাঙহনবা ঙম্মী / অদুননি ঐনা চৈনা ফংলকপা মীকুপ্তা / লৈগী মপোক থাদোক্লনা / নুং ওইনা পোক্লিংলক্লিবা ঃ (নুংগা লৈগা)*।

অতোপ্পা ফেমিনিস্ট অমনা কবি বেনুবালানি। লোম্থোক্তবা নুংজাওগুম কবিসু ফাওদবা শাদুনা মখা তানা খাঙবা পাম্লক্ত্রবীনি। কোন্না, খরা তপ্না হায়বসি মহাক্কী অশাওবীনি ; হৌজিক হৌজিকমক হায়বসি মহাক্কী মতম্নী। অসিগুম্বা গ্রোইং ইমপেসেন্স অমগী এঙ্গুইস ফোংদোকপদা থয়ায়ননা ওমদাইনবা পাম্লকক্তে ; য়ানীংদবদুদা অমুক লৈশি-লৈথোল্লুবা তৌদনা বিদায় পীরকই। নুপাতনা নুপী খাইনগদবা নত্তে ; থাজবা মাঙলবা অমদি মীওৎ মীনৈ হেঞ্জিল্লক্লব দি নুপীনসু নুপাবু খাইনবগী হক লৈ। অদূনা ঃ *কৌরক্কনু ঐবু নখুৎ হত্তুনা / ঐ নঙগী খোঙবু ওইনিংদ্রে ঃ (মঙাল থিবা)* অদুগা অমুকসু *করিগীনো ঐগী ইখুৎ পায়দুনা চিংলিবা / ঐগী আশা ঐগী থৌনা / করিগীনো নংগী খুবাক মনুংদা লোৎশিল্লিবা / পীয়ু ঐগী ইরলশিংদু অমত্তা খাক্তনা / পুখিনু ঐঙোন্দগী নম হাদুনা / ... ইকাই খংদবগী মতৌ উৎকনু / লমচৎ নাইদবগী মওংদা তাক্কনু / নংগী কাহেনবা লীচৎ শাজৎ/ তুক্কচৈ নংগী ময়াই কারবা শক্তম (ঐগীসু লৈ)*। এন্টি-ম্যেন ওইরুবা নত্তে নুপীগী আইডেন্টিটিদা শীংনরকপশিংবু তেমশীংনবনি। নুপা-নুপী পুন্না মীওইবনি খনবা উবা ঙমদবা নুপাশিংগী মীৎয়েংদা কবি বেনুবালা মিপাইবা পোকখি। ফ্রোইডিয়ান সাইকোলেজিষ্টশিংনদি মমা অমগী নাউয়োক মখাদা পীক্লিবা

*মচানুপানা মহাক্তি নুপী নত্তে হায়বা ব্রাখলসি হান্না মমি তাবা হৌরকই অদুগা* মচানুপী অদুনা মমাগা অমত্তা ওইবগী ব্রাখলদা নুপা নুপী অমত্তনি হায়বগী ব্রাখলসি শাংথনা লৈহৌই হায়বী। কবি বেনুবালাগী পবেং খবদসু পল্লি ঃ *ঐঙোন্দসু লৈ নঙোন্দা লৈজরীবদু / নংসু তাইবং পানবগী খুৎশেমনি / ঐসু মহৌশা কৌবীগী লৈচলনি ( ঐগীসু লৈ)*। ব্রায়েনশঙগুম পূম্নমক উবা ঙম্লবী ফেমিনিষ্ট বেনুবালানি।

মাঙলোমদা চঙশিনবা ফেমিনিজমগী খোঙজঙদা কবি বেনুবালাগা খুৎশম্ন রিবী অমদি কবি সুবদনীনি। ইতিং তিংনা লৈতেং হাপ্তুবা ব্রাহৈনা নাকন অনীমকময়া পাল্লবা থাঙশাঙগুম হাইথরকই ঃ *শাহিংচাবা শারমচৎ চৎপা নখোযনা / নৈহৎপীখি লৈমল চলহনবিখি / খাঙমদনা নৌজরিবী হকচাং / ... হিংবগী মমল অসিবু / নখোয়খক্তগী ওইরবরা /থোক্লিবা থা থরান অতিযা / নখোযখক্তগী শেম্লম্বরা / যুগ যুগ খুদিংদা হিংলক্লিবা অসিবু / নখোয়খক্তগী ওইরবরা / হিংবগী মমল অসিবু / নখোযখক্তনা লেপ্পরা (হিংবগী মমল)*। হীরম খুদিংমক্তা জেন্দর বায়স ওইবা, অশেঙবা মীওইবগী ভেল্যু য়াওরক্রুবা পবম্পরাবু শীংনরকই। নুপীনা নুংশিবগী হৌরকফম ওইদুনসু ফীবমগী মতূং ইন্না নুপীসু নুপাবু নুংশিদবা ঙম্মী, নুপীসু তমথিবা ঙম্মী হায়বদু ফোংদোরকই। নুপানা উশিনবা ঙমদবা মীৎয়েং লৈবনা মখোয়না য়ৌশিনবা ঙমদ্রবা ব্রাহৈশিংসি ইনহিবিসন অমত্তা য়াওদনা থোকচরকই ঃ *নঙসে মী মাল্লক্রে / নঙগী নকোক অদুসু / অশুম অশুম য়াওরক্রে / নঙসে ঐঙোন্দা অর্থ লৈরক্রে/... করিগুম্বা নঙগা কায়নদুনা/ অমুক লুহোংবা তারবদি / ঐদি লৈ চাইদুনা কোইররোই/হেকতা ফম্লগা হুক্ররনি/য়াম্না চোকথবে ইখোঙ অসি (শম্নদ্রবা)*। মপোক অসিদা নুপী ওইবা ফংলরোইদবা নুপাগী খোর্জৈদগী থোক্লক্কদবা ব্রাহৈ পরেং অমত্তা নত্তে। ভাবনা শাজিনবা য়াওদ্রবা নুপীগী পূক্লীং ইহুলগী ইডিফিসতি নুপীতনা য়েক্কদবনি হায়বসি ময়েক শেংহল্লকই।

মৈরকশিদা চোংশিল্লকখিবী কবি ইবেমহলনি। মহাক্তি রেডিকেল ফেমিনিষ্ট অমগী থাক য়ৌশিল্লকই। মহাক্কী খোর্জৈনা ফেমেল ক্রিএটিভিটিগী সাইকোডাইনামীক্স উখোরকই। পোষ্ট ব্রার ফ্রেঞ্চ ফেমিনিষ্ট সিমোন ডি ব্যুভাগুম্না কবি ইবেমহলসু ঈগী চাংয়েংশঙদগী উখ্রবনি ঃ

> man takes woman as sex - absolute sex, no less ... woman has always been man's dependent, if not his slave ; the two sexes

have never shared the world ın equalıty

- *The Second Sex*

নুপীগী মুক্তিগী লান্থেংদা চোংথোবক্তুনা খোঙফম চেৎনা লেপ্লবী, যাম্নমক কমিটেট ওইববী ফেমিনিষ্ট অসিনা খঙই঺ ঙসি ফাউবদা চথবক্লিবা নুপা নুপীগী হিস্টোবিকেল্লী ফাউণ্ডেড কলচবেল বিলেসন অসিদা নুপাগী মফমদা পীখিদবা কবিসু লৈত্রবা নুপীগী মফমদা নুপানা পীখিবদি তৌবীমল খঙদবা অসিতনি। মবম অসিনা কবি ইবেমহলগী শৈবেংদা হৌজিক লৈবিবা নুপীগী কলচবেল সেচুএসন অসি অওনবা পুবক্লবা নুপানা পীবা ফিদমগী ফম্বাকসি ইফোং ফোংনা থুগাইবকই ঃ *কুইবে/নঙগী অপাম্বা মওংদা/ হিংলকপা /. . . ঙসিদি নঙ/ তাদবা যাবোই/ ঐগী ব্রা ... নৎত্রবদি/ নখোঙ চাম্বতদ/চোকথবক্লবা খুৎসিনা/থুগাইবা তাই/ নঙগী/নূঙ ওল্লবা শক্তম (নৎত্রবদি)*। অদূগা অমুক্সা নুপীশিংদা ঃ *নঙসু ফম্বা যাই/ ব্রাযেলশঙগী ফম্বাল/পাযবা যাই নখুৎনা/ব্রাযেল চুপ্লী/... থুগাযু নমখাযযু/ কোযসিল্লিবা পল্লোন (নুপী)*। ফেমিনিষ্ট অসিনা নুপা নুপীনা লেপ্লবিবা মফমসি অমুক্তং ওম্বোক্লদুনা যেংনীংই ঃ *সাউগনু সাউগনু চান্নবা/ খাজক্তনি থক্রকপা,/ মকপ মপাংশিংনা যাদদুনা / যাতামিন্নখিবগুম/ অহিং খুদিং/ নঙগী যুনমগা/ ঐগী/ চেংহি মনমগা/ যাওনমিন্নবসনু ঙসিদি/ ঐগী যুনমগা/ নঙগী হকচাং মনমগা ( মমি)*। ফেমিনিষ্ট ইবেমহলনা চেৎনা থাজৈ ঃ ঙর্সিদি মশানা খঙনা যাথংগী ফম্বাক্তগী কৃমথবক্লে বা নুপা অদূদি যুগ অসিগা চান্নবা নুপা নৎত্রে। মুভমেণ্ট অশোমদা মহাক্কী শৈবেংদি অকনবা পার্টিসিপেসন্নি।

ফেমিনিষ্ট মেমচৌবীগী শৈবেংনা বিসার্ছনি, সীম্থেসিসনি। নীংশিংবা থোক্লবা মতমদগী চথবক্লিবা নুপীগী পবম্পবাগী লীক্লম (ইভোলুসন ওফ এ ফিমেল ট্রেডিসন) অদূ খোঙ্গুল লীবকই। মদূগীদমক লমদম অসিগী মৈহৌবোন্দগী নুপীগা হেন্না নকশিন্ননা লাক্লবা লৈহাও অমদি মহৌশাগা মবী লৈনবা ব্রাবী শিংবুন, মীথ, লম্মীৎ-তুম্মীৎ লোযননা মদূগা চান্নবা ইমেজ পেটর্নস,ভিজন্নবী আইডিযেলস, ষ্টাইলিষ্টিক ডিভাইসেস শাগোন্নবা লোনগী খোঙচৎ অমদা চঙশিল্লকই। ফেমিনিজম নৈনবদা লোনগী মতাঙসি অচৌবা ডিবেট অমনি। মেমচৌবীনা গাইনোক্রিটিক ওইনা অনৌবা বিভোলুসনবী লিঙ্গুইজম অমদা শূপ্নমগী পেত্রিযাবকেল স্পীছপু তোখাই তাহল্লকই ঃ *লাইবৈপাক্কী অমমবসিদা/ ... নুপী নঙ/... ফমহন্দুনা অব্রাংবা ফিদমদ/ অসৈবা কযাগী সুমহৎপা ব্রাহৈদা/*

*পঙথহন্দুনা হিংলকপনি নঙ/... থৌনা ফবী মৈতৈ লৈমা ( লাইরৈপাক্কী অমমবসিদা)*। অদূবু ইমা মহাক্তি *খোঙজোম তুবেল তোববান্দা/কেন্দুনা তারস্বা মসাবীগী লালু চোমায়/লিক্লাং চোইনা তারস্বা মপাবীগী লুরেন/ মথং মথং লৌখং নমগী সমদা হাপচিল্লরে/... অনৌবা নোংখোং খোংচৎ অমগীদমক থৌরাংখ্রে (হাউরৈমা শন্তুবী)*। অদূগা ঙসি ফাওবা *য়াওরম্মীনে সমদুদা ইমাগী সমদুদা/ পলেমগী হনু মালৈ কারবা ইপুরোইবা/পলেমগী নহা লাংজেং মথোকলকপা মপারী/... ঐনা পুবিদ্রবদি মখোয়দি করম হিংগনি (ঐগী পলেম নুংশিবী)*। ফেমিনিষ্ট মেমচৌবীগী পলেমনা মপুরোইববু মপুকথোক্কী মচাগুম সমদা হাপ্তুনা পুরি। সনাগী য়োৎহ্লীঙ, অন্ধবীশ্বাসকী ফিজেৎ-লৈতেং, অমনবা ইতিহাসপু থুগাইদ্রবদি কৈদৌঙৈদসু লাক্লোই অনৌবা অওনবা। অদূনা ফেমিনিষ্টনা পোখায়রক্লো কৌরিঃ *মৈতৈ নুপীগী সিয়োমনুংদা/কুমজা কয়া লোৎলকলিবা/ অতুম্বা মৈগী চীং (অদ্রোগী মৈ)*। যুগগী খোল্লাউনি।

নুপা নুপীগী নুং-পাল অনীমক্কী এক্সপরিএন্স খেন্নবগী মতুং ইন্না নুপীশিংগী সমস্যাদি নুপীতনা শেংনা খঙগদবনি। মখোয়গী পুন্সিগী ফীবম ফগৎলবা মতমদা মখোয়গী সাহিত্যগী মশকসু হেন্না ফজরক্কদবনি। ঙসিদি মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম অচীকপা অমদি নাইতোম তাবা খোঞ্জেল অমুক হন্না ওইদ্রে। অহোয়নদুম বেদ-শাস্ত্র কয়াগী লামায়দা চীখরল্লবা, বিজ্ঞান-মনোবিজ্ঞান কয়ানা নাথৈবিরল্লবা, খ্বাইদগী নক্লবা থম্মোয়না উনা উনা মমীৎ তাঙশিন্নরল্লবা অহীংবগী ইবিরমদ্রবা অমম্বা আত্মাগী ইতিহাসপু তপ্না তপ্না ঙাম্থোকহল্লক্কী। ফেমিনিজমগী ঈহৌ সভ্যতাগী মঙাল পুবা ঈহৌনি। মসিগী ব্বারোইশিন লৈত্রি মরমদি চঙশিনখিবা তারিঃ অওনবা অমগী তঙাইফদবদু হৌজিকসু মাঙদা তাদুনা লৈরি।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ


১। ব্বাবেং অসিদা পঞ্জবিবা লাইরিকশিং

২। Beauvoir, de, Simone, *The Second Sex,* 1949

৩। Showalter, Elaine, *Feminist Criticism in the Wilderness,* Literary Criticism, 1972

৪। Woolf, Virginia, *Granite and Rainbow,* The Hogarth Press, *1958, London*

# মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম ঃ ৱারীমচা

> Millions are condemned to a stiller doom than mine, and millions are in silent revolt against their lot ... Women are supposed to be very calm generally ; but women feel just as men feel ...
>
> \- Virginia Woolf

নুপীগী সমস্যা লৈ লৈতেগী মতাঙদা এম কে বিনোদিনী, প্রমোদিনী, যামিনী, ভানুমতি, মেমচৌবীনচিংবা কয়ানা খবর কাগজদা নুপীশিংবু তমথিনা ওৎ-নৈবগী মায়োক্তা ইখিবা অদুগী মথক্তা পৃথিবী পুম্বগী ওইবা দৃশ্য অমত্তং য়েংবা য়াই । মসি য়েংলগা ৱা ঙাঙদনা ঙাইহাক্তং খন্থবা চুম্মী ঃ

> Women represent around fifty percent of population, make up thirty percent of the official labour force, perform sixty percent of all working hours, receive ten percent of the world income and own even less than one percent of the world property ... Women form seventy percent of the world's poor and sixty percent of the world's illiterates... repeated statistics point to the alarming rate of a rape every fifty two minutes, a molestation or sexual harassment every twenty six minutes, a dowry death every forty minutes, an eve-teasing every fifty one minutes, an act of cruelty every thirty three minutes
>
> This list is not exhaustive as many offences go unreported.
>
> \- *Documents* (16th National Conference, NFIW)

১৯৭৬ তগী সাহিত্যদা মাক্সিষ্ট ক্রিটিসিজমগী মশা অমা ওইনা ফেমিনিজম খাইদোরকখি। মসিনা শেংনা তাকই ঃ নুপীগী সমস্যাগা মরী লৈনবা থীওরি হায়বসিমক পৃথিবীদা মওং তানা চথরকপা কুইদ্রি। মদুগী মমাঙদা ফেমিনিজম অসি নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা মায়কৈ খঙদনা ককঙাওননা চেল্লিবা মমা-মপা লৈত্রবা অঙাংগী পাম্বক ওইরম্মী। ৱাহৌদি নুপীবু নীংশিংবা থোক্রবা মতমদগী ৱা ঙাঙহনবীদবা কাঙলূপ অমা ওইনা থম্বীরকপদগী থোকখিবনি। মতমগী মতুং ইন্না

নুপীবু ৱা খরা খরা ঙাঙহল্লকপা মতমদা লাইরিক তম্বদি য়াদে হায়দুনা লীৎশাঙ শীৎনা অমুক চত্থরকখ্রে। ঈহৌ কয়াগী তুংদা নুপীসু লাইরিক লাইশু তম্বা হৌরকপদা ইবদি য়াদে ; নুপীনা মখোয়গী অনীংবা অপাম্বা ইদুনা ফোংদোকপদি য়াদে হায়দুনা চহীচা কয়া অমুক নমথদুনা লাকখ্রে। মসিগী ফল ওইনা থায়না থায়না মমাঙঙৈগী নুপী কবি অমত্তা লৈরমদ্রিবা অসিনি। পোক্লকপদা য়াওরকপা ইনীংবা অমসুং ফোঙদোক্লীংবগী মতীক মগুণ অদু নমথদুনা থম্লীবদগী ঙাওচৎ চৎখিবা নুপী কয়াসু লৈখিদবা নত্তে। নুপীশিং য়াম্না ৱানা, য়াম্না কিনা, য়াম্না লোৎনা কলম পায়বা হৌরকখি। অহানবদা ফোঙনবা নচ্চদে হায়রগা ইরকখি। তশেংনমকসু ফোঙখিদবা কোঙ্গায়নি। মথংদা নুপাগী মীংদা তূমিন্না ফোঙই। Marian Evans না George Eliot মীংথোল লৌরগা লাইরিক ফোঙখিবা খূদম্নি। খ্বায়দগী লুরিবা সমস্যা অমদি নুপীদা ইনবা তাঞ্জা অমসুং মতম পীবীদবা অসিনি। নুপীদা মহাক্কীনি হায়বা পূংখায় অমগী মতম লৈতে। মতম পূম্নমক্তা থৌদারকই। অশুক যাম্না ৱাহনবীবা নুপীগী পুন্সি অসিবু করম্বা মপোকনো ? নুপানা নুপীবু নমথদুনা থম্বা হৌখিবা লাইবক থীববা ইতিহাসকী তাঙ্কক অদু নুপীশিংনা থিবা হৌবকই। Mary Wollstonecraft (১৭৫৯-১৭৯৭) না নুপীশিংবু লাইরিক লাইশু তমহনবদা থম্লীবা অথীংবা পূম্ন মক্কী মায়োক্তা লান হৌরকই। Virginia Woolf (১৮৮২-১৯৪১) না নুপীশিংদা মতম অমসুং শেল-থুমগী নীংতম্বা ফংহন্নবা ঈহৌ শাগৎলকই। Simone De Beauvoir (১৯০৮-১৯৮৬) না হকচাং কয়াৎতা যূম্ফম ওইরগা নুপানা নুপীবু মী ওইনা উদবা অমদি ওৎপী লৈবীবগী লোঞ্চৎ অসিবু কন্না শীংনরকই। Elaine Showalter (১৯৪১) না পৃথিবীগী ফেমিনিষ্টশিং পূনশিন্দুনা নুপীশিংনা নুপীশিংগীদমক ইবা সাহিত্যনা অশেঙবা ফেমিসিষ্ট টেক্সশিং ওইগদবনি হায়বগী ফিরেপ্তা ঈহৌ অসি হেন্না কনশিনহল্লকই ; হেন্না ময়েক শেংহল্লকই। ফেমিনিষ্ট অসিগী ৱাহৈদা ঃ

> English feminist criticism, essentially Marxist, stresses oppression; French feminist criticism, essentially psychoanalytic, stresses repressison; American feminist criticism, essentially textual, stresses expression. All however, have become gynocentric.
>
> \- *Feminist Criticism in the Wilderness*

ৱাফমসিনা সাহিত্যদা কল্লিবা ফেমিনিজমগী মফম অসি চমম্নবা লৈহন্দ্রে।

ফনা য়াম্না হায়দুনসু নুপীগী সমস্যা হায়বসিদি পৃথিবীগী সমস্যানি। মদূমক্লসু মণিপুরী সাহিত্য য়ৌরকখিবনি। য়ানীংবা য়ানীংদবা মখোল কয়া থোরকপা হৌনশানি। করি অমুক হায়রুগনি ঃ নুপীগী সমস্যা কোকহন্নবা চওশিল্লক্লিবা ঈহৌ অসিনা নুপীশিং হেন্না অৱাবা তাহল্লগনি খনবীবা নুপী কয়াসু থোক্লক্তবা নত্তে। ৱাহন্থোকসি মখল মথেল কয়া থোক্লা লৌনবীরি। খন্ন নৈনদবা য়াদবনি। মসিগা ঈরোয়ননা ফনা ফজনা চওশিল্লকই মণিপুরী সাহিত্যদা অইবীশিংগী ৱারীমচা। হায়নরুবা নত্তে। হৌনরুবা নাইদে। লৌতুনবা অমগী ঈহৌসু নত্তে। মসিদি সভ্যতাগী খোঙচৎনি। মণিপুরীদা ফেমিনিজম লৈবা লৈতবা ডিবেট অসিগী ৱাংমদা মসিমদি থাঙ্গৈশেংলে ঃ মণিপুরী সাহিত্যদা অইবী লৈরে ; হান্না লৈরমদবা অইবীশিংগী ৱারীমচা খন্ন নৈনবা য়াবগী থাক্তা লাক্লে। মহৌশা লৈরমদবা অমা লৈরকপা হায়বসি শক্তি অমনি। মসিগী শউম লৈ। ঈথিল লৈ। লৈতবা মানবা ইহুল কয়া লৈ। এম কে বিনো৷িনীগী ৱাহৈদা হায়রগা *থাজবা ঙস্মুদে* । *ওন্থোকপনি ! নুঙ্গায়রক্তসু চন্দ্রমুখী মশাৎলি* (*নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী*)।

মণিপুরী অইবীশিংগী অহানবা ৱারীমচাগী লাইরিক্তি বিনোদিনী, প্রমোদিনী অইবী অনীগী অপুনবা খুথা *পুন্সি ঈচেল* (১৯৫৮) নি। মসিনা মণিপুরী ৱারী মচাদা অফবা ফকমক লাম্মুদ্রগসু নুপীশিংগী ফিদা অমদি কনবা হৌখ্রে ঃ *ঐখোয়সু অশুম লেপ্পদি য়াদবনিনা ফক শেগাইবা অমা লৌদুনা ফমজবে ;* বিনোদিনীগী ৱাহৈনি। লম খূদিংমক্তা নমথবীদুনা লাক্লবা কাঙলূপ অমদগী অহানবা ওইনা থোক্লকপা পোৎশক অসিমক টেলিভিজন পুথোকপগী থৌওংগুম অঙকপা অমনি। নুপীগী ৱাখলদা চোংলকপা ইহুল অমা অনীদং ফোংদোক্লকপদূ নৎত্রে। ৱারী ওইনা লীরক্লবনি। লীরকপদা নত্তে ইরক্লবনি । নুপীগী ৱাখল খন্দবদি ঙমদবা খন্দবদি শারিবা নুপাশিংগী মফমদা কুইনা ওমচাক্লদুনা লৈবক্লবা নুপীগী খোঞ্জেল তাহনবা হৌরকই। হৌথ্রবনিনা মখা তারকই এম কে বিনোদিনীগী *নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী* (১৯৬৫) পাঙথ-উইথদুনা কুমজা কয়া লৈরুবী নুপীশিংনা করিনো হায়রীসিবো হংনহন্দুনা মীৎ-না শিংহনখিবা ৱারীমচাগী লাইরিক্লি। নুপাগী মরুম থূপ্পা হিংলিবা নুপীশিংগী শক্তমদগী হাইদোরকপা উদ্রগসু নুপীগী ৱাকৎ কয়াদি থৱায় হাপ্পা হৌরক্লে। মতাঙ অমদা অইবীনা পল্লি ঃ *ননাই নুপীদি শিবা কিজদে অদুবু .. হূরানবগী মখুত্তদদি শিহনবিগনু। ... ঐবু আশা পীবীবদায় ? ঐবু কনবিবা মতম ওইরে। ... অরেপ্পা অমা তাকপীয়ু ঐনা থোকপা তৌজখিগে (রাস পুর্ণিমা)।*

অরোয়বগী ৱাহৈ পরেং অসিনা মরুওইনা ঈঙ্গিত অমা পীরি। মতৌ অশুম্না থোইবীগী *পোস্ট মোর্টেম* (১৯৯০) দসু লৈশাবী অমনা থৌরী য়াল্লস্ন্বদগী থোরকপা ৱাহং কয়া লাকখ্রে। প্রমোদিনীগী *সমাজসিগী থোক লীলা* (১৯৯৮) নচিংবা লাইরিকশিংদা মপুরোইবা হিংনা হিংনা নাইতোম তারবীশিংনা মশা মশাগী লাইবক অদূ মচা নীংঙোলশিংদা অমুক হন্না তাদনবা খনবা অমসুং হোৎনবগী নুংশাস্বর ফুয়না ফুয়না হোল্লি। খূৎমাবী অহুম অসিগী মনূংদা বিনোদিনীনা ঈংনা মেঙনা অরুবা ৱাহং হংবীনি ; থোইবীনা মফম মতম খঙনা কন্না-থোৎনা ৱাতেম্বীনি অদূগা প্রমোদিনীগীনা অশেঙবদু দোঙ দোঙনি, এপ্রী ওল্ড ৱুমন অমগী অখাক-অরাওনি। অহুমসিনা পুরকখি মণিপুরী সাহিত্যদা অইবীশিংগী চাউরবা য়াওল অমা। ৱারীমচাগী জগত্ত সু।

মণিপুরী অইবীশিংগী ৱারীমচানা কুনশুবা চহীচাগী অরোয়বা ডিকেড চঙলকপদদি থম্বাল চামনীপালগী মতৌগুম মকা ফন্না শাৎকায়রকই। সুবদনীগী ৱারীমচাগী লাইবিক অনী (*নুংগী চীনবাল*, ১৯৮৭ ; *য়েন্নিংথানা লাকপদা*, ২০০০) দা মতম কুইনা ওমচাক্লনা ফুমদুনা লৈরক্লবা নুপীগী ইহুলশিংদূ পোখায়রকই। নোংমা নোংমগী শোকচিল্লক্লিবা নুপা নুপী অমসুং নুপী নুপীগী মরীদা মহূ পুবা লিনগী শকলোন লৌদুনা মীকূপ কাংদনা চীক্লক্লবা অমদি পুন্সিবু মৱ্র ফংনা ফুক্তোক্তুনা নেংলৈলক্তা তিলহনগদৌরে উদুনা অকনবা খোনফমসি থারকই ঃ *মরি পূম্নমক তৎনরসি, নমথাক তৌদুনা লোয়নবসে পামদে* ( *তৎখ্রবা ঈচেল*)। য়াম্না সাইকোলোজিকেল ওইবা ৱাখলগী ইরৈদগী অশেঙবা পুন্সিগী তোর্বান্দা ঙাইঙমদনা থেংবা হৌরকই। নুপা মশানা চোংশিন্দুনা লঙশিল্লুরগা মরাল লৈতে হায়জবা অদুগা অমরোমদনা নুপাগী খোর্জেনা চিংথবীখ্রবা নুপীগী ইজ্জৎপুনা ইন্থোকপীবা মতৌ অসিবু সুবদনীগী খোর্জেনা নাথৈখিবা ঙমদে। তৈখ্রবা অমুবা কালিদো মতম্না মমী শামহনখিবা ঙাইজরি। সুবদনীগী ৱাখল অমসুং খোর্জেনা আশা তৌরি ঃ *চহী তরাগী তুংদনি। ... পাউদি মনম মনম থারকই ঐবু লাকউ, অদুবু ঐ কৈদৌনা ইখোঙ থোংনা চৎচরুগদগে। ঐসু মীনি। অদুবু নোংমা ইথ থাজদনা য়েন্নিংথা য়ৌরকই। নাকোংসিনা তারকই মাগী (নুপাগী) ৱাহৈ, ইবেমনুংশি, ঐ নঙবু লৌবা লাক্লি* (*য়েনিংথানা লাকপদা*)। মেমচৌবীগী ৱারী মচাগী লাইরিক *লৈতেং* (১৯৯২) সু অপাকপা কেনভাসনি। নুপানা থাদোকউ য়াদনা মখোয়খক্তনা পায়শিন্দুনা থল্লীবা শক্তি পূম্নমক্তা নুপীনা ৱাহং হংদনা লৈরিবসি করিগীনো ? মেমচৌবীগী লাঙতক্লবা ৱাহংনি। নুপীশিংবু ওৎপী নৈবীবগী

থৌওংদি মায়থোঙ য়াম্লক্লি। শরাক তম্বিখ্রবী মহাক্কী ৱারীদি উফুল মরীক অমত্তসু চীথদনা লীজখ্রে। অদুসু ৱাকৎতি ? অচুম্বা ৱায়েলদি ? ঙাইহরি অদুবু লাক্কে (*ঙায়বা*)। অদূনা লৈবাকসিগী মীয়ামগা মরী তৎনরবা রাজনীতি অবস্থাদা নিন্দা তৌনা য়েংলকই। অইবী অসিগী *অহাঙবা পুনদসু* লৈরিবা ফীবমসিনা হায়নীঙাই লৈতনা শোকচিলহল্লবা লমদম অসিবু নিঙেনগী থুমখোংগুম অহাঙবা পুন নত্তনা করিসু তাহৌদ্রে উৎলী। পেত্রিয়ারকেল কলচরগী হৌনশা নুপাগী অকনবা মীৎয়েংনা নুপীবু নোন্থহনবা যুগ অসিদা অনৌবা য়াওল অমা পুরক্লবা অইবীশিং অসিনা তপ্না হৈ-শিংনা চঙশিল্লকপা থেংনৈ। মদূগী মনূংদা বিমাবতীনা নুপীবু মতম চূপ্পদা নমথদুনা থম্বগী মায়োক্তা খোঞ্জেল থোক্লা ৱাখল খল্লকইঃ *নুপীনা মপান্থোক্লা শুজ নোমজরুবদা করম্বা নুপীবু বদনাম পীদনা তোকপা য়াওখ্রবগে ? মপুরোইবা লৈত্রবী নুপীবু অরানবা মীৎয়েংনা য়েংবিদবা কনা লৈখ্রবগে ? ... শাস্ত্রনা নুপীগী থম্মোয়গী অনীংবা অদু মনীং তম্না ফোঙদোকচবা ঙম্নবা অধিকার পীবিরম্বদা করি অকায়বা লৈবগে ? পীদি হায়বক্কনি, অদুবু সমাজসিনা হরাওনা য়াখ্রবরা ? ... পুক্নীংগী ঈথক-ঈপোমশিং অদু নঙনা তত্তনা নৈখায়রকখিবা অদুদি ঐনদি শুংপাম পামদে .. লুবিবদি সমাজসিদা ঐসি নহাক্কীনি হায়বসিমদি খঙদবা কনাসু যাওবমদ্রে* (*য়োল্লীংদুগী ৱাংমদা*, খোঙচৎ ১৯৯২)। ইহুলদগী ঈহৌ তাবা পুক্নীংগী খোঙচৎনি।

খোঙচৎ অসি হেন্না হেন্না পাকথোক চাউথোরকই। মণিপুরী ৱারীমচা অইবীশিংগী খূৎই ঈথক হৌরকই। বাজনীতি, অর্থনীতি অমসুং সমাজনীতিদা নুপীশিংগী ওইবা ঈহৌ ময়েক শেংবা হেনগৎলকই। ডা যামিনীগী ৱারীমচাগী লাইরিক অনী (*কোম্বীং ওপরেসন*, ১৯৯৪, *লোইনাইদ্রবা ৱারী*, ১৯৯৯) দা নুপীশিং খ্বাঙচেৎ লাক্লা খরায় থোঙ্গাল লান্না সিফাইগা নোংমৈ মুন্নবা য়াওরকই। লাংজিংগী লৈবাকলৈ সিফাই উবা খূদিং মতিল হেক হেক শিৎলি। মচানুপী পুর্ণিমাসিবু শান্তি ঙাকপশিংদুনা শারমচৎ চৎলবা তুংদা থৌরী য়ানশিনবীরম্বা, মচানুপা শামুঙৌবুনা কাপ্তুনা হাত্তোকপীরম্বা মমা ওইবী কনানা অঙাওবী ওইদনীঙায় লৈ (*কোম্বীং ওপরেসন*) ? মসি সিফাইখক্তগী লীচৎ নৎত্রিঃ নুপীবু শান্নপোৎকুম খনবা, *নুপানা পাম্বা মতুংইন্না নুপীবু শিজিন্নবা* পামজদবী সনাতোম্বীবু *নিশানা ঙাওরবা, শা ওল্লবশিং অদুনা .. তমথিনা শবাক তমখ্রে। অদুগা তুরেন্দা শিনা তাওরক্লে।* অইবীনা লোইবা নাইদনা খল্লি *কৈদৌঙৈনো লাক্কদবা নুপীগী নীংতম্বা (নুপীগী নীংতম্বা)*। নুপীগী পুন্সিনা খ্বায়দগী তুক্কচবা কয়া মখোযদা নম হাদুনা

পীশিনবগী মায়োক্তা সত্যবতীগী নুপী চরিত্রশিংনা পূক্লীং তপ্লা অকনবা ব্বারেপ লৌই। মপামদা মপুরোইবনা কৌরবা ঙাইরকপা (পোক্লফম, ১৯৯৬) শাংলবা মতমগী মনূংদা ইবেতোম্বীগী মফমদা অতোপ্পা নুপা চীংখৈনা থম্মোয় শেংনা তক্লুরি *চৎসি ঐগা লৈরুরসি* । কৈদৌরুগবনো খন্দুনা ইবেতোম্বীসু খুমদোকখ্রে ঃ *লাইবক থিবীনি ঐসে মফম অমদগী মফম অমদা পুবা য়ারবিনি।* হয়েং হায়রল্লগা চীংখৈ চৎখ্রে। অহীং অদুমক্তদা মপুরোইবা ইবোচাওবা মহাকপু লৌবা লাক্লি। মহাকসু হয়েং ঙন্তা লাক্কে হায়রল্লগা চৎখ্রে। ইবেতোম্বী পজেঙ ফীরালদি পায়গদৌরি। অদূবু খঙদে করম্বনো । মীত্তগী পিদি লেপ্পা লৈতনা শিন্থরক্লি। নুপাশিংগী মরক্তা হিংলিবী নুপীশিংগী ওইফমথোকপা ফীবমদু ওইরিবসিরা ? অইবীগী ব্বাহংনি। সুনিতাগী ইন্দ্রানি নুপী ওইদুনসু হায়জ নোঞ্জবদা কোক নোনখিদে। মহাকপু লোইই নীংঙোলনি হায়দুনা ইন্থোকখিবা মতৈ ইবুংঙো বামোন পুলিস: ওফিসাবগা নোংমা অমম্বদা মায়ে... পি আইন্না যাদবা ড্রগ লল্লোনবী ওইনা ঃ *মাঙদগী তোর্চলাইট শৎ পায়খৎলগা মমায়দা কাপশিন্দুনা মশকতু মুন্না য়েংলুই। ওহঃ নঙ ! শ্বাই লাউখি ঐ। ... করিনো মীৎয়েংসিদি ? ঐ তুজ্জুংবা ফাওরকই। হংলিবরা - নঙদি কয়া ফবা মীনো ? করিসু লৈত্রবী নুপীমচা অসিগী মীৎয়েং মাঙদা ঙক নোন্থখিবদু ইশামক খঙহৌদ্রে (লৈদু মৈদু, খোঙজি মখোল, ১৯৯৭)* সুনিতাগী ব্বারীমচাশিংদা লাইবক লৈত্রবী নুপীগী পূক্লীং ইহুল পূম্বা হিংনবা হোৎনবগী তিঙ্খংথক্তা তারি। নুপীগী অপাম-মীহৌবগী অশোনবা তাঞ্জা তাল্লুম্বা নূপীগী সমস্যাবু চপখায়গদবগী তেমশিংলিবা নুপাগী পাম্বোমগী ব্বাংমদা পূক্লীংবু খূদুম চলহনখি মহাক্কী ললিতাসুঃ ... *করম্না হেক নমথদুগা থমলুগদগে - মাগী শিংলিদা ঈ চেল্লী। মপুরোইবা লৈত্রবী, নাইতোম তারবী নুপীশিংগী থম্মোয় মহী থোকত্রে হেক্তা হায়গদ্রা ? সমাজনা চৎনবীনা মনীং তম্না চেন্থজগদবা ঈচেলদু পল থৎতুনা থম্বননি। পল অসিগী মরুমদা নুপীনা মাগী মাঙজখ্রবা মপুরোইবগী নীংশিং মূর্তি কোন্দুনা থম্মোয়গী লৈজবা ঈচেলমখৈ পি ওন্থোক্তুনা চেন্থহল্লি। মদুতদা নুপীবু নুপী কৌবীদুনা নুপীনা হিংবা ঙমজে চৎপা ঙমজে। ঙসি পল অসি লান্থোক্তুনা চেনবা পামলক্লবা পাথোক্লবা ঈচেলসিনা ললিতাবু মঙক য়ৌনা লুপশিনগে থৌবাংলমলে ... নহানমখৈ মহাক্না শ্যামোবু শানরিবনি খন্না নোকলুই, অদুবু খঙলক্কে - মশাগী থম্মোয় য়াওনা মানা শ্যামোবু শান্নরুবনি .. খল্লু খল্লুরগা মশাবু তুকচ্চবা পোকলকই। - হেরা ঐনবো ! .. হেরা মাগুম্বনসু ঐখোয়ন্দবু' (শেন্দোল শিংবা)* য়াম্নমক সাইকোলোজিকেল ওইবা খুত্থানি।

which exists in thought, action or person. not our own. A man to be greatly good must imagine intensely and comprehensively; he must put himself in place of another and of many others; the pains and pleasures of his species must become his own.

ৱাখল অসিগী য়ুম্ফমদা শেলীনা কবি হায়বসিনা সংসার অসিবু ঙাক্লি হায়না পল্লি। মহাক্কী শাংথ্রবা নৈন-ৱারেং *এ ডিফেন্স ওফ পোয়ট্রি* গী অরোয়বা ৱাহৈ পরেংদি *Poets are the unacknowledged legislators of the world* হায়বসিনি। কবি হায়বসিদি ফজবা লোন অমদি ঈশৈ শাগৎপখক্তনা মাগী থৌদাং নত্তে ; মহাক্তি সংসারগী মাঙ-তুং অনীমক্কী অৱাবা উবা, লৈরিবা হিংলিবা মীওইবগী পুন্সিবু মীকুপ নাহুম শিংনা ঙাক শেল্লিবা মীশক্লি হায়বসিনা কবিগী মীৎয়েং ওইরি। তৌবতবু মসিদি ইথিক্সকী মতৌগুম ইফোং-ফোংনা লমচৎ-শাজৎ তন্নীবা বিষয় নত্তে। মীওইবগী নুংদা ফজবগী গুণ অমদি পুন্যগী মশেক-মঙাল হাপ্পনা কবিগী থৌদাংনি। মানব বিজ্ঞান পূম্নমক্তগী শৈরেংনা অথোইবনি। কবি অসিগী ৱাহৈদা ঃ

> What were virtue, love, patriotism, friendship - what were the scenery of this beautiful universe which we exhibit ; what were our consolation on this side of the grave - and what were our inspirations beyond it if poetry did not ascend to bring light and fire from those external regions where the owl-winged faculty of calculation dare not ever soar ?

মীওইবগী সমাজসিদা শৈরেং হায়বসি লৈরমদ্রবদি করি ওইরমগনি ? পূক্নীংদগী হৌরকপা শুর, নুংশিবা অমদি খাঙঙমদবা কযাসি ফোংদোকফম লৈরমদ্রবদি করি ওইরমগনি ? কবি শেলীনা থোইদোক্লা ৱাজখি।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ৱারেং অসিদা পঞ্জবিবা লাইরিকশিং

২। D.J. Enright & E. De Chiekera (ed) *English Critical Texts, 1992,* Oxford University Press

# জোহন ড্রাইডেনদা মীৎয়েং অমা

জোহন ড্রাইডেন (১৯৩১-১৭০০) রেষ্টোরেসন মতম (১৬৬০-১৭০০) গী ইংরেজি সাহিত্যগী অতিয়াদা লংলবা থৱান্মীচাক্লি। লৈচিল নোংফাই মপূং ফানা কোক্ত্রিবা সমাজ অমগী ৱাখলদা অফা-অপুন্নবা কয়া লৈরিঙৈ মতমগী কবিনি, ড্রামাটিষ্টনি, সমালোচক্লি। ধর্মগী ঙমখৈনা য়াম্না খূজিল্লকপা প্যুরিটান যুগকী হীরম খূদিংদা থন্বা নীয়ম পূম্নমক্কী লেমহৌখাক লেপ্তুনা চত্থরিবা মতমনি। নীংতম্বগী নুংশাম্বর হোন্নীংলকপা, ৱাখল মূর্তিগী মঙালবু ঈখৌলাংবদি অশুম অশুম হেঙ্গৎলক্লি। ৱাত্ত-পাদবা ইমূংদা পোক্তুনা ধর্মদা কা-হেন্না লূপশিঞ্জবা অহল-লমন্না অৱাংবা শিক্ষা ফংহল্লকখিবা সাহিত্যকারনি। ৱেষ্টমিন্সটর স্কুলদগী কেম্ব্রিডজগী ট্রিনিটি কলেজ ফাওবগী মহে মশিং তম্বগী খুদোংচাবা ফংখিবা ড্রাইডেন মতম অদূগী খ্বাইদগী লাইবিক হৈবা মীওইশিংগী মনূংদা অমনি হায়না শিংথানৈ। পুন্সিদা থেংনখিবা থাকসু মখল-মথেল শুখি ঃ নুংগী ওইবা খ্বাইদগী হন্থবা ফীবমদগী লৈঙাক-শাসনগী দায়ত্ব লৈরবা মীশক অমা ফাওবা ওইখি। পূম্নমক চাউনা মমি তারকখি মহাক্কী শক্লোন য়াম্লবা সাহিত্যগী মচলশিংদা। মহাক্কী সাহিত্যগী পোত্থোকশিংদা মরু ওইনা ক্রোমৱেলনা লৈখিদবদা ইখিবা *হেরোইক ষ্টেঞ্জাজ* (১৬৫৮), *অষ্টায়া রেড্যুক্স* (১৬৬০), *এনুস মিবাবিলিজ* (১৬৬৭), *ডাবিহর্সল* (১৬৭১), *ওল ফোব লব* (১৬৭৮), *এবসালোম এণ্ড একিটোফেল* (১৬৮১-৮২), *ড মেডাল* (১৬৭৮-৮২), *ম্যেকফ্লেক্নো* (১৬৮২) *রিলিজিও লাইসি* (১৬৮২) অমদি *ড হিন্দ এণ্ড ড পেন্থর* (১৬৮৭) য়াওরি। শোক ১৬৬৩ দগী ১৬৮১ ফাওবদি চহী খূদিংগী ড্রামা অমমমদগী তাদনা ইখি। অহলগী মতম ওইরক্লবা মতমদসু ড্রামাদা পূক্নীং চিংশিনখি। মসিগী মথক্তা ৱারেং কয়া, ৱাহৌদোক কয়া ইরম্বতা নত্তনা ভরজিলনচিংবা ক্লাসিকেল ওইরবা কবি কয়াগী খূৎই ইংবেজিদা হন্দোকখি। পূম্নমক অসিগী থাক য়েংলুরগা ড্রাইডেননা ৱাং-চাউরবা সেক্সপিয়ার অমদি মিল্টনগী চীংজাওদগী ঈচেল কয়াগী ঈখায় পীদুনা পোপকী লৈতেম মান্নবা তম্পাক যৌনা ঈচেল কয়া পুথরকপগী থৌদাং লৌখি।

কবি নৎত্রগা ড্রামাটিষ্ট অমা ওইনা ড্রাইডেনগী তোমথিন ওইনা লৈজবা মগুণ কয়া লৈ। মহাক্কী পরেংগী শৈহৌ, ছন্দগী নীয়ম, ৱাফোঙদোক্কী শক্তি অমদি

লৌখৎলিবা হীরমশিংগী কাউঙমদবা কয়া লৈ। মহাক্কী অশাঙবা শৈরেংশিংদা মীওইবগী অশোয়বা, নুং-পালগী হামচৎনবা, নাপল অমদি মথোঙ হুক্তবা পুন্সিগী শক্তম অয়াম্বা অপান্ননা পুথোকই। থৌজাল য়াওদনা করেম্নৈ। অরোনবা পূম্বা অঙানবা তাইবঙদা মায়খুম হাংদোকই। মহাক্কী মায়কৈ য়াম্বা খুৎই অমদি মতমগা চুনরবা মহাও অদূগীদমক ড্রাইডেন মাগী মতমগী সাহিত্যগী খ্বাইদগী ৱাংবা ফম্ফম ফংখি। মতমদুগী ফাওরবা কবি অমদি ইতিহাসকারশিং, মরুওইনা হোবস, লোক, বনয়ান, এভেলয়ন, পেপীজ অমদি বটলরনচিংবনা মঙোন্দা কোয়শিল্লকই, লোইননা ১৬৬৮দা মহাকপু পোয়ট ল্যূরেট ফমথোল পীখি। মসিদা ঙক্লীংঙাই অমদি চিংননীংঙাই করিসু লৈতে।

পূম্নমকসিগী মথক্তা জোহন ড্রাইডেনবু হৌজিক মতমগী সাহিত্যকারশিংনা নৌনা য়েংলক্লিবদি সমালোচক অমা ওইননি। মহাক্কী অশাংবা সাহিত্য নৈনবা ৱারেংশিং *এসে ওফ ড্রামাটিক পোয়জি* (১৬৬৭), *ফেবলস, এন্সিএন্ট এণ্ড মোর্ডন* (১৭০০) অমদি ৱাহৌদোক *সেক্যুলার মাস্ক* (১৭০০) না মহাকপু অনৌবা মশেক-মঙালগা লোয়ননা উনবা চাউরবা ফিদা অমা ফংখি। মহাক্কী লৌশিং অমদি নৈন-ৱারেংশিংসি উবগা মতুং তারকপা সেম্যুএল জোহনসন্না ড্রাইডেনবু *ইংরেজি সমালোচনা সাহিত্যগী অপোকপা* কৌখিবা অঙকপা নত্তে। মতীক চারবা মীংথোলনি।

তশেংনমকসু ড্রাইডেনদি সমালোচনা সাহিত্যদা অকক্লবা মীৎযেং চিংশিনবা হৌরকখিবা ইংরেজি ক্রিটিক্নি। মহাক্কী মমাঙদা লৈরম্বা ইংবেজি ৱারেংগী মশক্তি চহোপ-চহোপ্পা মফোঙদোক, ৱাহৈ পরেংগী অরেপ্পা লৈতবা, কোমা-চৈখৈগী অরেপ্পা লৈতবা,ৱাহৈগী নীতি ঙাক্তবা লোয়ননা পূক্নীং, ৱাখল, কল্পনা অমদি লৌশিংগী অকক্লবা পল্লেপফম খঙদবা কয়াগী মশক অমা লৈরম্মী। ধর্মদা মপূং ওইবা হীরম খরদগী হেন্দবা ৱারেংগী মওং অদূগী ৱাংমদা হেন্না পাক-চাউবা হীরম কয়া লৌখৎখি। হেন্না থোং-মান্নবা, হেন্না মচীন-তুম্বা, হেন্না প্রমান-পান্থে অমদি লৌশিংগী মফম পীবা তরু-তনান্না শেমদোক-শাদোক্লবা ৱাহৈ, ৱাহৈগী নীতি পূম্নমক্কী শক্তম অমা ড্রাইডেন্না পুথোক্লকই। সহরদা অমদি মরমদমগী সাহিত্যদা মীৎয়েং থম্বা, মরমদমগী সাহিত্যবু নৌহৌনা শেমগৎপা অমদি নৌহৌনা মমল লেপ্পবা হোৎনবগী পান্দম্নি। অদূনা নৈনরকই চোছর, বোকাসিও অমদি ওভিডপু মহাক্কী নৈন-ৱারেং *ফেবলস, এন্সিএন্ট এণ্ড মোর্ডন*দা। মহাক্কী *এসে ওফ ড্রামাটিক পোয়জি* দা ড্রাইডেন মশা য়াওনা ক্রিটিক মরিনা পূক্নীংদা

অথূপ্পা অমত্তা থম্নদনা মাগী সাহিত্যগী অচৌবা হীরম কয়া ৱারী-ৱাতায় শানা খন্ন-নৈনবগী পরীংদা পুথোরকখি। ড্রামাদা শীজিন্নগদবা শৈওং-শৈদা, ফ্রেঞ্চ অমদি ইংরেজি ড্রামাগী থোইদোকপা মগুণশিং চাংদম্নবগা লোয়ননা ক্লাসিকেল ওইবা নীয়ম অমদি নীংতম্না ইবা মতমগী খূৎইদা লৈবা খেন্নবশিংগী চুংশিন্নবা হীরমশিং অসি মহাক্কী এসে অসিদা য়াম্না মমূৎ তানা নৈনরি। অসিগী মথক্তা তোঙান-তোঙানবা ৱারেং কয়া এলিজাবেথ মতমগী ড্রামাটিস্টশিং, মরুওইনা সেক্সপিয়ারবু নৌহৌননা মমল লেপ্পগী পান্দমদা নীংতম্বা ৱাহৈগী মফোঙদোক শীজিন্নদুনা ফোঙদোরকই। নৈনবা লাইরিক অমগী মশেক মঙালদু মহাক্না উহল্লকই।

ড্রাইডেনগী ৱারেংদা অৱাংবা থাক্কী অর্থ য়াওই। অফা-অপুন্নবা লৈতবা, কোইথোক্তনা অপান্ননা ফোংদোকপা খল মান্নরবা ৱাখলগী বিচার অমা উবা ফংই। মহাক্কী ৱাহৈ পরেংশিংদা শেমজিন-শাজিনবা লৈতেংগী পোৎলুম কয়া য়াওদে। পার-পারগা, নৈন-নৈনরগা অপাবশিংদা হেন্ন-হেন্না খঙনীংবা অমদি লাঙতক্নবা হেনগৎহনবগী শাফু পীবা ঙম্মী। অদূবু মহাক্তি ৱাহৈ পরেং অমদি মফোঙদোক্কী থোইনা খনজিল্লুবা ক্রিটিক অমদি নত্তে। মঙোন্দা লৈরিবা ৱাখল অমদি মতশিংদু ময়েক শেংনা ফোংদোকপা হায়বসিনা ড্রাইডেনগী অকক্লবা পান্দম্নি। খূদম ওইনা মহাক্না সেক্সপিয়ার নৈনবদা মখাগী অশুম্না ইরিঃ

> To begin, then, with Shakespeare. He was the man who, of all modern and perhaps ancient poets, had the large and most comprehensive soul. All the images of nature were still present to him and he drew them not laboriously, but luckily; when he describes anything, you more than see it, you feel it too.Those who accuse him of wanted learning, give him greater commendation. He was naturally learned; he needed not the spectacles of books to read nature; he looked inwards and found her there... he is always great when some great occasion is presented to him; no man can say he ever had a fit subject for his wit, and did not then raise himself as above the rest of poets.
>
> - *Shakespeare and His Contemporaries*

শোক ১৬৭৪ দা টোমাস রাইমরনা ইখি ঃ ঙসি ফাওবদি ইংলেণ্ড অসি

কৈশালশিংদগী নীংতম্না লৈবগুম ক্রিটিকশিংগী মফমদগীসু নীংতমজরি। ড্রাইডেননা কন্না ইরিঙৈ মতমগী ৱাফম্নি। অদুবু জোন ড্রাইডেন্না কৈরাক থারম্লবা মতুংদগীদি ইংলেণ্ডদা সমালোচনাগী সাহিত্য, মগুণদা অমদি চাংদা, লেপ্পা লৈতনা চাওখৎলকখি। মহাক্না ময়েক শেংনা পুথোক্লম্বা হেরোইক কপ্লেটনা ইতিং তিংনা চৈবা, করেম্লবা, অমদি তম্বিবগী ফজরবা উপায় ওইনা লেঙদনা লৈহৌরি। মহাক্কী কোইথোকপা য়াওদনা অপান্ননা থিন্দুনা তাকপা ৱারেংগী অনৌবা শক্লোন অসিগীদি ড্রাইডেনবু সাহিত্যগী লময়ানবা ক্রিটিক অমদি সমালোচনাগী অপোকপা মীঙৈসিদগী হন্থনীংঙাই করিসু লৈতে। মহাক্তি মহাক্কী মতমগীতা নত্তে। অহানবা মোর্ডন ক্রিটিক্তি হায়বা ফাওবা য়ানরবনি। মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদনা হেন্না মহাক্কী ঈথিল পাকথোক চাউথোরকই।

সাহিত্যকার খুদিংগী লাইবক্তা তল্লম্বগুম কবি, ড্রামাটিস্ট, ক্রিটিক অমসুং অনুবাদক পুম্নমক অমত্তদা পূনশিন্না ওইরবা ড্রাইডেন অসি মহাক্কী মতমদগী হৌনা য়েক্লবনা কোয়শিল্লকখি। কুনশুবা চহীচাগী টি এস এলিয়ট ফাওবনা মহাক্কী খুৎই অসি ইচম-চম্মী, ইতাউ তাউই হায়না নিন্দা তৌরকখি। অসিগুম্বা নিন্দা অসিগী পাউখুমদি ড্রাইডেন মশামক্না হান্ননা পীরম্লবনি। টি এস এলিয়টতি ফিলোসোফিগী ছাত্র ওইনা হৌরকপনি। ড্রাইডেন্নদি ক্রিটিক হায়বসি ফিলোসোফরদগী তোঙানবা মীশক অমা ওইগদবনি হায়রম্লবনি। এলিয়টকী *Tradition and Individual Talent* ফাওবা ড্রাইডেনগী পরেংশিং অসিনা ঈথিল পীখিবনি থাজনরি ঃ

> Faith is not built on disquisitions vain / The things we must believe are few and plain / But since men will believe more than they need / And every man will make himself a creed / In doubtful questions / This is the safest way / To learn that unsuspected ancients say.
> - *Religio Laici*

মসিনি জোন ড্রাইডেনগী যুগ পুবা মশেক মঙাল।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ৱারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২। D.J. Enright & E. De Chiekera (ed) *English Critical Texts, 1992,* Oxford University Press

৩। Prasad, S.N. (ed) *Research,* Vol. i, No.1. 2001, Ranchi

# সেক্সপিয়ারদা সমালোচনা

All the world's a stage
And all the men and women merely players :
They have their exits and their entrances ;
And one man in his time plays many parts
His acts being seven ages.

- *As You Like It.* (II.vii)

পৃথিবী সাহিত্যগী অতিয়াদা ধ্রুবতারাগুম ঙাল্লিবা সেক্সপিয়ার (১৫৬৪-১৬১৬) নি। যুগ যুগকী মঙাল লৈরবা মীওইবনা লাঙতক্লনা, ঙক নোন্না, পেনবা নাইদনা য়েংখিবা অমদি য়েংলিবা মহাক্কী সাহিত্যনি। মহাক্কী সাহিত্য অসিমক অঙকপনা থল্লবা সমুদ্র, তাইবঙপাল, স্বর্গ অমদি নোরোক্কী অপূনবা ঈতিনফম অমগুম লৌনরি। মসিদা তীর্থ যাত্রিক ওইখিদবা পৃথিবীগী সাহিত্যকার অতাঙবনি। মহাক্কী মশেকনা কোরৌগী মঙালগুম শন্দোকখিদুনা সাহিত্যকার কয়ানা মশা মশাদি খঙজদনা সেক্সপিয়ারগী ঈথিল ফংখিবসু কোঙ্গায়নি। মসিগী মতাঙদা সাহিত্য-ইতিহাসকার অমনা অশুম্না হৈরি ঃ

> Even those who read no Shakespeare are still unconciously guided by him, for his thought and expression have so pervaded our life and literature that it is impossible... to escape his influence
>
> - Long

অসিগুম্লবা মহাক্কী পাক-চাউরবা সাহিত্যগী খূদোলদা মনূং হঞ্জিন্না চঙশিল্লুবা পৃথিবীগী সমালোচক পাণ্ডিতশিংনা সেক্সপিয়ারগা চাংদম্নবা য়াবা অইবদি হোমর অমসুং ডান্টেতনি হায়না অকনবা মত পীরি। মসি ফাওবদা অয়াম্বনদি সেক্সপিয়ারনা হেন্না পাক-চাউই হায়না প্রমান তৌরি। কনাগুম্বনা সেক্সপিয়ারবু কালিদাসকা চাংদম্নে। অদূবু ঙসিগী পৃথিবীনা য়ানরিবা ব্রাফমদি নুংশি-নুংওন শৈথাবতদা কালিদাসনা সেক্সপিয়ারগী নাক্তা ফিদা অমত্তং ফংজবনি হায়বসিনি। মখোয়গী মীৎয়েংদা সেক্সপিয়ার নত্তনা ঙসি ফাওবগী পৃথিবীগী অইবা পূম্নমক্কী ঙমখে লৈ হায়না নৈনরি। সেক্সপিয়ারগী খূৎইখক্তংদি বেক্সকী ঈশৈগুম, লিওনার্ডোগী অয়েকপা লাইগুম মফম অমসুং মতমগী ঙমখে পূম্নমক লাম্লোক্লে

হায়বসি তত্তনা পন্নে। সাহিত্য অমদি সাহিত্যগী পোখোকশিংদি মীওইবা সমাজগী মাঙবা নাইদ্রবা লন্নী ; লোন অমসুং জাতিগী অখূবা মীৎয়েংনা কৈদৌঙৈদসু ঙমখে নাইহল্লোইদবনি খনবা হঙ্গেরিয়ানশিংনা সেক্সপিয়ারবু মখোয়গী খ্বাযদগী অথোইবা কবিনি হায়না চাউথোকচৈ। Sir Donald Wolfit না *The Complete Works of William Shakespeare* গী *Preface* অমদা পল্লি ঃ

> Within the pages of this book are contained some of the most beautiful words .. some of the greatest plays ever written in any language. This volume of work has become part of our heritage and, translated into all the tongues of the world, has become for each nationality for each culture, part of their heritage, too ; a corner-stone of literature ... writers have taken the themes and modernised them ; Americans have made musicals of them while Italians, of course, have made operas, etc.

অশুম্না সেক্সপিয়ারগী সাহিত্য যুগ লান্দুনা লাক্লি। হৌজিক ফাওবগী সাহিত্যগী ইতিহাসতা মহাক্কী মবমদা হংলকপা ৱাহং খূদিংমক্কী পাউখুম পীখিদবা লৈত্রে খন্নরি। পাউখূম পূম্নমক মহাক্কী সাহিত্যনা পীজবনি হাযনা থাজবসু কোঙ্গায়নি। খূদম ওইনা ঐচ কোম্বীগী *Shakespeare shows himself to be the finest critic of his heroes' inflations* নীংশিংবা যাই। য়েৎন-য়েৎননা লাকপা ৱাফম কয়াসু লৈতবদি নত্তে। সেক্সপিয়ার কৌবা অইবা অমত্তা পোকখিদে হায়বদগী সেক্সপিয়ারদি পৃথিবীগী খ্বায়দগী অথোইবা অইবনি হায়বা ফাওবগী মনূংদা অকনবা ডিবেট কয়া চথরি। শক্লাইরবা ক্রিটিকশিংনা মখল মথেলগী লাইরিক কয়া ফাক্লরি। মহাক্কী মীংচৎনা হিমালয়গুম ৱাংখৎলকপদা মিপাই থবাইজবা মহাক্কী মতমগী ড্রামাটিস্ট অমসুং কবি খরনা বেন জোনসন (১৫৭৩-১৬৩৭) বু সেক্সপিয়ারদগী হেন্না ৱাংনা থাঙ্গৎলকপদা বেন জোনসন্না হেন্না মিপাইজখি লোয়ননা খূদক্তা শেংদোকচখি ঃ *He (Shakespeare) was not of an age but for all time* অসিগুম্বা যুগকী খ্বায়দগী শক্লাইবা সাহিত্যকারশিংগী ৱাহৈ পরেং অমমম্না মরক মরক মঙক হাইগৎলকপা অইবশিংবু তূমিন-তূমিন লৈহনখি। তরাতরেতশুবা চহীচাদা সেক্সপিয়ারগী লাইরিক-লাইশু য়াম্না তমহৌদবা *small Latin and less Greek* (Ben Jonson) বু নিন্দা তৌনবকপদা জোহন ড্রাইডেন (১৬৩১-১৭০০) না খুমখিবনিঃ সেক্সপিয়ারবু লাইরিক হৈতে হায়দুনা নিন্দা তৌবগী মতীক মহাকপু থোইনা হেন্না থাগৎপনি ঃ

> Those who accuse him of wanted learning, give him greater commendation. He was naturally learned, he needed not the spectacles of books to read nature; he looked inwards and found her there...

তরানীপালশুবা চহীচাদসু কোফী হাওস, চেফোঙনচিংবদা তোঙান তোঙানবা অনীং অনীংবা ফোংদোক্লবকপদগী ডা সেম্যুএল জোহনসন (১৭০৯-১৯৮৪) না অমুক্তা হন্না কনশিন্না হায়রকখি ঃ *Shakespeare is above all writers* য়াম্নমক হেঞ্জিন্না হায়বা মানবা ৱাহৈনিঃ সেক্সপিয়ারদি মতম পূম্বগী ওইনা অইবা পূম্নমক্কী মথক্তা লৈরবা অইবনি। তবামাপলশুবা চহীচাদসু মখা তানা য়ানীংবা য়ানীংদবা কয়া থোরকই। মায়কৈ কয়াদগী লাকখিবা ৱাহং অমনাঃ জোহন কীটসনা চহী কুনমঙা শুদ্রিঙৈ লৈখিদবা অদৃগা সেক্সপিয়ারনা চহী কুনমঙাদা ইবা হৌরকপা; কনানা হেল্লি হাযনা শীংথাগদগে? পাউখুম্না হন্থখিবা নত্তে ঃ মীওইবনা তম্বা ঙমদবা লাইবক অদৃগী ৱাংমদা জোহন কীটস নৎত্রগা তোক দত্তনা চহী কুনদগী পঙহেন হেন্দনা নোঙ্গাখিবদা নীংঙমদবগুম উইলিয়ম সেক্সপিয়ারনা চহী য়াঙ্খেনীথোই শুরকপদা লৈখিদবসু তশেংনা লাইবক থীবনি। হায়রীবা চহীচা অসিগী মনূংদা চালিস লেম্ব অমসুং মেরী লেম্ব অনী পুন্না *Tales from Shakespeare* ফোঙলকপদা সেক্সপিয়ারগী সাহিত্যগী ঈচেল সধাবণ মীয়ামগী পুক্সি ঈচেলদা হেন্না তিনশিল্লকখি লোয়ননা অলফ্রেড লোর্ড টেনিসননা মহাক্লা লৈত্রবা মতমদা সেক্সপিয়ারগী *Cymbeline* কোন্দুনা লৈরোন চনবীয়ু হায়জরম্বদা সেক্সপিয়ারগী থাক অসি অমুক্তা হন্না নৌথোকহনখি। মখা তারকপদদি খ্বায়দগী ৱাহং হংখিবা কুনশুবা চহীচা ওইখি। অসিগুম্বা যুগ অসিনা সেক্সপিয়ারদগীদি জি বি সোনা হেন্না ৱাংবা ড্রামাটিষ্টনি হায়না শীংথাবা য়াওরকপদা জি বি সো মশামক নোকখি ঃ সেক্সপিয়ারগী লেংবান্দা তোংবা ফংজবগী ঐবু ময়াম্না ৱাংনা উবিবনি। অদূবু *ওথেল্লো* পারুবদদি সোসু হায়খি ঃ *To the brain it is ridiculous, to the ear it is sublime* মতূংদা থেসিস কয়াসু লাকখি ঃ সেক্সপিয়ারনা ইরম্বা ৱাহে মশীংদগীদি থোমাস হার্ডিনা ইরম্বা ৱাহে মশীংনা য়াম্না হেল্লি। অদূনা মশানা তানা হার্ডি না সেক্সপিয়ারদগী হেন্না চাউবা সাহিত্যকার ওইবা তাবনি। অসিগুম্বা কয়া অসিগী মনূং চন্না সুরজিৎ কে বসুনা ইকুই-কুইদ্রিঙৈ ইরকখি ঃ *Shakespeare did not set up an institution like Viswa-Bharti ; so do not compare him with Rabindranath* মসিদদি সাহিত্য-সমালোচনাগী ঙমখৈ ফাওবা নাম্থোরক্লে। করি হেন্না ঙক্লীংঙাই লৈ Max Müller

সমালোচনাগী ঙমখৈ ফাওবা নাম্থোরক্লে। করি হেন্না ঙক্লীংঙাই লৈ Max Müller না হায়খিবদা ঃ *Shakespeare must have read the Bhagvad Gita ?*

ঙসিদি সাহিত্য-সমালোচনা খ্বায়দগী হেন্না চাওখৎলবা মতম্নি হায়না লৌনরি। অদূবু ঙসি ফাওবগী মনূংদা সেক্সপিয়ারগী সাহিত্য থিজিনবা অমদি পুথোকপগী লোইবা নাইদবা অসিমকসু অঙকপা অমনি। দোষতি ওইররোই মগুণ ওইফম থোকই হায়বসি য়াম্না শেংই। তশেংনা হায়রবদা মহাক্কী তোপতোপ্পা অঙকপশিংবু ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা চহীচা কয়াসি লীশাং শীৎনা চত্থরকপনা মহাকপু নৈনবা সমালোচনা সাহিত্যগীসু মশাগী পরম্পরা অমদা তুংইন্ননা অদুম্মক লাকই। হৌজিক্তি মহাকপু নৈনবখক্তনা হিমালয় চীংজাওগুম ব্রাংনা লৈখ্রবনি। হীরম অশোমদদি সেক্সপিয়ার মচাক-মরন ব্রাত্তবা ইণ্ডিষ্ট্রি ওইরকপা কুইরে। লুরিবা অমদি থাগৎপগীসু ঙমখৈ লৈরম্বসিনি। থাগৎমনবদা ব্রারবা সাহিত্যকারশিংনা চিংথবা য়াবদি কদায়দা করি লৈরী থিবা হৌরকই। সেক্সপিয়ারদা এটেক্ট তৌবদগী হেন্দোক্তুনা মহাকপু ব্রাংনা থাঙ্গৎলিবা ক্রিটিক ফাওবদা করেম্নরকই। অদূনা হায়বা য়াওরকই ঃ *A.C. Bradley's Hamlet is the Hamlet of the novelist* হৌজিক হায়বসি সাহিত্য নৈনবদা চাংয়েং কয়া নীংতম্না চত্থরকপগী ফল ওইনা সেক্সপিয়ারগী ড্রামা ৩৮ বু শুপ্পতগী ড্রামা অমত্তগুম নৈনরকপা, মহাক্কী-সোনেট ১৫৪ বু শৈরেং অমখক্তগুম পারকপা, পৃথিবীগী সাহিত্যবু কল্পনাগী ব্রারী অমগুম উরকপা লোয়ননা পৃথিবীগী সাহিত্যগী ইতিহাসপু উপন্যাস অমগুম খন্নবকপা যুগনি। সাইকোলোজিকেল ওইবা মীৎয়েং অমদনা সেক্সপিয়াববু পারুবা খরা হেন্না খন্থবা ঙম্লবা মীওইবনা থম্মোয়দা ফাওরকপা অপেনবা খবদং ফোংদোকচনীংবা হৌনশানি। ফোংদোকচনীংবা অনীংবদু অতোপ্পা কনাগুম্বনা হান্ননা ফোংদোক্লম্লবা ব্রাফম অমা ওইনা থেংনবা তারবদি মহাক অদূ নীংবা কায়রকই। মীনা চঙশিন্নদ্রিবা মফমদা মীৎয়েং থম্লকই। নুংশা মঙালদু থাদোকপা তারকই। অনৌ অনৌবা মতমগী সাহিত্য নৈবদা শীজিন্নরিবা সমালোচনাগী খূৎলায়শিং থাদুনা য়েংলকই। উরকই হান্না চোংথোরক্রিবা তায়ওন্নবা ব্রাহং কয়া, ব্রাখল-মূর্তি কয়া। হংলকখি য়ুনিভর্সিটিগী পোফ্রেসার ফাওবনাঃ হেমলেটপু পিন্সরা, পোয়েল্লা (যুবরাজরা, শৈরেংলা) ? মহাকপু চহী কয়া শূরবগে ? লেডী মেকবেথকী মচা কয়ানো ? অসিনচিংবা ব্রাহং কয়া।

মতৌ অশুম্না সেক্সপিয়ারবু ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা থম্বসিবু Orthodox Shakespeare view নি হায়বা নৈন-কাঙবু অমা থোরক্লে। মদূগী মনূং চন্না

য়াওরি গীটে, কোলেবিডজ, বার্কব, হ্যুগো, ব্রিজেজ, টোলষ্টোই অমদি টি এস এলিয়ট। মতাঙ অমদা কোলেবিডজনা সেক্সপিয়ারগী *equilibrium between the real and the imaginary world is disturbed* হায়না ফোংদোরকখি। রোবার্ট ব্রিজেজনসু চেকশিনৱা হায়খিঃ

> Shakespeare should not be put into the hands of the young without the warning that the foolish things in his plays were written to please the foolish, the filthy for the filthy, and the brutal for the brutal ; and that we may be thereby conforming ourselves to him, but degrading ourselves to the level of his audience .. preventing the greatest poet and dramatist of the world from being the best artist.

ৱাফম অসিগা নক্লনা টি এস এলিযটনসু *হেমলেট*পু *artistic failure* নি হায়বগা লোয়ননা মখা তাখি ঃ *We should have to understand things which Shakespeare did not understand himself.* টোলষ্টোইসু মশাগী অঙকপা ফোংদোকখি ঃ জগৎ পূম্বনা অঙকপা অমা য়াওনা থাগৎনরিবা সেক্সপিয়ারনা মহাক্কী পূক্লীংবুদি চিংশিনবা ঙমদ্রিবসি কবিগীনো ঃ

> My perplexity was increased by the fact that I have always keenly felt the beauties of poetry in all its forms ; why then did Shakespeare's works, recognised by the whole world as works of artistic genius not only fail to please me, but even seem detestable ?

টোলষ্টোইদা নত্তনা বার্করনসু ফজরবা কবিতাদগী ফংগনি খল্লুবা মহাও অমত্তা সেক্সপিয়ারদগী ফংবা ঙমদে হায়না সমালোচনা তৌখি। মহাক্কী ৱাহৈদাঃ

> ...I always come away hungry and dissatisfied from my study of him (Shakespeare) .. the orthodox view of Shakespeare amounts to .. a second best, a confession of defeat.

প্রোফেসার বার্করনা অকিবা পোকখিঃ সেক্সপিয়ারগী সংসারসিদি তাইবঙ মীনা লৈবা ঙম্বা সংসার নত্তে। ভুত-প্রেততনা লৈবা ঙমগদবনি। অদূনা মহাক্কী ড্রামা খূদিংদা হাপচিল্লিবা মীগী মশীংসি য়াম্মল্লি। তঙায়ফদবা খরখক্তনা চঙশিনহনগদবনি, অসিনচিংবা।

সেক্সপিয়ারবু থাগৎপা ঙমদবা খঙ-হৈরবা সাহিত্যকার অমদি সমালোচক কয়া চোংথোরকপা অসিগী ওইথোকপা য়াবা মরমশিংগী মনূংদা খ্বায়দগী হেন্না খন্নবা য়াবা মরম অমদি এল সি নাইটনা শেংনা পীরি। মহাক্কী মত মতূংইন্না সেক্সপিয়ারগী সাহিত্যবু থাগৎপা ঙমদবগী ইচম চম্বা মরমদি চেকশিন্না মুন্না পাদবনা ওইগনি হায়বসিনি। সেক্সপিয়ার পাগে হায়রগদি, পূক্লীং লূপশিনবা তাই। মরমদি ঃ

> If the razor edge of sensibility is blunted at any point we cannot claim to have read what Shakespeare wrote, however often our eyes may have travelled over the page... precision and particularity are exactly what is lacking in the greater part of Shakespeare criticism ...

জি ৱিলসন নাইটনদি ক্রিটিসিজম হায়বা টার্মসি সেক্সপিয়ারগদি চান্নদে হায়রি। নীংশিংবা, আশা অমসুং কল্পনাগী ৱাংলবা মূর্তিশিংবু মরম চাবা চাদবা থিবিবা ক্রিটিসিজম্না চিংথনবা হোৎনবা হায়বসিদি ৱাং-চাউরবা চীংজাওদা তায়ওন্নবা নোংলৈনা হুম্বগুম থোক্কনি। অদূনা ৱিলসন নাইটনা হাযরী ঃ

> Criticism is a judgement of vision; interpretation a reconstruction of vision... The work of Shakespeare is of this transcendent order. Though much has already been written on it, only that profitably survives which in its total effect tends to interpretation rather than criticism...I believe the most profitable approach to Shakespear to be interpretation rather than criticism.

মসিসু ফজবা ৱাফম অমনি। সেক্সপিয়ার পাবা মতমদা অপাবা মীদুগী পূক্লীংগা লোয়ননা পাগদবনি। অতৈনা, মরুওইনা ক্রিটিকশিংনা, হান্নন করি করি হায়খ্রবগে, করি ইখ্রবগে হায়বদু খঙদোক্লগা পাগদবা নত্তে। ঐখোয়না মহাকপু পাদ্রিঙৈ মাঙওইননা ৱাংনা থাঙ্গৎপা নৎত্রগা হন্থনা খল্লুবা হায়বসিমক অর্থ থোক্তবা ৱাফম্নী; মহাক্কী মরমদা লৈরীবা নৈন-ৱারেং হান্না পারুবগী দোষনি। মসিনা অশেঙবা সেক্সপিয়ার খঙহনবগী মহুত্তা লান্না লমজীংবা ওইবা থোকই হায়বনি।

অদূমকপু হৌজিক্কী সাহিত্যদা সেক্সপিয়ারগী মফমদি তোঙাল্লি। ঐগী মীগী নাইরুবা য়াবা নৎত্রে। থাগৎপা হুন্থবা পূন্না য়েংদবা য়ারক্রে। ইন্টরপ্রিটেসন নৎত্রগা ক্রিটিসিজম অনীগী মরক্তা অমা হায়বগী মতমদু লোইখ্রে। জি ৱিলসন নাইটনা

সেক্সপিয়ার নৈনবদা ক্রিটিসিজম শীজিন্নবদা লাওতক্লনা চিংনবা পোকখিবদু অর্থ থোক্লক্কে। হৌজিক্তি পূন্না, শুপচিন্না অদুগা অমুক্লা অমুক্লা মচেৎ তানা থুগাইদুনা য়েংবা মতম্লী। ক্রিটিসিজমগী থৌর-থৌববা টুলশিং পানশিন্দুনসু য়েংসনু। *Artistic failure* লীশিংলকসু হায়সনু। এন্টোনিওবু বূর্জুৱা কেপিটেলিষ্ট, প্রোসপিরোবু প্রোলিটরিএট নৎত্রগা কেলিবেনবু স্লেভরীগী সিম্বল ওইনসু নৈনরকসনু। হায়বীবা যাই সেক্সপিয়ারগী নুপী পূম্নমক মাগী সোনেটকুম অফা-অপূন্ননা থম্বী। থেসিস কয়া অমসু ইবা য়াই ঃ পৃথিবীগী নুপা পূম্নমক হেমলেটনি অদুগা হেমলেট মশামক্তি নুপীনি। শীংনবা য়াই কীং লীয়ারগুম্বা নিংথৌ কনাসু লৈতে অদূবু পিবা য়াওদবা নীঙোল পোকপা মপাশিংগী থম্মোয়দা লীয়াবগী অরোয়বা *never* মঙাগী খোন্থাংদি ঙসিসু নিল্লী। মেকবেথনা তৌফম থোক্তবা অদূগীদমক থাঙশাং পায়খৎলগা কয়াগী মতীক খোঙকাপ শাফু কন্না থাংখিবা। প্রলয় থেংননবা হেমলেটনা তৌফম থোক্লবা থৌদাংদু কয়াদা কুইনা চীংন-খঞ্জানখিবা। প্রলয় ওইখিবা। ব্রুটসনা মরূপ সীজর হাৎনবা লৌতূনরীঙৈ,সাইলোক্লা এন্টোনিওগী হকচাংদগী শাদূম পাউণ্ড অমা কক্লবা থাঙ ফেঙলিঙৈ নিংথৌ লীওন্টসনা মাগী পূন্য চেল্লবী মহারাণী হারমিওনবু, অদূগা পোষ্টযুমসনা ইমোজেলবু হাৎনবা যাথং পীরকঙৈ ওথেল্লো মখূৎমক্লা লাঞ্জদ্রবী ডেসডেমোনবু হাৎখিবা পূম্নমক কনাগী দায়ত্বনো ? ঙসিগী মীওইনা কাউথোকপা ঙমখিরোই ইয়াগো। মীকূপ খূদিংগী মায়োক্লরী পৃথিবীগী মীয়াম্না সাইলোক লীশিং লীশিং। মী হাৎলমদাই খূদিং মায়োক্লরী ব্রাখল উমং, অখাক অরাও ব্রুটসকুম, মেকবেথকুম। শিরমদাইগী শাক্কিনা কয়া উরি সীজর, ডনকন, বেঙ্কৱা। কাউথোকখিবা ওইথোক্তে হেমলেটকী *Frailty, thy name is woman, To be or not to be,* মেকবেথকী *tomorrow and tomrrow and tomorrow/.. out, out brief candle/ Life is but a walking shadow, a poor player/... It is a tale/Told by an idiot* নচিংবা সোলিলোকিশিং, সীজরগী *Et tu Brute*, ব্রুটসকী *Not that I loved Cæsar less, but that I loved Rome more* নৎত্রগা সোনেটকী পবেংশিং। করম্বা মথোৎ কারকপা যৌবনগী পুঙ্গিনা Romeo and Juliet কী ৱারীদা মীপাইদনীংঙাই করি লৈ ? করম্বা মীয়াই চল্লবা কাওবুনা Antony and Cleopatra গী মরীদগী নাম্হোকপা ঙমগনি ? ঙসিসু তারী কোরডোলিয়া অমদি ওফেলিয়াগী খ্বায়দগী ৱাবা শিবগী পাউ। তারী লুহোংবগী শরীক মখোলসু - রোজালিনগী, মিরাণ্ডাগী, জুলিয়াগী, ভাইওলাগী, সীলবীয়াগী অদূগা কেথরীনগীসু। অদূগা করি পাউবু হংনীঙাই লৈরি মহারাণী কলপরনিয়াগী, গরক্রুড

মহারাণীগী, লেডী মেকবেথকি? অমনা মপুরোইবদা মঙ তম্লীগৈ, অমনা হূয়াওবা কপ পায়খৎখ্রবা অদূগা অমনা মঙ মঙনা মঙনা ঙাওচৎ চৎলকক্লবদা ইশাবেলা নৎত্রগা পোরসিয়াগী লৌশিংনা কনবা নংখিগদ্রা ? সেক্সপিয়ারগী থাবল, থাশিগী অহীং ঙসিসু মীওইবগী থম্মোয় অমদি অশেঙবা অতিয়া অনীমক্তগী তামখিদ্রি। মহাক্কী লীলাগী নিংথৌ শাবশিং, চাক্লীবা শাবা নীংবা কায়রবশিং, ফাগী পুবা যাদুগরশিং, মোংফম তৌবশিং লোয়ননা মীহাৎপা শাবা ঙম্নমক মাগী মাগী ফীজোল হোংলগা হন্নখি মাগী মাগী মতম্না লোইরগা। মরমদি অপঙবা মতম্না লীবা ব্রারীনি পুন্সি হায়বসি। অশুন্না সেক্সপিয়ারগী মরমদা নৈখাইবা, থাগৎপা, চিংথবা পূন্না তিনখিগনি মতমগী ঈরোন্নুংদা। লেঙদনা লৈহৌগদবদি মহাক্কী সাহিত্যনি। অশেঙবনি *Shakespeare has withstood all that has been written about him.*

মসিনি সেক্সপিয়ার। মতমগী ক্রিটিসিজমগী থৌরবা খূৎলায়শিংনা থুগাইবা নৈখায়বগী মতীক লংবা হেনগৎলকপা পৃথিবীগী মফম মতম পূন্নগী সাহিত্যকার। বিশ্ব-তাইবঙপালনা তেল্লবা যাত্রিক্কী খোঙচত্তা মহাক্কী নাক্তা ঙাইহাক ঙাইহাক্তং লেপ্লম্মী। অঙকপা ফংনা য়েংলম্মী। অদূবু অতৈনা লেপ্লম্বদি তোর্বান্দনি। মহাক্না সমুদ্রগী ঈপাকুম ঈথক-ইপোম কয়াগা লোয়ননা মপান নাইদনা শন্দোক্লি ঃ সাহিত্যসু সমালোচনাসু মঙোন্দদি অমত্তনি ; মহাক্তি অনীমক্লি।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ


১। ব্রারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২। Anne Righter, *Shakepeare and the Idea of the Play,* Chatto & Windus, 1967, Suffolk

৩। G. Wilson Knight, *The Wheel of Fire,* Mathuen & Co Ltd, 1969, London

৪। Prasad S.N. (ed) *Research,* Spring 2002, Vol-II Ranchi

৫। *The Complete Works of William Shakespeare,* Spring Books, 1971, London

## লমন খুম্বা ঃ হেমলেটকী সমস্যা

The spirit that I have seen
May be the devil: and the devil hath the power
To assume a pleasing shape; yea, and perhaps
Out of my weakness and my melancholy-
As he is very potent with such spirits-
Abuses me to damn me.

- *Hamlet* (II.ii.)

সাহিত্যগী জগত্তা নীংঙমদনা খাঙুথক্তা লোমখিবা পুন্সি কয়া লৈখি। ফোস্টস, কর্ণ, ওথেল্লো,কারটন, হেনর্চাড, জুড, অন্না, দেবদাস, গোবিন্দলাল, মাধবী অমদি জহেরানচিংবা কলপনাগী কাউঙমদ্রবা চবিত্র কযানি। পূম্নমকসি অমত্তা ওইনা য়েংগে হাযববদি ঐখোযনা হেমলেটপু যেংবা তাই। মহাক্তি মথোৎ কাবকপা মতমদা নীংবা কাযরকপগী অহীংবা মিংশেলনি। কল্পনানা শাগৎপা চবিত্রগীতা নত্তে। অশেঙবা পুন্সিগীসুনি। হেমলেটকা ঙাইহাক উন্নরুবা হায়বসিমক মহাক মশা মশাদুগা উন্নজবনি। মহাক্তি কোলেরিডজনি, কীটসনি, শেলীনি, লোবেন্সনি, হার্ডিনি। মহাক্তি ঐনি, নঙনি। *ঐখোয় পূম্নমক হেমলেটনিনে* হেজলীটনা পনখি। মানি, মহাক্তি উইলিযম সেক্সপিয়ারনি। পুন্সি পূম্নমক্তগী হরাও তযাম্বা নুংঙাইবগী শকক্তু খাইদোকখো; লেমহৌবিবদু হেমলেটনি।

লাঞ্জবক্তবা পুন্সিনি। অদূবু লৈখা তাহনবিখি। য়েক্লবা দন্দি পীনবা অমদি মশাবু ঙাকথোকচনবা পায়জরম্বা থাঙশাঙদুগা লোয়ননা অচীকপদা তিনখ্রে। তাইবঙ লীলা ফম্বাক্তনি। অমুক হন্না হৌগৎলক্লরোই। অদূবু ঙসি ফাওবগী ছিদ্র পুথোকপদা হালেংদ্রবা সমালোচক কয়া কযানা হেমলেটপু চৈবা লেপ্ত্রি। কলেজ অমদি য়ুনিভর্সিটি কয়াগী ওজাশিংনা লৌশিং চাউববা ছাত্র ছাত্রিশিংগা লোয়ননা মহাক্কী দোষ নৈনরী। ব্রাহং কয়া হংলি। মচীন থৌরবা ব্রাহং কয়া কয়া। অদূবু পাউখুমদদি ফুম্বংনরি। মাগী মাগী মচিং মশোনগা লোয়নরবা পাউখুম চামা চামনি। হেমলেট ঃ মহাক্তি পাঙদনি, মীকিথীনি, ফিবেপ লৌবা ঙমদবনি, খঞ্জানগনবনি,অঙাওবনি। হেমলেট মথন্ত শোঞ্জবা পরেং খরদগী লংলা লংজিল লৌরগা খরনা হায়রি ঃ

মহাক্তি ৱাখল লায়নানা নাদুনা ঙাওচৎনরবনি, মহাকসু অতোপ্পা ভুত অমনি ; হেমলেট নুপীনি। অফাওবা সমালোচক অমসু হংখি ঃ হেমলেট প্রিন্সরা পোইমলা (যুবরাজরা শৈরেংলা) ? মরম লৈনা হংলক্লিবা ৱাহং ঙাক্তনি। অদূবু তৌবীরিবা নিন্দা ময়ামসিদি লোইনমক চুল্লবরা ?

ৱাহংসি অশুপ্পনি। পাউখুমদি ইচম চম্না চুমদে হায়বসিনি। চুমদে হায়বল্লগা চেনখিবদি য়াবা নত্তে। খন্ন-নৈনবা তাবনি। হেমলেটনা তৌরীবসিবু করিনো? মহাক্না খল্লিবসিবু করিনো ? মহাকপু চুল্লিবরা লাল্লিবরা মানা খঙজখিব্রা? মহাক্কী অৱাবা খঙদবদি নত্তে। মপা নিংথৌ লৈত্রে তাবদগী ৱীন্টনবর্গ য়ুনিভর্সিটিদগী ডেনমার্কতা হল্লকপনি। মপাগী লৈরোন চনবা নংনবা চেল্লকপনি। ঐখোয়না হেমলেটপু অহানবা ওইনা থেংনবা মতমদা চহী কুন্থ্রাগী মপূং ফারবা যৌবনগী শক্তমদু উবা ফংই। মহাক অশেঙবা মীনি। ৱাখল লম্ফে চৎত্রি। ককঙাওনবা ফুম্বংনবা করিসু লৈত্রি। মপা নিংথৌনা মরম খঙদনা খঙহৌদনা নোঙ্গাখিবদা থম্মোয় শোক্লা তেংথাজবদি জগৎকিনি। অরং-অরাক্লা থল্লবা কোনুংদা নৎত্রগা অচীকপদা মথন্নতা অমুবা ফিজোল শেত্তুনা তাইফেৎ তানা অৱাবগী নুংশাম্বর হোঞবা মহাকসু মীনি তাকপনি। পম্বৌ শেৎন-খাইনবদা অদূক কুইনা নুংশুক-নুংজানবা হৌনব্রা ? মখুরা নিংথৌ ক্লোডিয়সনা হংবগুম, মমা মহারানী গরক্রডনা থেমজিনবগুম,পূম্নমকসু চিংনফম থোকপনি ঃ হেমলেটকী পূক্নীংসিবু মথন্নতা লাকশিঞ্জবা ঙমদ্রবরা? চৎনদে। নুপা থোক্তে। অদূক কুইনা তেংথাবা হৌনব্রা ? শিদ্রিবা ফাওবা কপ্তুনতা লেল্লগে হায়রীবা ? মসিবু করি মতৌনো ?

অদূবু নুংশিরবা মপা নিংথৌ কায়নবসি নত্তবা অতোপ্পা চৈথেং অমসু খঙদুনা লৈরম্লে। মমাগী তহা তহামনবা লুহোংবসি নৌরিবা থম্মোয়দা মৈরী থোক্তবা মৈচাক ওইরম্লে। কয়াদা থুনা হোংখ্রবা মমাগী ৱাখলনো! মপুরোইবগী মতূং ইনবদা তোংখিবা খোঙউপশিংদু হৌজিকসু মন্দ্রি। মপুরোয়বা কায়নবদা শিন্থখিবা মীৎকী ঈরা কংদ্রিঙৈ মনাওনুপাগা থুংনবগী মোমোন মীনোক্লা ঈপোম হৌখি। মপুরোইবগী শ্রাদ্ধ নুমীত্তা হৌখিবা তলদু চজীক ওন্দ্রিঙৈ মহাক্কী লুহোংবগী তেবলদু লৈতেংখি। কয়াদা তয়াং তশোইখ্রবা থম্মোয়নো ! ৱাখল খন্থবা ঙমদ্রবা শানবু হেন্না তেংথারমগনি! হে পুকচেল লেপ্তবা, হে তয়াং তশোইবা ! মানি, নঙগী অতোপ্পা নমীংদি নুপীনি ! মমানা মপাবু খূদক্তা কাউথোকপা ঙমখিবসি হেমলেটকী থম্মোয়দা মমাবু ৱারৌবগী পন্দোম লোমখি। মহাক্কী মফমদদি মমা

মপা অনীমক মাঙখ্রে। মপানা অশিবা হায়বদুনা মতম পূম্বগী ওইনা পুখ্রে। কাউজনথীবী মমাগী শক্তম্না ইকায় নাইদ্রবা লুহোংবা অমনা কূপখ্রে। হেমলেটকী মফমদদি তাইবঙপালসি লৈশাৎ তমদ্রবা, অর্থ থোক্ত্রবা লৈকাংলাগী লৈকোল ওইরে। অঙাং মচাগুম কপচখি। মমা মপাগী নুংশি-চান্নবগী মতৌদু হেমলেটকী মীত্তা শং শং উরি।

চৈরকসিদা অতোপ্পা পাউ অমা তারে। হোরেসিওনচিংবা মহাক্কী মরূপ মপাঙশিংনা তম্লবনি। এনসিনোরগী লানবন্দা চীক্লবা অহীং তাংলৌদা হেমলেটকী মপাগী থব্বায়না ওল্লকপা ভুত থোক্লে। মপাগী শক্তম উনীংবগী ঈখৌ লাংলবা হেমলেট অকিবা লৈতনা লানপাম্বা ফিজোলদা থোরক্লিবা ভুততু উন্নরে। তমথিরবা মীহাৎ অদূগীদমক লমন খুম্নবা শেম-শাউ হায়রক্লে। *তমথিরবা মীহাৎ*? ঙকপনা খম থেংলবা হেমলেটনি। খঙনীংবনা ঙাওরবা মহাক্কী মফমদা থোকখিবা ব্রারীদু লীরক্লে। নোংমগী নুংথিল পোবোক্তা চীক্লবা হৈকোল অমদা মদোম চীক্লা পোত্থারিঁঙে তাঞ্জা তাল্লুম্না চঙলক্কুনা মনাওনুপানা নাকোংদা হৈজিল্লকপা হূনা পুন্সি পীখম্নহনখ্রবা মপাগী ভুতনি। মনাওনুপাগী খূত্তা মপুন্সি, সিংহাসন, মহারানী মাঙখ্রে। মপাবু হাৎখিবা মীশক্তো হৌজিক সিংহাসন্দা ঙাম্বোইরি। ধর্ম চেনবী মাল্লবী মমানা মহাকপু ঙাক শেল্লী। হিংহৌরিবা মহারানীনা চৎলিবা লোঞ্চৎতুদা লৈখিদ্রবা মপুরোইবগী ভুত অদুনা খাঙমদনা ঙাওচৎ চৎলী হায়বা হেমলেটনা খঙলকখি। মপাবু শেংনা নুংশিজবা মচা অমা ওইনা মপাগী মীহাৎ অদূগীদমক লমন খুমগনি হায়না ব্রাশকখি। ভুত অদুদি মহাকপু কাউথোক্কনু হায়রম্লগা মাঙখ্রে। হেমলেটনা মহাকপু নীংশিংদুনতা লৈগদৌরি। লমন খুম্বা হায়বসি কাউথোকপা ওইথোক্তবনি। ব্রাহৈসিমক মহাক্কী ঈচেলদা তিনখ্রে।

হৌজিক হেমলেট নুংবংনরে। মঙোন্দা থোক্লিবা সমস্যাশিংসিগী শরাক ওইরক্লে। মহাক্তি অশেঙবা মীনি। মরম চানা খনবা, মরম চানা থৌদাং পাঙথোকপা পামজবনি। অদূবু মহাক্কী চুম্না লৈজবা ব্রাখলগী খল অদু কায়বা হৌরকই। খল্লমদবা খরা খনবা হৌরকই। অদূবু তমথিবা ব্রাখলনা থবক হেক্তা ওম্বোকপদি পামদে। পাঙথোক্কে খল্লিবা থবক্কু অকিবগী মশক্লি। খঞ্জানরকই। ঈখেং তাবা থবক্লা অফবা পুরকপা ঙমগদ্রা তত্তনা হংজরকই। ব্রাখল খনবদা খোঞ্জেল থোরকই। মহাক্কী ব্রাখলদু তশেংনা নারে। কনবা ঙমদগবদি লম্বী অনীতনি। অমনা মপাবু কাউথোকপা। অতোপ্পা অমনা মমাবু ঙাকপীবা। অনীমক ঙমদ্রে। ভুত অদূনা কাউথোক্কনু হায়রম্বদু নীংশিংলি। মমাবুদি দণ্ডি তৌরক্কনু,

ঈশ্বরনা মহাক্কী দণ্ডিদু লেপসনু হায়বদুসু নীংশিংলি। নীংশিংলুবা খূদিং চৈথেং ঙাক্তনি। অদূবু ভুতনা হায়রম্বা চেকশিনৱা অমদি ঙাকপা ঙমদ্রে। থবক্তু পাঙথোকপদা চিংনগনু, ৱাখলদু মোৎহনগনু হায়বসিমদি ইনবা ঙমদ্রে। মসিমক্লসু হেমলেটকী লাইবক লেপকদৌরি। পাঙথোকফম থোক্তবা থবক অমা তহা তহা পাঙথোক্লবগী মেকবেথকী প্রলয় থেংনখি। পাঙথোকফম থোক্লবা থবক অমা থীম্থমনবদগী হেমলেটনা থেংনগদবা প্রলয়নি। মতম চানদি করম্না পাঙথোকপা ঙমদৌরি ? ৱাখলগী পল্লেপফমসি কনানা লেপ্পীদৌরি ?

অসিগুম্বা হেমলেটকী তনিক তনিক খাঙলিবা থৱায়গী পাঙ্গল পীবীগদবা মীশক্তি ওফেলিয়ানি। মহাক্লসু শেংনা নুংশিজবী, মহাকপুসু শেংনা নুংশিরিবী ওফেলিয়ানি। মহাকসু হেমলেটকী পূন্সিদগী লৌথোকপিস্ত্রে। ৱাখল মপূং ফাজদ্রিবীনি। হেমলেটনা শিখ্রবা মপাগী ভুতকী য়াথং ঙাক্কনি ৱাশকখিবগুম ওফেলিয়াসু হিংলিবা মপা পোলোনিয়স অমদি মবুং লিয়ারটসকী পাউতাক ইনগনি লেপখি। মপা অমদি মবুংদি হেমলেটকী মায়োক্তা লৈখি। নিংথৌকোলগী লৈরীবা মীওইবগী মরীদূগী য়ুম্ফমদা হেমলেটপু ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইনা নুংশিতাৎ তৌবনি হায়না খনখি। মসিদগী ওফেলিয়ানা হেমলেটপু মীরায়খি। মহাক্কী ৱাহে অমদি চিঠি কয়া লৌখিদে। মদূমক্তদা পূক্নীংগী শান্তি ফংজনীংবা হেমলেটনা নুংশিজবী মহাক্কী নাক্তা লাকখি। ওফেলিয়ানদি কিজবনা খম থেংখি। তমথিরবা ৱাহে কয়া ঙাঙনবা নোরোক্তগী নাম্থোরক্লবা মীওইগুম উখি। মসিমক হেমলেটকী মফমদদি অশিবা অমনি। অশিবগা নুংশিবগা চৎমীন্নবা হৌনদে। অরোয়বা আশাগী লৈরাংদু কেনখ্রে। মপা লৈখিদবা, মমাগী থাজবা মাঙখিবা, ওফেলিয়াগী মফমদা থম্মোয়গী অশেঙবা চঙজফম ফংখিদবা পূম্নমক অসিদগী হেমলেট ঙাওচৎনরকই। অশিবগী মরুম্না কুপ্পবা শক্তম ওইরকখি। শিবা হায়বদুবু করম তৌরমগবা খল্লকখি।

সমস্যা য়াম্মনবদগী সমস্য অমা হেমলেট মায়োক্লবা হৌরক্লে। মপাবুদি নীংশিংলি। লমন খুম্বা মহাক্কীদি ধর্মনি। পাঙদবা য়াদবনি। অদূবু করম্না, করম্বা ফীবমদা হায়বসিদা নহাক ককঙাওনরে। মশামকপু হন্না হন্না ৱারৌজরক্লে। পাঙদবা মীকিথী মীতম্বালনি হায়বা য়াজরে। অমুকসু শিখ্রসিরা খল্লুরি। মী হাৎকদবগী শরুক মশা মথন্তা মাঙহনখিবনা ফৎত্রা খঞ্জানবি। মপাগী ভুততুবু চিংনরক্লে। অশেঙবা মপাগী থম্মোয় পানবা ভুত ওইবম্লবদি অশুক তমথিরবা থৌদাং অসি শিন্নরম্লোইদবনি খল্লকই। শিখ্রবা মহাকপু কাউথোকখ্রো হায়বীবগী মহুত্তা নীংশিংঙু

হায়রম্বসিনা ভুততু করি ওইরমগদগে চিংনবনা থল্লে। মহাকপু মাঙহন্নবা নোরোক্তগী লাকপা শয়তাল ওইরম্বসু য়াই খল্লকই। মহাক ভুততু চাংয়েং পাল্লকই। মহাক্কা থেংনরুবা হেমলেটকী মফমদদি ওমঙ্গলগী মশক্তি। মপাগী আত্মাদো তশেংনা থৌজাল হৈতে, শান্তি পামদে। নহা ওইরিবা পুন্সিদো নেনা তানা হিংহনবা পামদে। মসিদগী হেমলেটনা নিংথৌগী ব্রাখল চাং য়েংই। লীলারোয়শিংগী মতেঙ লৌদুনা থোকখিবা মীহাৎ অদুগী দৃশ্যদু নৌহৌননা উহল্লি। মদৃদা নিংথৌনা মিপাইজখিবদু উবদা হেমলেট অচুম্বদু খঙবা ঙমখি। নিংথৌগী মোমোন মীনোক। মশামক মীহাৎপনি হায়বদু লোৎশিন্নবা নোক্লিবা মীনোক্লী। অদুবু থবক্তুদি পাঙবা ঙল্লব্রা ? লমন খুম্বগী থৌদাংদুদি হৌজিকসু অরুবা ওইরি। মহাক খল্লি, নৈনরি, চমন্নরি।

অচৌবা পুন্সিগী পান্দম অমা থবক ওন্থোকপা হায়বসি ব্রাখলগী বিচার অমগী মখা পোনবা পূক্নীংগী তং তাবা ফিরেপ অমা হান্না চঙই। হেমলেটতা মী অমা ওইনা থেংনরিবা নুংগী ওইবা চায়েৎনবসিগী মরূদি মহাক রিজন্দা চৎকদ্রা নৎত্রগা সেন্টিমেন্টতা চৎকদ্রা খনফম খঙদবসিনি। সেন্টিমেন্টকী মায়কৈদা মপাগী থব্রায়না ওল্লকপা ভুত অদৃগী য়াথং, মহাক্কী ব্রাশক লৈরে। রিজনগী মায়কৈদা মীওইবগী ব্রাখলগী ঙমখৈনা চাউনা লৈরে। ·মমানা ঙাক শেন্দুনা লৈরীবা মখুরা নিংথৌবু হাৎপা ! মমাগী মপুরোইবনিনা মপারা, মখুরারা, অনীমক্লা খঙজদে। মখুরাগী নুপী ওইরবনিনা মমারা, মন্দোল্লা, অনীমক্লা চমম্লে। অমরোমদা নিংথৌ ক্লোডিয়সতি হেমলেটপু কিজবনা লঙশিল্লুবা মরাল অদৃগী তৃম্ফম চাফম খঙদ্রবনি। মসিমক্লা দণ্ডি অদু ওইদ্রিবরা খল্লকই। মীনা তৌবা ঙমদবদুদি মহাকসু ঙমফম থোক্তে। য়াম্নমক সাইকোলেজিকেল ওইবা ব্রাফম অমনা ঃ হেমলেটনা মখুবা নিংথৌদু হাৎপা তারবদি ডেনমার্ককি প্রিন্স অমা ওইনা নিংথৌ ওইবা তাই। মমা মহারাণীদুদি মহারাণী ওইদনা হিংবা হৈতবনী। হেমলেটনা নিংথৌ ওইবা মতমদসু মমাদু মহাক্কী মহারাণী ওইবা তাবনি। নিংথৌ ওডিপসকী দষাদুনি । কয়াদা লুখ্রবা সমস্যানো ? মদুমক ওইথোকহনবা হেমলেটকী মতীক্লা ? মমাবু মখুরাগী ফমুংদা চঙবীখিনু হায়না ফিজি য়ান্নরুবদি মদুগীদমক্তরা ? মপাগী ভুতনা করি ওইগবা ! ব্রাখলশিং অসিনা মহাকসু হিংলিবা মীয়াম মরক্তা চৎলিবা অতোপ্পা ভুতকী শক্তম লৌরকই।

পুম্নমকসি য়েংলুরগা ঐখোয়না খঙলকই ঃ হেমলটেনা খুদক্তা লমন খুম্বা

ঙমখিদবসি কিবগী নত্তে । পাঙদবগীসু নত্তে। মহাকসু মীনি তাকপনি। ব্রাখল খল্লিঁডে মহাকসু মী ওইরি। থাঙশাঙ পায়খত্নুনা ক্লোডিয়সনা মথন্নতা লৈরীডে হাৎকে চঙলুরবনি। অদুবু ঙমদ্রে। লাই খুরুম্লিডে করম্না হাৎকদগে। মপা হাৎপগীদমক মীহাৎপদুবু স্বর্গ কাহনবদি পামদে। ওক্তবা, ঈশ্বরনা য়াদবা থবক অমদা লূপ্পীডে মহাক্তুবু নোরোক্তা কাওথবা পাম্মী। ব্রাখলসি খল্লিডে হেমলেট মী ওইরিবনি। খন্থহৌদবা মীৎকুপ্তুদি মহাক শোয়খি। পোলোনিয়স হাৎখি। মপা হাৎখিবগী লমন খুম্নবা লাইনীং ওইজরিবা হেমলেটনা শোয়বদগী অতোপ্পগী মপা হাৎলুরে । অশোয়বসিনা লীচিং ওইনা মথং মথং শিরে ঃ ওফেলিয়া, মহারাণী, লিয়রটস, মখুরা নিংথৌ অদুগা কাইনথংদা মশামক। লেমহৌরিবদি কনা ? অচিকপা। চুম্না খনখিবনি, শেংনা উখিবনি হেমলেট মশামক্তি। মহাক খঙখিবনি ঃ লমন খুম্বা মীকুপ্তুদা মহাক মশামক্কীসু অরোয়বা ওইগনি হায়বা। অদূনা খনখিবনি ব্রাখলসে খোঞ্জেল থোক্লা ঃ মৈচাক খাঙনা হিংবসিনা ফরিব্রা ? মায়োক্লরম্লগা শিখিবনা ফরিব্রা ? অদূনদি ঃ

> To be or not to be, that is the question/ Whether 'tis nobler in the mind to suffer/ The slings and arrows of outrageous fortune, Or to take arms against a sea of troubles/ And by opposing end them ? (III.i.)

মথোৎ কারকপা পুন্সিগী পল্লেপফম খঙদ্রবা থম্মোয় খূদিংদা খোন্থাং যৈনা নিলহৌরবা পরেং ঙাক্তনি। হেমলেট মপাগী য়াথং হীক্তোকখিদে। মপাগী মফমদা শকখিবা মচাগী ব্রাশক্তু ঙাকখি। মহাক মায়োক্লখি। লমনদি খুম্লে। মহাক্লা থোক্কনি খনখিবদুমকসু থোক্লে। মহাক্কী তাইবঙ লীলাগী অরোয়বা ফীজংদু মহাক্কী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংথক্তা তারে ঃ The rest is silence.

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ব্রারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২ *The Complete Works of William Shakespeare,* Spring Books, 1971, London

## নুংশিবা ঃ হেমলেটকী সমস্যা

হেমলেটসু মীনি। মীওইনা পোক্লকপনি। তায়ওন্নবা ব্রাখল শাগোন্নরক্তে। অদূবু নুংশিবা মাঙথ্রবা তাইবঙপানদা হেমলেট ককঙাওনখি। মথোৎ কারকপা যৌবনগী তাঙ্কক্লী। মহাক্কীসু মঙলান অমদি আশা কয়ানি। লৈশাৎ তমখিবনি পূক্ল ীংগী লৈরাং চোন্না। মায়কৈ খূদিং নিনখিবনি থম্মোয়গী শুরনা খোম্থাং য়ৈ। শাগৎচখিবনি হৈনীংবা ব্রাখলনা পুন্সিগী অব্রাং অব্রাংবা থাক। ডেনমার্ককী যুবরাজনি। জম্মনীগী ব্রীন্টনবর্গ বিশ্ববিদ্যালয়গী মঙাল লৈবা ছাত্রনি। চহী কুম্থ্রা চঙলক্লবনি। নাপল য়াওজদবা নোল্লুকপা ছাত্রনি। বিদ্যাগী মপূংফাবনা নুংশি পম্থুংগী অচেৎপা যূম্ফম্লী খঞ্জদুনা লাইরিক লাইশুদা মপূক্লীং লূপচবনি। অদূবু ওম্থোকপা নোংদম্বগী নোংদমখোলনি। অব্রাবা পাউ অমা তারে। ডেনমার্ককী মপা নিংথৌ লৈখিদ্রে! হেমলেটকী পুন্সিগী অহানবা চৈথেঙনি। পম্থবা তৌদনা চেল্লকখি। মপাগী লৈরোল চনবা নংনবা তহা তহা লাকখিবা খোঙচৎনি। মথন্তনি। কনাদসু তাক্লমদে। নুংশিজবা মপা নিংথৌ কায়নবগী খাঙঙমদবা থম্মোয় পুদুনা লাকপনি। অতোপ্পা প্রলয় অমা অমুক মায়োক্লরে। নুংশিজবা মপাগী লৈরোল চনবা য়াওবা লাক্লিবা হেমলেট ! নুংশিজবী মমা ইবেম্মগী লুহোংবা ওইনা থেংনরে ! হেমলেটকী নুং-পাল অনীমক মফম খঙদবা হৌরক্লে।

কনাগুম্বনা হেমলেটকী অব্রাবসি মরম চাদে খনবীবা লৈরগদি হেমলেটকীদি থৌদোক অনীসিনা অহানবা পাউখুম্নী। মরম অসি লৈবননি অরং অরাক্লা থল্লবা সনা কোনুংগী লৈতেং মরক্তা হেমলেট মথন্তদি তাইফেৎ তানা, নুংশুক নুংজাননা অমুবা ফিজোল শেত্তুনা তেংথারিবা। মথন্নতা ঙায়রবদা খোঞ্জেল থোক্লা ব্রাখল খল্লক্লি ঃ

> O, that this too too solid flesh would melt/Thaw and resolve itself into a dew/or that the Everlasting had not fix'd/... O God ! O God/How weary, stale, flat, and unprofitable/Seem to me all the uses of this world/Fie on't ! ah fie ! 'tis an unweeded garden ... (I.ii.)

হেমলেটকী তাইবঙদগী মঙাল মমী শামখ্রে। পুন্সিগী অর্থ লৈশিল্লক্রে। মসিগী মরমদি মহাক্কী অহানবা নুংশিবনা লৈখা তানা মাঙখিবা অসিনি। মহাক্কী অহানবা নুংশিবদি মপা মমানি। মপানা অশিবা কৌবা ঈরোম্নুংদা তিনখ্রে। মমানা অমুক হন্না লুহোংবা কৌবা হন্থখ্রবা মীওইবগী মরী অমনা মুনবীখ্রে। হেমলেটকী মফমদদি অনীমক মতম পূম্বগী ওইনা শিখ্রবনি। অদূমক্কা তাইবঙপালসি তিঙ্খং-তুম্বৌতনা থল্লবা লৈকোল ওইনা উখিবনি।

খজিক্তদা শোক্কনবা হেমলেটকী থৱায়নি। মমা ইবেম্মগী তয়াং তশোইবা অমদি পূকচেল লেপ্তুবগী লোঞ্চৎ অসিনা মহাক্কী থম্মোয়বু হায়ফম খঙদনা শোকহনখি। মমা মপাগী নুংশিবদি মতম পূম্বগীনি খঞ্জরুবনি। মমা মপানা অমত্তা ওইনা নুংশি চান্নবগী মতৌ অদূ ঙসিসু নীংশিংলি। কয়াদা ওন্ন-তৈনখ্রবা ! অঙকপা মমাগী পূকচেলনি। মপুরোইবা লৈখিদবগী মীৎকী পি কংদ্রিঙৈ মনাওনুপাগা লুহোংবা ! মপুরোইবগী শ্রাদ্ধ কর্মগী তলনা চজিক ওন্দ্রিঙৈ লুহোংবগী তেবলদো লৈতেংখি। মপাগী মতূং ইন্না চৎপদা তোংখিবা খোঙউপতূমক ঙসিসু তোংদুনা মখুরাগী মতূং ইন্নরি। ৱাখল খন্থবা ঙমদ্রবা লম্লক্কী শানবু হেন্না শাংথনা তেংথারমগনি। খাঙবা ঙমদনা অহাঙবদা লাউরুই ঃ *Fraity, thy name is women !* (I.ii.) অফবদি ওইররোই ঃ *নঙদি পুন্সিচুপ্পা মীৎকী পিরাং কংলরোইদবী লুখ্রাবীনি ইমা !* হেমলেটনা কপখি। পুকচেল লেপ্তুবা তয়াং তশোইবা অমদি অশোনবা হায়বা গুণশিং অসিনা তাশিন্দুনা শেম্লকপোইরে হে নুপী নঙগী ৱাখল হকচাংসে ! হেমলেটকী ৱাখলদা মমি চাউনা তাখি।

খঙবীদনা মদোম তূমিন্না ৱাজবা, কপচবা অসিনা অমুক্কা হেন্না ৱানবা মরম ওইরে। মখূরা নিংথৌ ক্লোডিয়সনা নীংথিনা পাউতাক পীবনি। অদূবু মমাবু লৌখিবা মখূরাবু হেমলেটনা নুংশিবা ঙমদে। অদূনা নুংশিদবা মীগী পাউতাক্তি মহাক থওইনা তানীংদে। মীওইবগী হৌনশানি। মীওইবগী মরীদা লম্মাংনহনখিবা মখূরানি। হৌজিক্তি মমাগা লুহোংলবনিনা করি মীঙ্গৌ কৌগদবনো খঙজদে। অদূনা হেমলেটনা লীলা শান্নরোইশিংদা হায়খি ঃ *You are welcome ; but my uncle - father and aunt-mother are deceived* (II.ii.) হিংলিবা মমাবু মমা ওইনা শেংনা থমজনীংবা হেমলেটনা মমাগী ফিজি য়ান্নদুনা হায়জখি ঃ *Good night ; but go not to mine uncle's bed* (III.iv.) হেমলটেকী মফমদদি হিংহৌরিবী মমাগী থম্মোয়দা লৈখিদ্রবা মপাগী নীংশিং মূর্তি মমী শামখিবা অসি

ঙাকপীবা ঙমদবমখৈ ৱারৌজে। তশেংনা হায়রবদা মহাক্কী শোক্কল্লবা পূক্নীংদদি মপানা শিখিবদগীদি মমানা অমুক হন্না যূম পানখিবা অসিনা য়াম্না হেন্না খাঙওমদবা ওইখি। মহাক্কী ৱাখলনা খরদং লৈতাবা ঙমগদবদি লৈখিদ্রবা মপাবু কাউথোকপা অদূগা মমাবু ঙাকপিবা হায়বসিদা লৈরে।

অদূবু তায়ওন্নবা ওইনা অমুকসু থোক্লরে। এনসিনোরগী লানবন্দা অহীং নোংয়াইদা মহাক্কী মপা নিংথৌগী আত্মানা ওল্লকপা ভুত থোক্লে হায়বগী পাউদু হেমলেটতা তন্নরে। হোরেসিও, মার্শেলসনচিংবা মহাক্কী মরূপ মপাংশিংগা লোয়ননা অহীং মীৎশেন খাঙনা ঙাইমিন্নরে । হেমলেট অমদি ভুত কনা য়াওহন্দনা উন্নরে। তমথিরবা অচুম্বদু ফোংদোরক্লে। মপাবু হাৎখিবা মীশক অদূনা সিংহাসন্দা ফম্লি। থাজনীঙাই লৈত্রবী মমাবু লুহোংদুনা লৌরি। মমাগী খঙহৌদনা হোংখিবা থম্মোয়দা মপাগী আত্মানা পোত্থাফম খঙদনা ককওাওননা চৎলি হায়বা হেমলেটনা খঙলকই। লমন খুম্নীংবনা ঙাওরবা ভুত অদূনা হেমলেটতা খাঙদুনা অমূক লৈথোক্লগনু হায়রী। তত্তনা ইনশিল্লকই ঃ *List, list, o list ! if thou didst ever thy dear father love* (I.v.) লাইবক থীবনি ; হেমলেটনা ভুত অদূবু নুংশিরুরে। ভুত অদূগুম্না মহাকসু ঙাওচৎ চত্ত নীঙাই করি লৈ ? শান্তি পামজবা হেমলেটনা অৱা অনা খুদোংথীবগী ঈথক -ঈপোম তম্না থাঙশাঙ পায়দুনা চেনশিনবা !

অশিবগী ৱাহৈ তারুবা, অশিবগী পাউতাক পাঙথোক্কনি ৱাশক্লুবা, অশিববু তশেংনা নুংশিরুবা হেমলেটকী লাইবকসু অশিবরোমদা ঙামথবা হৌরক্লবনি। মপা শিখিবা, মমাগী থাজবা মাঙখ্রবা মহাক্কী ৱাখলদি অশিবগী মমিনা লুমশিনখ্রবনি। পূম্নমক অসিদগী কঞ্জবা ঙমগদবা মহাক্কী উপায়দি অমখক্তা মঙায়রে। মহাক্লা শেংনা নুংশিজবী ওফেলিয়াগী আশা ! মহাক্কী চিঠিনি ঃ

> Doubt thou the stars are fire/Doubt that the sun doth move/ Doubt truth to be a liar/But never doubt I love / O dear Ophelia ! I am ill at these numbers : I have not art to reckon my groans ; but that I love thee best, O most best ! Believe it (II.i.i)

থম্মোয় শেংনা ফোংদোক্লবা নুংশিবনি। ওফেলিয়ানসু মদূ অশেঙবা নুংশিবা ওইগনি থাজে। মহাক্লা মপাবুং পোলোনিয়সতা তমথোকচৈ ঃ

My lord, as I was sewing in my closet / Lord Hamlet, with' his doublet all unbrac'd /No hat upon his head ; his stockings foul'd / Ungarter'd and downgyv'ed to his ancle / Pale as his shirt ; his knees knocking each other / And with a look so piteous in purport / As if he had been loose'd out of hell / To speak of horrors, he comes before me / ... He took me by the wrist and held me hard / ... He rais'd a sigh so piteous and profound / That it did seem to shatter all his bulk / And end his being (II.i.)

অদূবু নৌজরিবী ওফেলিয়ানি। পূক্লীংগী ফিরেপ লৌবা ঙমজদ্রি। নুংশিবা কবিনো চপ চানা খঙজদ্রিবীনি। হেমলেটকী খাঙঙমদবা নুংশিবগী ঈঙ্গিতকী অর্থ মপূং ফানা লৌশিঞ্জবা হৈজদে। মবুং লিয়রটসনা চৈবীরে ঃ *পঙগনু নঙ মাঙজনি। হেমলেটতি নুংশিতাং হৈবনি। ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী পঙওন ওনগনবা থস্মোয়নিঃ ঙসিনা অমা হয়েংনা অমা। মপোকথোক্কী পীথোরক্লবনি।* অচুম্বা মানবা অরানবনি। অদূবু অরানবনি হায়বদি ওফেলিয়ানা খন্থজবা ঙম্লমদে। মবুংনা হায়রীবদু মহাক্কী ফনবা চুম্না হায়বনি নীংজখি। লৈমকোলগী হৌনশাসু উদবা নত্তেঃ হেমলেট পোকপী মমাগী লীচৎ । হেমলেটসু মমাদুগী মচানি চিংনদবা ঙমজদে। মপাবুংনা অমুকসু চপ মান্ননা ঙাঙবীরে। ওফেলিয়ানা থাজরে ঃ *হেমলেটনা মঙোন্দা নুংশিতাং তৌরে।* ব্রাখলসিদগী হেমলেট মনাক্তা চঙহন্দ্রে ; মহাক্কী চিঠি লৎনরে। থস্মোয় কায়রবা হেমলেট হেন্না হেন্না ঙাওচৎননবা মরম ওইরে।

মথোৎ কারকপা হেমলেটকীদি ওফেলিয়ানা অরোয়বা আশানি। অশেঙবা নুংশিবনা নুংগী ওইবা শেমজিনবা ঙমদনা মচোই তারবা ব্রাখল অমদি থৌদাংগী মচল পূম্বা অমত্তা ওইনা পূনশিন-তাশিনবা ঙমদগবনি। নুংশিবগী শক্তিনা পূক্লীংগী শেংদবা, চন্নফম লৈতবা শরুক পূম্বা মাঙহনবা ঙম্মী। লৈকংলাগী মশক ওইরবা থস্মোয়দা নুংশিবগী অনৌবা নোংজুনা ঈচেল কয়া, চুমথাঙ কয়া অমদি মচু কয়াগী লৈরাং কয়ানা নৌহৌননা শন্দোকপা ঙমগদবনি। অদূবু হেমলেটকীদি কদায় ? পূম্নমক ওইথোকখিদ্রে। মহাকপু কনবা ঙমগদবী ওফেলিয়া মহাক্কী মায়োক্তা লৈখ্রে। কোনুংগী অঙম্বা ওইরিবা মপাবুং পোলোনিয়স অমদি নিংথৌ ক্লোডিয়সকী খূৎলাই ওইনা শিজিন্নখ্রে। মসি পূম্নমক হেমলেট খঙই। মহাক কাইনথংদদি নুংশিবা হায়বা ব্রাহৈসিদা থাজবা ঙম্লক্ত্রে। মসিনা পীরিবা ফলদি অব্রাবা নত্তনা করিসু নংত্রে খল্লকই। মমাগী মফমদা থমখিবা *Frailty, thy*

*name is woman!* ওফেলিয়াদা অমুক পানশিল্লকই। মহাকপু লৎনবগীদমক হেমলেটসু লমন খুমলকইঃ ... *If you be honest and fair, your honesty should admit no discourse to your beauty ...I loved you not* (II.ii.) মদূমক্লা কৌবা ঙমখি মাগী চান্নবীবু *breeder of sinners* হায়না।

মতূং তারকপা হেমলেটকী খোঙথাঙদি তম্বা ঙমদবা ঙাক্তা ঙায়খ্রে। মহাকপু নুংশিবীবালৈত্রে খল্লবা থম্মোয় অদূনা ঙাওশিন্নরকপা নৎত্রগা তশেংনা ঙাওচৎনরকপা অঙকপা নত্তে। মহাক মশামক মহাক্লা খল্লিবা মহাক্লা তৌরীবসিবু চুম্লিবরা লাল্লিবরা খঙবা ঙমশিল্লক্তে শোয়বদগী মহাক মী হাৎলে। পুন্সিগী অচৌবা পন্দুপ অমগী শৈহৌনি। শোয়বদগী হেমলেট ওফেলিয়াগী মপাবুং হাৎলুরে। মপা হাৎখিবগী লমন খুম্নবা হোৎনজরিবা হেমলেট অতোপ্পগী নুংশিজরবা মপাবু হাৎলুরে। ওফিলিয়া অমদি লিয়রটসকী মপা পোলোনিয়স ! অমরোমদা শোয়বনি। অমরোমদনা দণ্ডিনি। মীফত্ত নিংথৌবু কা হেন্না নীংজরুবগী মহয়নি। মচানুপীগী অশেঙবা নুংশিববু য়েখায়বা পীবগী ফংফম থোকপা পম্বুংনি। অদূমকপু পম্বুং অদূমক্তদা য়ৌজনবা লম্বীদি হেমলেটসু মশামক্লা য়াৎচবা হৌখ্রবনি। মপা হাৎপগী লমন খুম্নীংবদি হেমলেট মথক্তা নত্তে সংসারসিদা। লিয়রটসসু হৌরক্লি লমন খুম্নবগী লাঞ্জং। নুংশিজবা মপাবুং পোলোনিয়সকীদমক। শিখ্রবা অদূবু নুংশিজবা মপা অনীদুগীদমক মথৌনা লৈরবা মচানুপা অনীদু অমনা অমবু হাৎনবা, থব্রায় থাদোক্লনবা থৌরাং! অদূনা হেমলেটকীদি লাইবক থীবা অমা থোকখিবা, হেন্না তমথিবা থৌদোক্লা ঙাইদুনা লৈবা অনীসিদা ওইরকই। ইংথম উলেন ফংলবা উপালগুম আশাগী লৈনাশিংদু অমমমতা ওইনা কেনবা হেনজিল্লকই।

হেমলেট মোংফমগা নকশিন্নরকই। মোংফম তৌবশিংনা হুন্দোরকপা য়োরীকী কোক্কী শরুদু কোন্দুনা কপ্পুরে। য়োরীকী মনঙ্গলদা চাউরকখিবনি হেমলেটঃ ... *he hath-borne me on his back a thousand times; and now, how abhored in my imagination it is ! ... Here hung those lips that I have kissed I know not how oft* (V.i.) কংলবা শরু অদূবু নুংশিরুবা হেমলেট মশামকসু শক্লোনদু লৌগদবা কুইশিল্লক্তে তাকপনি। মথং ইকান কান্নদনা খঙলকই ঃ তৌরীবা মোংফম অদূ অতৈ কনাগীসু ওইরমদ্রে! মহাক্কী চান্নবী ওফেলিয়াগী ওইরম্লে। হেমলেটকী নুংশিবা লৈরোল চনখিগদৌরে। মোংফম মনূংদুনা চোংথরুরি। লিয়রটসকা অশিবা হকচাংদু মুন্নরুরি ঃ *Why, I will fight with him upon this theme/Until my eyelids will no longer wag ... I*

*lov'd Ophelia : forty thousand brothers could not, with all their quantity of love, make up my sum* (V.i.) ওফেলিয়াগী হকচাংনা লৈরোল চনখ্রবদা হেমলেট মখা তানা তাইবগু সংসারসিদা লৈরুবগী চন্নফম লৈত্রে।

হেমলেটকী অতিয়াদগী মহাক্কী কোরৌ তাখ্রে। পুন্সিদা নুংঙাইবগী শৈহৌ লৈখিদ্রবা যুবরাজনি। নুংশিজবা মপাবু হাৎখিবা মখূরা নিংথৌ ক্লোডিয়সকী মথক্তদি লমন খুম্বা পাক ঙমখিদে। মমা হিংলিঙৈ মখূরা হাৎপদি ওইথোক্তবনি। মখূরা হাৎলগদি হেমলেটনা নিংথৌ ওইবা তাবনি। মমা ইবেম্মদি মহারাণী ওইদনা হিংবা হৈতবীনি। হেমলেটনা নিংথৌ ওইরগা মমানা মহারাণী ওইবা ওইথোকপ্রা'? হেমলেটনা মমা লৌবা ঙমগদ্রা ? ওইথোক্তবনি। মহাক্না মমাবু নুংশিজবদি মমা ওইননি। মমাগী মফমদা পুন্সিচুপ্পা মহাক মচা ওইজনীংখি। ওইবসু ওইখি। মসিমক্তনা হেমলেটনা লমন খুম্বা হায়বা ৱাশক অদু ঙাকখি। অদূবু মমানা শিরবা মতূংদতা ওইথোকখি। মশামক্কী প্রলয়গা য়াম্না নক্লখিবনা পূংজা খরগী মনূংদা থোকখিবা থৌদোক ঙাক্তনি।

নুংশিজবা অদূবু নীংবা কায়হনবীখিবা হেমলেটকী পূক্নীংদা তশেংনা ওইথোকখিবদি, মশামক্না হায়জবগুম : ... *man delights not me, no nor woman neither* (II.ii.) হায়বসিনি। নুংশিববু ঈখৌ লাংজবা মহাক্নী। নুংশিবীদবা হায়বসিনা তমথিবা শক্লোন কয়া লৌরক্তনা লাঙ্গোয় চনখি। নুংশি খঙদবা সমাজগী লৌতূনবা, মরী তৎনরবা ইমূং-মনূংগী তেমশীংনবা, উনা-উনা কনবা ঙমখিদ্রবা লন্নাইগী নুংশিবনা হেমলেটপু মহাক্না ওইখ্রিবা অসিগুম ওইহনখি। প্রলয় মায়োক্লখিবা হেমলেট ঐখোয়গীদি মঙালনি। চেকশিন ৱাহৈনি। মহাকসু খঙখিবনিঃ হিংবগী নুংঙাইবা, পুন্সিগী অর্থ হায়বদি নুংশিননা হিংমিন্নবগী নুংঙাইবদুনি । মসি য়াওদ্রবা অতৈদি অরেম্বনি। অতৈদি ৱাহৈগী ৱাহৈ ঙাক্তনি। থম্মোয় য়াওদ্রবা। অতৈদি লৈকঙলানি । মোংফম্নি লায়না লাইচৎ কযাগী ! অশেঙবনি। অতৈদি অচীকপনি।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ


১। ৱারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২। *The Complete Works of William Shakespeare,* Spring Books, 1971, London

# ট্রেজিক হেরো অমা ওইনা মেকবেথ

Your face... is as a book where man
May read strange matters : to beguile the time
Look like the time; bear welcome in your eye,
Your hand, your tongue; look like the innocent flower,
But be the serpent under't...

- *Macbeth* (I.v.)

তাইবঙপালদা অফবা মীওই খরদি প্রলয় মায়োক্লখি। য়াম্নমক সেরিএজ ওইবা সাহিত্যগী খোর্জে কয়ানা অদৃগুম্বা মীওইশিং অদুগী আত্মাগী লাম্হেংবু ময়েক শেংনা য়েক্তুনা থম্বীরম্মী। মমীং পনবা য়াই মারলো, সেক্সপিয়ার অমদি হার্ডিগী ট্রেজিক ফিগরশিং ঃ ফোষ্টস, টেম্বরলেইন, হেমলেট, লীয়ার, ওথেল্লো, মেকবেথ, লেডী মেকবেথ, জুড , টেস, হেনচার্ড অসিনচিংবা। খরদং লৌখৎচবগী ৱানী। নীংশিংলুরগদি মশীং লাকওমদ্রবনি। মণিপুরী সাহিত্যমক্তদসু অসিগুম্বা চরিত্রশিং ফনা য়াম্না শাগৎখ্রবনি। হৌজিক্তি *রামায়ণ* গী রাবণ ফাওবা (ইন্দিয়ান পোয়েটিক্সকী মতুংইন্না) ট্রেজিক হেরোনি হায়না কন্না নৈনরক্নি। মীওইবগী অনীংবা অপাম্বসি তম্বা ঙমদ্রবা ঙকখ্রবা শাফুনি। নুংগী অপাম্বা অমা ফংনবা হোৎনবা হায়বসিমক সমুদ্রগী ঈথক-ইপোমগা লাম্হেংনবগী পাঙ্খকনি। অয়াম্বনা মায়থীগল্লি। পান্দম অদুগীদমক থৱায় মাঙগল্লি। অৱাবা অকিবা খোনফমদা মীশক অদুগী ভাগ্য বীধাতানা লাউ খোংনা কপ্লম্মী। তোঙান তোঙানবা ফীবমদগী মহাক মহাক্কী খোঙচৎসু তোপতোপ্পী। রিচার্ডনা মীফত্ত ওইরম্বদগী হেরো ওইখি। ওথেল্লো পুকচেল চাউনা চাউনা মীহাৎপা ওইখি। শুপ্লতগী তাজনীংবা খোয়থুম্নরবা ৱাহৈ অমত্তং তাবা ফংখিদবগী যুম্ফমদা লীয়ারগী মাঙ তাকপা ওইখি। খোঙফম অমা শোয়খিবদগী হেমলেটসু মহাক্কী নুংশিজবীগী মপা হাৎখি। মখুরা হাৎখি । মমা অমদি মশাবী শিখিবসু মহাকথক্কী ওইখি । কাইনথংদা মহাক্কী চান্নবীগী মবুংগা শিমিন্নখি। পূম্নমক অসিদগী মেকবেথকীনা পুংতোপ তোপ্পা খরা লৈরী। মেকবেথতি হেরো ওইরম্বদগী মীফত্ত ওইরকখিবনি। মহাক হেরো অমুক ওইখিব্র ? নৈনবা য়াবা ৱাহংনি। *বামায়ণ* গী রাবণবু হেরোরনে ? মীওইবগী মপান নাইদ্রবা মীৎয়েংগী ৱাহম্লোক্তা পূম্নমকসি ইনৌ নৌনা মগুণ লেপ্পগী খোঙচৎ অমা

চঙশিল্লকপা হৌরকই। মীৎয়েং অসিগী মখাদা পামদবা পুক্সিগী মচল কয়াগী তঙায়ফদবশিংদু মচা তানা লৌখৎলক্লি। অৱা-পোলোইগী লীলাশিংদদি মপূং ওইরিবা নায়ক নায়িকাগী সমস্যানা লাইরিক অদূমক্কী সমস্যা ওইগনবনিনা খূদম অমত্তং লৌখৎচরি। হীরম অসিদা নৈনফম থোক্লবা সেক্সপিয়ারগী মেকবেথ। অদূবু অহানবদা ৱারীগী য়ূম্ফম মচেৎ অমত্তং পঞ্জগে।

নোংথাঙ, অখাক-অরাওনা মহৌশাবু কূপখ্রবা অতিয়া মখাদা, কৌজেং হারৌনচিংবগী খোঞ্জেল মরক্তা *মেকবেথ*কী সংসার হৌই। মতমদুসু নুমিদাংনি ; নৎত্রেগা অহীংনি। নুমীৎ লৈরিবঙে মীওইবগী অফবা থবক কয়া পঙথ উইথরকপা মতমনি । কৈশাল অমদি মকুনা লাক্লা লাক্লা খোংলকপা। লমকোয়বশিংনা অনকপা লৌতাংশঙ তমনা খোঙকাপ শাফু কল্লকপা। বেঙ্কৱানা মহাকপু হাৎকদৌবগী লুল্লিবা মীশিং তম্না চঙশিল্লকপা মতমনি। মতম অসিমক্তদদি মেকবেথনা অহাঙবা য়েংনা য়াথং পীরকখিবা : *Stars, hide your fires/Let not light see my black and deep desires* (I.iv.) অদুগা মতমসিমক্তদা লেডী মেকবেথনা মাগী থাঙশাঙগী থৌদাং উদনবা ৱাখলনা লাউরকখিবা :

> Come, thick Night, / And pall thee in the dunnest smoke of Hell / That my keen knife see not the wound it makes / Nor heaven peep through the blanket of the dark/To cry, Hold! Hold! (I.v.)

মীওইবগীদমক্তদি খন্থবা ঙম্বা সংসার নৎত্রে। হেল্লোয় অমদি মহৌশা ৱাংমগী সুপরনেচবেল ওইবা জীবশিংগী পামজনা খল্লবা সংসারনি। থোরকই মীওইবগী মাঙওইননা হেল্লোয় । মশীংনা অহুম ! অফবা খূদম অমত্তা নৎত্রে ! হন্না হন্না থোরকই। প্রলয় থিরকই।

অসিগুম্বা নরোকুম্বা *মেকবেথ*কী সংসার অসি অশোনবা মীওইবগী লৈফম নৎত্রে। অদূনা মেকবেথ না ডনকন হাৎলি। বেঙ্কৱা হাৎলি। মেকডফকী মচা হাৎলি। ডনকনগী মচাসিং ডোনালবেন অমদি মেলকোম, বেঙ্কৱাগী মচা ফ্লিয়েন্সি, মেকডফ অমদি লেডী মেকডফনচিংবা কয়া মরৈবাক থাদোক্তুনা কাংখোং চাইনা চেলহল্লি। পূনশিল্লক্তুনা অমুক হন্না মেকবেথক্কী মথক্তা লান্দারকই। মেকবেথপু হাৎখি।

সেক্সপিয়ারনা সংসারসিবু লীলা ফম্বাক অমা ওইনা উখিবগী ৱাফম অসিমদি মাগী *মার্চেন্ট ওফ ভেনীস, এজ য়ু লাইক ইট, হেমলেট*নচিংবা ড্রামাশিংদা ময়েক

শেংনা নৈনরম্মী। মহাক্কী অব্রাবনা পোলোই ওইবা ড্রামা মঙাদা মীওইবগী খ্বায়দগী চাউবা শোয়ফদবা অশোয়বা মঙাখক নৈনরম্মী। *ওথেল্লো* দা কল্লক মিহৌবগী, *হেমলেট* তা চিংন খঞ্জান্নবগী, *কীং লীয়ার* দা চীরোল ব্রাহৈদা থাজগনবগী, *এন্টোনি এন্দ ক্লিওপত্র* দা নুংশিবা নত্তনা অতৈ উবা ঙল্লক্তবগী অমদি *মেকবেথ* তা আশা চাউমনবগী মশক উবা ফংই।

এরিষ্টোটলগী *পোয়েটিক্স* না নৈনরিবা মীয়াম্নসু য়ান্নরবা ব্রাফম অমদি ট্রেজিক হেরোগী মতাঙদনি। মী অমা শিরগা মদূ হেক্তা ট্রেজিডি কৌবা য়াদে। মহাক্না লৈখা তারকপা অদূনা সমাজ অমগী লৈখা তারকপনি। মহাক অদূনা শিবা মতমদা মীওইবা সমাজগী অচৌবা অব্রাবা অমদি অমাঙবা থোকহনগদবনি। মরম অসিনা করম্বা মীওইবু ত্রেজিক হেরো কৌগদগে হায়বগী মতাঙদা *পোয়েটিক্স* না হায়রি ঃ য়াম্নমক ফবা মীওইদি ট্রেজিক হেরো ওইহনবা য়াদে মরমদি অশোয়বা য়াওদ্রবা পুন্সিনা অব্রা পোলোই ফংবা হায়বসি ওইথোক্তবা, পুন্সি মান্দবা লীলা ওইগনি। মথংদা,. য়াম্নমক ফত্তবা মীওইনা ব্রারম্বদগী নুংঙাইরকপসু অনট্রেজিক ওই, মীওইবা জাতিবু ব্রাহনবগী মহুত্তা শাউহনগনি। ফত্তবনা নুংঙাই য়াইফরকপা মীয়াম্না খক পাম্নদে। অতোপ্পা অমনা কান্নদ্রগা মীওই অমনা নুংঙাইরম্বদগী অব্রাবা তারকপসু য়াম্না সেরিএজ ওইবা ব্রাফম নত্তে। ট্রিজিডিদা ট্রেজিক হেরো অদূগীদমক ঐখোয় মীওইবনা মীনুংশি (pity) অমসুং অকিবা (fear) ফাওফম থোকই। ঐখোয়না কনাগুম্বগী অব্রাবা পাউ তাবদা মীনুংশি ফাওরকই অদূগা অদূগুম্বা অব্রাবা পোলোই অদু মীৎমক্না উরুবা মতমদনা মহাক্কী অব্রাবদু ঐখোয়গী ওইনা উরকই নৎত্রগা ঐখোয়দসু লাকপা য়াই খল্লকই। মতম অদূদনা অকিবা লাকই।

সেক্সপিয়ারগী ট্রেজিক হেরো খূদিংমক পুকচেল চাউবা অমদি ঈকায় খুম্ন নীংঙাই ওইবা আত্মা (noble and honourable soul) লৈ। ওথেল্লোনা ডেসডেমোনা হাৎলি। দায়ত্বদি ইয়াগোনি। কীং লীয়রগী ফত্তবা পূম্বা রীগান, গোনেরিল, এডমাণ্ড অমদি কোর্নব্রেলদা তাশিন্দুনা লৈ অদুম খঙই। হেমলেটকী অব্রাবা মীওইবগী অব্রাবনি। অদূবু মেকবেথতদি ? মীফত্তা, সয়তান অমদি পাপ পূম্নমক হেরো ওইরিবা মঙোন্দা তাশিন্দুনা লৈ। মেকবেথ হেরো অমরা ? মীফত্ত মীহাৎপা মীবু হেরো !

ঐখোয়না খঙই, মেকবেথ মীহাৎপনি। মহাক্না সিংহাসনগী মরক্তা লৈরম্বা অথিংবা পূম্নমক নমথেকখি। মহাক্কী মরী থোক্নরিবা ডনকনবু মহাক্না হাৎলি। যূম্বু

অমা ওইরিবা, খুদোংথীবা পূম্নমক ঙাকথোকফম থোকপা মহাক্না, মহাক্কী কোম্থোং মনূংদা, য়ূম্মক্তুদা মহাক্কী অতিথি ওইরিবা, মহাকপু থাগৎপা লাক্লিবা নিংথৌ ডনকনবু মহাক্না হাৎলি। কন থৌরবা লান্মী অমা ওইরিবা মেকবেথনা মহাকপু লেপ্পা লৈতনা থাজরিবা অমসুং ইকায় খুম্নরিবা অমসুং অহল ওইরবা, ঙাকথোক্ন বা পাঙ্গল লৈজদ্রবা, তূম্লিবা ডনকনবু হাৎলি। মহাক্না নিংথৌ হাৎপা, ব্রুটসনা সীজর হাৎপগুম মরৈবাক কন্নবা নত্তে। শুপ্লতগী মরম্নাই ওইবা অনীংবা অপাম্বা অমগীদমক্তনি। মদূদি নিংথৌ ওইবা ! নিংথৌ হাৎলগা মহাক নিংথৌ ওইরে। নিংথৌ ওইরবা মেকবেথকী থৌদাংসু মী হাৎপখক্তা ওইরকই। চিংনবগী তম্বা ঙমদ্রবা শকওংনি। মহাক্কী ব্রাখল অমদি থবক পূম্নমক ঈ ঙাক্তনি। মহাক্না মী হাৎনবা চাকলেন শীল্লে। নিংথৌ ওইবগী অহানবা খুদোংচাবদা মহাক্কী মরূপ বেঙ্কব্রা হাৎলে। মেকডফকী মচা হাৎল্লে। ডনকনগী মচা অনীবু মপা হাৎপগী মরাল শীরে। লৈফম খঙহনদ্রে। বেঙ্কব্রাগী মচা হাৎনবা থিরে। মেকডফগী নুপী মফম খঙহনখিদ্রে। স্কোটলেণ্ড ঈখেং তারে। মেকবেথনা শিরবা মতমদতা স্কোটলেণ্ডগী ঈ খকই। মীয়ামগী শান্তি ফংলে।

সেক্সপিয়ারগী ট্রেজেডিশিংগী মনুংদা *মেকবেথ* হেক য়ৌরকপগা ৱাহংসি হেক্তা লাকচৈ ঃ ঐখোয়না অসুক তমথিখ্রবা মেকবেথপু নুংশিফম থোকপ্রা ? ডনকন, বেঙ্কব্রা অমদি মরাল লৈজদ্রবা প্রজাবুনা নুংশিফম থোক্তব্রা ? মেকবেথপু ট্রেজিডিনি হায়রিবসি মেকবেথ শিবগীরা নৎত্রগা ডনকন, বেঙ্কব্রা অমদি অতৈশিং অদূগীরা ? অসিনচিংবা।

চুম্মী, মেকবেথ পাপ অমদগী পাপ অমদা, মরাল অমদগী মরাল অমদা পোত্থাবা লৈতনা চঙশিল্লকই। মসিমক সব-প্লোট লৈতবা মেকবেথকী খোঙচৎনি। অদুবু পূম্নমক মহাক্না তৌগে হায়না তৌখিবদি অমত্তা নত্তে। চুম্মী মহাক আশা চাউই। মদূমক্না মহাকসু মীওইবনি হায়বা তাকপনি। খন্তবা য়াই ঃ হেল্লোয় অহুমদু থেংনরমদ্রবা অমসুং মরিশুবা হেল্লোয় কৌনরিবা লেডী মেকবেথনা কন্না তকশিল্লমদ্রগদি মেকবেথতি ঐখোয়না থেংনরিবা মেকবেথসি ওইরম্লোই। অদূগা ট্রেজিডি অসিসু ওইরম্লোই।

মহাকপু লান্না খোঙ থাংজিন্নবা হোৎনখিবা মীকূপ্তুদা ঐখোয়গী থম্মোয়দা মীনুংশি অমদি অকিবা ফাওবা হৌরকই। প্রজানা মহাকপু কি। মহাক্না প্রজাবুসু কয়াদা কিজখিবা ! মহাক্না থবক্তু কয়াদা চিংনখিবা ! হেমলেথকুম্না মহাকসু ভুটশিং

অদৃগী ৱাহৈ থবক ওইনা হেক্তা ওস্থোকখিবা নত্তে। মহাক খঙই ঃ মশামক্লা নিংথৌ হাৎকদৌরি। ডনকনদি অসুক্কি মতীক মরাল লৈতে মদৃদি মহাক্কী আত্মানা মফি শেৎত্রিবা পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংগুম্না কপ্লকনি। চিংনবগী অরুমনা নারবা মহাক্কী পুক্সি ওইরকই। মহাক্লা কিখি ঃ *Present fears/Are less than horrible imaginings* (I.iii.) অমুকসু খঞ্জানরকই ঃ *This supernatural soliciting/Cannot be ill : Cannot be good* (I.iii.) য়াম্নমক চিংনরকই ঃ *If it were done, when 't is done then 't were well/It were done quickly* (I.vii.) মহাক্কী নুপীদা তত্তনা হায়জখি ঃ মীনা তৌবা ঙম্বদুদি ঐসু ঙমগনি। মীনা তৌবা ঙমদবদুদি ঐসু ঙমলোইনে। ঐসু ঙম্ফম থোক্তেনে।

ৱাখলগী মূর্তি কয়া কয়া চোংথোরকখি। মহাক্তননি উখিবা অহাঙবদা থাঙশাঙ। মহাক্তননি তাখিবা থোঙ থীল্লকপগী মখোল। মহাক্কি উখিবা মোংফমদগী আত্মানা হৌগৎতুনা চৎপা। মরাল লৈত্রবা বেক্কৱাগী আত্মাগী ভুত! মহাক্কী কোকথক্তনি চয়েৎনবগী অমম্বা মঙালনা মরোল নাইনা কূপখিবা।

ডনকন হাৎলে। মেকবেথ সিংহাসন ফল্লে। অদৃবু খল্লম্বগা ওইরকপগা তায়ওন্নরে। প্রজা ঙম্না চেন্নখ্রে। মী তাদ্রবা স্কোটলেণ্ডগী সিংহাসন মহয় লৈত্রে। মশামক্কী লম্বী খূজিনহল্লে। মায়াগী মায়া ঙাক্তনা মায়কৈ খূদিং থৎখ্রে। মশামক ইংথম উলেন ফংলবা মরূ ফুক্লবা উপাল অমগুম উরক্লে। মহাক্কী পুক্সিদি আশা তৌবা অমদি আশাদু ফংনবা থবক ওইনা পাঙথোকপা মতমদা প্রলয় থেংনবা অসিখক্তা ওইররে।

*মেকবেথ* মীওইবগী ড্রামানি। লেডী মেকবেথনা হায়খিবগুম মেকবেথকী শক্তমদি অঙকপা পোৎশক কয়াগা পাবা য়াবা লাইরিক্লম্বনি। ড্রামা অসিগী অয়াম্বা শরুক্তি মেকবেথকী অনীংবা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা থেংনবা আত্মাগী অৱাবা অমদি থবক অদূ পাঙথোক্লবা মতমদা থেংনরকপা নুংগী ওইবা নোংলৈ নুংশিৎতুনি। মহাক্কী অৱাবা মীওইবগীনি। লাঞ্জদ্রবী ডেসডেমোনাবু হাৎখিবদা ইয়াগোনা লান্না লমজীংবীগ্রবা ওথেল্লোগীদমক ঐখোয়গী থম্মোয়দা মীনুংশি পোকপা আত্মা লৈবগুম, মেকবেথকীসু দাবী অসি চপ চানা লৈফম থোকই। মেকবেথ চপ চাবা ট্রেজিক হেরো অমনি।

অতোপ্পা ৱাফম অমনা লেডী মেকবেথত্তি কমদৌই ? কনাগুম্বা ক্রিটিক খরনা মহাকপু মরিশুবা হেল্লোয়নি হায়না লৌই। পোয়েটিক্সতসু অসুম্না হায়রি ঃ

ট্রেজিডি অমদা মপূং ওইরিবা নুপীগী পাত্রদা নুপাগী শক্তি হাপচিল্লোইদবনি। অদূবু হায়ফেৎ য়েংবদা লেডী মেকবেথতী নুপাদগী হেন্না ময়ায় কাবী ওইনা উই। মহাক্না মেকবেথকী আত্মাবু ময়ায় কাহনখি। ডনকন হাৎলুনবা হন্না হন্না ইনশীনখি। মপুরোইবনা চিংনবা, খঞ্জানবা কয়াদু উবদা লান্মী অমা ওইরগা অদুক পাঙদবা হায়না চৈখি। তকশিল্লকই। তৃষ্ফম চাফম খঙদনা মদূতগী খল্লকই। মেকবেথনা থবক্তু তোক্লসি হায়রকপদা মহাক্না মেকবেথপু মীওইবগী থম্মোয় পানমন্দুনা অফবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমলরোই হায়না চৈখি। করিগুম্বা মহাক্না তৌগে ব্রাশকখ্রবদি মঙোন্দা খোম থক্লিবা পীক্লিবা অঙাং ফাওবা হাইহত্তুনা হাৎপা ঙমগনি হায়না মথৌ শঙলকই। লেডী মেকবেথ মশামক্না থাঙশাঙ পায়খৎলি। ডনকন হাৎকে চঙলুই অদূবু চপ লেপখ্রে। নিংথৌনা তূমদুনা লৈরম্বদু মশামক্কী মপাবুংনা তুম্লম্বগা চপ মান্ননা উরে। খূৎ থাবা ঙমদ্রে। চোংথোরকই মহাক্কী নুপী অমা ওইবীগী গুণ পূম্নমক। কয়াদা হৈ-শিংনা য়েকখ্রবা লেডী মেকবেথকী শক্তম।

অদূগা অমুকশু মহাক্না মপুরোইববু নিংথৌ হাৎননবা কন্না ইনশীনখিবদি ডনকনবু তাথি য়েংথিরুবগী নত্তে ঃ মপুরোইবনা নিংথৌ ওইহন্নীংলুবগী ব্রানি। মপুরোইবনা অফবা অব্রাংবা থাক্তা য়ৌরকপা নুপী ওইবীশিংগী পুন্সিগী মঙলান্নি। মদূ মঙফাওনবদা কয়াদা নুংঙাইজবা। লেডী মেকবেথকী লমচৎনা ময়েক লাববা খূদম ওইরি। মেকবেথপু নিংথৌ ওইহন্নীংলুবা মশামক মহারাণী ওইনীংলুবগী ব্রা নত্তে । মপুরোইবগী নুংঙাই-য়াইফবনা মহাক্কী ধর্ম ওইজরুবগী ব্রাফম্নি। অসুম্না লেডী মেকবেথকী মপুরোইবা নীংবগী শক্তি অসিমক্না ড্রামা অসি নুংশিবগী ট্রেজিডি অমনি হায়নসু লৌনৈ। মরম অসিনা ওন্ন-তৈনবদা চুমজরবা, মখোয়গী অফবনা মীওইবগী মাঙনবা ওইরবা, শকথীবী হনুবীগী শক্লোন পুরবী, মপা-মপু খঙদ্রবী, নুপা-নুপী নাইদ্রবী, মচা-মশু পোক্ত্রবী, হৌরকফম-লোইশিনফম খঙদ্রবী, মীওইবগী মীনুংশি, মীওইবগী মরী লৈত্রবী হেল্লোয় অহুম অদূগা লেডী মেকবেথকা মান্নজৈ হায়বসি অরানবা ব্রাপুথোক অমনি।

স্লীপ-ব্রোকিং সিন অসি চাউরবা পোয়টিক-জষ্টিস অমনি। অমম্বদা পাঙথোকখ্রবা লৌতুনবা থবক কয়াদু অফোঙবা তাইবঙদা উৎলকই। মঙনা তাইবঙ ওইরকই। মেকবেথকী মঙ তাইবঙদা লাউথোরকই ঃ

Here's the smell of blood still ; all the perfumes of Arabia will not sweeten this little hand./Oh oh, oh ! (V.i.) মসিমক্তি ডাক্তরনা

হায়রকপগুম্না শেংলবনি ঃ

> Foul whisperings are abroad / Unnatural deeds/Do breed unnatural troubles : infected minds. (V.i.)

অফবা অমসুং ফত্তবা, শেমগৎপা থুগায়বা, পাপ পুণ্য, নোরোক-স্বর্গ পূম্নমক্কী মথক্তা মায়থোঙনা অচুম্বা উৎলক্তবা; অচুম্বা মানবা অরানবা, অরানবা মানবা অচুম্বা (reversal of moral values) পূম্নমকসিগী মীওইবগী নুংগী ওইবা চাউরবা ড্রামা অসিমক মেকবেথকুম্না য়াম্না চয়েৎনৈ। *মেকবেথ* সেক্সপিয়ারগী খ্বাইদগী তেনবা, খ্বাইদগী মন্বা, খ্বাইদগী ঈথেং তাবা অমদি খ্বাইদগী লাকঙম-ফাঙমদনা শাফু পীরিবা ট্রেজিডিনি। অমর কবি সেক্সপিয়ারনা উখিবা পুন্সি আত্মাগী কবিতাদি মেকবেথকী অরোয়বা, প্রলয় নকশিল্লক্লবা পরেং খরসিদা অদুম্মক হিংদুনা লৈহৌই ঃ

> To-morrow, and to-morrow, and to-morrow / Creeps in this petty pace day to day / To the last syllable of recorded time / And all our yesterdays have lighted fools/The way to dusty death /Out, out, brief candle /Life's but a walking shadow ; a poor player / That struts and frets his hour upon the stage /And then is heard no more, it is a tale / Told by an idiot, full of sound and fury/ Signifying nothing. (V.v.)

মসিনি মেকবেথ। মহাক্কী হায়নীংঙাই লৈতনা ৱাখিবা থৱায় অমদি প্রলয় ফংখ্রবা পুন্সিদগী তাইবঙপালগী মীওইবনা তমজবা য়াবা তমজহৌনবা সেক্সপিয়ারনা শাগৎলম্বা সাহিত্যগী চরিত্র অমা।

---


মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ৱারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২ *The Complete Works of William Shakespeare,* Spring Books, 1971, London.

# সেক্সপিয়ারগী বিপ্লবী ব্রুটস

Cowards die many times before their deaths ;
The valiant never taste of death but once.
... death a necessary end,
Will come when it will come

- *Julius Ceaser,* (II. ii.)

চঙশিন্দুনা অমুক্তং য়েংসি ঃ হেমলেটকী ৱাখলগী ইরোন্নুংদা, মেকবেথকী ঈখেং তারবা থৌওং কয়াগী মেলাদা, ওথেল্লো,কীং লীয়ার নৎত্রগা হাবমিওনগী লাইবক্কী চক্রদা, লোয়ননা রোমিও-জুলিয়েট অমদি এন্টোনি- ক্লিওপত্রগী নুংশি নুংওনগী তাইবঙদা। অমুক হন্দোরকপা ঙম্বগী ৱা লৈতে। চঙশিন্দুনা য়েংবা য়াই মীয়াম্না কন্না পন্নদবা ৱাখলগী উমং মচা অমত্তং ঃ কীং জোন, হেনরি নৎত্রগা বিচার্ডকী নত্তে ; ত্রোইলস ক্রোসিডাগী, টিমোন ওফ এথেন্স, কোরিওলেনস, সিম্বেলিন, টাইটস এন্ড্রোনিকস অমদি লিওন্টসকী অদুমকসু নত্তে। শুপ্নতগী ব্রুটসকী। জুলিয়স সীজর হাৎপা য়াওখিবা, হাৎনবগী লৌতুনবা লাল্লোংদা লমযানখিবা মরূপ অসিগী চরিত্র। মদূদা মীওইবগী ৱাখলনা কয়াদা ফুম্বংনখিবা, চয়েৎনখিবা।

সেক্সপিয়ারগী জুলিয়স সীজরগী শম্লপ্পা ৱারীদিঃ খৃষ্ট মমাঙ চহী ৪৪ গী ফেব্রুয়াবি থাদা জুলিয়স সীজরনা রোমগী মরৈবাকচা পোম্পেগী মচা অনী মায়থিবা পীরবা তুংদা রোমদা হল্লকখি। সধারণ মীয়াম্না মহাকপু ওক্লবা কৈথেলদা, মীয়াম পুনফমদা অমদি লম্বী-লমজাওদা উসব-মেলা কয়া শীনখি। হরাও-তয়াম্বা ফোংদোক্লবা নুমীত্তুমা ছুটি ওইখি। অদুবু সীজরগী মায়োক্তা লৈবা, মহাক্না রোমগী নিংথৌ ওইরক্কনি কিজবা অঙম-অথৌ কয়ানদি লৈবাক্কী ইবাংদুদা অশাওবা পোকখি; মীয়াম্বু ময়ূম-ময়ূমদা তানশিনখি। তুংদা থোক্লক্কদবা কয়াবু হায়দোকপা ঙম্বা মীওই অমনা সীজরদা মার্চ ১৫ অসি মহাক্কী য়াম্না খুদোংথীবা নুমীৎনি, চেকশিল্লু হায়খি। অদূবু অকীবা মশক খঙলক্ত্রবা সীজরনদি ৱাফমদু চোইরোল ওইনা লৌখি। সীজরগী মরূপ মার্ক এন্টোনিনা মীয়ামগী অচৌবা সভা অমদা সীজরগী কোকথক্তা নিংথৌগী লূহূপ অহুম্লক উপখি অদূবু মদূ সীজরনা পাম্না পাম্না য়াখিদে। সীজরগী মরূপশিং, মরুওইনা ব্রুটস অমসুং কেসিয়সনা রোম লৈবাক্তা সীজরগী ওপ্নম শাসন অমা লাক্লগদ্রা মিপাইখি। মদূ থিংনবা মখোয়না

সীজরবু মার্চ ১৫ দা হাৎনবগী পান্দমদা লৌতুনবা হৌখি। নুমীৎ অদূমক্তদা মহাক্কী মরূপশিং অসিনা সীজরবু তমথিনা হাৎখি। মতূং তারকপদা সীজরগী অতৈ মরূপশিং, এন্টোনি, ওক্তোভিয়স অমসুং লেপিডসনা ব্রুটস অমদি কেসিয়সকী মায়োক্তা লান্দাবকখি। মায় পাকপগী আশা উদ্রবদা ব্রুটস অমদি কেসিয়স অনীমক ফিলিপিগী লানবন্দা আত্মাঘাত তৌদুনা শিজখি।

মহাক্কী মরূপ ময়াম্না ওমশিন্দুনা থাওনা থিন্দুনা হাৎখিবা সীজরনি। অদূবু মহাকপু হাত্তবা য়াদে হায়বগী পান্দমদি তোঙান-তোঙাল্লি। খেন্নবা মশক অসিমক মীহাৎপগী লৌতুনবা অসিদা লমজীংলিবা ব্রুটস অমদি কেসিয়সকী মফমদগী ময়েক শেংনা উবা ফংই। কেসিয়সকিদি সীজরবু লন্নাই ওইনা নুংঙাতবনি, কল্লকপনি। মদূগী মরম লৈতবদি নত্তে। অঙাং ওইরিঙৈ হৌমিন-কাম্মিন্নরকখি। টাইবর তুরেলদা নোংমা চোংথদুনা ঈরোয়মিন্নবদা ঈরাক্লদুনা শিরমগদবদগী সীজরবু কেসিয়সনা চিংখৎপীদুনা কনখি। স্পেইন্দসু অরুম হৌরক্লুনা ফানবা ঙমদনা নীকখি। থেংখাঙ কয়াদা কেসিয়সনা লাকচদুনতা লাকখিবা সীজরনা ঈশ্বরগী অবতারগী থাক্তা মীয়াম্না লৈশি লৈথোনখিবা। নিংথৌ ওইখিবা। অদূগা মহাক্লা সীজরগী মখোঙ শোক্লা সেবা তৌবা। ঙক নোনবা। খল্লুবদা তুজুংই ঃ

> ... and this man / Is now become a god, and Cassius is / A wretched creature, and must bend hid body / If Caesar carelessly but nod on him /... Ye gods, it doth amaze me /A man of such a feeble temper should / So get the start of the majestic world / And bear the palm alone / ... Like a Colossus
>
> (I. ii.)

ব্রুটসকীনা তোঙানবা ব্লাখল্লোননি। মহাক্কীদি অনীথোক্লা চিংখাইরবা থম্মোয়নি। তায়ওন্নবা লম্বী অনীনা মহাক্কী ব্লাখলবু তত্তনা ওৎলি। মহাক্কী মাঙদা তাদুনা লৈরিবা সমস্যাদি জুলিয়স সীজরনি। সীজর মহাক্কী মরূপ্নি। লন্নাই থাক্তদি মরূপ অমা ওইনা অশোয়বা নৎত্রগা অশোনবা অমত্তা লৈনদ্রি। অদূবু মহাক্লা নিংথৌ ওইবদি য়ানীংদে। রোম লৈবাক্তা শুপ্নম-শাসন লৈহন্নীংদে। মীওৎ-মীনৈগী শাসন মখাদা রোমগী প্রজাশিংনা উপায় লৈতনা খাঙবগী তাক্কক্তু য়ৌরকহনবা পামদে। অমনা রোমনি ; অমনা সীজরনি। অমনা মরূপ্নি ; অমনা লৈবাক মীয়াম্নি। মরূপ কল্লগা লৈবাক মাঙহনবনা ফরিব্রা? লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবা মরূপ মাঙহনখিবনা ফরিব্রা ? মরূপ অমা ওইনা মহাক্লা ঙাক-শেনফম থোকপা

থৌদাং অদূগা অমরোমদা নাগবিক অমা ওইনা প্রজা মীয়ামগী তৌফম থোকপা সেবা। সীজরগী অফবা মতীক-মগুণ কয়াসু নীংশিংলি। অদূবু ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা লৈবাকমচা তানা, শান্তি লৈনা হিংফম থোকপা পুন্সিগী তঙায়ফদবদূসু চপ চানা খঙই। অমরোমদনা, লৈবাক্কী সেবা হায়বসিদা লৌতূনবা, মী হাৎপা, তস্বা ঙমদবা কয়া মায়োক্লবগী তায়ওন্নবদূসু  উবা ফংই। অসিগুম্বা মতমদা চিংনবকপা, খঞ্জানরকপা, হেন্না হেন্না খন্থরুবা, অকিবা ফাওরকপা, তূম্ফম চাফম খঙলক্তবা পূম্নমক মথং মথং লাকই। অফবা মীশক অমা ওইরিবা ব্রুটস তমথিরবা থবক অমা পাঙথোক্লমদাই মতমদা ফূম্বঙনরকপা মীওইবগী হৌনশানি ঃ

> Since Cassius first did whet me / against Caesar / I have not slept / Between the acting of a dreadful thing / And the first motion, all the interim is Like a phantasma or a hideous dream.
>
> (II.i.)

ব্রুটস তূম্বা ঙমদ্রে। খনবা হৌরুরবা ব্রাখল অদূনা মহাকপু ঙাইহাক্তসু পোথাহনবা ঙমদ্রে। লৌখ্রবা ফিরেপ অদূনা তত্তনা ওৎলরি। লোইবা নাইদনা খল্লি। ওন্থোক্লা থাক হন্থখ্রবা অমবু মীয়াম চঙদুনা কৈরাক থাদুনা কাখৎহনখ্রগা তুং হন্দুনা য়েংথরকপদদি লৈচিল ওইনা উরনি। মীশিংসি ওন্থোক্লা হন্থনা য়েংবীরক্কনি। কাখৎপা হৌখিবা অনেম্বা খোঙথাঙদু কাউথোকখ্রগনি। অদূনদি পোকখ্রগদি মহূ কনগদবা লীন্দুসি মরূম ওইরিঙৈ মেৎখায়হৌবনা ফৈ। খল্লিঙৈ লাক্লি লৌতুনবা কাঙবুদূ। শোয়দনা লেপ্লখিবা পূংফমদুদা। ব্রা তান্নবি। থবক্তু পাঙথোক্লবা তুংদা থোক্লকপা য়াবা থৌওং কয়াসু খন্নরি। ব্রাফম খরসু পুখৎলক্লি ঃ সীজর নত্তনা অতৈদি শোক্তবা তাব্রা ? অরুবা ব্রাফম্নি। কেসিয়সকী মত মতুংইন্নদি সীজরনা শিরবা তুংদা এন্টোনি মখা তানা হিংহনবা পামদে। মহাক হিংহৌবা হায়বসি য়াম্লমক খুদোং থীনীংঙাইগী মশক্লি। খুদোংথীবা পূম্বা ঙাকথোক্লবা সীজর অমদি এন্টোনি অনীমক নোংমতদা হাৎপা পাম্মী। অদূবু মীওইবগী থৌজাল, মীনুংশি অমদি খন্থবা ঙল্লবা ব্রুটসনা মদূ য়াখিদে। মখোয়না পাঙথোক্কদবা থৌওংদু য়াম্লমক ঈখেং তামল্লগনি। মকোক ককথৎলবা তুংদা মশা অমুক শান্দৎপগুম উরগনি। নিন্দা তৌনা হাৎলবা তুংদা অমুক হন্না কল্লকউবগী থোইদোক্রে হায়না মরূপশিংদা থেমজিল্লি। মহাক্লা হায়রি ঃ

> Let us be sacrifices, but not butchers / ... We all stand up against the spirit of Caesar / ... But alas / Caesar must bleed

for it / And gentle friends / Let's kill him boldly, but not wrathfully /Let's carve him as a dish fit for the gods / Not hew him as a carcas fit for haunds / ... This shall make / Our purpose necessary / and not envious /...We shall be called purgers, not murderers. (II. i.)

তমথীবা থৌদাং অমা পাওলমদাইদা মীওইবগী থম্মোয় পানমনবা থোইদোক্লা খুদোংথীনীংঙাইগী মশক্নি। কেসিয়সনদি হন্না হন্না হায়জেঃ ঐখোয়সু মখোয়সু সীজরগী মরূপ ঙাক্তনি অদূবু মরূ প ওইবগী মতৌদি খে ন্নে। এন্টোনিনা সীজরবু নুংশিজবসিদি অঙকপনি। ব্রুটসসু মদূ খঙই। অদুম ওইনমক মীওইববু নুংশিজবা থম্মোয় অদূনা অতোপ্পগী নুংশিনবা মরী অদূবুদি ইকায় খুম্নবা পাম্মী। মহাক্তি অদুক হাক্লা ঈ থৌরাংবা মীশক নত্তে। অহীংবা থৱায় অমদি পুক্নিংগী মমল খঙবা মীশক্নি। মীহাৎপশিংগী থম্মোয়বু মীহাৎপা মহাক্লা জয় তৌরে। এন্টোনি হাৎতবা য়ানবে। সীজব লৈত্রবদা এন্টোনিনা কৈদৌজবা ঙমদগে ? মহাক্তি সীজরগী পাম্বোম্নি। সীজরগী মকোক কক্লবদা পাম্বোম্না অমূক করি মখা তাবক্কনি ? নুংশিবগী ৱাফম ওইরগনা সীজরনা শিখ্রবদা মদূনা লাইমন ওইদুনা মহাকসু মবন্নাই অদুম শিজখ্রগনি । মসিনা মহাক্কী ৱায়েন্নি।

অহীংগী মতম্নি। নোং ঙাল্লগদি সীজর হাৎকদৌরি। চিংনবা খরদি লৈরি ঃ সীজরবু কোনুং কারক্কদ্রা ? লৈবাক মীয়াম্না অকি-তুজুংবা ফাওনবা মতম্নি। মহৌশা হৱা-নুংশিৎকী ফীবমদা অহোংবা কয়া উখ্রে। নোংলৈ নুংশিৎনা লাউ-খোংনা উপাল কয়াবু চিল্লোক্লহল্লি। সমুদ্রগী ঈথক-ঈপোম্না চাউনা জুৱার কাবল্লি। লৈচিল মপৈ মপৈনা অকিবা ধমকা তৌরল্লি। নুংশিৎতা মৈরা পাইরল্লি । মৈরা কুন্না মখূৎ চাকথেল্লফাও মৈশা ফাওদ্রবা মীনায় অমনা মথন্তা তূমিন্না চৎখি। কোনুং তাবা লম্বীদা চরাম্নরবা নোংশানা মীওইবদগী নাথৈনা চৎলি। অকিবা শক্লোন পুরবী নুপীশিংনা মৈ চাক্লবা নুপা কয়া হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা উরি। অহীংগী মকুনা লাক্লা লাক্লা খোংলি। অতিয়ানা ঙক্লা ঙাইঙমদবা ফাওরি। অশুক তম্বা ঙমদ্রবা, অকিবা শক্লোন পুরবা মওং পূম্বা জুলিয়স সীজরগী শক্তম্নি হায়না লৌতুনবশিংনা লৌরি। ইচম চমজবা মীয়াম্নদি হায়নরি ঃ মীচম শিবগীদি অতিয়াগী অহোংবা লৈরোই ; মসিদি অচৌ-অশাং শিরমদাইগী দৃশ্যনি ঃ

When beggars die, there is no comets seen,
The heavens themselves blaze forth the death of princes (II.ii.)

কোনুংদা মাইবা মাইবী কয়ানা সীজরগী দষা লাংফম য়েংলি। শা লেনখায়দুনা বলি কৎপদা শাদুগী থম্মোয় য়াওরমদবা থেংনখি। চেকশিল্লু, মপান থোক্কনু হায়রি। চিংন-খঞ্জানবদগী সীজর কোনুং কারক্তবা য়ারি। অদূবু চীরোল হৈরবা ডেসিয়স চোংথোরকই। মাগী চীরোলনা সীজরবু কোনুং তম্না পুরকপগী দায়ত্ব লৌগে হায়রি। থৌরাং পূম্বা লোইরে। মীকূপ অদু ঙাইগদবতা মঙায়রে।

মার্চ ১৫ গী য়েনখোং তাখ্রে। সীজবগী ভাগ্য-বীধাতাগী থৌদোক অদুগী মাঙওইননা খ্বায়দগী নুংশিবা থৌদোক অনীখক থোকখি। অমনা ব্রুটসকী লোয়নবী পোরসিয়ানা মপুরোইবগী হোংলক্লিবা ৱাখলদু করিনো হংলকপা। অতোপ্পা অমনা সীজরগী লোয়নবী কলপরনিয়ানা মপুরোইবদা মঙ নুংঙাইতে য়ূমদগী হেন্দোকপীগনু হায়জরকপা। অনীমক মপুরোইবা নীংবীনি। অদূবু নুপা অনীদুনদি নুপীশিং অদূগী থম্মোয়গী ৱাকৎ তাবীখিদে। পোরসিয়ানা ব্রুটসকী হোংলক্লিবা মওং-মতৌদা তশেংনা চিংনবা ফাওবকখি। নুমিদাংগী চাক চারিঙৈ, নৎত্রগা ফমূংদগী ফূক হৌগৎলকই। মায়কৈ খঙদনা খূৎ তুংবুন্নবা মথন্ত মূরুম-মূরুম শোন্দুনা চৎলি। মরম হংলুবসু তূমিন্না চাগদবগুম য়েংলকখি। মখা তানা হংলুবসু মকোক হোৎতুনা লৈখি। খোঙথাঙ খূদিং ৱানা থাংখি। পাউখুম পীবকখিদে। মঙোন্দা ৱাহং হংলক্কনু, মঙোন্দগী থাপ্পা লৈয়ু হায়বগী ঈঙ্গিত্তমক পীবকখি। অদূবু পুন্সিগী লোয়নবী অমা ওইনা মহাক্কী অৱা-নুংঙাইদা শরুক যাহনবীবা ঙম্লরোইদ্রা ? খঙনীংবগী লাঙতক্লবা কোকহনবিদ্রবী নুপীদুনা মপুরোইবগী মখোঙ শোক্লা হংলি ঃ মতম চাদনা, অমম্বদা ফাওবা মায়থোঙ লোৎনা লাক্লিবা মীশকশিংদু কনা কনানো ? পাউখুম পীবা ঙমখিদে। ঙমফমসু থোক্তে। অচুম্বদু অরোনবা ওইহনবা তাখি।

পূংফম অসিমক্তদনি সীজরগী লোয়নবী কলপরনিয়ানা মমঙদা অহুম্লক লাউরকখিবা ঃ *কনবিয়ু, কনবিয়ু ! মখোয়না সীজরবু হাৎলে, হাৎলে !* মীকপ থোক্লকপদা মঙলান্দু তমজরে। সীজরগী মূর্তিদগী অশেঙবা ঈগী ঈফুৎ চামা চামাদগী খৌগঙনরবা রোমগী মীয়াম্না অরাম খৌরাংবা কোক্লখি। মখোঙ পায়দুনা হায়জরে ঃ ঙসিখক্তংদি সেনীট কাবীখিনু। অদূবু পূম্নমক অরেম্বনি। চীরোল হৈবা ডেসিয়স য়ৌশিল্লক্লে । ৱারম পূম্বা তারবদা নোকথোরক্লে ঃ *কলপরনিয়াগী নুংঙাইবা মঙলান অমা মঙদ্রিফাওবা সেনীট য়ৈথোকপা তারবা !* ইকায়রবা সীজরদু সেনীট কানবা ফীজোল হোংখ্রে। মাবু হাৎনবা ফিরেপ লৌখ্রবা মরূপ-

মপাংশিং অদূনা ঙাক-শেন্দুনা পুখ্রে জুলিয়স সীজর। কাসকানা অহানবা ওইনা, অদূগা ব্রুটসনা অরোয়বাওইনা থাঙনা থিল্লে। চৈনাশিং অদূগী মনূংদা খ্বায়দগী তমথীবদি ব্রুটস য়াওরম্বসু উবদা ওইখি। সীজরগী অরোয়বা ৱাহৈনি *Et tu Brute*? নঙমকসু য়াওনা ব্রুট ? নুংশিনা কৌরম্বা মীঙ্গৌনি ঃ *ব্রুট*। অদূবু ওইরম্বসু য়ারি খ্বায়দগী তাথীবা মীঙ্গৌ ঃ *তমথিরবা শা !* তশেংনমক ব্রুটসতি মীঙ্গৌ অনীমক মতীক চাবনি। মহাক্তি সীজরগী মরূপসু য়েক্লবসু ওইরম্লে।

সীজরনা ব্রুটসপু শেংনা নুংশিবনি। মীনা তৌবা থবক্তা মুন্না য়েংগনবা, হরাও-কুম্মোদা খোয়জঙদ্রবা, নোংমতসু ঈশৈ ঙংদ্রবা, মোমোন নোকপা হৈত্রবা কেসিয়সপুদি সীজরনা চিংনরকপা কুইরে। অদূবু ব্রুটসপুদি মহাক্লা পুন্সিগী অরোয়বা মীকূপ ফাওবদা থাজখি। মহাকপু তোয়না উবা ফংদ্রবদা কদায়দনো হায়না তত্তনা হংখিবনি। ব্রুটসসু অদূ মঙায়। সীজরগী অৱা-নুংঙাই অনীমক্তা শরুক য়াদুনতা লাকখিবনি। তত্তনা অৱাবা নুংশাম্বর হোনখি ঃ

I knew no personal cause to spurn at him / But for the general (II.i.)

রোমগী মতৃং তারকপা পুন্সিগীদমক মহাক মিপাইখি। রোমগী কনমৱেল্ট ফিদম অমা কাং-খোং চাইদনবগীদমক্তা সীজর হাৎপসি লৈবাক মীয়ামগী মঙ্গলগী মশক্লি খঞ্জখি। সীজর হাৎলবা তুংদা মহাক্লা মীয়ামদা পীখিবা পাউজেল অসিদা ব্রুটসকী অশেংবা শক্তমদু হিংদুনা লৈহৌরি ঃ

If there be any in this assemble, any dear friend of Ceasar's, to him I say, that Brutus' love to Caesar was no less than his. If then, that friend demand why Brutus rose against Caeasr, this is my answer : Not that I loved Caesar less, but that I loved Rome more. Had you rather Caesar were living, and die all slaves, than that Caesar were dead, to live all free men ? As Caesar loved me, I weep for him ; as he was fortunate, I rejoice at it ; as he was valiant, I honour him ; but, as he was ambitious, I slew him ; there is tears for his love ; joy for his fortune ; honour for his valour ; and death for his ambition. Who is here so base that would be a bondman ? ... Who is here so rude that would not be a Roman ? ... Who is here so vile that will not love his country ? ... I pause for a reply. (III.ii.)

মীয়াম্না হুপ্না খুম্নরকখি ঃ *None, Brutus, none.* ব্রুটসকী পুন্সিদি পাউখুম অসিনা মহয় য়াল্লবনি। অদূবু রোমগী প্রজাদি অদুক হাক্লা খন্থবা ঙমখিদে। মহাক্লা কনবিখিবা এন্টেনিগী সেন্টিমেন্ট শাগৎপা ব্রাঙাঙনা শুমদুনা পুখি। মায়োক্লবা তারকই মীরোৎ ওইনা। পাউ তারকই পোরসিয়া লৈখিদবগী। কেসিয়স শিজখিবগী। উরকই সীজরগী ভুত! মশাগী ব্রাহৈদু অচুম্বা ওইরকই। মহাক্লা সীজর হাৎপা নুমীত্তা রোমগী প্রজাশিংদা নুংশিনা হায়খিবনি ঃ *I have done no more to Caesar than you shall do to Brutus.* অদূমক্লা হায়খিবনি আত্মাধাত তৌদুনা শিজবা মীকুপ্তা ঃ *সীজর, ঐনা নঙবু হাৎখিবদো, ইশানা ইশাবু হাৎচবা অসিগুম য়ানীংদ-য়ানীংদনা হাৎখিবনি।* মসিনি ব্রুটস। মশাগী প্রলয় খঙনা উনা মরৈবাক্কীদমক অঙম্বা থাক্তা কৎথোকখি - মরূপ, তাইবঙপালগী হরাও-তয়াম্বা, নুপী অমদি মশাগী পুন্সি। মহাক্কী থম্মোয়গী মগুণদি তাইবঙপালনা তপ্না খঙলকখি। কাইনথংদা খঙলকখি মহাক্কী য়েক্লবা এন্টেনি ফাওবনা ঃ

This was the noblest Roman of them all / All the conspirators save only he / Did that they did in envy of great Caesar / He only, in a general honest thought / And common good to all, made one of them / His life was gentle, and the elements / So mixed in that nature might stand up / And say to all the world *This was a man.* (V.v.)

সংসার পূম্বনা ঙক নোল্লি ঃ মরৈবাক মজাতিবু থম্মোয় শেংনা নুংশিখিবা, নুংশিবা অদুবু থবক ওন্থোক্লবা হোৎনখিবা অদূবু মায়থিখিবা, লৈখা তাখিবা ; সেক্সপিয়ারগী কলম্না চেকশিন্না য়েক্লম্লবা বিপ্লবী ব্রুটস।

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ব্রারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২ *The Complete Works of William Shakespeare,* Spring Books, 1971, London

# মণিপুরী সাহিত্যদা ইংরেজি সাহিত্য

সিমোল পোটরনা হায়খিবা ৱাফম অমখক নীংশিংলকই ঃ *English literature is now worldwide , no sea or ocean can be set to its glorious domain ... irrespective of political and geographical boundaries. (Our Language)* চুম্মী, ঙসিদি ইংবেজি সাহিত্য পৃথিবী শীন-থুংলে অদুবু করম্বা সাহিত্যদি পৃথিবী শীন থুংদবা যাওবগে? ইংরেজি লোন খঙদবা পৃথিবীগী মফম কয়া লৈরী। মফমশিং অদুদা ইংরেজি সাহিত্য চপ চানা য়ৌরব্রা ? পৃথিবীগী মফম কয়াদা লৈবীবা মণিপুরীশিংনা মণিপুরী সাহিত্য পাবা ঙাক্তনি। মণিপুরী সাহিত্যদি পৃথিবী শীন থুংদব্রা ? রাসিয়ানদি, স্পেইনীষ্টতি? ফ্রেঞ্চ, জর্ম্মন নৎত্রগা চাইনিজ সাহিত্যশিংদি ? পুম্নমক পৃথিবী শীনব-থুংবা ঙাক্তনি। খূদম ওইনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী *গীতাঞ্জলী* পৃথিবী শীন্থুংনা খঙই। মুল্ক রাজ আনন্দ অমদি আর কে নরায়ণগী উপন্যাস পুম্নমক ইংরেজিদা হন্দোক্তুনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা পানৈ। *রামায়ণ, মহাভারত*পু পৃথিবীদা লম্বা তৌবা য়াবা ইপিক থোরকলবরা ? মণিপুরীদা হন্দোকত্রিবা *পেরেডাইজ লোষ্ট* তুবু মণিপুর শীনবা থুংলে হায়বা য়াবরা ? থোক্লকই অসিগুম্বা ৱাহং কয়া মথং মথং।

মসিদগী ঐখোয়না খন্থবা ঙম্বদি প্রোফেসর পোটরনা সাহিত্যগী মতাঙদা পৃথিবী শীনব থুংবগী ৱাফম পল্লিবসি থোইদোক্লা দরকার লৈবা ৱাফম ওইদে হায়বসিনি ; ইংরেজি লোনগী মতাঙদা ওইনা চান্নবা হেল্লি। ইংরেজি লোন্না পৃথিবীগী অতৈ লোনশিংদগী হেন্না পাক শন্না খঙই হায়বদা করিসু চিংনবা লৈতে অদুবু লোন অসিনা পৃথিবীগী খ্বায়দগী ফজবা লোন্নি হায়বদি লাপ্লি। লোন অসিনা মণিপুরীদগী হেন্না ফোঙদোকপা ঙম্বা, হেন্না মরন চেনবা, হেন্না মতীক-মগুণ লৈবগী ৱাফম লৈতে। লোন হায়বসি মীওইবগী পুক্নীংগী ফীবম, অনীংবা ৱাখল, অপাম-পামদা ফোঙদোক্লবা উপায় অমনি। হায়রিবা উপায় অসিবু পাঙথোকপা ঙম্লিবা লোন অদু মপুং ফানা মতীক চারবনি। লোন অমনা অতোপ্পা লোন অমদগী হেন্না লায়রবা নৎত্রগা হেন্না ইনাক খুনবগী ৱাফম লৈতে। পৃথিবীগী শরুক খরা হেন্না খঙনবা-খঙনদবগী ৱাফমসিদি ইতিহাসনা পুরকখিবা লাইবক্কী ৱানি।

হৌজিক ঈথিল হায়বা ৱাফম অমা লাক্লিবসি করিনো ? সাহিত্যদা ঈথিলগী ৱাফমসি তোয়না থেংনৈ। অইবা অমনা অতোপ্পা অইবা অমদা নৎত্রগা লোন

অমগী সাহিত্যনা অতোপ্পা লোন অমগী সাহিত্যদা পীবা ঈথিল। ঈথিল পীবা হায়বসি নত্তবা ৱাহৈ খরসু লৈরী ঃ মমি তাবা, মতৌ তম্বা, পূরুবা নৎত্রগা শিন্দোকপা। ঈথিল (ইন্সপিরেসন) ফজবা ৱাহৈনি। মতৌ তম্বা (ইমিটেসন) তাবা নুংঙাইফাত্রে। মমি তাবা (ইনফ্লেুয়েন্স তৌবা) থোইদোক্লা কায়বা ৱাফম নত্তে অদূবু তূমিন্না শিন্দোকপা (প্লেগাবিজম) দি তৌফম থোক্তবা থৌওংনি। পূন্নমক অসি শুপাচিল্লগা খন্নরীবা হীরম অসিদা ঈথিল হায়বা মীংথোল পীরী। মসিগী মরমদি অনীনি - লৌখৎচরিবা লোন অনীগী সাহিত্যদা লৈনরীবা মরীসি ৱাহৈ অসিগা হেন্না নকশিন্নবা থেংনৈ। অমনা ঈথিল হায়বসি হেন্না ঈং-তপ্পা, নুং-পাল অনীগী অর্থ চেনবা ৱাহৈনি।

মতাঙ অসিদা থৌনা ফনা হায়বা ঙম্বা ৱাফম অমদি ঙসি ফাওবগী মনূংদা পৃথিবীদা শকখঙনরীবা সাহিত্যকার পূন্নমক অতোপ্পগী ঈথিল ফঙখিদবা কনাসু য়াওদে। হোমর, ডান্টে, সেক্সপিয়ার, ইবসেন, কালিদাস, রবীন্দ্রনাথ নৎত্রগা কমল পূন্নমক মওং অমদা নৎত্রগা অমদা অতোপ্পগী ঈথিল ফংখিবা ঙাক্তনি। খূদম ওইনা কমলগী *মাধবী* দা সেক্সপিয়ারগী মমি তাই হায়নরি অদূবু সেক্সপিয়াবগী ফাওববা ড্রামা কুন্থ্রানীপালগী মনূংদা মশানা পুথোকচখিবা ৱাবীদি ইযাও যাওদে। মতৌ অশুম্না দরেন্দ্রজীৎ (১৯০৭-৪৪) কী সোনেট *স্মৃতি* দা সেক্সপিয়াবগী সোনেটশিংগী ঈথিল থেংনৈ হাযনরবসু সেক্সপিয়াবগী সোনেটশিংদি ইটালিয়ান সোনেট ইবা পেট্রাককী ঈথিলদা ইখিবা ঙাক্তনি। ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবদা বঙ্কিমচন্দ্রগী মমি চাউনা তাই। বঙ্কিমচন্দ্রদা অমুক চাউনা ঈথিল পীখিবদি টোড অমসুং স্কোটকী ইতিহাসিক উপন্যাসশিংনি। স্কোটসু পার্সিগী ঈথিল ফংখি লোযননা ফ্রাঞ্চ, ইটালি অমসুং জর্ম্মনগী কবিশিংনা ঈনোৎ পীখি। মসিদি যাম্না মবী লৈনবা ৱাহৈনি। আটিষ্ট অমগী পূক্নীংদা তূংদুনা লৈজবা মশামক্কী লৈনাশিংবু শাৎকায়নহনবগী থৌওংনি। লৈচিল্লক্কী থাজ, তাবমদাইগী স্নকপ্প নৎত্রগা অর্থ খঙদ্রবা ঈশৈগী শুব অমনা ঈথিল পীদবা অইবা অতাঙবনি। ৱার্ডসৱার্থ কবিনা লেক ডিস্ট্রিক্টতা মাগী মব্দপ কোলেরিডজগা শৈবেং ইমিন্নৈ। ৱার্ডসৱার্থনা প্রকৃতিনা নুংশাস্বব হোল্লিবদু উই ; মহৌশা লাইবেম্বী মশামক্লা কলম পাযখিবগুম ইবকই। কোলেরিডজনা নীংবা কাযববা মতমগী চৈথেং কযাদুনা লেপ্তনা ঈথিল পীবম্মী ; ইথোবকই ঃ *ডিজেক্সন ঃ এন ওড।* শিবগী মতম ঙাইদুনা লেল্লিবা কবি কীটসনা খোইনীংগী ঈশৈ তাবকই। মশামক তাইবঙ শীন্থুংনা শিবা নাইদ্রবা খোইনীংগী ঈশৈ শকচনীংখি ; ইথোরকই মহাক্কী ফাওববা *ওড টু এ নাইটিঙ্গেল*। তাইবঙ মীগী অঙাওবা লোঞ্চৎনা সেম্যুয়েল বেকেট (১৯০৬-১৯৮৯) কী *ৱেটিং ফোর গোডো*

ইহনখি। মতৌ অশুম্না ঈথিল হায়বসিদি লাকচবা পোৎনি, লৌরুবা নত্তে। পূন্নীংবু য়াকায়হল্লিবা পোত্তৃ ঈথিলনি। মসি য়াওদনা ইবদি ওইথোক্কন্দবা ৱাফমনি। অদূনা লাকখি শেলীগী স্কাইলার্ক, রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী কদম্বা পাশ্বী, কমলগী চন্দ্রনদী, চাউবগী তাম্না অমদি অঙাংহলগী থম্বাল।

চহী খরসিদা ইংরেজি সাহিত্যনা মণিপুরী সাহিত্যদা চাউনা ইনফ্লুয়েন্স তৌবগী ৱাফম তানরে। ৱারেং ওইনা চেফোঙ কয়াদসু তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদা নৈনবা থেংনরে। অদূবু নৈনরিবশিংসি অদূগা অদাগা মান্নবা থেংনৈ হায়না খূদমগা লোয়ননা পুথোকপখক্তা ওইনা তৌই। চৎহন্নীংবা লশ্বী অমদি ইকন কন্না উৎতবগুম তৌই। খূদম পীবগী মতাঙদু হন্থহল্লগা অকোনবগী ৱাফম অশোমদা অকনবা মীৎয়েং থম্লগা নৈনবা অমগী তঙায়ফদবা লৈরে হায়বসিদি তত্তনা ফাওই। অদূবু হীরমসিদি অরায়বা নত্তে মরমদি পাক-চাউখ্রবা ইংরেজি সাহিত্যনি লোয়ননা লোন অমগী চপচাবা মতীক মগুণ লৈনা চঙশিল্লক্লিবা মণিপুরী সাহিত্যনি।

হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগা হায়রগা শোক ১৮৯৫ দা পোকখিবা খ্বাইরাকপম চাউবা (১৮৯৫-১৯৬০) দগী, চাউরাক্লা কুনশুবা শতাব্দী চঙলকপা লান মমাঙদগী ঙসি ফাওবগী মণিপুরী সাহিত্যগী পোথোকশিং অসিবু খঙনৈ। খোঙহৌ থেঙনা হৌরক্লগসু লান মমাঙগী মণিপুরী সাহিত্যদি মতম অদুগী ধর্মদা য়ূম্ফম ওইবা, সমাজগী চয়েৎনবা কয়া লৈত্রিঙৈগী শক্তম্নি। মরৈবাক নুংশিবা, মতম কুইনা নমথরুরবা লোন অমসুং সাহিত্যবু নৌনা শেমগৎচনীংবা অমদি ঈশ্বর-প্রেম, প্রকৃতি অমসুং মীওইবগী পুন্সি শক্লোন্দা লূপচবগী নীংথিজরবা শৈহেক্লো মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা খোঙহৌনি। মতম অদূদগী হৌনা ইংরেজি সাহিত্যগী ঈথিল ঈং-তপ্লা লাকপা হৌখ্রে। পুল্লপ-শল্লপ হায়রবদা কবি চাউবদা ৱার্ডসৱার্থকী প্রকৃতি কবিতাশিং অমসুং গ্রেগী ইলেজীবু খোয়দাজখি হায়বসি মহাক্কী শৈরেং খরদা উবা ফংলি। কমলগী *মাধবী* অমসুং শৈরেং খরদা সেক্সপিয়ারগী ঈথিল, এডিসন অমদি গোল্ডস্মীথকী নমুনা মান্নবা থেংনৈ। দরেন্দজিৎকী *ভাগ্যচন্দ্র* দা সেক্সপিয়ারগী *মেকবেথ*কী ঈখেঙ অমসুং খোন্থাঙ লোয়ননা শ্রীমীনকেতনগী শৈরেং খরদা মীল্টন অমসুং টেন্নীসনগী পিরাং মরীক মরীক তারি।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা কবিশিংদা তারিবা অতোপ্পগী মমি অসিদি তঙায়ফদবা ঈথিল ঙাক্তনি। ইটালিয়ান অমসুং ফ্রেঞ্চ সাহিত্যনা ইংরেজি সাহিত্যদগী য়াম্না হান্না চাওখৎপনিনা অসিগুম্বা ঈথিলসিদি ইংরেজি সাহিত্যদসু তাখি। চোছর মশামক ইটালিগী অইবা বোকাসিওগী অকনবা প্রভাব চঙই। মসিদা

করিসু অকায়বা লৈতে। চাউবদা মশামক্কী মমি তাই হায়বগুম্বনি। নৎত্রগা হান্না ইখিবা মারলোদা কোন্না ইরকপা সেক্সপিয়ারগী মমি তাই হায়বগা অস্নানি। বিশ্ব তাইবঙপালগী কবিশিংগী পূক্লীং ৱাখলদি মতম পূম্নমক্তা উন্নদুনতা লৈ। ঈশ্বর অমসুং মীওইববু নুংশিবা হায়বা শকউদবা ঈশৈ অমনা মতমগী পঙ্খে পূম্নমক লাম্থোক্তুনা কবিশিংগী থম্মোয়দা লেঙদবা থোং শাখ্রবনি। মরম অসিমক্তনা ঙসিদগী চহীচা কয়াগী মমাঙদা পোকখিবা কবিগা চহীচা কয়াগী তুংদা পোক্লক্কদবা কবিগা উন্নবা হৌনশানি। মান্নবা ৱাখলদা ৱারী শান্নখিগনি। অচী কপদা ফম্মীন্নদুনা মহৌশাগী ফজবা য়েংমিন্নখিগনি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী সাহিত্যগী চেনা খরদং হাংদোকসি ; ঐ-ঐগী পূক্লীং ৱাখলনা ঈমায় পানা চেল্লম্মী চেনা খূদিং। অদূগী অদূ মঙায় নেরুদাগী পরেং খূদিং। হেমিংৱেগী উপন্যাস *ডি ওল্ড ম্যেন এণ্ড ড সী* হাংদোক্তুনা য়েংলুই ; থেংনৈ চাবা ফংখিদ্রবা কুঞ্জমোহন (১৯৩৭) গী *ঈলিশা অমগী মহাও*। অমুক্তা উন্নখিদ্রিবা কোকিল কয়া সমুদ্র ৱাংম ৱাংমদা ঈশৈ শক্লি । খোম্থোক্তি অমত্তনি, মপাউসু অমত্তনি। মান্নরম্বা খূদিং মতৌ তম্নবা নত্তে।

মসিনা পৃথিবীগী সাহিত্য পূম্নমক্তা লৈনগদবা মরী, চঙনগদবা ঈথিলগী ৱাফমনি। অদূবু পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতূংগী মণিপুরী সাহিত্যদি নোংচুপকী মরুওইনা ইংলিসকী মশক কায়রবা মেছীন-সভ্যতাগী মতৌ তম্বগী চৎনবী অমা কন্না চঙশিল্লকখি। ঐখোয়না অকনবা মীৎয়েং অমা থম্নীংলিবসি মতাঙ অসিদনি। ঈথিলদি লাক্লীংবা মতমদগী নৎত্রগা মফমদগী লাকপা য়াই অদূবু ইরিবসি মণিপুবী সমাজগী লৈহাওগা চান্নরব্রা হায়বদু হান্না খন্থফম থোকই। ৱাফম অসি চনীং তানা হেক খন্থহৌদবদা ইখ্রিবা সাহিত্যগী পোখোক অদূ সমাজগা ইচূ চূ শিন্নদবা অমা থোরক্তুনা নৈনবদা তত্তনা লম্মাংনদবা নত্তে।

ঙসিগী মণিপুরী সাহিত্যকারশিংগী মরক্তা নোংচুপলোমগী সভ্যাতাদা মীৎয়েং থম্বসি য়াম্না ময়েক শেংনা উরে। মসিমক্লা ঐখোয়গী সমাজ অসিগী মীহুল পায়রিবা য়ক লাওরবা কবি নৎত্রগা অইবশিংনা মখোয়গী খূৎইদা ইংরেজি সাহিত্যগী পাম্বৈ, অনৌবা মীৎয়েং, অঙকপা ৱাখল-মূর্তি অমদি তপথবা ঙমদ্রবা পুন্সি খোঙজেলগী ঈথিল চঙবদা নত্তনা অকায়বা শক্তমশিংসু পুশিল্লক্লে। অদূ ওইরগদি ঐখোয়গী অইবশিংনা ঐখোয়গী লৈজরীবা নাৎ অমদি থাক পূম্নমক কাম্থোক্লগা ইংরেজি লোনদা পাবা ফংলিবা সাহিত্য পূম্নমকী মমিনা মশা ওম্থোক্লব্রা হায়বসি ৱাহং অমনি। কনাগুম্বা অইবা খরদি ইংলেণ্ডগী অতিয়া মখাদা নুংশাস্বর হোনবগুম উহ। অতোপ্পা অমগী খূৎইদনা মণিপুরীদা ইবা ইংরেজি সাহিত্যগী

মচল ওইনা উবসু য়াওই। ঐখোয়গী সমাজগী পোখোক্তা লোকেল কলর যাওবক্তবদগী ওল্লক্লিবা মণিপুরী সাহিত্যগী যাওলদা মণিপুরীনেজগী মহুত্তা মণিপুরীলেজ, ৱেষ্টনাইজেসন্না মোর্ডনাইজেসন ওইরক্লব্রা নুংশা থীনরে।

মপূংদা মণিপুরী অমদি ইংলিশ সমাজগী খেন্নবা, ঙসিগী সভ্যতাগী থাক অমসুং শক্তমশিংদু মনূং হঞ্জিন্না য়েংশিনবদি তঙায়ফদ্রে। শল্লপ্না পল্লবদা টি এস এলিয়টকী *প্রুফ্রোক* অমদি *ৱেস্ট লেণ্ড* কবিতাশিংদগীনা হার্ডি, ৱুল্ফ, জোইস অমদি লোরেন্সকী উপন্যাসশিংদা উৎলিবা অশোয়বতনা থল্লবা সমাজদা কায়থবক্লিবা মীওইবগী মরী, লম্বী মাঙলবা হামচৎনরবা পুন্সিদা অশেঙবা পুন্সি য়াওবক্তবগী নুংশাস্বর, মদূদগী থোরকপা পান্দম লৈত্রবা ৱাখল, নাইতোম তাবগী চৈথেং, অরীবা মরী মাঙশিল্লকপগী নোসটেলজিয়া অমদি অনৌবা মরীগা চূশিন্নরকপা ঙমদবগী রীএকসন্স, থাজবা মাঙখ্রবা, তন্থরবা অমদি মীপাইনীঙাই ওইরবা সভ্যতা পূম্নমক ঐখোয়গী সমাজদা য়ৌর‌্যক্লিবা শাফুনা অয়াম্বনি। চুম্মী, মণিপুরসু জ্ঞান-বিজ্ঞানগী লমদা পৃথিবীগী হেংংলক্লীবা য়াওল অসিদগী লৈথদুনা লৈহৌবদি য়ারোই। অদূমকপু ঐখোয়গী সভ্যতাগী খোঙচত্তি ঐখোয়গী শক্তম ঙাক্লিবা অমদি উৎলিবা ঐখোয়গী কলা-সংস্কৃতি অমদি পুন্সি মরেলগী ফজরবা লোঞ্চৎ পূম্নমক পুদুনা লেপ্পা লৈতনা মাঙলোমদা চঙশিনগদবনি।

নোংচুপলোমগী সভ্যতাগী কল-কারখানানা ঐখোয়গী পুন্সিবু উফুল তানা তকখায়খিবা লৈত্রি। মৈখু, তেঙ্গালি অমদি অয়াকপা মখোলনা ঐখোয়গী অতিয়াবু কূপখিদ্রি। আশা মাঙবা মীৎয়েং, চনীং-চমাং শম্নদ্রবা নুংশাস্বর, থম্মোয়গা থোপকা শম্নদবা ৱাখল ঐখোযগী নৎত্রি। মসিদি ইংবেজি লোন্না মিংশেল ওইরগা উৎলিবা য়ুবোপ অমদি আমেরিকাগী পুন্সি শক্তমনি। মসিবু ঐখোয়গী ওইনা শীংথাদুনা সাহিত্যগী কলম পায়রগদি ঐখোয়গী সাহিত্যদি ঙসিগা শম্নদনা, মতমগী মাঙওইননা চেনবগুম থোক্কনি।

য়াম্না কন্না হায়নবা ৱাফম অমদিঃ হৌজিক মতমগী অইবশিংসিনা ইরিবসি হৌজিক-হৌজিক্কী মীয়াম্না পানবনি। অদূ ওইরগদি ঐখোযগী সাহিত্যদগী ঐখোয়গী বিডিং পল্লিক্লা আশা তৌরিসি অনৌবা টেক্নিক, অনৌবা ফোর্মস অমদি কণ্টেন্স, অনৌবা খূৎযেক্তা তয়াং-তয়াংদবা ৱাখল মূর্তি, পুক্লীংগী ঈহুল পূম্নমক মযেক শেংনা উবা ফংবদুনি হায়বসিনি। মীৎযেং অশোমদা মতমগী য়ক লাউরবা শৈরেং কয়া শুংনরি। লৈরিবনা চাংয়েংগী থাক্তনি। মখা তানা নৈনখিবা চুম্মী। পোষ্ট মোর্ডন, নেটিভিজম অমদি ফেমিনিজমনি হায়নবা পান্দমদা ঙসিগী কবি কয়ানা

কন্না ইরি। খূৎইদুবু পাম্বা পামদবা মীৎয়েং কন্না ফাওনবা লেপ্ত্রে। অসিগুম্বা হঙ্গৎ-হন্দা চেনবা ঈচেল কয়াসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী লবুকসি লৈহাও চেলহনবনি হায়বসিদি পূম্নমক্কী থাজবনি। অদূবু ঐখোয়গী কবি খবদি তশেংনা পোথাফম খঙদনা নোংচুপ সভ্যতাগী নুংশাম্বর কন্না হোল্লে। মতম কুইনা ইংলিস লিটরেচর নৈনরুবগী পান্দমদি ইংলিস লিটরেচর শকখঙবনি; ঐখোয়গী মণিপুববু ইংলেণ্ড, য়ুরোপ নৎত্রগা আমেরিকা ওইনা উবা নত্তে। মখোয়গা ঐখোয়গা রূট খেন্নে। সেন্সিবিলিটি খেন্নে। পুন্সি, ব্রাখল, সভ্যতাগী থাক অমদি খোঙজেল খেন্নে। মীৎয়েং খেন্নে। অদূনা মশানা তানা মখোয়গী সাহিত্যদা মখোয়গী ব্রাখলগা চান্নজগদবা অনৌবা টেক্নিক, অনৌবা চাংয়েং কয়া পুথোরকখিবনি। অদূগুম্বা চাংয়েংশিং অদূ ঐখোয়গী ঈং-তপ্পা হিংজরিবা সমাজগী সাহিত্যদা পানশিন্দবা য়াদে হায়রগদি শগোল মমাঙদা গাড়ি থম্বা ওইনা থোক্কনি।

মণিপুরী সমাজদি মহৌশানা তপচবা সমাজনি। ইংলিস সমাজদি হৌরকপদগী হৌনা জাতি কয়াগী য়ানশিন্নবা সমাজনি। রূটতি ঐখোয়গীনা হেন্না শেংবা অমসুং ফজবা থাক্তা লৈ। সভ্যতাগী খোঙথাঙদসু ঐখোযগীসিনা হেনবা মরম কয়া লৈরি। ঐখোয়গী অতিয়াদা কল-কাবখানাগী মৈখুনা হিংচা-যাইতমগী শক্তম লৌরদ্রি। শেংলবা অতিয়াদা ঈংলবা থাবল; অমেঙবা হব্রা-নুংশিৎকী ফীব মদা শাৎলিবা ঋতু তরুক্কী লৈরাং ঃ সনাবৈ-কুন্দোবৈ, থবো-থম্বাল। ঐখোয়গী অতপ্পা তুরেলশিংগী ঈচেল। লিরি হুম্বা মালঙনা থোকহল্লিবা ফৌনা ঈপোমগী হাই-হুম্বা। মরকসিদা ঐখোয়গী পূক্নীং হুরবা ঈশৈ; পেনাগী শৈশক্তা অতপ্পা জগোই খূথেক। মসিখক্তা নত্তে লৈরী ঐখোয়গী লাইনীং লম্বী, হিংমিন্নবগী পথাপ অমদি লীচিং। ঐখোয়গী লৈশেল্লোন, য়ূম্বালোন, য়ূমশাবোন, তুথৈরোন। মসিগী য়ূম্ফমদা ঈশৈ শকপা য়াদবা, লীরিকেল ডেল্যুজ য়াওদবা শৈরেংখক্তা চাংয়েংদুনা লৈবা? ঐখোয়গী মহৌশাগী য়ূমশাদি ঙসিসু পরেং লেপ্লী।

মপানলোমগী শাফূ কয়ানা ঐখোয়গী সাহিত্যগী মায়কৈ হোংহনবদি পূক্নীং থৌগৎফম থোক্তে। আমেরিকান নোভেলিষ্ট স্টেনব্যেকনা য়ূন্নৈতবা, নাইতোম তারবা আমেরিকান কয়াবু উচিগী থাক্তা হন্থহনখ্রগা মদূবু মণিপুরী সমাজদা নৎত্রগা সাহিত্যদা পানশিনবদা চান্নগদ্রা? চান্নরোই। ওম্থোক্না জুগোৎ চাদনা ইবগুম থোক্কনি মরমদি সাহিত্য হায়বসি সমাজদগী নাইতোম তাদুনা লৈবা য়াবা পোৎশক ওইখিদবা কুইরে। মসিদগী ঐখোয়না খন্থগদবদি মণিপুরী কনানসু *হোলোম্যেন* ওইদ্রি; মণিপুর *ব্রেস্ট লেণ্ড* নত্তে। অদূবু ! অনৌবা ঈশৈ তাবা য়াশিল্লক্রে । ঐখোয়গী জগোয়গী খূথেক কায়রে। ফিজেৎ-চাকচাদা জীনস অমদি ড্রগ, মোরফিনগী কলচর কন্না হাইজিল্লক্লে। সাহিত্যদসু মপানগী ড্রেস অমদি

ফেসন্না ঐখোয়গী উনশা ওইরক্কদ্রা মীপাইবা পোক্লে। মসিদি চেকশিনবানি।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা খ্বাইরাকপম চাউবদগী শ্রীবীরেন ফাওবগী খুৎইগী মরক্তা থোক্লিবসি ইংরেজি সাহিত্যদা য়েংলুরগদি তরানীপালশুবা শকাব্দীগী থোমাস গ্রেদগী কুনশুবা শকাব্দীগী টি এস এলিয়টতা খংকান কানবগুম্বনি। মণিপুরী সমাজদদি অশুম্না কান্থোকখিবা লৈতে। অদূনা ঐখোয়, ঐখোয়গী মতমগা চান্নবা শৈরেং পানীংই। ঐখোয়গী ঈশৈগা চান্নবা ঐখোযগী জগোয় খুৎথেক তাল কায়হন্নীংদে। ব্রেষ্টন ম্যুজিক শকপগী মহুৎতা ঐখোয তাখীসি। মখোয়সু ঐখোয়গী জগোয় অঙকপা ফংনা যেংখিসনু। অঙকপা ঈথিল ফঙজখিসনু। ঈথিল হায়বদি মসিগী ৱানি; মতৌ তমলুবা নৎত্রগা মীপোৎপু ইশাগী ওন্থোকপা নত্তে। টি এস এলিয়টকী *ওবজেক্টীভ কোরীলেটিভস্না* নীলকান্তদা অকনবা ঈথিল পীসনু। ইরকসনু *চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী* নৎত্রগা *নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী*। কৌবসু য়াই শ্রীনীলকান্তবু মণিপুবগী টি এস এলিযটনি হায়না। অদূবু ইথোরক্লিবা পূম্নমক্তি ঐখোয়গীনি।ঐখোয়গী লৈহাওদা থাবনি । শাৎপনি। টি এস এলিয়টমক্লা ইবা ঙমগদবা শুর নত্তে ; খঙবা ঙম্বা ৱাখলগী মুর্তি অমত্তা নত্তে। খূদম্নি। মিলটন্না *খম্বা থোইবী শৈবেং* পাজবা ফংবা যুগতা পোকচরম্নবদি শ্রীঅঙাংহলবু থিরক্লোইদবগী ৱা লৈতে। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনবু শ্রীমীনকেতনদগী হেনবরা ? সেক্সপিয়ারনা মণিপুরী খঙলম্লগবু *মাধবী* নম্মৎপা ঙম্বা করিবু ইবা ঙম্লমগদগে ! মীনকেতন পাদবা মীশক্তনা ৱাফমসিদা নোক্কনি । *মাধবী* পারবা ইংলিসম্যেন অমনা ৱাফমসিদা মকোক নোনগনি থাজৈ। সাহিত্যকারগী কলমদি অনৌবা ফিদম শাগৎপগী অঙকপা মফমনি। অমনা হেনবা অমনা ৱাৎপগী ৱাফমদা করিসু থোইনা লাঙতক্লনীংঙাই লৈতে।

---


মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। ৱারেং অসিদা পঞ্জরিবা লাইরিকশিং

২। Cue'llar, J P de (ed), *Our Creative Diversity*, UNESCO, 1996, Paris

৩। Devy, G.N., *In Another Tongue*, 1995, Macmillan, Madras

৪। Potter, Simeon, *Our Language*, Pelican Books, 1975, England

# পাবিদ্রগদি সাহিত্য

A reading nation is a leading nation.

-Karl Marx

মরূপ অমগীদা নোংমা শুম চথোকলুবদা মহাক মাথা য়াম্না শানা লৈবম্মী। অরুবা মরমদি নত্তে; ইমূং-মনূং মত তিন্নরক্তবা হায়দুনি। ইশামক্তি ডি ঐচ লোবেন্সকী ঃ *All the suffering to-day is psychic, it happens in the mind* হায়বসিদা খরমখৈ থাজবা মীশক্লী। ১৯৭৯ দা বাবা লৈখিদবা মতমদুদা ঐগী ইতৌ য়েংবা ঙমখিদবা মরূপ সৈথাঙ কীপগেননা *The Blessed Hope* কৌবা লাইরিক অমা থারকখিবদু কাউবা ঙমদে। মাথা শাহৌবা মরূপগুগী সমস্যাদা খবদং মতেঙ ওইগদ্রা খন্দুনা ঐসু উপন্যাস অমা পীরম্মী। খরা লৈরগা পারব্রা হংলুই। মদূদা মরূপুনা খুম্লকখি ঃ Oh sorry, I don't want to waste time মহাক উপান্যাসতু শেংনা পাদ্রে হায়বা খঙলকই। তশেংনা নীংবা কাযখি। লাইরিক্তু পাদ্রিঙৈ ওইরম্বা মরূপ্তু পারবা মতূংদদি খরমখৈ হোংলমগনি থাজরুবনি। অদূবু ইরায় লায়না অরেম্বদা মতম মাঙহনবা পামদে হায়রকখী। ব্রাখলদুনা মরম ওইদুনা মহাক লাইরিক্তু পারমদে। মাথা শাবদি ফরব্রা? খরদুম হেনজিল্লম্মে ঃ নুপী মপাম য়ৌখিবা চয়োলমুক ফারে হায়রকই। ঐসু মাথা শানা অদূম হল্লকএ।

ঐনা শারিবা মাথানা মরম অমগীনি। অঙকপা ফংনা ফজববা সাহিত্যগী খূদোল অমা পাববু অরেম্বদা মতম মাঙহনবনি খলহৌবা ব্রাখলদূনি। ঐ মরূপগুগীদমক তশেংনা ব্রাদবা ঙমদে। হেন্না ব্রারিবদি সহিত্যগীদমক্তনি। অব্রাবা নুংশাম্বর অমগী চৈথেং ফাওরকখি। শৈরেং পারগা কৈদৌনদোইনোঃ সাহিত্যগী চন্নফমবু করিনো হায়বগুম্বা ব্রাহং অমা লাক্লব্রা চিংনদবা ঙমদে। অসুম খন্থরুরগা ইনক-নক্ল লোয়ন-তিন্নরিবা মরূপ মপাংশিং মথং মথং নীংশিংলকই। অয়াম্বনা ঙসি ফাওবদা ব্রারেং-শৈরেং নংত্রগা উপন্যাস অমত্তং লৈরগা পাবা হৌদ্রি। লাইরিক-লাইশু খরা হেন্না হৈরবা মীনা খরা হেন্না পাদে। ইচম চম্না স্কুল-কলেজদা তম্লকপা খরদুনা মওং অমা ওইনা থোকখ্রে। ছাত্র ওইরিঙৈ মতম হায়বসিমক্তবু পারিক্ষাগী হোৎনবমক্তদা করিগুম্বা অমত্তদা তঙদু লৈতানা খন্থবা নংগন্দে। অশুম্না মতম কুইনা সাহিত্যবু নাথৈবীরক্লে। হৌজিক মতম চারে খনবসিদনা মাথা শাবদা মতম লৌদুনা লৈরে। সাহিত্য সেবাদা চঙলকপা ঙমদ্রগসু চৈবীদবদি পাম্বনি।

হৌজিক্তি পৃথিবী পূম্বগী নুংশাথীবসি লাক্লবনিঃ সাহিত্যসিবু মূখরক্লব্রা?

ব্রাহং অসি ইচম চমদে। মসিগী মরম লৈ। ইংরেজি উপন্যাসকার অমনসু সাহিত্যবু থৌশাবক্ত্রবা মীযামদা লাইরিক হায়বসিবু *printed toys* রা হায়না হংখ্রবনি। সাহিত্যকার,সমলোচক কয়ানসু হীরম অসি খন্নবমক হৌদ্রগসু কাঙথোকপদি য়াওখ্রে। T.S. Eliot না উপন্যাসতি শিরে হায়রকঙৈ Elizabeth Wilson না শৈরেংগী নমুনাসি শিখরক্লে হায়না লাউথোরকখি। মরকসিদা Elizabeth Brown না ব্রারীমচা হায়বসিদি শৈরেং ইবদা মায় পাক্ত্রবা অইবশিংগীনি করেম্নরকখি। Gilbert Phelps নসু ঙসিগী ইরিবা উপন্যাসসিদি তশেংনা মরায় চায়থরক্লে হায়না ফোংনা নৈনরকখি। য়ানীংদবা পাউখুম কয়াসু লৈরী অদূবু মপূংদা Norman Podhoretz না মিপাইখিবা *literature will simply cease to exist* হায়বসিদা ঐখোয়গী পূক্নীং চিংশিনফম থোকই। চথরক্লিবা মওং অসোমদা অকক্লবা মিৎয়েং থম্লগা A A Suroor না ঐখোয়গী মাঙদা তাদুনা লৈরিবা ব্রাহংঃ *Has literature failed* ? হায়বসিগী পাউখুম পীনবা হোৎনরক্লি। আশাদি পীরি অদুম্মকপু চিংনবা হৌখ্রবা হীরম অমদি ওইবা হৌখ্রে। সাহিত্যবু তশেংনা মায়থীরব্রা? মসিগীদমক কনানা ব্রাবীরি? কনানা করি তৌবীরি? তৌফম থোকপশিং অদূনা করিমত্ত তৌবীদ্রগসু তৌজরিবা খরসিগী লাইরিকপু কনানা পাবিরিবগে? নোভেল প্রাইজ ফংখ্রবা Octavio Paz মশামক্লা হংলিঃ *Who reads poetry* ? পাবিনীংঙাই লৈত্রগনা কমদৌবা? মণিপুরী সাহিত্যদসু খোম্থাঙ য়েরকইঃ করিবু *কান্নরিবগে শৈরেং ইবগী* (নীলকান্ত)।

তাইবঙপালসিদা মীওইবনা কপ্পা-নোকপা হৌখিবা নুমীত্তুদগী সাহিত্যদি হৌখ্রবনি। মীনা মীবু নুংশিবা ফাওরকপা, অপাম-মিহৌগী ঈহুল চঙলকপা, নীংবা কায়বা নৎত্রগা নীংবা থুংবা, লমন শিংনীংবা নৎত্রগা খুম্নীংবা পূম্নমক সাহিত্যগী মচল ঙাক্তনি। মীওইবগী ব্রাখল, থম্মোয় অমদি পূক্নীংগী হৌনশাঃ অব্রা নুংঙাই, অকি-তুজুংবা; আশা তৌবাঃ কখোকপা-থাদোকপা ; অব্রাংবা ফিদমঃ ঙাকপীবা কনবিনীংবা; কলঙ্কগী অখূবা পুকচেল ঃ কল্লক-য়েংথিনবা, মাঙহন-তাকহন্নীংবা, খূদুম চন্নীংবা, অচাও-নাপলকাবা পূম্নমক সাহিত্যগী হঙ্গৎ-হন্দা চেন্নীবা ঈচেলনি। ফজবা, অচুম্বা অমদি অফবত ওইহন্নীংবা পুন্সিগী ব্রাফোংদোক্তু সাহিত্যনি। মসিদি অমত্ত ঙায়রবা আত্মাগী ইতিহাসনি। তাইবঙপালগী মীপুম খূদিংমকপু মীওইবা ওইহন্নবা পান্দমদা চথরকপা হীরম্নি। অসিগুম্বা অহীংবা পুন্সি-থব্রায়গী নুংগী ওইবা পূক্নীং ব্রাখলদগী থোক্লকখি কুইরবা খৃষ্ট মমাঙ ৮৫০ রোমগী মতমদা ইরম্বা

হোমবগী *ওডিসী,* মহাবাণী এলিজাবেথ (১৫৩৩-১৬০৩) মতমগী সেক্সপিযবগী *কীং লীযাব* নৎত্রগা ইকুই কুইদ্রিবা মতমগী অঙাংহল (১৮৯২-১৯৮৩) গী *থম্বা থোইবী শৈবেং*। নীংশিংবা থোক্ত্রবা মতমদগী হৌনা অফবা মীনা পূক্নীংৰা খবা অতোপ্পদা ফোংদোক্লিংদুনতা লাকই। ফোংসু ফোং দোবক্লি। অফবগী মনা, ফত্তবগীনা দণ্ডি; অচুম্বনা জয ওইবা, অবানবনা মাযথীবা হাযবা পবম্পবা সাহিত্যগী ফজববা বিচাব অসিনা মীওইবগী হৌন-লোঞ্চৎকী যুম্ফম ওইবক্লি। ফজববা অকোযবগী ফীবমদগী ফজবা সাহিত্য পোকই। শোকচিল্লবা ফীবমগী মমিসু সাহিত্যদা অদুম্মক তাই। সাহিত্যনা সমাজগী মিংশেলনি হাযবসি পূম্নমক্লা খঙনববা ব্ৰাফম্লি। সাহিত্যকাৰশিংনা কন্না হোৎনবিবনা মশানা মবন্নাই খঞ্জবা মীযামগী মঙ্গল ওইগনি নীংজবা অৱাংবা ফিদম পূম্না সমাজ মীযামদা খঙহন্নবনি। মবম অসিমক্তনা সহিত্যাগী ফিদম লৌববা সমাজদু মশানা তানা ফিদম্নফম ওইবা সমাজনি। খূদম ওইনা কবি চাউবাগী ফিদমগী ফজববা পাউতাকশিংসি ঙাক্লা চৎনবর্গাদ মণিপুবীশিংগী মতীক-মগুণ পৃথিবীদা তোমথিন ওইনা লৈগনি।

কবি নৎত্রগা অতৈ সহিত্যকাবশিংবু মফম খদিং মতম খূদিংমক্তা খব মীবাইবিবোইদবনি। অবীবা মতমগী নিংথৌ পাল্লিখৈ মতমদদি কবিশিংগী অবাংবা যম্ফম পীবম্মী। লৈবাক্কী অকুবা সমস্যা কযাদা কবিশিংগী পাউতাক হায়বা তাবম্মী। মসিগী মবমদি কবিশিংবু মাঙলমচৎ তুংলমচৎ খঙবা ঈশ্বব-জ্ঞানগী মঙাল লৈবা মীওই কাঙলূপ ওইবা ব্যেবহাব তৌবিবম্মননি। অসিগুম্না কবিশিংগী পাউতাক তুংইন্না হিংলম্বা সমাজ মীযাম্না অমনা অমগী থম্মোয শোক্লহন্দনা, নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবম্বগী শক্তম কযা অবীবা সাহিত্যনা মিংশেল ওইনা উৎলি। মীনম শোবিবা লৈত্রবা, অমনা অমগী মফমদা অবানবা লঙশিন্নদ্রবা মতম অদৃদা মীপুম তিংনা থম্মোয যাওবা যাব্রা খোনফম শীজিন্নবম্মী। শৈবেং ওইনা ঙাঙনবম্মী। অসিগুম্না সমাজগী লীপুনসু কাযখিগদ্রা চিংনজবা প্লেটো (খৃষ্ট মাঙ ৪২৭-৩৪৭) না বাজনীতিগী ৰাখলনা থূক্ষৎখিদুনা কলাবু তাথীবৰ্কখি। বাজনীতিদা শৈবেংগী চন্নফম লৈতে খন্দুনা মহাক্লা কবিশিংবু মাগী লৈবাক্তগী তন্থোকখি। অদূমকপু কবিশিংগী হেন্না থন্থবা ঙল্লবা ৰাখলদুবুদি প্লেটোনা ৰাংনা শীংথাখি লোযননা লোই থাগদৌবা কবিশিং অদূনা মবমদম থাদোক্লমদাইদা লৈ পবেং হুক্কুনা ইকাই খুম্নখি। পূম্নমক্তূ তাথীবা নত্তে। পান্দম অমগীদমক্তনি। মতম অদূদসু ঈশ্বব অমদি অকন-অথৌশিংবু লৈশী-লৈথোনবা কবিশিংদি অদূমক লৈবা যাহল্লম্মী। প্লেটো মশামক শৈবেং কযা ইখি। মাগী খূৎই খূদিংসু শৈবেংগী শৈহেক-শৈদানি। যুগ খূদিংগী কবিগী

খোর্জে থিংবা নৎত্রগা নমথবদি ওইথোকখিদে।

কবিদি মশাগী লন্নাই অপাম-পামদ, কল্লক-মীহৌ পূম্নমক্কী মথক্ত হেন্না ৱাংবা আদর্শ অমা লোয়নরী। মীয়ামগী অপাম-পামদ, থাজবা অমদি শীংনবা পূম্নমক মখোয়গী ৱাখলদা পুদুনা চৎলি। অমরোমদা কবি খূদিং *Collective man* হায়বদুনি। মখোয়দি খন্থনবা পোল্লুকপনি। ইনবা, হায়নবা, ফজবা উৎনবা, অচুম্বা লম্বী তাক্লবা পোল্লুকপনি। পূম্নমক কবি নত্তে। অদূবু কবিগী অৱাংবা ৱাখল্লোন্দা কোক নোনবদি পূম্নমক্কী মতীক্লি। ইনবা পোল্লুকপা মখোয়দি ইদ্রিবখৈ পোত্থাফম খঙলোই। ইবনা মখোয়গী শান্তি ফংনবা অমত্ত ঙায়রবা উপায়নি। মরম অসিমক্লা প্লেটোনা কবি খূদিং লোই থারগনি লাউথোকপা মতমদা কবি কনাসু ঐদি কবি ওইবা তোকচগে হায়দুনা চঙজখিবা লৈখিদে। পীক্লিবা Alexander Pope (১৬৮৮-১৭৪৪) না শৈরেংত ইদুনা মতম মাঙহল্লি খনবদা খোয়শাওনরবা মপাবুংনা নোংমদি চৈনা ফুগৈ তান্নখি। মদূদা মচানা *মিনুংশি বাবা মিনুংশি বাবা! শৈরেং কৌবদ ইজররোই পুঙ্গিদা কৈদৌনুং* হায়না চেনখী। করম্না থিংঙুনি ? শৈরেং ইজররোই, ফুবীনু হায়বদুমক শৈরেংদা হায়খি। য়াররোয খঙদুনা মপানা থাদোকখি। অসিগুম্বা ইংরেজি কবি অসিবু ফ্রাঞ্চকী ফাওরবা কবি অমদি ইতিহাসকার Voltaire (১৬৯৪-১৭৬৮) না *the best poet of England and at present, of the world* হায়না মীংথোনখি। কবিদি মতমগী ঈরোন্নুংদা চীকমাঙনবা কোঙ্গোল নত্তে। মশাগী মতিক-মগুণদা অদুম্মক হিংদুনা লৈহৌই।

আমেরিকাগী ঈ পাউ পাথোকপা মীশক অমনা সাহিত্যসি মমী শামখ্রগনি হায়না মিপাইজরগসু মদূ মীয়ামগী পূক্লীং চিংশিনবনি হায়না লৌনৈ। সাহিত্যদি কৈদৌঙৈ দসু লেপখিরোই। ঈশ্বর, প্রকৃতি অমদি মীওইবা পুন্সিগীদমক খন্থবা মী খক ময়েং তাখিদে। মীয়াম অমনা পাৎকী থরো-থম্বাল লীশিং লীশিং ফাওনা চৎখিবা য়াই। অদূবু চাউবগুম্বা কবি খরতনা চপ লেপ্তুনা লাঙতক্লনা য়েংহৌই; থম্বালগী খাঙুথক্কী পুন্সি অমদি তেল্ল-মীওইপোক্কী ৱাখলনা কবিগী পূক্লীং ঈপাক্তু লোইবা নাইদনা শাৎলি, লোইবা নাইদনা কেল্লিঃ *থম্বাল কৌবী লৈনুংশি/ ঐখোয়সু নখোয়গুম্বনি/তাইবং ঈপাক থকসিদা/ কেন্ননবা শাৎপনি* । খূদম অমত্তংগী ৱানি। কবি খূদিং নুমিদাংৱাইরমগী ঙাড়ান্নবা স্নরুপ্পা মচুদা খোঙথাঙ লেপ্তবা কনাসু য়াওদে। নামিবা নুংশিৎনা হৈপাল-লৈপালক্তা নৎত্রগা পাক্ল ঈপাকথক্তা হুম্বদা পূক্লীংদা ঈথক হৌদবা কবিগী থম্মোয় লৈতে। নীংথিরবা থাজনা তরু-তশেংলবা অতিয়াদা ঈংনা-মেঙনা ঙানবা কবি খূদিংগী লোইবা নাইদ্রবা

অরা-নুংঙাই শুব কযাগী হৌবকফম ওইবি। লাঙতক্লবগী লোযনাযদ্রবা জগৎ-সংসাবগী অচৎ-চত্ত জীবশিংগী পোকপা-শিবনা থোকহল্লিবা মঙলান অমসুং আশাগী উন্নফম্নি কবিগী পূক্লীং, ব্রাখল অমদি মীৎয়েং। খোম্হোক শৈহেক্তা খেন্নবগসু চাংজৌ পানা হৌবকপা ঈচেলসিদি অমত্তনি ঃ *Thou hast made me endless, such is thy pleasure* (ববীন্দ্রনাথ)।

সংসাব অসি ফজৈ, ফজফমসু থোকই। মীওই মপোক অসি হবাও-তযাম্না হিংফম থোকই হাযবসি কবিশিংগী আদর্শনি। জীবগী থব্রাযবু ওৎপী-নৈবীদবা, খাঙঙমদবা ওইহনবীদবা, অতোপ্পনা শোকহনবীদবা হাযবসি থম্মোয খূদিংমক্লা পামজদুনত লৈবা ফীবমনি। অতোপ্পদা অবানবা তৌগে খনবা মীকুপ্তা *মসি লান্দি লাল্লিদকো* ফাওবিবা ইহুলদু অচুম্বা হাযবদুনি। ফজবা হাযর্নবির্বাসিসু মদূনি। Dostoevsky না *ফজবতনা পৃথিবীসি ঙাকপা ঙমগনি* হাযখিবা লৈ। সাহিত্যগী ব্রানি। মীওইবগী থম্মোযনা ফজদ্রবদা তাইবঙপার্লাসদি নোবোক্কী মশক্লী। অদূবু কবিশিংগী মফমদদি আশা লৈত্রবা, থাজবা মাঙখ্রবা মপোক্লী হাযবসি যানীংদে। Matthew Arnold (১৮২২-১৮৮৮) না সংসাবসি ঙাওচৎনবা অমদি নীংবা কাযবা ঙাক্তা ঙাযখ্রববা খঞ্জানবগসু ঈথক-ইপোম্না লাকহৎলবা পুন্সি ঈপাকথক্ত চীং-লেম্লবা স্বর্গনা শন্দোক্লি তাক্লম্মী। পুন্সিগী অমম্বা শক্লোনত উখিবা Thomas Hardy (১৮৪০-১৯২৮) ফাওবা ইংথম উলেনগী চৈথেং ফংলবা পুন্সি অমদি প্রকৃতিগী মীকুপ অমদা নোংইন চেক্লাগী শৈশক তাবকথী। খূদমগী ব্রানি। শৈবেং পাবা তাবনি। পূক্লীংদা কাউবা ঙমদনা নীংশিংলিবা পূম্নমক্কী মচলদি সাহিত্যনি। সংসাব অসিবু তেক্ত-কাযদনা থম্নীংবা, মীওইবগী মবী পুম্নমক্কী খল ঙাক্লা থম্নীংবা মী ওই অযাম্বা সাহিত্যদা মায ওনশিন্নবক্লি। সাহিত্যদি তঙায ফদবনি।

হৌজিক্কী যুগ অসিদি অচুম্বা থিবগী খোঙচত্তা লম্মাংনববা তাঙ্কক্লী। সংসাব অসিমক মাঙন-তাক্লবগী লম্বীবোমদা অশুম অশুম নকশিল্লক্লি হাযনা মিপাইনবী। নুংশিনবা, হাযবা ইনবা, অচুম্বা চৎপা, লান্দবা, কখোকপা, ঙাকপিবা অমদি মীনুংশি খঙবা হাযবা গুণশিং অসি ব্রাহৈগী অর্থ যাওনা তপ্পা তপ্পা মাঙশিল্লক্লি। অপাম-মিহৌবা, কল্লক-যেংথিনবা অমদি নাপলগী ঙমখৈদি অশুম অশুম পাকথোবক্লি। লন-থুম, সনা-লুপা অমদি শেলনা হীবম খূদিংগী যুম্ফম্নী থন্নবক্তুনা মশা মশাগী পুজাদা ঈশ্ববৰু মীবাযবকপা মতম অমসু ওইবক্লি। বিজ্ঞান্না খঞ্জানবকপা, ধর্মদা পূক্লীং লূপ্না থাজবনা মযেং তাথবকপা মতম অসিদা মীওইবা সমাজবু শেংনা নুংশিবা অইবশিংনা মখোযগী নোল্লুকচবা লম্বী অমদা পুথোবক্লিবা সাহিত্যগী

তোঙান-তোঙাবা মচলশিং অসি ঐখোয়গী লৈবাক-মীয়াম্না তরাম্না ওকফম থোকই। পূক্নীং থৌগৎপিফম থোকই। পাবতদি পাবিফম থোকই। William Hazlitt (১৭৭৮-১৮৩০) না মতাঙ অমদা পানখি: *He who has a contempt for poetry cannot have much respect for himself, or for anything else.* তশেংনমক সাহিত্যদা ব্যেবহার থমদ্রবা মীশক অদূদি মশামক্তদা নত্তনা করিগুম্বা অমত্তদা ব্যেবহার থমদ্রবা মীশক্নী। অসিগুম্বা মীশক্না মশীং হেন্না লৈরবা সমাজদুদি তাৎ-পাত, মীনম শোরিবা হেঙ্গৎলক্কুনা অফবা-অচুম্বা পামজবা মীওইশিংগী ওমঙ্গল ওইগনি। রুসিয়াগী মমিং চৎলবা অইবা Alexander Solzhenitsyn (১৯১৮) না শোক ১৯৮০ দা নোবেল প্রাইজ লৌবদা হায়খিঃ

> Woe to the nation whose literature is disturbed by the intervention of power. Because that is not just a violation against freedom of print. It is the closing down of the heart of the nation, a slashing to the pieces of its memory.

সাহিত্য, সমাজ অমগী থম্মোয়নি। মসিবু নমথদুনা থম্নীববা জাতি অদূদি অৱাবা তাবা শোযদ্রবনি। মীৎয়েং অসোমদা মণিপুরী সাহিত্যগী অইবশিংবু ঐখোয়গী লৈবাক মীযাম্না তাঙলবা লননি খনবীদুনা যোকখৎপীবা মতম ওইবে। ৱারবা মতম খূদিং ঐখোযগী ৱাখল-মীৎযেংবু মপান নাইদনা চাউথোহল্লিবা ঐখোয়গী অইবশিংসি জাতি অসিগী থম্মোয়নি মঙলান্নি, আশানি, থম্মোয়নি। থম্মোয় য়াওদ্রবা মীওইবা [illegible] কুবস্না সমাজনা হিংদুনা লৈবা ঙমগবা!

---

মতেঙ লৌজখিবশিং ঃ

১। য়ারেং অসিদা পঞ্জরিরা লাইরিকশিং

২। Coombes, H., *Literature and Criticism*, Penguin Books, 1980, Bucks

৩। Devy, G.N., *After Amnesia*, 1995, Orient Longman, Bombay

৪। Suroor, A A *Has Literature Failed*, Sahitya Akademi, 1092, New Delhi

-------



... ডোক্টরেট ফংলবা অতৈ মীওইগুম্না সুট-টাই তৌদুনা, কেদুনা ফিজেৎ-লৈতেং ফজনা নান্না শেৎ-চাদুনা ডা হাযবা মিংথোলগী নুংশিৎ অমা চেন্দুনা চৎপা মীওই ওইদে প্রিযব্রত। ফিজেৎ চাকশেত্তা থোইনা থৌওইকদবা ইচম চম্বা মীওই অমগুম উজে। চমন্দুনা মহাকপু হেক উবদা খঞ্জকই - মীওই মীতৌ চঙখোনবা, চাউদম শাংদম্বা, মশা মউ ফবা ... মকোক্তা খূদৈ অমা কিশি কি, ঙা ফানবা লোংউপ অমা লেংদা থোং, কিশি কৌবপ শেৎ পাৎ তন্না ঙা ফানবা ঙানৈবা চৎপদো ...

ইবুংঙো প্রিযব্রত অসি রেডিও ড্রামা ইবা অমনি হাযনা খ্বাযনা খঙনৈ। ... ঐ ইশামক্তীদি মহাক্কী রেডিও ড্রামাশিং অসি লৈহাউ লৈবেননি হাযনা লৌজবে। ... প্রিযব্রত ফাগি হৈ। কবিনি শৈবেং ইবা ঙম্মী। সাহিত্যগী মচাক পৃম্নমক ব্বাৎপা লৈতে। শিন শুবা, মগুণ লৈবা মীশক্তি ...

কুমদম্লকপদা শাৎকাযবক্লে থম্বাল ১০৮ সু। অহানবমক্তদা সাহিত্যকাবশিংগা ক্রিটিকশিংগা লৈনবীবা মবী ... মীত্তা শং-শং উহল্লি। মথংদা থাবকই কবি ইবাবত .. কবি নীলকান্তগী মবমদা... পৃথিবীগী অমব ওইনা লৈববা সাহিত্যকাবশিংনা ইবম্বা হাযবম্বা কযাবু ... ডা কমলগী উপন্যাস মাধবীদা সাইকোএনালাইসিস... নৈনর্বাব পি বি শেলীগী পোয়টিক থীওবি, জোহন ড্রাইডেনদা মীৎযেং অমা, সেক্সপিযাবদা সমালোচনা, লমন খুম্বা ঃ হেমলেটকী সমস্যা, নুংশিবা ঃ হেমলেটকী সমস্যা, ট্রেজিক হেবো অমা ওইনা মেকবেথ, সেক্সপিযাবগী বিপ্লবী ব্রুটস অসিনচিংবা ...

ব্বাবেংশিং অসিবু কৃপ্না নৈনবিবগা ফোঙদোকপিবক্লিবা অসিবু *Bud's review* নি হায়বিরি ইবুংঙো প্রিযব্রতনা। ব্বাফম অসি ঐহাক্তি যাজনীংদে। কমপ্লিট এণ্ড ফ্ল ভিযুনি হাযজনীংই। ... ঙম্নমক নৈনবিবে। ফেমিনিজম কবিনো, কবম্বা পোৎশক্লো হাযবদ্ মচা খায়না তাক্লে। খঙলে কবম্বা থাক্তা ফেমিনিজম লৈবম্বগে হাযবদু মণিপুরী ঐখোযগী ■

*খাইদেম প্রমোদিনী*

- **আশা তৌরী অনৌবা পৃথিবী** (শৈবেং, ১৯৭৯)
- **উনাগী খাংপোক** (শৈবেং, ১৯৮৯)
- **ঐগী অহানবা নুংশিবা** (ব্বাবীমচা, ১৯৮৩)
- **ঐ ব্বারে** (ব্বাবীমচা, ১৯৮৪)
- **পুন্সিনা পুন্সিগীদমক** (ড্রামা মবি, ১৯৯৮)
- **হে থম্মোয়** (ড্রামা, ১৯৯৯)
- **ইচে, তারমদাইগী স্বরুপ** (ড্রামা অনী, ২০০০)
- **থম্মোয়গী লৈকারক্তা** (ড্রামা, ২০০২)